# খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায়

(মণিপুরী ৱারী মচা)

নবকুমার নোংমৈকাপম

ভিচশা পাব্লিকেসনস






**KHONGDAPHAM LEITRABA LEIMAY**
*(The Surface having no footing )*
A collection of twenty two short stories in Manipuri
by Nabakumar Nongmeikapam



অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্তোবর, ২০০৭

অফোঙবী : ভিচশা পাব্লিকেসন, ময়াং ইম্ফালগীদমক
নোংমৈকাপম ওংবী ইন্দুবলা লৈমা
ময়াং ইম্ফাল বজার মনুংদা লৈবীনা ফোঙজবা ।

মখুম : ওল মণিপুর জবনেলিষ্ট ইউনিয়নগী জেনেবেল সেক্রেটবী বতন লুৱাংচাগী ফোটো এলবমদগী
তাইপ্ সেতিং ঃ অইবা মশা
নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল
মখুম নম্ফম ঃ কোলকতাদা ফিল্ম শারগা বি সি পি দবলিউ, লম্ফেলদা নম্না



~~মমল লুপা ৪০~~/-

ফংফম :
বাজেস বুক ষ্টোর, গভর্নর রোদ, পাউনা বজার, ইম্ফাল
মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, পাউনা বজার, ইম্ফাল অমদি,
অইবা মশাগী যূম, ময়াং ইম্ফাল বাজার মনুং

Rs 75/-

# ৱাহৈ খরদং

নবকুমাব নোংমৈকাপম্না ইবা ৱাবীমচাগী লাইবিক 'খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায' হায়বসি পাবদা পেনবা, পাবা হৌকুববদি লেপ্লীংদবা ৱাবীমচা ঙাক্তা ওইনা তৌই । মহাক্কী ৱাবীমচাশিং অসিদা ফোঙদোক্লিবা কমন ওইবা থীমদি হৌজিক হৌজিক ঐখোযগী লৈবাক অসিদা থোক্লিবা সমস্যাশিং পুথোক্তুনা নৈনবনি । ফোঙ ফোঙ শাবিবা ৱাথোকশিংগী মবক্তগী থোবকপা, থিদোবকপদা ঙাযবিবা ফোং ফোং শাবিবা চাক-ইন্‌াংগুম্বা ৱাবীমচা ঙাক্তনি । চাক ইন্সাংদি থিদোক্লগা অসুম থল্লবদি চজিক ওল্লকই অদুবু নবকুমাবগী ৱাবীমচাশিং অসিদি পাবীদনা অসুম নমশিন্দুনা থল্লবসু কৈদৌঙৈদসু চজিক ওল্লবোইদৌবা মতম চূপ্পদা ফোং ফোং শাদুনতা লৈবগদবা ৱাবীমচা ঙাক্তনি । মণিপুবী ৱাবীমচাগী জগত্তা এম কে বীনোদীনি, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন, এলাংবম দীনমনি, লমাবম বীবমনি, কৈশাম প্রীযোকুমাব, যুম্লেম্ব ইবোমচা, সুধিব নাওবোইবম, মাইবম নবকিশ্বব, নী দেবী, হাওবম সত্যবতী, এন সুনিতা অসিনচিংবা কযা অসিগী মবক্তা নবকুমাব নোংমৈকাপমগী মমিং চীথবা খক যাবোই । মণিপুবী ৱাবীমচা নৈনবকপদা নবকুমাবগী মমিং চীথবা তাববদি ইবিবা ৱাবেং অদু মপুং ফাদবা নৈন-ৱাবেং অমা শোযদনা ওইবগনি । মবম অসিনা কনাগুম্বা ক্রিতিকশিংনা মণিপুবী ৱাবীমচাগী মবমদা নৈন-ৱাবেং ইবিগে হাযববদি নবকুমাবগী ৱাবীমচাশিং পাদবা যাদ্রবনি ।

তেবোবিজম অমসুং মসিগী চৈথেংনা ঙসিগী পৃথিবী অসিদা পীবক্লিবা শাফ্ অদুবু ফোঙদোক্তুনা নবকুমাবনা মহাক্কী ৱাবীমচাশিং ইবকই । "বন্ধান থল্লম্বা বোম" হাযবা ৱাবীমচা অসিদা বোম কবিনো খঙদনা বোমবু বন্ধান লৌশল্লুবা অমুবা কৌবা শেন্দোই চাবা নুপা অমগী অৱাবা অমসুং পৃক্লিং লৈতাদবগী মওংশিং উত্তুনা ইবি । 'মিবাংদা থুববা পৃথিবী' হাযবসিদা উৎলিবসি হৌজিক হৌজিকমক খ্বাইদগী চাউবা গ্লোবেল ইশু ওইবিবা তেবোবিজম অসিমক্লি । অমজাদ খান কৌবা মুস্লিম অমনা ইস্লামি এদুকেসন্দা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক তম্বা লোইদুনা মুফতি ওইদুনা থোবক্লগা শেন্থোক লম্বী লৈতদুনা ককঙাওনববদা থাদা লুপা লীশীং অমদগী হেন্না ফংদবা মুদাবিস (এাসিস্টেন্ট তিচব) ওইবা, মদুনদি ওইবা যাদবনিনা শেন্থোক হেন্না ফংননবা লম্বী থিবকপদা সাইকল ৱার্কসোপ অমা হাংখি । মদুনসু ইমুংগী অৱাৎপা মেনখৎপা ঙম্বা নত্তে । লৈত লাইবগী অৱা মৈশাবক্তা তলাক অহুম্লক শোল্লুবদগী অমজাদ,

মহাক্কী নুপী মমতাজগা খাইনবা তাখি । শেম্ত্থোক লৈবা থবক য়েংলকপদা অমজাদ পুনেদা চত্তুনা প্রাইভেৎ ফার্ম অমগী সেক্যুবিতি গার্দ ওইৎবকখি । টেবোবিষ্ট খবগী লাংদা থুদুনা অমজাদ নাম্থোকপা ঙমখিদে, মশামক নমদুনা টেরোরিষ্ট ওইরকখি । ট্রেন অমা থুগাইবগী বোমগী লাং থাক্লবা মীৎকুপ'মগী হেক তুংদা ট্রেন অদুমক্তদা মহাক্কী নুপী অমসুং মচা য়াওরম্বা, বোমনা সর্বনাস শানা মাঙহনখিবগী থম্মোই শোক্লবা ৱারীনি । অসিতসু নত্তনা মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা লালহৌবা নমথনবগী ঈবাংলক্তা মীচম প্রজাশিংনা নংলিবা অৱাবা কযা উত্তুনা ইবা ৱারীমচাশিং যাওবি। খূদম লইনা "খৃষ্ট মাসগী খূদোল ঃ ওপরেসন খেংজোই ", লালহৌবনা প্রজাদা অৱাবা চৈথেং পীবসু যাওরি । খূদম ওইনা " খঙহঞ্জনীংবা" । অইবগী মশাদা অকিবা লৈতে, থৌনা ফনা ক্রিতিসাইজ তৌদুনা লালহৌববু চৈবা ঙম্মী ।

লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইবিবা ৱারী মচা খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায হায়বসিদনা শক্তি পার্যরিঙৈদা ঙম্মী মতাগুম তৌখিবশিংদুনা শক্তি লৈবক্রুবা মতমদা মযূমদা লৈবা ঙম্লক্তগী অৱাবদু অপাবশিংগী থম্মোইবুসু নীক নীক লাউহনবমখৈ উৎলি । থৌবীগী মচাগুম উব্ধ উব্ধ যেৎশিন্নদুনা শাগৎলিবা প্লোটসি ৱাবী মচাগী সংসাবদা তোপ্ তোপ্পা খূৎই অমনি ।

পাবদা নোক্লীংবা ফাওহনবা ৱাবীমচা খবসু থেংনৈ । পাবা নুংঙাই, অইবগী তোপ তোপ্পা গুণ অমনি । অইবগী লাইবিক অসি ফোঙদ্রিঙৈদদা পাবা ফংবগী খুদোংচাবা ফংজদুনা পাজে । ৱাবীমচা অযাম্বা কমন ওইবা থিম অমদা চৎলি । মপুং ওইবিবা থিমদি ঙসি ঙসিমক ঐখোযগী মীৎমাঙদা থোক্লিবা বাজনিতিগী ওইবা সমস্যাশিং লালহৌবগী সমস্যা, সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজি চাওখৎলকপগী মহযনা ঙসিগী মীওইবদা ওইহল্লকপা খুদোং চাবা অমসুং চাদবশিং, ঙসি ওরক্লিবা এদুকেসন সিস্তেমদা মণিপুবী হাযবা সবজেক্ট অসি থওইনবক্তবা অসিনচিংবনি । মপুং ওইনা চৎলিবা থীম অসিদগী নাথৈবগা চৎপা ৱাবীমচা অহুমখক যাওবি । ৱাবীমচাশিং অদুদি ১. যেন থোংবগী মহাও ২. শামু অব্দুল্লাহ অমদি ৩. লমশি শিবল্লবা

অইবনদি ঐঙোন্দা ৱাবীমচা খবা লৌথোকসি, পিক্তক চেংতকপা লাইবিক অমা ওইহন্সি হাযনা ৱাতানরখি । অদুবু পাকবা মতমদদি খৎতোক্ল ীংঙাই ৱাবী মচা অমতসু যাওবমদ্রে ।

কে. কুল্লধ্বজ
জেনবেল সেক্রেটবী,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

# ৱাহৈ'মতং

লাইরিকসি পাবিরিবশিংনা খরা পাবা হৌরকপদা মখা পানিংগদ্রা ? মতম মাঙনা পারুরগা, 'থম্মোই পেনবদি লায়রদনা খোয়দৌদুম বৃবৃ শাউগৎলিদা' হায়খিগ দ্রা হায়বসিনি ঐগী অৱাবা। অদুনা খরা খন্দোক খঞ্জিন তৌরবগী তুংদা হঞ্জিন হঞ্জিন ইদিট তৌদুনা লমায় ৭০ রোম তেনশিলহল্লগা হৌজিক ওইরিবা ভোলুমসি ওইনা পুথোকচবনি। অসুম্না শেন্বদা চহীমুক চঙখি। শেল্লিঙৈদা ইবা ৱারী মচা খরনা, হান্না য়াওরম্বা খরা মহূৎ শিন্দোকপসু য়াওরে।

কলাগীদমক কলা, নুংপেন্নবা, ৱাখল খন্থহনবা, পাউজেল, এজুকেসন পীবগী মথক্তা, সাইন্সতগী তেক্নোলোজি ফংবগুম, সাহিত্যবু সমাজসিগী কান্নবা হীরম অমদা শীজিন্নবা ঙম্নবা হোৎনবসিনি ঐগী পান্দম। সাহিত্যদি সমাজগী মিংশেলনি হায়নবনিনা, ঐগী ৱারী মচাশিংসি, কনাগুম্বগী থৌদোক ৱাথোক অমদি ফত্তা লৌশিংগী অরোন অথুপ্পা মান্নবা য়াওরল্লবসু, মদু মীযাম্নসু খঙ্গলবোইরে হায়না খন্থবিরগা, শাউবিবগী মহূত্তা লৈবাক মীযামগীদমক্তা খনবিদুনা অশোয়বদু চুম্থোকপিয়ু। ঐখোয়গী সমাজ অসে থাজদবা থাক্তু য়ৌনা শোকচিনখ্রবনি।

ঐগী ৱারীমচাশিং 'ঐখোয়সিবু কনানো?' না কথা পাব্লিকেসন, নিউ দিল্লিনা ইংলিসতা অদুগা 'ফিযারৱেল' না রিজনেল সাহিত্য একাদেমী, কোলকতানা লোল মঙা —বেঙ্গলি, অসামী, নেপালি, মিথিলি, উরিয়া অমদি মণিপুরীদা ফোঙনবা ৱার্কশোপ তৌদুনা হন্দোকপগী থবক লোইখ্রে।

'ঐখোযসিবু কনানো?' হায়রিবা ৱারী মচাসি ঠিয়েটব সংস্থান কয়ানা প্লে ওইনা শান্নবিখ্রে। নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামা, নিউ দিল্লিনা পাঙথোকপা ঠিযেটর মহাউৎসব, ২০০৬ তা খনগৎপিখিবদা নত্তনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফম তরাগী মথক্তা শান্নখ্রে। ওল ইন্দিযা রেদিও, ইম্ফালনসু লীলা ওইনা শন্দোকখ্রে। এন ই দুরদরসন্নসু ফিল্ম ওইনা নম্লগা শন্দোক্লবগী য়ানবা লৈখ্রে। হৌজিক হৌজিকসু সেলুলোইদ ফিল্ম ওইনা নম্নবা প্রোসেস তৌরি। অদুগা অতোপ্পা ৱারী মচা 'ঈৱায়ফম' হায়বসিসু ঠিয়েটর কাঙলুপ কযানা প্লে ওইনা শানবিখ্রে। ওল ইন্দিয়া মলটিলিঙ্গুএল দ্রামা কম্পিটিসন, কত্তক অমদি ওল মণিপুর শেটি প্লে কম্পিতিসনদা বেষ্ট প্লে ফংখি।

ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইখিবা মীকুপশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোকপা অমা হায়রগদি, দ্রামা/লীলা ওইনা ইখিবসু নত্তবা, ঐগী ৱারী মচানা ইথা থাজদনা মথ্বায় পাল্লগা ঠিয়েটরগী স্তেজ মথক্তা লেঙ ওত্তুনা চৎলকপদুনি। মসিমক্তা, ঐগীদমক্তদি লীলা, দ্রামা নৎত্রগা ফিল্ম ওইনা ইরুদ্রবসু ৱারী মচাদং ইরগা খূদিংমক লোইনা ইয়া য়ারমাল্লে খন্দুনা হৌজিক্তি ৱারী মচাদং ইরে।

ৱারী মচা খরদি সাহিত্যগী পাউ, ৱাখল, পোক্লফম, চূমথাঙনচিংবা চেফোংশিংদা ফোঙথ্রবসু খরা শেমদোক শেমজিন তৌজরগা লাইরিকসিদা অমুক নৌনা ফোঙবা য়াহনবিবগীদমক্তসু মরী লৈনবা ইডিটরশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি। ৱারী মচা খরনা অসামগী হোজাহ, ইম্ফাল অমদি ককচিংদা পাঙথোকপা ৱারী মচা পাবগী থৌরমশিংদা পাবা য়াওখ্রে। রেডিওদা শন্নে দাকপসু য়াওখ্রে। অমুক লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা য়াহনবিবগীদমক মরী লৈনবশিংবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিকসিদা য়াওহন্নবা তৌরম্বা 'নুংশি চৈনা' কৌবা ৱারী মচাদুদি খরা চাউথোকহল্লগা ফিল্ম ওইনা নম্বা লোইশিল্লক্লে। হায়রিবা ৱারী মচাসি লাইরিকসিদা যাওহনবা ঙমখিদবগীদমক ঐবু ঙাকপিগনি।

ৱারী মচাশিং অসি, ঐগী ওজা প্রোফেসার এলাংবম দীনমণি সিংহ, রাইটরর্স ফোরমগী প্রসিদেন্ট প্রোফেসার আই এস কাংজম, প্রোফেসার হুইরেম বিহাবী সিংহ, প্রোফেসার অরুনা দেবী, ডাক্তর মোইরাংথেম প্রিয়বর্ত্ত সিংহ, এ কে শর্ম্মা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী কে কুল্লধজ সিংহ, মণিপুর ঠিয়েটর একাদেমীগী দাইরেক্তব শারুংবম বীরেন, সাহিত্য একাদেমী এৱারদি মাইবম নবকিশ্বর অমদি সুধীর নাউরোইবম, নৈনরোই ইবোসনা য়াম্বেমনা মপূম ওইনা নৎত্রগা মচেৎ ওইনা নৈনবিরগা হেন্না ফজনবা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌনবা পীবিরকখিবা পাউতাকশিং লৌশিঞ্জবগা লোয়ননা ওজাশিং অসিবু হন্না হন্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ঐগী ৱারী মচাশিং মথং মথং দ্রামাতাইজ তৌবিরিবা মণিপুর ঠিয়েটর একাদেমী, ৱাঙ্গোইগী দাইক্তের শারুংবম বীরেন পুন্সিসিদা কাউজবোই।

অদুগা ঐনা হায়জরুবদা লাইরিক্কী মখুমগী ফোটো হরাও হরাও পীবিরকখিবা ওল মণিপুর জরনেলিষ্ট ইউনিয়নগী জেনেরেল সেক্রেটরী রতন লুৱাংচাগী তেংবাং পুন্সিসিদা কাউবা ঙম্লোই। ইশানা দি তি পি তৌজরবা লাইরিক অসিগী নম্বগী ভার পুবিখিবা পদ্মা প্রিন্টরগী মেনেজর ইরাবোৎ অমদি ওফসেট পায়বিরিবা রাফিকপুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

ময়াং ইম্ফাল — অইবা

# য়াওফম

**<u>অইবগী ফোঙখ্রবা ৱারী মচাগী লাইরিকশিং</u>:**

১। ঐখোযসিবু কনানো ?

২। ঈচাউ অমসুং লৈরাই

৩। খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায়

# মরক্কী পাউমী

## (ইন্টরলোক্যুটর)

" . . . সে লাখ কুন্থ্রাগী চেগপসিনা মৈনুংদুদগী চপ্লগা খূদক্তা কোখোকপিবক্কদবা। ইন্ত্রোগেসন সেল য়ৌহনখিবা য়াদেকো " হায়রগা ব্রিফ কেসতু মনাক্তা ইনশিল্লন্নগা থোকখ্রে মমা লৈবাক নীংবা অনীদো।

মোবাইল ফোনগী মেমোবিদগী নম্বর অমা থিরগা কন্তেক্ট তৌই। কোদ লেঙ্গুএজদা চৈতেক চৈবাং ঙাক্তা করিনো খরা হায়নখি।

ফোনগী ৱাবীদু লোইফাৎত্রিঙৈদা এম এল এ গী লোকেল এরিয়া দেভেলপমেন্ট প্রোগ্রামগী বেনিফিসিয়ারি কমিতিগী সেক্রেটবী অমদি প্রসিদেন্ট ওইবিবা, মীখলদা মথ্বায় বন্ধান থমদুনা হোৎনজখিবা তোম্বা অমদি তোঞ্জাউ চঙলকই। থবক খূদিংমক শূবা লোইবে হায়না কম্প্লিসন রিপোর্টতা সহি তৌদুনা পীখিবা ব্লোক দেভেলপমেন্ট ওফিসার অঙম্বসু মতুং ইন্নরক্লি। পুলিসনা ফানবা কোইথি থিবক্লবদা কমদৌসিগে হায়দুনা কোক সিয়ার তৌমিন্ননবা লাকপনি।

অঙম্বনা মথম্মোইদু থিনগায়রগা ফাওগৎলকই, "শেলনা এম এল এ সাহেবনা, অদুগা শিবনা ঐখোয়না! হৌজিক কৈদৌবিদৌরি ?"

মখোয অহুমদুগী মকোকশিং তেবলদুদা থম্মী। অদুগা এম এল এ দুগীসু মথম্মোইদু লৌথোকপিরক্লবা হায়জে।

" নো নো। ঐ এম এল এ তোম্পোক্লিনে।"

বেলগী খূৎখীং অমদা সেকমাই লীক্লী অহুম তেবলদুদা ঙাম্থোইহল্লে।

"লেমহনগনু। মদো শান্তিনে। হান্না থকচিনখো, কোন্না খন্নসি।"

অহুমদু, ব্রাথোক্কী অখাবা মহাওদু হাংনবা অপুন্না চাক মহীদুদা তাইনৈ।

নিশাদু ব্রাংখৎলক্লবদা সেক্রেটরীদুনা মথম্মোইদু ফক্কায়রগা, "ঐখোয় সিবে, নঙ শিরে। ব্রারী হায়বু সিদা লোইরে" হায়রগা হৌগৎলকপদা চৌক্রিদুদা পনদুনা গ্রোঙ গ্রাঙ তুশিনমিন্নৈ।

বেলগী খুৎখীং অমদা খোঙবী খোঙনাও খরা চঙশিল্লক্লগা অরোবশিংদু লোক্লগা হৌদোংনা মচা লুসমদা চীক্লগা পুগুম শেগাদা য়েপ্পুনা পুথোকখি।

এ আরগী মেজর আরবিন্দ চঙলকই। মথম্মোইদু তিংথোক্তুনা ফিদা থাই। মারিনবা হোটেলদগী য়েন অঙৌবা লৌহল্লুই। অখন্ননা থন্না মমল তাঙলবা মীরৈবাক্কী য়ুদু হৈথরগা শান্তি লোকমিন্নৈ। ব্রারী কয়া হরাওনা চীক্থনদুনা মথম্মোই অনীদু পাত্র অমদা পুল্লপ হৈজিল্লগা তুম-হী (সোলুসন) শেম্মী। অদুদগী য়েনফৈ অমমম পায়দুনা হৌগৎলগা বোল্ড দান্স তৌখৎনরকই। কাগী লৈতেংগী পোৎলম, তেলিফোন, ফিলটর . . . লোইনা পূমচাই।

ঙসাই নহা অনীনা কারক্লন্না অথেনপোৎতুদগী মঙা মঙাগী মপুল অহুম কোথহৌরগা তেবল মখাদা তপ্পা ইনশিনখি। অরেম্না তংখাইদুনা চবান থারগা থাদোকখি ইন্দিয়ান দোক্তু। অদুগা লেম্না মাগী চৌক্রিদুদা লেকথহৌই।

মেজরদুনা, গাডীদা যাওবিবা মমিৎ খুন্না, ঙাইহাক্কী মমাঙদা শিকারদগী ফারকপা লালহৌলুপ অমগী ভাইস্ চিয়াবমেন্দু থল্লম্লগা অরোবা অহুমদু হাপকৎলগা গাডীদু থৌখ্রে। ষ্টোক একচেঞ্জ!

অয়ুক্লি। থম্মোইগী শাইওন্না য়াকৈরকই, "তাবিরবরো? মখোয অহুমদো লৌবুক্কী সড়ক কারোংদা শিরগা তারল্লে হায়দুনা গেত্তা লাউ খোঙদুনা মীয়াম্না ধরনা তৌরবে। লেঙখৎনবা তৌবসে।"

তপ্পা মথম্মোইদু শাত্তোক্লগা খুম্লকই, " থেঙ্ক য়ু যোর সারভিস, মাই মেজব পপি। কমদৌই খোঙয়া উফুলশা? ওনখৎলকখোদনা? শিখ্রবনিনা ইনক্কারি কমিসনগী রিপোর্টদু মথন্তা থূপচিনজখ্র'নি।"

গেত্তা পাল্লিবা সেক্যুরিটি কেমেরাগী মমাঙদা লাঙলিবা মীয়ামদু টি ভি মোনিটব থাগৎলগা মীৎয়েং তাই। অশিবশিংদুগী ইমুং মনুংশিংনা কপ লাউবদু উরগা মিনুংশি পোকপীবগী মহূৎ করি খল্লুরবনো খঙদে মোমোন নোক্লম্বদগী শংগৎলগা হায়রকই, "মখোয়সিবু লোইনা বুদ্ধি শোইরোম্লজাৎলনে? লাঙলিবা মফমদো সি এমগী গেৎ নত্তে, চৎখ্রো হায় য়াদ্রো নখোয়বো ?"

মাগী অরোনবা করবারগী রিংখক্তদা পীবা অখন্নবা মোবাইলদুদা রিং তোন অমা লাকই। য়েংই। 'শামু' হায়না ইদুনা চোংথোরক্লিবদু উই।

" কৈদৌরে শামু ?"

"তামোগী খূৎ য়েৎ শামু, তাইগর ব্রান্দগী মফোল কেজি অহুমগা কোন্ননা

ঐখোয়গী কস্তদিদা লৈরে। পাউ হনবা ঙাইহাক্তা লেঙথোকপিরক্তবা য়াদ্রে, . . .।"

"মদো নখোয়গী য়েক্লবনি হায়রিবা লোইলম মপুগী ধারা নলাশিং লোইশিন্নবনে। লমদমসিগী ঈদা করিসু শোক্লোই।"

" এম এল এ অমসু ওইবিরগা করিগীনো মীতৈ চনুশিংগী তোঙশা আর্মি কেম্পদা সপ্লাই তৌবিরন্নিবো ? অকৃপ্পা মরোল খৃৎ য়েক্তগী লোইনা ফংজরে। মদুগীদমক অহকপা দন্দি ফংলোইদৌবগী মরম লৈব্রা ?"

লোন্না ইচং থৌনা খুমখি, "নখোয়না এম্পুসতা হাৎলিদু সিফাই পান্নাও শিংনাউ খবখক্তনিনে। এইদসনা মপুবোইবা হাৎখ্রবী লুখ্রাবী কয়া কেম্পদা থাজিন্দুনা লোন্না হাৎলিবা সিফাই মশীংসি নখোয খঙলবরো ? নুপীশিংদুগী ঈ তেস্ত তৌনীংব্রা? অদুনা, দণ্ডিগী মহূৎ মনা পীফম থোক্তবরা ? ব্রাফমসে লিক ওইবা যাদবা। শামুদো পোত্তুগা লোয়ননা খরা থুনা ইনাক্তা য়ৌহল্লকউ। পোত্তুগী সেক্যুবিতিগী নাইন এম এম দুদি নখোযগী ওইহৌরো। থল্লে।"

ফোন থমখ্রে। মপান্দা লাঙলিবদু মুন্না যেংলগা মপু নীংবা থোঙশঙ হূইজাউদু কৌশিল্লগা হাযখি, "নখোযবু ক্বাটরসিদা থারক্লিবসে গেত্তা শান্নরিবা লীলাসে দর্শন তৌনবগীবা ? যু গেৎ আউট।"

অশাউবা মমাযদু লযশিল্লকপদা টি ভি মোনিটরদা অমুক উরি তোম্বগী মমাদু ব্রান্থখিদুনা লব্রাইদা ঈশিং থানবিবদু। পেন্দদুনা লাউ খোংলিবশিংদু, মনাকোংদা ঈ হৈজিনখ্রবা হূইশিংদুনা চোংশিন চোংশিন চীক্লি . . .।

হকচাং তংখাই ওইবীদুনা শজিগুম্না তথক তথক্লা, " কবিনো, কেন্দ্রগী মীযামসিদা অসুক তমথিনা তৌবা হৌনব্রা ? নঙবু ভোৎ অমুক লেপ্পরোইদ্রা ?"

নোংশাদুনা মথম্মোইদু মাযথোঙনা খনজিল্লগা খুল্লকই, "হৌজিক মতমদা ভোটর অমগী মমলবু কযা যাম্লদনা ? খরা শিংবশিং লৈগে য়াদ্রসু ভোৎকী ভেলুদদি চপ মান্নবা শেন, থকপা চাবা অমদি অরেম্বা পাম্বা, অপঙ অশোক, লায়ব চদৎনবা ভোৎ বেঙ্ক য়াম্না লৈ ঐগী কেন্দ্রদা।"

"ঐখোযগীদমক্তা শিরসু শিজরগে হাযদুনা লৈজরবা ঐখোয়গী এক্তিভ ব্রাকবশিংদু হাৎতোকপিরিদুনা করি মরালগীনো ?"

"মরাল লৈত্রবদি মীসি হাৎপা য়াদ্রবরা ? মীনা কৎলবা ঙাশিংদু নঙনা অচৌবা ঙায়োক চফৃ অমদা য়োকইদনা। মদু নঙনা চানীংবা নুমিত্তা ফাদুনা হাৎলগা, থোংদুনা হেক হেক চায়। মদুদা ঙাদুগী মরালদুবু করিনো ? অপাম্বা মফম অমদি মতমদা শীজিন্নদনা ঐনা ঐগী ফার্মদা মচীঞ্জাক থাক্তুনা য়োক্লিশিংসিবু করিদা শীজিন্ননবনো ? দরকারবু ওইরবদি হাৎপদা করিসু কায়দে। মীনা ইকাই খুম্নহনগে হায়রবদি মপান্দনা ঈশিং, মনুংদনা ঈ থকপা হৈবা তাবা।"

তাং ৪/১/০৭

# ঈফূৎ মরু

যু ঙাওবগা নিশা শান্নদুনা নীংতম খোল্লাউ হেক হেক লাউবদুদা মখূত্তা আইন পূন্বা সূপ্পায পাযবা লৈকাইগী মৈবা পাযবীগী লৱাব কোর্ট, মযায কাবা নিশা থিংবা কাংবুগী অপাইবা হাই কোর্ট কযানা কযাবক ৱাবকখ্রবনি যুঙাওবোই অচৌ। পাউচেদা তবানিথোইবক শুবা ওইনসু শেংদোকখ্রবনি । ইহন হন্দবদুদা, নোংমা, শকখঙদবশিংনা মখোঙদা নোংমৈনা ৱাবক্লক্সবদগী শোইনাইদুনা থবক ইনখাং শূ নোন্বা ঙমখিদবনি । শূদ্রসু মতূ মচাশিং পীজদবদি যাদবনিনা ঙম্ম ঙম্নবা উপাই থিবকপদা মযূমদা নিশা ওইনা শীজিন্নবা গুলি মখল কযা লোন্না যোনবা অমুক হৌখি । কনশিনখ্রবা মকোক্তুগী অবোইবা লাযেং ওইনা, নুমিদাং অমা শকখঙদবশিংনা মযূমদগী ফাখ্রগা, নোংঙাল্লগা, মোর্গতিগী লৌনখিবনি ।

নিশাবোই কযা লোইশিনখ্রগসু ঈফূৎতি কংদে । মদুগী খূদম নাতম হাযববু পাউচেদা নুমিৎ খূদিংগী অদুক্লক শুবা শেংদোকচবা, অদু ফাবে, অদাদু চঙজবক্তদবনি, পাউমীশিংগী মাঙদা মৈ থাদোক্তুনা মাঙহনখে, . . . ।

মীযাম্নদি ফৎখিদ্রে হাযবিবা মপুবোইবদু লৈত্রবা মতমসিদা মপুবোইবগী দাযিত্ব মনুং থীৎনা খঙলকপগুম তৌই মেম্মা । তোযনা তোযনা মনম চৈ চাজববসু হুবাল্লুবনি খঙদে, নিকবনি খঙদে চবাদি নোংমতা হেলহনখিদে । মচাশিং লোইনা লাইবিক তমহল্লম্বনি । অদুবু হৌজিক্তি মিংজলশেন অমদি

লাইরিক লৈনীংঙাই লৈতবদগী মচাশিং লাইরিক তম্বা লোইনা তোক্লে ।

মতাংদগী চোংলকপা পাম্বীনিনা য়ূমফমদু নত্তনা লৌ ইংখোল অমদি অতৈ মাল চাং পুরা শুন্যনি । মতৈদুসু মাগুম্মা নোংমগী হাতেরোয়নিনা অরৈ লৈত য়েংশিল্লকপা ঙমদে। উপাই লৈমল্লক্তবদগী মেম্মা আশা মচা অমগা লোয়ননা মচাশিংদু পুদুনা মপামদা খোঙদারুরবনি । অদুবু মৌনা হল্লকপী নিংঙোলদা য়েংবা অথুম্বদি মানবা খারবা মহাওদুদা কপ্পা কপ্পা অমুক হল্লকখিবনি মপুবোইবগী য়ূমথক ক্বাক পৃথরবা চরূনা কৃল্লা শেগায়রবা খাংপোকসিদা । মচানিপা অহল্দুনা চহী তরামরি অদুগা অতোনবীদুনা চহী মঙারোম শুরে । ময়ায়দা নিপা অমগা নিপী অমগসু লৈরি । নোংমগী চরা ফংনবা হোৎনবদা মাগী পীক্লিবা মচাশিংদুগা লোয়ননা মীগী লৌ লিংবা, পেংবা, খাওবগী পুল্লপ পুল্লপ খূলং চৎলি । অঙাংশিংদুনা শূবদু নাতে চাদবনিনা মহাজনশিংনা পাম্লদে । অদুবু মেম্মনা হাযজদুনা নমশূ নমশূ শূবনি । লৌ শূদবা মতমদনা থরোই খূল্লগা যোনবা, খোংবান লুকপান ঈশিৎলগা ঙা ফাবা, মীগী খোংবান তৌবা, য়ূমফম থোনবগী লৈবাক হোনবা, ইংখোন শূবা, ব্বাই তৈবা, নলা শেংবা, ফি শূবা, কৈথেন্দা মযাম্মা হুন্দোক্লস্সা লীক্লি অমদি প্লাস্তিকী পোৎ চৈ খূল্লগা মহাজন লাক্লকান্দা যোনবা . . . । বেস্ট্রিকসন ওফ চাইল লেবরনা মাগী ইমুংদা চঙলকপা ঙমদে ।

থবক চীলহাউ থিদ্রবসু নুংতিগী শূনবা থবক ফংদবনা চবা হেনবনা মশীং যামশিল্লক্লে । নোংজুথাসিদা নুমিৎ নীনি চরা হেনজিল্লক্লবদুদা নহানঙৈ লোৎশিন্দুনা থল্লক্লবা লুপা তরা চৎপীদু লৌথোক্লগা দুকান্দা চৎখ্রে ।

শঙ্গোলগুল্লবা ময়ুমদুদা হল্লক্লে । মচাশিংদু পুল্লপ কৌশিল্লগা হায়রকই, "ইচাশা, তীল হীদাক্তি লুপা নিফুদগী তাবা অমতসু য়াওরমদদুনা লুপা তরাদুনা ফংবা উচি হীদাক পেকেট অনীসি লৈবকপনি । হূই হৌদোঙফাওবা অসুম্না হিংদে । সুম্মাইনা হিংদৌ শকুক হূসি চারগা ইমাইচা পূন্না শিমিন্নরসি । "

চরী তৎলবা মচাশিংদুনা "ঐ হান্না চারগে, ঐ হান্না চারগে " হায়দুনা মুন্নখৎলকই । হায়নরক্লিবদু য়াইমদুদি জ্ঞান তানা হায়রপনি । অহুমশুবীদুনা হাযবক্লিদুনা মবুংদুনা হায় হায়দুনা হায়রকপনি অদুগা অতোনবীদুদি মমানা মখোযগীদমক লৈবিরকপা অচাপোৎনি হায়দুনা হায়রকপনি ।

মেম্মনা খল্লকই, "হাই, খজিক্তুংসিনা ঐখোয় মঙামক শিবদি ঙল্লোই । কনাবু শিহল্লগা কনাবুনা হিংহৌগনি ?"

ব্বাখল খল্লিঙৈ, মুন্নবদুদা হাংদোক্লবা হূদু লোইনা হৈদোকখ্রে । শাউনীংমনখ্রদুনা মখা চীক্লগা মচাশিংদু ফৃথরকপদা ঙসাইমখৈ মচি অমদা তুমিন্না লেপ্পুনা কুম্মৈ য়েংলল্লিবা জ্ঞান খরা তারবা মচানিপা অহন্দুনা মমাগী মখূত্তু ফাদুনা খাল্লে । অদুদগীদি মমা মচাশিংদু পুল্লপ কোনশিন্নরগা পেন্না কপমিন্নখ্রে ।

মচানিপা অহন্দুনা মনা তৎপা অমুবা তেক্সিদুদগী তেংগোৎ অমনা ঈশিং খরা কন্দুনা থকচিল্লগা থংনবা মনাওনিপাদু মখূৎ পায়দুনা চিংলগা চৎমিন্নখ্রে ।

নুংথিল পোবোপ্লি । অব্রাং লৈকাইগী লম্বী মপান্দা ফম্বা লৈকাই দুকান্দু মচীন মনাও অনীদুনা মীরক তাল্লক য়েংলগা ফক্লাং হোগায়দুনা চঙলগা মনুংদা লৈরম্বা অচা অথকশিংদু চাথোক্লে । মবুক খরা থল্লকপগীদুদা ময়ূমদা চরা হেল্লগা লৈহৌরিবী মমা অমদি মচন্নিপী অনীদু নীংশিংলক্তুনা মখা তনা চাবা ঙমলক্ত্রে। অফংবা খাউ অমদা অচা অথক্তু খরা হাপ্লগা থোরকপদা অউবা খরনা ফারে ।

অচঙ অচঙ হায়নরকই,

"মরমচৎ ফত্তবদগী মপাদুসু হাৎখ্রে । মচা অনীসিসু নীংথাদা খঙই হায়দুনা তৌথোরক্লিসিনি ।"

" পীক্লিঁঙেদা হাত্তোকহৌরসে । নৎত্রগদি মখোয়সিনা খরা চাউরক্লগা সমাজসিদা থোকহল্লক্কদবা পোল্লুসনগী চাংদু খল্লুবদা অকিবগী মশক্লি ।"

কয়াদি থীনা ফূবিরে অঙাং অনীদো ।

লায়েংদবদি য়াদবনিনা হোসপিতালদা পুখৎলে । ডাক্তরনা থৌশাদবদগী চাবোকপী অমা শিখিবনি হায়দুনা বন্দ তৌদুনা কন্না লৈবাক ঈরাং হৌবা মতম থোকউবা অমদি সিনেমা হোল অমা নীংখায়বদগী পুখৎলকপা অশোকপশিংদু ফমুং য়াম্না দরকার ওইবা মতম্লি । হীদাক লৈনবা শেল লৈতদুনা লৈদ্রবদা ডাক্তর অমদি নর্সনা "মফমসিদদি ডাক্তরনা ইরিবা হীদাক লাংথক্তু নশানা লৈরগা কাপ্পা, পীজবা তৌদুনা লায়েংবনি । খুল্লক্কী মাইবদৌনা মন্ত্র শোল্লগা অনাবা ফহনবা য়াদবনিন, চৎপিখ্রো, ফত্ত নুংদা থোক্লগা ঐখোয়না নীংথিনা লায়েংবিদদুনা তৌরিবনি হায়দুনা তাইনরক্কনি" হায়দুনা ব্রাহৈশিংসিগা লোয়নবা ব্যবহারদুমক থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা ব্রার্দতগী তাস্থোরক্লে ।

ফৎসু ফৎত্রিবা অনাবদু হনখিদৌরে তাদুনা হান্না হীদাক শোৎহল্লম্বা, হৌজিক্না শেল পীনি হায়বা থাজরক্ত্রদুনা মখা তানা হীদাক পীদ্রবা ফার্মাসিগী মীওই অমা লাক্তুনা, শোৎখিবা হীদাক খরদুগী মমল পীরমদনা হনখিবা য়ারোই হায়দুনা হোসপিতালগী ভেরন্দাহদা ফাদুনা থম্লে । ফনা কন্না ঙাঙনৈ, অদুবু শেন পীনিংঙাই লৈতবনিনা য়ানবা লৈখিদ্রে । মমায়দু ঙাংশঙ ঙাঙশিল্লগা মরেং মরেং চৎখৎলক্লে । অকায়বা মথম্মোইদু মমিত্তগী মহী ওইনা চেস্থোরক্লে ।

নোংদম্বনা নৈহৎপিরবা মরাইবক্তুদা তাইনবা য়াবা তাইনরুরবা তুংদা মেম্মনা ফার্মাসিগী নহাদুদা লোম্না হায়রকই, "ইবুংঙো, ঈ লৌগে হায়বা মীককা লৈগদ্রা? ইশাদা চেল্লিবা ঈসে খরা য়োল্লগা হীদাক্কী শেন্নশোত্তো শিংলগে । নঙ মী অমতা থিবিরকপা য়ারোইদ্রা ?"

"কদাইদৈনোদা" হায়রগা য়াম্না হাক্কচবগী মঙংদা মমায়দু লৈথোকপ্পগা

মখা তারকই, " শরূদা পল্লিবা ইতৈমগী মতোং খরদু চু শুম্নবা কোল্লুদা থাজিক দুনা শুম্বদা ঈ পল্লা অমবু থোক্কদ্রনে ? মীনা হায়নৈ হায়দুনসু পঙহায় হায়নুনে। নশাগী ফিভম খরা খরা য়েংলগা হায়যুনে ।"

ইকাইফমদা হঞ্জিন হঞ্জিন নাম্বুরবীদুনা মুন্না খল্লুরগা অমুক, "মীৎতি ?"

"মদুগী মমলদি ইতৈমনা হয়েং শিরবা তুংদা . . . ।"

মমায়দু লয়থোক্লগা লূকথদুনা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎঙৈ খল্লুরবা তুংদা খঙলৈ লয়শিল্লক্লগা, "ফরে । ইবুংঙো ঐ কিদনি নাম্মা . . . ।"

নহাদুনা মমায়দু হাইরপ হাউহল্লগা, "হোয মদুদি ওইথোকপসু মযাই । অদুদা, থবক্তু পাঙথোক্লনবগীদমক ইতৈমগী হকচাংদু মতম খবদি নোয় পেলহন্নবা ফজনা চা থকপা তাই । মসিদা লুরিবদি ঐগী শেন খরদুগীদমক অদুক চাউখ্রবা থবক্তুবু কমাইনা পাঙথোক্তৌরিনো ?"

মনাক্তুদা ঙসাইদগী হঙ্গৎ হন্দা চৎলিবা শানানবা মীযাই চল্লবা নিপা অমনা তপ্পা লযশিল্লক্লগা মথম্মোইদু হাংদোক্লদুগা হায়রকই, "ঐ করিগুম্বা অমতা হায়জগে । ৱাবীসি ঙসাইদগী তাবকপনি । ঐ তাবা ঙমশিল্লক্কে । ঐবু লান্না লৌবিগনু । মতেং খজিক্তা পাংজগে হায়ববু . . . ?"

মীদি লায়বদনা তীন কাঙ ফাওবগী মতেঙ ফংলক্রবী মেম্মদু হাযরক্লিবদু মঙোন্দবা নৎত্রগা কনাদনো হাযদুনা যেংলুবদা মনাক্তুদা কনাসু লৈবমদ্রে ।

নিপাদুনা নহাদুদা হংখি, " ইবুংঙো, ইবুংঙোগী হীদাক্কী শেনফমদুবু কযা ওইববনো ? "

"তামো, যামদে । লুপা লীশীং অহুমগা চত্রেৎ য়াঙ্খ্রেদনি ।"

নিপাদুনা ফূরিৎখাউদগী র্পস লৌথোক্লগা শেন খবা পীববদা র্ফমাসিগী নহাদু খন্নাংচাক্লা থম্নাথক্তা চোংদুনা চৎপগুম চৎখ্রে ।

মেম্মনা মঙফাওনদ্রিঙৈ নিপাদুনা যকাযশিল্লকই, " ইবেম্মা, ব্রহ্মামক্লা ফংঙমদ্রিবা মীওইপোক্লি । ঐ হাযনগে । মীবু নারগা লাযেংদবা যাববো ?"

লৈবাক্লৈগী লৈনাদগী শকুক চাম্মা হেন্না থোখববা মথম্মোইদু পীশূম অনীগী কাবক্তা হাইরপ উৎলগা, " অদুদা . . . ।"

"ঐ লৈরি । পূম্নমক ঐনা লোইনা তৌনি । ঐগী হাযববু কাউবিদবা ।"

মেম্মা, মশানা মশাদু পূম্না অমুক্তং য়েংজরগা, "ঐঙোন্দবু . . . ?"

নিপাদুগী শাত্তোক্লবা মথম্মোইগী লৈনমদু লোৎপা যাদনা মাযথোঙদুদা ফাওরকই । খুদোলদু মেম্মনা মথম্মোই লাওনা হাংদোক্লগা মাগী মথম্মোইদুদা অমত্তা লেমদনা হৈজিঞ্জরগা, " ইচা অনীসিগী মথ্বায়বু কনবিনি হাযরদি ঐ লোইনা য়ারে . . . ।"

ৱাহৈ অনী মরীদা মেম্মগী থম্মোই মশক খঙখ্রবা নিপাদুনা অঙাংগী

মনাক্তা চঙশিল্লগা, "ইবেম্মা, অনাবা অঙাং অনীসি অমুক্তা পুশিন্নবা তৌসি " হায়রগা মখোয় অনী চঙদুনা অঙাং অনীদু পুশিনখ্রে ।

নিপাদুনা হায়নদুনা হান্নগী ফমুংদুমক্তদা থমদুনা লায়েংবা অমুক হৌরে।

ফদুনা ময়ূমদা হল্লক্লবদা মচানিপা অহন্দুনা শেন তানবা চৎলগে হায়না কন্না তকশিল্লক্লবদা চৎমিন্নগদৌরিবা মীওইশিংদু লোন্না থিজিল্লুবদা লালহৌবা শারগা শেল খায়বা কাংবু ওইরল্লে । অঙাং ওইমনবদুদা, দশা খূদিংমক পঙলিবা মচাদা তারক্কনি হায়দুনা মতম খরগী ওইনা মেম্মনা থিংলে ।

মমা মচা তক্করিঙৈ, নোংমা, মখোয়বু কনখিখিবা ঈশ্বরগী দুটতু ফুৎ ফাওরক্লে । মহাক্কী মমিং থাজঙানবা কৌই হায় । থাজঙানবনা শেল পীরগা অঙাং মরিদুগী চানবা চেঙ হব্রাই, থাউ থুম লৈবিরল্লগা মখোয়নী চৎখ্রে ।

মেম্মা মোরে, গুব্রাহাটিদগী হেল্লদুনা কোলকতা, দিল্লিনচিংবা মফম কয়াদা কোয়চৎ চত্তুনা থাজঙানবগী করবারদা মতেং পাংলে । খূৎশূমল মতীক চানা অদুম ফংলে । মচু মমেন থোরক্লে । মচাশিং মীগী থবক শূবা চৎহনদ্রে, অমুক লাইরিক তম্বা থানবা খল্লক্লে ।

নুমিদাং অমা, মেম্মনা ময়ূমদা হল্লকপদা থোঙান্দা লাঞ্জারম্বা মশক খঙদনা নহা খরনা নোংমৈ চীন্দোন্দা ফাখ্রে ।

অহিংনি । চীংয়াগী লৌশঙ অমদা সিফাইগী ফিজোল শেৎপা, সিফাইরা সিফাই শাবশিংলা খঙদে, নোংমৈ পায়বা ফনা য়াম্না লৈরম্মী ।

মেম্মবু ফারক্লিবা নহাশিংদুগী মরক্তগী অমনা, "পোৎকা কোন্ননা ফারকপনি । কেজি অনীরোম ওইগনি । ঙসাই মোবাইলদা হায়জখিবদুনি ।"

কোক্লেন ওইরমাল্লে, চংলক্লগা হংলকই, "নঙলা মেম্মা হায়রিসে ?"

মেম্মা খুমদে । তুমিন্না অদুম লৈ । মখা তাশিল্লকই, "ঐখোয়না য়াদ্রে, হায়দুনা থিংখ্রবা নম্বর ফোরগী করবারসি নৎত্রবদি করবার অমত্তা লৈত্রবরো ?"

মেম্মা মথৌনা ফূদোক্লকই, "ঐসূ খঙডে । অমাংবনি খঙনা খঙনা নেৎনীংবা কনা লৈবগে ? হিংনবা লম্বী লৈমল্লক্ত্রবদুদা . . . । ইচাশিংগী মবুক মশুংলাংগীদমক্তনি ।"

"নঙোন্দা ব্রানিং তৌখ্রিসি কয়ারক শুরে ?"

"নখোয়না পীরকখিবা ব্রার্নিং মরিমক্তা লায়রবী লুখ্রাবী ইমা'চাশিংগী পূকচাক্তি লায়রদনা লম্বীফাও তাক্লক্তে । সোসিএল সাইন্টিষ্ট শাদুনা থিংবদমক হৈগনো, হিংনবা লম্বী তাকপসু হৈবিয়ু । ফিদ বেক মেকানিজম ওইহল্লু । জঙ্গল কতিং তৌরগা চৎকে । চাদনা হিংবা হৈতে ঐখোয় ।"

ঙাইহাক অব্রায় অখুম্নরবা তুংদা কোক্লেন্দুনা লয়খায়রগা, " হাই কোক্রুং, নুপীসিগী থোপ্পুনা লৈমায়দা ইচাই চাইনা নপ্পদো ইমীৎসিদা উহল্লু ।"

নোংমৈনা চাউবা অমা চঙশিল্লক্লগা চাপ থারবা মাগী নোংমৈদু মেম্মগী মকোক্তুদা হেক নল্লকপদা মখাঙ তেক্লবী লিলগুম্না মশোং ফনগৎলগা কাম্না হৌরকই, " হাৎলু । কনবিয়ু হায়না নখোয়দা হায়জগদবা মেম্মদি নত্তে । নখোয়না লম হেল্লি হায়দুনা মখোঙদা কাপ্তুনা শোইনাইহল্লবদা ইপুরোইবদুনা মতূ মচা থাক্লবগীদমক্তা করম্না শক্লোন লৌরকখি ? মদুগীদমক নখোয়না মাবু কাপ্তুনা হাৎখ্রবদা ইচাশিং মবুক থাকপা ঙম্লবা হোৎনবদা ঐনা করবার অসি তৌরকপা নৎত্রা ? মসিগীদমক হৌজিক নখোয়না ঐবু অমুক হাৎখ্রবগী তুংদা ইচাশিংদুনা সমাজসিদা অমুক থোকহল্লকদবা নিউক্লিয়র বোমগী রেদিয়েসন দগীসু হেল্লগদবা পোল্লুসনদু নখোয় খঙলবরা ? কল্ল কল্ল চোংখৎপা রাবনগী মকোক অহুম মরি কল্লগা র‍্যবন শিরদ্রা ? হৌজিক সমাজসিদা মপুরোইবা কায়নরবী ঐগুম্বী অমদি মপা মমা লৈত্রবা অঙাং কয়াম লৈ নখোয় খঙলবরা ? মখোয়দুনা হিংনবা হোৎনরকপদা সমাজসিদা করি চৈথেং পীরি খঙদ্রিবা করিগীনো ? মেনবসু ঙল্লোইদবা ইফূৎ মতোন্দা মেন্দুনা শান্নদৌ শরুক ঈফূৎকী ঈহৌরকফম মরুদু থিরগা মেন্নবদি করিগী হোৎনদ্রি ?"

কোক্লেন্দু মরু লুকথদুনা ঙাইহাক খল্লবা তুংদা ইঙ্গিৎ অমা তৌরগা হেরোইন নম্বর ফোরদু লোইনা চাইখাইরল্লগা ময়ামদু মরী মরী চৎনখ্রে। মদুবু উবদা মেম্মনা তান্নদুনা মথম্মোইদগী ঈ ফ্রী ফ্রী কাপশিল্লগা লাউরকই, "কদাইদনো চৎলিবা ? হো, সোসিএল সাইন্তিসশিং, ঈফূৎ মরু থিবরো ? ঐদি মহীক্লে। ঐবু হাৎলমদনা নখোয় চৎখিবা য়ারোই। সমাজসি কন্নবা ঐবু কাপ্লখো, ঐবু হাৎলখো . . . ।"

খাম্লুবা ঙমদনা তাশিন্নদনা অদুম চৎখ্রে ময়ামদো মরী মরী ।

ডাকু অমনা মী অমা অনী হাৎপা য়াই,
ডাক্তর অমনা শোয়বদা মীওই মরি মঙা হাৎপা য়াই,
ইঞ্জিন্নিয়ার অমনা শোয়বদা মী চামঙা চাত্রুক হাৎপা য়াই ;
রাজনিতিৱালা অমনা শোয়বদা লৈবাক অমা লৈখা তাখিবা য়াই,
সোসিএল সাইন্টিষ্ট অমনা শোয়বদা করি ওইরকপা য়াই ?

তাং ০৭/০৭/০৭

# বন্ধান থল্লম্বা বোম

“বোম অমতা বন্ধান থমজগে ।”

ব্রাহৈসিমক্না মাঙ থারগা খুনসিগী য়ুমথোঙ শীৎলুরবনি অদুবু লৌহৌগে হাযবা মী অমতা চোংথোরক্লিসিবু খুনসিদা শেন পায়বা মী অমতা লৈত্রবজাৎলা ? চৎপা যাবা চৎলুববা তুংদা, হৌজিক্না শেন্দোই অমুবগীদা য়ৌরক্লে ।

চন্দন পাক্না থিল্লগা ফম্মেন্দা ফমদুনা, চন্দন উপুদৌনা খিল্লিবা উপু পাক্সিদুগী মথক্তা বয অমদা শেন্দোইগী হীসাব শূরি শেন্দোই অমুবা । মিং থাবা চে মচেৎ অমগা সনা অমা, অনী নৎত্রগা অহুম যাওবা চেরং খাউ মচা মচাশিংদু দ্রব্বার অমদা খাঙে যৌনা য়াওরি । অদুগা অতোপ্পা দ্রব্বারদুদনা শেন মপুন খরা লৈবা উই । নৌনা লাকপা মীগী খোঞ্জেলদু তাদুনা খূদোম্বীদুনা আনোক্তু খরা চিংথরগা য়েংখৎলকপদা ইনাউ চুরি তাফমদগী মাঙ্গোলদা কাখৎলল্লি । ইনাউ মাগী লৌ শরুক্তু য়োম্লেক্লগা গাড়ী মচা তেংবা খুনসিগী অহানবা পাখৎনি ।

“ইনাউ, নঙগী ফাগিসিননে । অদুদি, শেন্দোইদি নোংমৈ মরূ ওইনা কাবকপা তারেনে ” নোকমি নোকমি শেন্দোই অমুবনা খুম্লকপনি । অদুগা মখা তাশিল্লকই, “কযানো ইচানা চিল্লিবো ? ”

“লুপা লীশীং তরাদনি খুরা । কুইরোই । গাড়ী শেমগে ।”

মখূৎ ওযনা পায়রম্বা সনাদু সনাগী দ্রব্বাবদু চিংথোক্লগা হাপচিনখি । অদুগা শেল হাপ্পা দ্রব্বারদু অমুক চিংথোরক্লগা শেল খরা থীরগা ইনাউদা,

" সে, সে । মহৌশাদৌনা থা হেক ফাবগা মথোইদুদি হেক হেক পীরকউকো । অদো ইবো, সনাদি মুহোর অনীদগী তাবদি য়ারোইকো । "

ইনাউ, পীরক্লিবা শেন্দু মখূৎ নাম্মনা লৌশিল্লগা, "মুহোর অনীদা নত্তেদা খুরা, ঐগীসি মচেৎ মরাং ফক্তোকপককা য়াদবা মপূম্নিনা পূন্না অদুম থম্জরম্বা তারে " হায়রগা ওভরকোটকী চাউরবা ফূরিংখাউদুদগী হেন্দ গ্রেনেদ অমা লৌথোরক্লগা শেন্দোই অমুবদা পী ।

পীরক্লিবদু লৌরগা মখূম হাংদোক্লবা হোৎনৈ অমুবা । " সন কয়াগীনো ? লীক্লো নৎত্রগা লৈরা ? লূম-লূম লাউবা য়োৎকী বোল মচাসিদা ওস্থোক্লা চেক্শিন্না থল্লেদা । ঐদি মখুম হাংববু হৈত্রেনে । সিদা পায়রগা কন্না চিংগদবরা " হায়রগা শৎনবা পাল্লিবা বোমগী পিন্দুদা পায়রগা ঙম্নবা চিংগে তৌই ।

"ইহে, খুরা শোয়রে শোয়রে " হায়না খোন্সিদা অফিং অফাই ওইনা লাউরগা চুরি তাফমদা ফৈনা ওস্থখি ইনাউ ।

শেন্দোই অমুবনা ফুক হৌগৎলক্লগা মন্যাক্তা চঙশিল্লগা পূমঙক ঙক্লা হংলৈ, " করিনো নঙনা তৌরিদুবো ? অহৌবকাক লৈব্রো নঙবো ?"

ইনাউনা মকোক্তু হাইরপতং থিনগৎলক্লগা ইপা পাখৎনা, " খুবা পাযরিবা পোত্তো অমুক্তা থম্বীখো । নৎত্রদি ইপাইচা পুল্লপ চাইমিন্নবা তাব্রে ।"

অমুবা, পাযরিবা বোমদু মাগী উপু মথক্তুদা তপ্না থম্মি ।

"খুরা । বোম পোখায়বদা মী অদুক শিরে, অদা শোক্লে হাযদুনা বেদিওদা করিদা হেক হেক লাউথোকপদু তাবিকো ?"

"অদুবুদি তায়নে । অদো কৈদৌরবা অতো ?"

ইনাউনা বোমদুদা খূদোম্বী থিল্লগা, "অদুগুম্বা বোমদুনে মদো ।"

"হাঃ! " খংপ্রেক খংনা উপু মনাক্তুদগী চোংথোবকই অমুবা ।

ইনাউনা মখা তারকই, "খুরানা হৌজিক চিংগে তৌবা চিংফম অমা যাওবিবদু চিংলুরগা হেক থাদোকখিবদা ইপাইচাদা নত্তনা খুরাগী শেন্দোই অমদি সনা হাপ্পিবা উপুদুদি লায়রদনা য়ূমসিফাও পূমচাই । অদুদগী মৈনা অমুক চাক্তৌরিবা । অদুননি ঐনা চুরি তাফমদা পাকথজরিবদু ।"

শাউনা, "অদুদি, নঙদি মসে ঐঙোন্দা কৈদৌবগী পীশিল্লক্লিবা ? ঐদি মনুংদা সনা য়াওরমগনি হায়দুনা হাংবা ঙম্নবা হোৎনরগা ? হরে কৃষ্ণ, হবে কৃষ্ণ " শোল্লগা অতাঙবা লন্নাইদু পায়রগা মকোক ঙাওমনখিদুনা তপ্না ফমথখি ।

" খুরাদবু ঐনা মীনম্বরো ? ঐদি হান্না হায়জরিবদুনি। খুরাগী বল্কান লৌবা সনা মরক্তুদা অদুম থম্বীয়ু । পিন্দুবু শৎলুদ্রবদি শূকপোক পোকখায়রক্লেই । ঐ চৎলগে " হায়রগা ইনাউ হৌগৎলকই । মকোক ঙাওবদু ফরব্রা ফত্রিবরা খঙদে, অমুবা ফুক হৌগৎলগা চেনশিন্দুনা ইনাউগী মখূদাং তাপ পায়বগা থৌনা ফন

হায়রকই, "নঙ চৎপা য়াখিরোই । ঐনা হৌজিক পীখিবা শেন্দু পীবকউ। নঙগী বোমসে য়াম্না থুনা পুজখো ।"

পায়রক্লিবা মখূত্তু ফৎ কম্ব্লোক্লগা মানদুম হেন্না শাউজিল্লদুনা, "তৌনু অহল । ঐ নঙগী শেলসি হাৎকে হায়বা নত্তে । নংনদবগী তৌবনি । ঐসু শেনসিগী মতীক চাবা মান থম্মীদনা ।"

"মতীক চাবা মান !" হায়রগা মমীত্তু শংতোক্কুনা মমায়দুদগী ইম্ব্লোক্লগা ইনাউদা চাদৌ'খৈ য়েংই অমুবা ।

অহলদুনা চঙক্লবিঙৈ "সিবু কৈদৌগে ?" হায়রগা বোমদু সনা হাপ্পা দ্রব্বারদুদা হাপচিনবিরগা, " খুরানা পায়বা নুংঙাইত্রবসু ঐ থাংজিনবিরম্লগে " হায়বগা উপুদু ইমুংদা থাংজিনবিরম্লগা মমায়দু কয়া হাউতনা অমুক থোবকই ।

শাউনা, "ইনাউ, নঙগী পোৎসে পুখো । ঐগী শেনফমদু থম্লমদবা শূকয়া যারোইনে। নৎত্রদি, ঐদি সিফাইদা তাকথোকতৌরিনি ।"

"মদুদু দশা তাদৌরিসিবু কনানো ? তাক্কে তাকচৌদনা " হায়বম্লগা মৈবা হৌঙৈ শাউরগা চৎখ্রে ইনাউ খাম্লুবা ঙম্‌দনা ।

অহলদু তৌফম খঙদনা চপ লেপ্লগা অদুম লৈহৌরে । খলহৌই, "পুলিসতা, আর্মিদা তাক্লুবদা ঐঙোন্দা দশা তারোইদ্রা ? সুম লৈহল্লগনা কমদৌবা ? অদুদা য়াম্না লুরিবদি বোমসি শৎ হেক পোকখাযরক্লবদি ? নৎত্রগা আর্মিনা থিরক্লবদি ? . . . লংকাদা য়োং চঙলেদনা সিদি !"

খনঙৈ খম্লুবগা ইমুংদুদা মতূ মচাশিং লৈহনবা কিরক্লদুনা মাগী নুপীদু মখম ইবৈ লৈতনা খৎনবা হৌরগা মপামদা চৎহনখ্রে । মচানুপী লৈশাবী অনীদুসু ফূবগা মতুং ইন্নহনখ্রে । মথন্তা ঙায়হৌরে ।

তাঞ্জাদুদা অব্বাং লৈকাইগী মণিতোম্বীদু মানা থম্লম্বা নানম্বীদু হল্লগে হাযদুনা লাকই । অমুবনা খল্লি "বোমদুনা লৈরিবদু সনা মরক্তুদনিকো ! সনা লৌথোকপদুদা মাগী পিন হায়বদুদা থেংলুরবদি ?"

ঙাইহাক হুমাং তানা খল্লুরগা, "পিন্দু শৎলুদ্রগদি কৈসু তৌরোই হাযবম্মীকো" হায়দুনা কিনা কিনা চঙলগা দ্রব্বারদু তপ্পা হাংলুই । সনাগী ময়োম মচা মচা মরক্তুদা বোমদু চাউথ্রোক চাউনা তাদুনা লৈবদু উরকপদা মশাদু হুমাং অনপ্পী কারকই । তপ্পা দ্রব্বারদু অমুক ইনশিল্লম্লগা ইমুংদগী থোরক্লে । "ইবেম্মা, ঙসিদি শোদো অঙাংশিংনা পুরগা ইম্ফাল চৎথোকখ্রে । হয়েং ওইনা লাকও, শাউরনু " হায়রগা থাদোকখ্রে ।

চাকখুমদগী চফূ উইয়ান লৌথোক্লুরগা চাক্তু ইংখোল মতোন্দা থোংই । অদুবু চাবা য়াদে । তূম্বসু চৰ ইকু মখোঙদুদা তূম্লে । খল্লি ম্বঙোন্দা তৌরক্লিবসি মানা শেন্দোই চাবদুদা নুংশিদদুনা তৌগে মতাগুম তৌরক্লিবজাৎলা ?

ময়ূমদা লৈবা য়ারক্তুদুনা নোংঙানবগা ইনাউগী ময়ূমদা ইনাউ থিবা চৎলুই অদুবু ইনাউদি গাড়ী শেম্বা চৎখ্রে হায়দুনা উনরক্ত্রে ।

লৈকাইগী নহাশিংদা বোমগী মরমদা জাৎ জাৎ হংদুনা খঙনবা হোৎনৈ। অদুবু ব্বারীশিং তারুরগা মাগীদা লৈরিবা বোমদু কন্ট্রোল তৌবা ঙম্লকপদি লায়রদনা হেন্না হেন্নদুম কিখৎলক্লে ।

বন্ধান হনবিনবা ইনাউগী ময়ূমদা অয়ুক্কী, নুংথিলগী, নুমিদাংগী হঞ্জিন হঞ্জিন হাজির কারবসু ইনাউ উনবা শূকফম মফংলক্তুবদুদা ইনাউ মপাদা ব্বারী পূম্বদু লোইনা তম্লগা মখা তাশিল্লুই, "ইনাউদুবু নহারোল য়াওরবরা ?"

ব্বারী পূম্বা খঙলবদা ইনাউগী মপানা হায়রকই, " তামু, ঐগী অঙাংদুনা লৈত লৈত পলসর হায়ব্রা করিনো গাড়ী অমা হন্দক্তা লৈদনা। মদু মখা লৈকাইগী পোৎশংবম তোম্বীগী য়ূমদা মকোন শাদুনা লৈরিবা নহারোলশিংদুনা হেক হেক পুবনি । নহান্দি নহা অমনা পুরুবদা শুজিল্লক্লে হায়দুনা পুরক্লে । অদুদগী মরীল খাবা ইচানুপাদুনা গাড়ী শিংলমদনা চৎখিবা য়ারোই হায়দুনা ফাজিল্লগা নুমিৎ নীনি য়ূমসিদা থম্লে । মখোয়গী পার্টিগী মী কৌরগা শেল পুহল্লকউ হায়রসু মরন্নাই কোয়বা চৎপদা এক্সিদেন্ট থোক্লুবনিনা য়ারক্লোই হায় । মদুদা, অদুম ফারগা থম্বদা মাগীদি ফনদুম খুদোংচাবা ফংবগুম থোক্লবদুদা নচাদুনা নহারোলদুদগী বোমদু মুলহৌরগা 'শেন পুরগা মসি লৌরুলাউ ' হায়দুনা থাদোকখিবনি । মদুগী নহারোলদু সূক্লাক লাক্তবদুদা মা থিবনি ইনাউনা য়ূমদা ঙাইহাক্তা লৈত্রিবসে ।"

"মীনা সনা হনবা লাক্লগা বোম মরক্তুদগী ওৎলগা কমদৌনা মীগী সনা খন্দোক্তৌরিনো খনবদা, মীনা সনা হনবা লাক্কনি কিবদগী ঐসু লোৎপদা লোৎপদা লোৎফম লৈশিল্লক্ত্রে । নঙগী নচানুপানা তৌরিসে চুমদেকো অতো ।"

"অদুবু ঙরাংদি হায়রিবা নহারোলদুগী . . . ।"

ব্বারী শান্নরিবদু লোইফাৎত্রিঙৈদা থাপ্লপ্না গাড়ী মখোল অমা তারকপদুদা শেন্দোই অমুবা ইথক থকৎনা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, " অতো, ঐ ফম্বা য়াদ্রে । তারক্লিবা গাড়ী মখোলসে সিফাইগী ওইরম্লদি ঐ সিফাইনা থীৎপদা লোইরনি । ইশেনসু, মীগী সনাশিংদুসু পুল্লপ মাঙদৌরিনি । ঐ চৎলগে । ঐগী উপুদু কদাইদনো অমতা লোৎলুখিগে ।"

শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা ময়ূম য়ৌনবা চেল্লক্লে । উপুদু তাপ পায়রগা মনীংথোঙলোমদা চেনগে হৌরকপদা দ্রব্বার মনুংদুদা বোমদুনা চাউনোম নোম্লে হায়বদু খঙলক্লে । "নোম্বসিদা বোমসি ফৎ পোখায়রক্লবদি ?"

কিমনখ্রদুনা উপুদু লময়ায়দুদা তপ্না থম্মী । উপুদু চঙলকপা মীনা করিগুম্বা উখ্রবদি হায়দুনা কোয়চেন চেন্দুনা মনীংথোঙ অমদি মমাঙথোঙশিংদু লোনশিল্লি ।

তপ্পা অমুক চঙশিল্লক্লগা উপুদু তপ্পা পায়রগা তপ্পা নীকই । বোমদু মনুংদুদা গ্রোঙ গ্রোঙ চেল্লি হায়বা খঙই । মখুত্তু খংথা থাদোকই । মরায়বক্তুদা খুৎতুম্না মথন্তা শুজিঞ্জরগা জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু কৌদুনা মপি তানা তেংথারকই ।

"কাক কাক । কাক কাক । . . ." থোঙদা থীল্লকপনি ।

"অসঃ! ঐ ঙসি লোইরেদনা !" মবুংঙোগী নামককাদু খংকাউ কাউখি ।

"থোঙসে অমুক্তা হাংদোকপিয়ো ।" মপান্দগী লাউরকপনি ।

কমান্দোরা! সিফাইরা নৎত্রগা পুলিসরা ?

খোঞ্জেলদু হান্ননা তাখিগুমদি তৌরে । অদুবু, কিমনবদগী নিক্লিবা মক্লাপ্তু তিংনা হৌগৎপা ঙমদে । হুমাং পীৎ পীৎ কানা ফক্লাংদুদা ঙারগা খাঙই।

"ইমুংসিবু মী অমত্তা লৈতবরো ?"

মখোল নীক্লা হাযখি, " লৈদি লৈ । অদো হৌগৎপা ঙমদ্রবা ।"

"হায়রিসিবু কৈদৌরগে ?"

" আ . . . আ, দাইরিয়া . . . ।"

"অদু ওইরদি হোসপিতালদা খরা থুনা চৎনবা তৌসে । থোঙসে হাংও। ঐ খঙদ্রবরো খুরা ? ঐ ইনাউনে ।"

"ইনাউ ! পাপীগী মচা ইনাউ ! নঙদদি নোরোক্তা ১০৮ লক তারোকো!" হায়না শাপ তৌই অদুবু খোঞ্জেল ওইনদি মচীনবান্দগী থোক্লক্তে ।

মথৌনাদু খংলাক লাক্কুনা ফুক হৌগৎলগা থোঙদু হাংদোকই । অদুগা দির্ঘ ফৃকঙৈ শাউনা হাযরকই, " হাই পাপী । ঐগী শেন্দু পীরমদ্রসু নঙগী নরনসি হৌজিকমক পুজখো । ঐ নঙোন্দগী শেন্দোইকাক অমত্তা পামদ্রে ।"

নোকমি নোকমি তৌরগা ইনাউনা হায়রকই, "খুরা অমুক্তা শাউবিখিনু । খুরাদগী পুখিবা শেন্দুনা, মখোযনা শুগাইরকপা গাডীদু শেল্লগা মহাশৈতাদা ফংনবা থিরি । গাডী থাউ হাপনীংঙাই লৈরক্তদুনা ঐখোয় হুইদুফাও য়োল্লে ঐ । পোত্তু পুরক্ত্রিঙৈ মখোয়গী মরক্তসু চঙলকপা য়ারোই হাযদুনা পার্টিনা তাম্থোক্লি হায় । মাসু শেন থিবা কোয়চেন চেল্লিমাল্লে । ঐ হায়ফম খঙদে । হৌজিক মাগী লৈফম অমা চাউরাক্লা খঙলে । অদুবু মফমদু যৌনা চৎপদা গাড়ীদা হাপ্পবা থাউ লৈত্রে । থাউ হাপ্পবা লুপা চনীদা পীখো । নচাগী শেনফমদুদা অদুম পানশিনবিয়ু । ঐ শেন্দোই শেল্লেপ পূন্না শিংজগে ।"

"ইবুংঙো, খোইহী । বরপতৌনা চৃপনীংবা । নঙগী শেন্দোই শেল্লেপককা পামজদ্রে ঐ । নঙগী পোৎসি নশা লাক্লিঙৈসিদা পুবিখ্রো ।"

"খুরা, ঐ মদুগী পোত্তু লৌগে হায়দুনা লাকপা নত্তে । থাউশেন লুপা চনীখত্তা পৃগে হায়দুনা লাকপনি । মশাদো ফাদুনা পুরক্লগা শেন্দোই শিকি বাত্তনা হাপ্পগা হলহনগে । মদুবু ঙমদ্রবা ঐ ইনাউ নত্তেদনা ।"

"ঐনা হায়রেদনা, ঐ শেন্দোইদি লায়রদনা শেল্লেপ্তুফাও পামদ্রে ।

শনিদেব ইবুংঙো, নঙগী পোৎসে পুবিখ্রো ।”

মরম ইচা চাদনা শংগৎলগা খুম্লকই,“পোত্তু পুরগা ঐনা কদাইদা অমুক থম্লুদৌরিনো ? মহাশৈতান্দু খুদি খুনামথোক্তগী সেক্যুরিতিনা ফাখিদুনা ইস্লোগেসন্দা হায়দোরক্লকবদি থিবা লাক্তৌরিসি ঐগীদনিনে ।”

“এঃ! হায়রিদু ঐগীদদি লাকহৈদ্রবরা ?”

“পোত্তু খুরাগীদা লৈ হায়বদি শৈতান্দুনা খঙপোত্তে । অদুনা থম্বগী থম্বিবা শৈতান্দো ফংদ্রিফাও মতম খরা অদুম থম্বীখো । কদাই লুপা চনী হায়দো ।”

অহন্দুনা মমিত্তু লাওথোক্লগা, “করি ? নঙ হিংগে ঐ শিযু হায়বা ?”

“মসি অহলসিদি মহা বেবানিহে । ঐ চৎলে । পোত্তু খরা থুনা লৌহনখিনবা তৌসি হায়রগা . . . সিফাই নুংফাই লাক্লদি ঐদি খঙদেকো ” হায়রম্লগা থোকখ্রে ।

শাউশিন্নদুনা থোকখ্রগা সিফাইককা থাজিল্লক্লবদি হায়দুনা তান্নদুনা মখূৎ পাযদুনা ফারুই । মানা চেম্হোরকপদা ফৈজোমদা যোম্লিবদু মরী মরী মকলাপ্পা চেম্থবক্লিবদু উরগা ইনাউনা মনাতোন মেল্লগা, “খুরা করিনো তৌরিদুদি ?”

অমুবনা পেরি পেরি, “ ইবুংঙো কৈসু নত্তে, মসিগী মরুদি নঙনি ” হায়রগা ফৈজোমদুনা খুমজিল্লগা, ফূরিৎখাউদগী লুপা চনী লৌথোক্লগা পী ।

“ইবুংঙো, নঙগী শেনসু পীরবনিনা, সনাগা শেনগা লৌথোকহৌরগা, উপুসে পুখ্রিদরা চরূ ইকুদরা অমুক্তা লোৎপিরম্বা য়ারোইদরা ?”

ইনাউনা শাউনা লাউহৎলগা হায়রকই, “ কদাইদগী য়াদৌরিনো অদুবো ? মীনা খঙখ্রো ঐখোয়নীগী লাইবক কমদৌনি খঙলবরো ? ”

অমুবনা নোল্লুক্লা হায়জরকই, “অদুদি তুরেলদরা করিনো থাদবিখ্রো ।”

“মপুদুনা মপোৎ হল্লগে হায়দুনা লাক্লদি কদাইদগী পীনি ? তুরেলদা লংথখ্রে হায়রদি নোংমৈনা কাপকে হায়রক্লোইদ্রো ? ব্রাখল খন্থৌনে খুরা ।”

“অদুদি ঐসু নন্দোনগী তুং ইন্দুনা মপামদুদা নোং নিনি লৈরুরসিরা ?”

“ নুপী মপামদা পুল্লপ লৈখ্রে খঙবা হূরনবশিংনা খুরাগী সনা লুপাশিংদু হূরানবা লাকপদা পোত্তু লৌখ্রবদি ঐখোয়নি কমদৌবা ?”

“ হায়রিসিনদি, নঙগী মহা চন্দান মতূমসি মাঙদনবা শঙবা তারিনে ঐ?” হায়রগা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে শেন্দোই অমুবা ।

তাং ২৪/১১/২০০৬

# লূনীং মেন্দবা লূ

"নখোয়না সি বি আইদৌনা থিগৎলক্লিবদুবু, মদুবু নখোয়গী শিখ্রবা নপা নপুদুনা স্বৰ্গদগী চাইথরকপা লৈরো ? ঐনা তৌগে হায়দুনা তৌরিবনি । ভোৎ কানবা হোৎনবদা পাঙ্গল অমদি শেল কয়াম চঙখি ? মথংগীনা নখোয়' নমাগী বেঙ্কদুদগী কোৎলুদরো ঐদি ?"

ব্রাহৈশিং অসি কৈজেংলাংনা লুচিংদুনা, কেন্দ্রসিদা লৈরিবা ক্লব খূদিংমক্কী মীহূৎশিং পুল্লপ পূল্লগা, থংন থংননা কেন্দ্রগী এম এল এ অহুল্লক ওইরবা নোংশাবদা, মশাগী কেন্দ্র শেমগৎনবা পীবা এম এল এ গী লোকেল এরিয়া দেভেলপমেন্ট ফন্দ পূন্বা মাগী ফূৎরিৎখাউদগী পাথোরক্ত বা অমদি পোল্লিং ষ্টেসনশিংগী চেংগী, চিনিগী, থাউগী এজেন্টশিংদু মাগা য়ানবা মীওই খরতনা সূপ্লায় পায়রগা প্রজাদা করিমফাও য়ৌহল্লকপগী মতাংদা হংগৎলুবদা ওস্থোক্লা লৈবাক মচা তাবা ব্যবহারদা খুল্লকখিবা খোয়থূম্নরবা পাউখুম্নি ।

মরী লৈনবা অথোরিটিশিংদা ব্রাকৎলুই । দরখাস্থ ইবগী চে কলম তিংলগা, খদাং চোক্লগতা মতোকই । মদুগী শোয়ফদ্রবা মহে অমা হায়রগদি দরখাস্থকারীদু শকখঙদবা নোংমৈ পায়বশিংনা নুমিদাং ময়ূমদগী কৌথোক্লগা মশা নোইবিরম্বা নৎত্রগা হোসপিতালগী মোগতগী লৌনরুবা ।

প্রজাশিংদু পুল্লপ মান্নরগা মীয়ামগী খনবা, চুমতৌবম ষণাউবু ভোৎ লেপ্পনবা থেপ্লে। কেন্দ্রসিদা লৈবা লাইরিক লাইশু হৈরবা, অচুম্বা পাম্বা, চাওখৎপা পাম্বা পূম্নমক্কা ষণাউবু অমতা ওইনা শৌগৎখ্রে। লাক্লিবা মীখলসিদা নোংশাববু মাযথীবা পীনবা কৈজেংলাংনা লুচিংদুনা পাঙ্গল অমদি শেল পুথোক্লবা হায়দুনা লৈবাক্কী খনবা, অচুম্বা পাম্বশিংদু ব্রাশক্লরে।

কেন্দ্রসিদা কেন্দিদেট ওইনা চোংথোক্লরক্লিবসে মপুং ওইনা অহুম্লি। মখোয়দুদি মনূখাঙ নোংশাবা, মীয়াম্না য়াবা চুমতৌবম ষণাউ অমদি ভোটর খজিক্তং লৈবা খুন মচা অমগী খুনমৈ খুন্দোন্দা লৈবা ভোৎ লেপচরবসু মীথানরুবা য়াবা নত্তবা, দিপোজিৎ মাঙগদবা খদ্রকপম শগোল। অতৈদি দিপোজিৎ মৎখিগদবা ঙাক্তনি।

ভোৎ থীনরক্কদৌরিবসে নোংশাবগা ষণাউগনি। নোংশাবনা ফংবা য়াবা ভোৎসি ষনাউগী তংখাই য়ৌনি থাজদে।

নোংশাবগী ময়ুমদি চাউরবা খুঞ্জাওসিগী ময়ায়মক্তুদা নিংথৌগী কোনুংদৌনা উরিবা মথোল তরুক্কী দলান্দুনি। টৰ্মি অহুমসিদা মানা তৌখিবনি হাযবা থবক থৌরম অমতা থিন্দুনা তাক্লিংঙাই লৈতে। জগৎকী থাউ তৈবদা নত্তনা খূৎকেঙ থীনা কেঙবা শক নুংশিবমখৈ মাগী ফার্মসিদা লোইনা লৈ।

নোংমা নোংমগী ষণাউগী মী হেনগৎলকই। অফবা কেন্দিদেটকীদি মীখলদা মী ব্রাত্তে, খোম্লুদ্রবসু মথন্ত চঙজরকই।

মশাগী লৌ পরী অনী, দুকান প্লোট অনী য়োনখ্রে। কৈজেংলাংনা ষণাউগী ইলেক্সন এজেন্ট ওইরে। হান্না ঙা অচৌবফাওবা চারমদবা কৈজেংলাং, হৌজিক্তি ভোটরশিংগী মপূক্লিং ফাননবা হোৎনবদা ঈরোইবীদনা হি, অপাইবীদনা এরোপ্লেন, মখোঙ মরি পানবীদনা কাংথোন্দা মঙায়রে চাদ্রিবা।

ভোৎ নকশিল্লক্লবদা ষণাউগী এক্তিভ ব্রাকরশিংগী ময়ূমদা নোংশাবগী খূৎনেক কাংবুনা নোংমৈ কাপশিনবা, বোম হুঞ্জিনবা, শকখঙদবশিংনা নোংমৈ নম্লগা ফূরম্বগী পাউনা পূমথন থল্লক্লে। তাঞ্জাদুদা এক্তিভ ব্রারকর তরাহুমদোই ময়ূম ময়ূমদগী ফাদুনা পুখ্রগা নোংঙাল্লগা লবুক লমহাং অমদা মশাগী অঙাঙবা ঈখেঙ মথক্তা য়াতারগা অরোইবা য়াহীপ তাল্লম্লে হায়দুনা এক্তিভ ব্রারকরশিং ষণাউকী ময়ুমদগী হন্নদ্রে। ষণাউগী মরৈবাক নীংবা ব্রাকবশিংদু কৈজেংলাংনা সেনাপতি ওইদুনা মথ্বায় পাম্মুবা লৈতনা লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক রাবন হাৎনবা লাম্ব্লেংনরি।

শেল তৎথোকখ্রে। ময়াম কোয়চেন চৈন্নে। উপাই লৈতবদগী কেন্দিদেট মশাগী য়ূমগা ইংখোলগদু লোন্না বন্ধান থন্নগা হান্না শেল থুংহৌদবা ভোটরশিংদা লুপা চাম্মা চাম্মা য়েনখ্রে।

তাঙ্গাদুদা হৌদোং লম্বোইবা, হামেঙ কোইখাক, লংজা হনুবা মথং মথং মাগী মাগী লৈকাইদা য়েন্নি হায়দুনা পুখিবা শেনফমদু নোংমৈ নম্লগা লোইনা মুনখ্রে হায়দুনা ইশূক শূকথনা হন্নরকপনা কোঙ্গায়নি ।

বোম নোংমৈ মরক্তা চাদা ৫৫ থাদদুনা ভোৎ লোইখ্রে ।

ভোৎ হায়দোক্ত্রিঙৈদা ব্রারকর মশেল লুপা লাখ লাখ থানবদু মশক খঙদবা খরনা নোংমৈ নম নমদুনা লোইনা লৌখ্রে । পাউদু তাবদা শেনবুশিংদুনা, "লৌখ্রে হায়জিন্নরগা নঙনা লৌদৌগী তৌরিবনি" হায়দুনা শেন পায়রিবা মীগা মচি মচিদা হেক হেকসু ঙমথোক্লরিপোৎনি ।

ইলেক্সন আ মমাঙদগী হৌনা কেন্দিদেটকী ময়ূমদা লৈরগা ভোৎ চেল্লুবা ইলেক্সন এজেন্টসু ওইরিবা কৈজেংলাং নীংবা কায়না ময়ূমদা হল্লকপদা চেঙ বেগ অমুক্তা খিনখিদ্রিবা ইমুংদুদা চেঙ বেগ অমা লৈরম্বদুদা ইচিং চিংনৈ। মতু মচাশিংসু হান্নগী অমনবা/শেগায়বা মফিশিংদু অহনবা ঙাক্তনা মহূৎ শিল্লম্লে ।

কৈজেংলাংনা ইঙক ঙক্লা হংলুই, " কদাই কদাইদগীনো তৌরল্লিঙৈসিনা ?"

মাগী লোযনবীদুনা ইশৌ ইরাং লাংনা ওক্তুনা খুম্লকই, "নঙদি কেন্দিদেটকী ময়ূমদা হাউবা হাউতবা চরামক্তি হেলহলম্লোই হাযবা । ভোৎকী চৎলমদাইদা নতূ নচানা চানবা করি থম্লম্বগে ? ঐখোয়সু মীনে, চাদনা হিংবা হৈতবা । শেত্ত-ইন্দবসু য়াদবা ।"

হাইবপ খোন পৌরপ থাদরকই, "ঐনা হায়বদি পোৎশিংসে কদাযদগীনো হায়বা ?"

"ও, লাকফমদুনে হায়রিসে " হায়না তোন্দু খংলৈ লৈখৎলুরগা তপ্না অমুক হাইথরক্লগা, " লৈকাইদা মথং মথং যেল্লকপদুদা তঙাই ফদনা ঐসু ব্রাশক্লগা লৌহৌরবা । ঐদা নত্তে, নঙগা ষণাউগী ভোৎ চেনমিন্নরিবা লৈকাইসিগী এক্তিভ ব্রাকরশিংদুগী ইমুংশিংদো লৌহৌদবা অমতা য়াওদ্রবনি।"

পমঙক ঙক্লা হংলকই, " ব্রাশককক্তা হায়রিসিবু, নত্তে চন্দান নোংশাবদা ভোৎ পীখ্রবরনে ?"

"অদুবু ঐনা পীনীংদুনা পীবরো ? নঙনা নৎত্রো ?"

" ঐখোয়গীসু লুপা চান্মা চান্মা য়েনখি'দাইনে ? থুংঙমদ্রো ?"

"ও, নোংশাবগীদি ইমুং অমদা চেঙ বেগ অমমম পীরগা ভোটর অমমমদনা লুপা চামঙা চামঙাসু দক্ষিনা হাপ্লে । নোংমগী চরা তাল্লগা চাবা ঐখোয়দদি অচুম্বগা পূকচাক্তা কনানা হেন্না লূমগদগে ? ও, নঙনা নুংঙাইত্রগা লুপা চাম্মদো হন্দোকপিখ্রগা লোইরে।"

কৈজেংলাং শাউনীংমনখ্রদুনা চেনশিল্লগা তপতাঙৈ শেৎথৈ । চৈনা ফজখৎলক্লবদা ব্যবহারককা পাইখ্রে, হেক্তা ওক্সিন্নরগা খূৎথোক্লরে । লৈকাই

চঙদুনা খাল্লমদ্রবদি য়ুম্বুরেম্বীগী শীংজঙদা মপুরোইবদু শ্বগবু য়ৌরমগনি ।

দেমোক্রেসি চৎপা লৈবাক অমদা, মীখল হায়বসি মশানা মশাগী হক য়োল্লকপদু লৈবা ঙম্বনা মমল পীদুনা লৈবগী চাউরবা মেলানিদনা সিদি !

কৈজেংলাং তৌফম খঙদনা উংলগা থোরকপদা পূম্নৌ নৌবা সংসার অমমুক থেংনরে । নহানঙৈ মচু থোকপা মফি মরোল অমতা শেৎ ইনবা ঙমদবা লৈকাইদুগী পৎ তৎঙৈ লায়রবা নুপী অঙাংশিংদু মফি অহন অহনবা লোইনা হোংলম্লে । য়ুম খূদিংগী চেঙ বেগ বেগ । য়েন ঙানুনা পিক থনবা লৈকাইদুদা য়েন ঙানু অমত্তা উবা ফংদ্রে । ইমুংগী কাচিন কোয়া, ইংখোল মতোল, লম্বী সড়ক পূম্বা মোবাইল ফোন পায়বা পাখং লৈশাবীনা পূথন থল্লম্লে । ও, হন্দক্কী ভোৎসিদা লৈকাইসে লোইনা ইনাক খুল্লম্লেদনা 'সিদি!

মৈনম লৈকাইগী শেল য়েন্নি হায়দুনা শেল পুখিবা এক্তিভ ৱারকর মচীন মনাও শঙাইদা হংলুবদা অশেংবা ৱারীদু লীরকই :

" শেল য়েল্লুরগা হল্লকপদা ইচা অতোনবদু নোংমৈ পায়বশিংনা ফাখ্রে হায়দুনা কপ্লরম্মী । থিবা য়াবা থিরসু ফংদদুনা কমদৌসিগে খন্নরিঙৈ ফোন্দা হায়রকখি, "নখোয়গী পোল্লিংদুদা ষন্নাউগী ভোৎ অমতং তারম্বদা নচাদো অশিবা মশা ওইনা ফংবা তাবনি ।"

খন্নবা য়াবা খন্নরবা তুংদা উপাই লৈরক্কদুনা তঙায়ফদনা সনা লুপা কায়থোক্লরগা, ঐখোয়না শেল য়েল্লুবা মীওইশিংদুদা চৎল চৎলগা ষন্নাউদদদি ভোৎ পীবিরনু হায়দুনা লুপা চাম্মা চাম্মা অমুক পীরগা ভোৎ খোমদোকখ্রে ।"

অসিদসু নত্তে, নোংশাবগা থীনা শাউনরগা ষণাউদা লুপা লাখ মঙাসু পাংলিবা মমাঙগী অহল য়েনবারাবহোয়গী ভোটর ১৭ লৈবা ইমুংদু মীওই অমত্তা ভোৎ থাদরমদ্রে । করিগীনো হায়না থিগৎলুবদদি মশক খঙদবশিংনা ভোৎ থাদবা থোরক্লবদি ইমুং তুম্মা হাৎকনি হায়দুনা বোম অমা ইমুংদুদা থমজিল্লম্বদগী কিদুনা ইংখোলদুগী মীওই অমতা ভোৎ থাদনরমদ্রে ।

মনীং লৈকাইগী খরা চাগন থক্কনবা, ভোৎ লোইরকপদা চাক্খাও শিল্লবা য়ারিবা, থামুক্কী মমাঙদগী নুংতিগী বোগ হিংচাবগীদৌনা চাকথাক পীখিবা ওকশিংদুদি ভোৎ নুমিত্তা নোংশাবগী মী অমনা শেল পুথোক্লগা তপতাঙৈ য়ু ঙাওমিন্নরিঙৈ থাদবা নংহৌদ্রে হায়রে ।

নিংথৌজম লৈকাইগী শেন পুখিবা হৱাইমানগী ময়ূমদা চৎলুবদদি য়েন্নবা শেন্দু পুরগা ময়াম বৃন্দাবন চৎনবদুদা য়াওখিরম্লে ।

হায়দোক্লে । ভোটর লীশিং কুম্থ্রা লৈবা কেন্দ্রদুদা সূপ্লগী মী লীশীং ৭ তং লৈবা খুনগী শগোলনা খুন্দুখক্কী ভোৎ লীশীং ৬ খরদং হেন্না ফংলগা কাখ্রে ।

অতৈ মফমদগী ভোৎ অমফাও ফংলক্তে। মখোয়গী খুন মচাদুখক্তদগীনি মানা ফংলকখিবশিংদু। মীয়াম হুপ্পা য়ানরবা ষণাউ সেকেন্দফাওবা তাদ্রে।

অশেংবা দেমোক্রেসি হায়দু মসিনিদনা। মী লীশিং ৩০ গী মনুংদা ২৪ গী অপাম্বা তুংওইনবিরগা লীশীং ৬ তুনা য়ারগা য়ারবনি হায়রিবা ইন্দিয়াগী মীহূৎ খনবগী নিয়মসিবু কৈজেংলাংনা হন্না হন্না থাগৎলকই। মসিগী দেমোক্রেসি সিস্তেম অসি য়াম্না থুনা পৃথিবী শীন থুংনা শন্দোকখিদৌ মাল্লি।

কাদ্রবনিনা করি উপাইদি লৈরি ! মথম্মোই শেংনা হোৎনজখিবা এক্তিভ ব্বারকর মখোয় খরা ষনাউগী য়ূমদা কেন্দিদেৎ মশাগা লোয়ননা ওনশিন্নদুনা কপমিন্নরুরবগী তুংদা মঙদৌনা, থক্তনা ঙাওরগা ময়ূম পাংলক্লি।

সড়ক নলাগী ব্বাংমদা লৈরিবা য়েংদৌ পলি মথক্তা শান্নরিবা সংসারসিগী মীনম শোরি অমত্তা চঙদ্রিবা অঙাং অনী অহুমদুনা মাবু মুন্না য়েংলগা হায়নরিবদু তায়, "থেবা অসি' লাকইসে লৈবাক নীংবনে হায়য়ে। অদো মাগী নুপীদি নীংদে হায় ।"

"নঙদি কমাই' খঙঙিবা ?"

" নেনেনসু, পুপুনসু হায়। মিতিংগী মাইয়েপ্ত সু ব্বা য়াম' ঙাঙঙিদুদি।"

"করি করি ঙাঙইবা ?"

"অচুম্বা মীহূৎ খনসি, লৈবাক মীয়ামগী খনবা মীশক য়েংলগা ভোৎ পীয়ু, . . . ।"

"করিনো অচুম্বা মীহূৎ হায়বো ?"

"খঙদে। মঙোন্দা হংহৌসিরা ?"

"হোয় হংহৌসি " হায়রগা অঙাংশিংদুনা চপ মান্ননা লাউরগা হংলকই, " হো, লৈবাক নীংবা, অচুম্বা মীহূৎ হায়'বু কৈনো ?"

কৈজেংলাং ঈ কানা, "নহোই নপানি" হায়রম্লগা মখোয়দৌ বৃবৃ শাউগৎনা খোঙথাং লাওনা অমুক হল্লক্লে।

"ঐখোয়' পাবনি হায়য়ে, হাঃ হাঃ . . . " হায়রগা অঙাংশিংদু ওন্শিন্নরগা হৌনা ফাক ফাক নোকখৎনরকই।

তাং ১৪-২-২০০৭

৯শুবা মণিপুর বিধান সভাগী ভোৎ থাদনবগী অনীশুবা নুমিৎ

# মিরাংদা থুরবা পৃথিবী

মচীন মনাউ দজন অমগী মনুংদা তবামাথোই শুবনি অমজাদ খান। নাউবোন খূমনখিদুনা খোমখক্লাই চুবগা পীক্লিঙৈদা শিঙ্গ্রবা মবিদুগা থাবগদি তবাতকক্লি। অঙাং যামদনবা যাইফ যুম্বালগী থৌবাং তৌবসি ইস্লামিক লোনা য়াদে হায়দুনা তৌহৌদব (*লৈফম অমদি চীঙ্গাক্কী লাম্ছেংনবকপদা পৃথিবীসি চহী মিলেনিয়ম অমা ফানা পুন্সিখিগদবা?*) দগী মমা মপানা যাম্লবা মচাশিংদু মহৈ মশিং তমহনবা ঙমদে। খবা চাউবকপদা মানা মানা থোকপা মযাং দুকানগী পোৎ তম্বা যাওবা, পোৎ হোনবা, বিক্রে থৌবা, কববাব তৌবা ... হিংনবা লোইনা চৎনখ্রে। অদুবু মবুধি খবা ফবা অমজাদ খানদি মচানিপা অমতা যাওদবা মপঙ্খৌনা যোক্লগা মদ্রসহ অমদা থাদুনা ইস্লামিক এদুকেসন তমহল্লি।

ইস্লাম ধর্ম্মগী মবমদা তম্বসিদা মিংজলশেল অদুক্কী মতীক পীকই। লাইবিক লৈবগী শেন থোইনা চঙদে অদুগা তম্বগী ফীসু লৌদে। মসি মদ্রসহগী থৌপুবিবশিংদুনা জলসা হায়বদি মীযামগী চান থক্লবা শীল্লগা মদুদা বাণ্ডন ফংদুনা লাকপা মীওইশিংদুনা অঙম অঙম্বা দান তৌবম্বদুনা শীনবনি। মপান লমদগী দোনেসনসু চাউনা চাউনা লাকই। শেনফমদুনা মদ্রসহগী তালিবান (মহৈবোইশিং) দা হকথেঙননা কান্নবা ফংহনবতা নত্তনা তাকপিবিবা উস্তাদ্ (ওজা)শিংগী তলব হুল্লি। মসি ইন্দিয়াগী মফম অযাম্বদা চৎনবি।

অমজাদ খান্না মখা তমথগদবা ফাজিল/মৌলবীগী থাক্তু মণিপুরদা লৈত্রিবনা মৌলবী হায়বদু ওইবা ফংদনা তোকপা তারক্লবদা মহাক্কী চান্নজবী মমতাজনা লোন্না শেনফম খরা পীদুনা মখা তমথরুনবা উত্তর প্রদেশকী দেওবন্দা থাখ্রে। অদুগা মপঙ্খৌনা থারকপা থা অমমমগী লুপা চনী চনীদুগনা মখা তমথরি।

তম্বা লোইদুনা মুফতি ওইরবদা মীয়াম্না ঙঙ্গানবা ব্যবহার থম্বিরে। মুস্লিম সমজাদা মুফতিগী থাকসি নোংদোল পক্লা ৱাংই। অপাম্বা নুপী খুৎকাপ্পী কাপ্লগা লৌবা য়াই। অদুবু মাদি কনাবুসু য়েংলুদনা মাগী নুংশিথোই মমতাজগা ৱাইথুংনরে। পামদবা নুপী পুশিল্লকই হায়দুনা মপঙ্খৌনা ইঙ্খোকপিরক্লে।

ফনা কুইনা শেঙ্খোক লম্বী লৈতদুনা ককঙাওনরল্লবা তুংদা,মশামক্লা তম্লকখিবা উলুমদুদা মুদারিস (এসিস্তেন্ট তিচর)ওইনা পুবা য়াওরিবদু সরকারগী পিওন অমগী তলবকী মশূং ফাবাত্তে। মদুনা মচা অনীগা মখোয় মরিগী চেঙ ৱাল্লগা কমদৌনা কোন্নগনি ? ফমদু থাদোক্লগা সাইকল ৱার্কশোপ্ অমা হাংলে।

জেনরেল এদুকেসন তমখিবা মমান্নবশিংদুনা মাগী ৱাকশোপ মমাঙ ফাওদুনা ইঞ্জিন্নিয়ারনি, ওফিসারনি, ডাক্তরনি হায়দুনা চৎপদু উরগা মথম্মোইদু ফাথবা ঙল্লক্তে। মাসু মীরৈবাক্তা মহৈ তম্লুরবনি হায়দুনা সরকারগী থবক অমা ফংনবা লম্বী থিবা য়াবমখৈ থিরুরবনি অদুবু বি এ, এম এনা তাউরবা মতমস্রিদা মানা তম্লুরিবা মহৈদুগী চন্নফম সরকারগী লোয়শঙ অমতদা লৈরমদ্রে। ক্লাস আইতকী সার্তিফিকেট অমা লৈব্রা শাব্রা তৌদুনা সিফাই লেপ্পা য়াওরুগে হায়রসু ইকাই। মমাঙৈ মৌলানা মরাং কায়না লৈত্রিঙৈ অরৈবা খরদুগী মফম অদুক্কী মতীক ৱাংলম্মী অদুবু হৌজিক্তি য়ূম অমদা অনী অহুম লৈনরক্লবা মতমসিদা মৌলানাশিংগী থাকসি কমদৌরি ? মানা চহী তরামঙা হেন্না তম্লুরিবা মহৈদুদি, হিন্দুশিংগীদা হায়রগা লম্বোইবগী ত্রেনিং চৎপনি। মঙোন্দগী হেন্না পঙবা জীব লৈরম্লরোই খল্লক্লে।

অয়ুক ঙন্তাদগী শূবদা চাক লাম্বনা মমীত্তু তন্দন পাইখৈ চঙলক্লগা জুহোরগী মতম য়ৌরক্কুনা নমাজ তৌরিঙৈ, অচাপোৎ লৈরক্তে হায়দুনা মচা অহন্দু নিংঙাই তৌখৎলক্লে। অঙাংগী অচাপোৎ লৈরুনবদি লায়রদনা ঙরাং নুংদাংগী চেঙদু ফাওবা কোন্ননবা ৱানখিদবনা মবুক থনখিদবনি। অঙাংদু থেম্মবা মমতাজবু কোয়কৌ কৌই। অদুবু মমতাজদি তুরেলদা ঈশিং শোকপা চৎখিরমদুনা পাক হল্লক্ক্রে। অশাউবা ফাথবা ঙল্লক্তবদগী ঈ কানা মচীন্দা হায়দোকখি, "মসিগী নুপীসি খঙনি ঙসি। *তলাক* তৌগে। মচা হুন্দোক্লগা মানা কদাইদা চৎখ্রিনো হায়বা ? মাবু ঐনা *তলাক* তৌবা হেক ঙমদ্রবা . . .।"

"হাই মুফতি। ঙাইখো। মখা তারক্লনু। ৱাহৈদু অহুম্লক শুখ্রবদি নঙ নয়ূম কায়বা তারে। অনী শুখ্রে। মখা তারক্লনুকো" মাগী চচা মৌলানা

অমেরুদিন্না মরক থৎনা হায়রকপনি ।

অমজাদ খান খংতা তারক্কু ম তৌই । মুসলমান সমাজদা, নিপানা মাগী লোয়নবীদা *তলাক* হায়বা ব্রাহৈসি অহুন্নক হায়খ্রবদি খাইনদবা শূকয়া য়াদ্রে ।

থোক্লিবা শেম্ভোক্তুনা ইমুংদু কোম্না হিংবা হায়বদুদি ওইদ্রে । অদুবু অচম্বা মৌলবীসু নৎত্রবা, মুফতি অমনা তৌবা য়াবা শেম্ভোক লম্বী পাক হেক্তা ফংদে । ঙসাই অয়ুকসু চরা হেল্লে । নুংদাংসিসু চরা হেল্লগা ফমুংদা চঙনরে ।

পূক হাঙলবদুদা মমিৎ উইশিনবা য়াদ্রে । ফমুংদুদা লোংনা হীপ্পগা মথন্তা খল্লকই, " জেনরেল নৎত্রগা ভোকেসনেল সবজেক্ট অমত্তা য়াওদনা মদ্রসহ/ উলুমশিংদা ইস্লামিক এদুকেসনখক্তং তম্লিবা অঙাংশিংসে ঐদৌনা লোইনা খুদোং চাদবসে মায়োক্লরনি । ইস্লামিক এদুকেসন্দা ঙাওখ্রবা তালিব (*প্লুরেলদা তালিবান*)শিংগী মশীং কা হেনমন্না লৈরকপদগী আফগনিস্থানদা মখোয়না মখোয়গী অচৌবা মফম অমা কন্নবা হোৎনরকপদা লৈবাক্কী আইন মুখৎলগা ইস্লামিক লো চৎনহন্নবা হোৎনরকপদা লৈবাক কাং খোং চাইখিবনি । ঐ জেনরেল এদুকেসন্দা তমজরম্লবদি এস ও, ডাক্তর, ওফিসার মক নৎত্রসু ক্লার্কলা, পিওনলা নৎত্রগা সিফাইরা করিনোমদি ওইরম্বা যাবনি । নৎত্রগা ভোকেসনেল সবজেক্ট অমতং য়াওনা তমজরম্লবসু হিংবফাওবদি লায়না ঙম্লমগদবনি । শেম্ভোক লম্বী য়াওদনা, লাই নীংবতনা নুপী অঙাংগী মপূক থল্লু য়াদে । ঐনা তম্লুরিবসিদি মরম মথুম পৈঙৈ লৈবা মুসলমানশিংতনা তম্গদবা মহৈ ওইরম্লে ।"

তূম্বা য়াদ্রবা অমজাদ খান খা ব্রাং ওন ওন্দুনা হীপ্পিবদু খঙলদুনা মমতাজ হৌগৎলক্লে । মৈ থানগৎলগা ফমুং মচিদা ফম্লে । অমজাদ মমতাজগী মনাদা য়াল্লিবা সনাদু কায়থোক্লগা চেঙ ব্রান্নবা তৌসিরা হায়গে খন্দুনা সনাদুদা মুন্না য়েংলি ।অদুবু হৌদোকপা ঙমদদুনা ফৈরেংননা হায়রুই, "করিগুম্বা ইবান্নিসে *তলাক* তৌদুনা খাইনরেককাক হায়রবদি নঙ কমদৌনি ?"

মমতাজনা করিসু খল্লুদনা খুমদোরকই, "তুরেলদরা পৃখ্রিদরা হেক্তা চোংথরগা শিজনি ঐদি । ঐনা হিংলিবসে নঙগীদমক্তনে । অদো, ঐ ব্রা অমা হায়গে । ঐ বি এসু পাস তৌরবনিনা নতেং খরদা পাংবা ঙম্লবা প্রাইভেৎ স্কুল অমদা পুবা য়াওগে । স্কুল অমতা থিবিরকউ।"

" মদো য়াম্নদি ফৈ অদবু মুফতি অমগী নুপীনা কমদৌনা মপান থোক্তুনা শেল তান্দৌরিনো ? স্কুলগী ক্লাস চঙবদদি পার্দা সিস্তেম অদুম তৌগে হায়বদা কনানা য়াবিরক্কনি ? অঙাংশিংসিনা কনানা শেন্নবিনি ?"

"কাক কাক, কাক কাক . . . । অমজাদ খান । থোঙ হাংদোকউ ।"

থোঙ থীল্লগা মপান্দগী কৌরকপনি । অখঙবা খোঞ্জেলনিনা হৌগৎলগা থোঙ হাংদোকই । মাগী চচা অমেরুদিন্নি ।

"হাই, মৌ । হৌগৎলু । নচাদু পুগদরা নৎত্রগা সুম থল্লমগদরা ?" নোং সুকমং মংদনা ব্রজা ওইনা হেক্তা থাথরক্লে ।

শজি অমোমদুনা ইঙক ঙক্লা হংলকই, "চচা, কৈদৌবা য়াওরগে ?"

চাক্লিবা মৈরিদু হম্থহনবা তৌদনা মখা তারকই, "হাই নঙ ননাদু তাহৌদ্রো? নঙগী নপুরোইবনা হৌজিক্তা নঙোন্দা করি ৱাহৈ শোনখি ?"

মমতাজনা তীংঙক্লনা, "থোইদোকপা হায়খিদেনা ।"

"মুসলমান সমাজদা য়ুম্বানমিন্নরিবা মতৈ মনাও অনীনা পনবা য়াদবা ৱাহৈদু হৌজিক্তা নপুরোইবনা নঙোন্দা হায়খ্রিবদু নঙ তাহৌদে ? ৱাহৈদো অহুম্লক শুরে ইনাসিদা তারিবা । অদুনা নখোয়নি খাইনদবা শৃকয়ায়াদ্রবনি ।"

মমতাজ খংপ্রেক খংই । অমজাদনা হায়রকই, "চচা, য়ারে । তুম্বিরুরো । ইমুং মনুং ফাগী তৌনবনিসু খঙদে । লৈমিন্নবদা ওম্থোক্লা তন্দৌরি ঐ ।"

মৌলবী অমেরুদ্দিনদু অরোইবীদা শাউগৎলগা, "করি ? নঙনা ঙম্বা য়েংগে হায়বা " হায়রম্লগা ঈ কানা চৎখ্রে খুনুখ্রঙদু ।

নোংঙাল্লে । ইরাই নুমিৎকী মসজিদতা লাই খুরুম্বা লোইরকপদা অমেরুদ্দিন্না ঙরাংগী ৱাফমদু ময়ামদা পুথোক্লে । ৱাফমদু মুন্না তারবা তুংদা লাইশংগী মকোক ইমাম মুজিবুর রহমনগী কংগারু কোর্টসিনা অমজাদ খানগা মমতাজগা কায়নহন্নবা ফৈসলা তাখ্রে ।

ময়ামদু অমজাদ খানগী য়ুমদা পুল্লপ লাক্লগা রাইদুমক খঙহল্লে ।

ইমাম্না হায়রকই, "করিগুম্বা অমুক হঞ্জিন্নগে হায়রবদি নুপীসে অতোপ্পা নিপা অমদা নিকাহ শোল্লগা মতম খরা নিপাদুগা য়ুম্বামিন্নহল্লুবা তাবনি । নৎত্রগা অহীং চম্মা অতোপ্পা নিপা অমগা লৈমিনরুরবা তুংদা নখোয অনী অমুক নৌনা নিকার শোনবা য়াগনি । মসে, অল্লাহ তলাহনা পীবা হূকুম্নি ।"

মীযামদুনা তিঙ্গোংদু নম্দুনা মপামদা থিনখ্রে ।

থা মখায় অমরোম হৌজিল্লক্লবদা চানীংঙাই লৈরক্লদুনা মকোই কক্লগা, মৌলবীগী তুবীদু মতমগী তুবীনা মহূৎ শিন্দোক্লগা মশক লোক্তুনা রিক্সা থৌদুনা মচাগী শঙ্গোম অমদি মশাগী নোংমগী চাকশেল তানবা হৌরে অমজাদ খান ।

অমজাদ খান্না খল্লী, " শেল খরা তাল্লগা তাঞ্জা চাবা অমদা মমতাজবু লোন্না লৌরুবগা কদাইদনো লোন্না চেনখ্রগে । "

মরকসিদা লনাই কম্পনিশিংগী সেক্যুরিটি গার্দশিং লৌনবা খবরদা এভরতাইজ তৌরকপদু থেংনদুনা মরী লৈনবা মীওইশিং উনরুরে । য়ানরে । মহারাস্ত্রগী পুনেদা চৎপা তারে ।

মহাক্না ইলেক্ট্রিকী ফিউজ শাবা কম্পনিসিদা দিউটি তৌরিবসি, তলবতি

সরকারগী সিফাই অমগী তংখাইদনি অদুগা মতম্না শরুক অনীনি। অদুবু মমতাজ অমদি মচাশিংগী খল্লগা অৱাবসি অদুম খাঙবা তারি।

মাগী লোয়নবী মমতাজদা লোন্না চিঠী ইরে।

মমতাজ,

*তামখৌরবী, নঙ য়াম্না ৱারবরা ? অদুবু মতম খরদি খাঙলমখো। ঐ শেল তাল্লি। শেল খরা তুংশিল্লগা কদাইদনো মফম অমদা লোম্না চেল্লগা য়ুম অমা শারগা ইচাশিংদুগা লোয়নননা হিংনা তগ্না হিংমিন্নরুবা তাবনি। ঐ নঙোন্দা য়াম্না পানখ্রবনি। নঙ ঐগী ইরান ডাকপিয়ুকো। নখোয়গী অৱজাম্না হায়বা ইন্দুনা নঙ অতোপ্পা নিপাগা কৈদৌনুংদসু নিকাহ শোনখিনু। নঙনবু অয়াবা পীদ্রবদি কনামতুনা নিকাহ শোনবা ঙম্লোইদ্রি, আমিন।*

নহাক্কী,
অমজাদ খান
পুনে, বেগম ষ্ট্রিট

মতম খরা লৈবগা বিন মুহমদ মুশারফ কৌবা অমনা খুৎশুমন হেন্না চাউবা দিল্লিদা লৈবা ট্রান্সফোরমব কম্পনি অমদা থেমদুনা পুবিরে।

নোংমা বিন মুহমদ মুশাবফনা হৌদোরকই, "পোকপা তারবদি শিবা তাবনি। ইচম চম্না শিবদি মদু জন্নৎ(স্বর্গ) য়ৌদে। শৈতানশিংগী মরক্তা লৈ হায়নৈ। অদুনা নঙ শেনসু জন্নৎসু পূন্না ফংগদবা থবক অমা তৌগেরা ?"

"করি থবক্নো ?" শেলদা মিকানদুনতা লৈরিবা অমজাদ খান্না হংলকপনি।

" করিসু নত্তেদা। জিহাদকী ফতৱানি।"

" করি ফতৱা ? শেন্না কযাম ফংগদবনো ?"

" মদু কৃপ্না হংজিল্লকখিনু।"

জিহাদ অমদি ফতৱাগী মরমদা ঙাঙলিবা মহাকসি কনানো ? কুরআনগী মরমদা কৃপ্না হংজিল্লুরবসু খঙদে। ফিজেৎ চাকচাদদি অফগান মাল্লি।

"ঙম্মি ঙম্লোইদা হায়য়ু। নঙনা করিগুম্বা শিখ্রগসু লুপা লাখ মঙাদি নঙনা পীয়ু হায়রম্বা মীওইদুগী মখূৎ য়ৌনবা থাখিদৌরিনি।"

"লুপা লাখ মঙা ! শেনফমদু লৈরবদি মমতাজনা ইচা অনীদু মী ওইনবা শেল্লকপা ঙম্লনি। করিগুম্বা হিংহৌরগনা অনীশুবা সংসারদুদা কয়াদা নুংঙাইনা হিংমিন্নগনি ?" ৱাখলসি খল্লুবদগী হান্নদগী ফৈরেংনরক্লিবা অমজাদ খান্না

ইখন খন্থরুদনা সহি তৌদুনা অয়াবা পীথোকখ্রে । লুপা লীশীং কুন্না বার্তোন তৌরম্নগা বিন মুহমদ মুশারফ চৎখ্রে ।

থবক্কু তৌররোইসি হায়রকপসু য়াই খন্দুনা মমতাজদা লুপা লীশীং তরামঙা খুদক্তা থাখ্রে । মনী ওরদরগী মচিদুদা অসুম্না ইখি, "ইচাশিংদু ননাক্তা থম্‌দুনা লাইরিক লাইশু নীংথিনা তমহল্লম্মু । মদুগী ওইথোকপা লৈত্রগনা বোর্দিং লৈবা স্কুল অমদা থম্লগা জেনরেল এদুকেসন তমহল্লু । শেল থারকই হায়বসি কনামত্তদা খঙহনখিনু ।"

হয়েংদি প্রাইম মিনিষ্টরস ওফিসতা সুইসাইদ বোম্বর ওইনা চঙ্গদবনি । ত্রেনিং তৌখ্রে । নোংমা মাঙওইননা অয়ুক অঙনবসিদা বিন মুহমদ মুশারফ থুংলবে । অদুগা মানা ওত্তো অমদা পুরকপা কার্তুন বোক্স অনীদু মী অনীদা পীকনবা শীন্নররে ।

"অহানবা বোক্সতু চান্দনি চোক্কী সোহন এন্তবপ্রাইজেসকী মমাঙদা খোঙগ্রাও অশংবা শেৎপা পঞ্জাবী অমদা শিন্নগদবা । অদুবু অয়ুক পুং নিপান ফাওবা লাক্রুবদি মফমদুদা অদুম থম্লম্মু । কোন্না লৌজখিনি । মোবাইলদা ফাওনরগে । অদুগা অনীশুবসিনা সবোজিনি মারকেৎকী দিল্লি ছু স্টোরগী মপা ওইবপ্না খোলাদা ফি য়োনবা অমা ফম্লমগনি । মঙোন্দা লুপা ৫০০ সি পীবগা মাগী মনাক্তা থম্লম্মু । সাহ আলম কৌবা নিপা অমা লাক্কনি । নিপাদুদা পীখো হাযয়ু ।"

মথং মথং পোৎশিংদু থিল্লুরবা তুংদা হল্লকপগী লম্বীদা সাইবেন খোংবা পুলিসকী গাডী, ফাইয়ার তেন্দরশিং য়াঙনা য়াঙনা চেনবদুদা খল্লি "কৈদৌরবজাৎনো ? হয়েং পাঙথোক্লবা লেপ্নরিবা থবক্কুগী লংলা লংজিন খঙ্গ্রবজাৎলা ?"

মাগী লৈফম কোট্‌লা য়ৌনবা লাকপদা খুদক্তা পুলিসনা ত্রাফিক ব্রেশিং হোং হোংদুনা থাবদা ত্রফিক জামসু অঙকপা ফংনা ওইরে । গাড়ী চৎপা য়াদদুনা লৈবিঙৈদুদা নাকন্দা খাম্লরিবা ওত্তো দ্রাইভরদুদা করি ঈরাং লৈবগে হায়না হংলুবদা খুম্লকই, " চান্দনি চোক, যুসুফ সরাই, পালিকা বজার অমদি সরোজীনি মাঁকেত্তা শক্তি লৈবা বোম মথং মথং পোখায়রে ।"

অমজাদ খান মতু খ্যাউ চুংই । মানা ঙসাই থম্লম্বা পোৎশিংদু অয়ৌবী থাক্তা চিংনবা পোক্লকই । করিগুম্বা মদুনা অশেংবা ওইরম্লবদি মাগী ওত্তোসি ফাবদা মহাক মশা য়াওরনি খল্লুবদা মকপ্লাক নীক্লক্লুনা থৌবা ঙমশিল্লক্লে । ওতোদু তপ্না নাকন্দা থৈদোক্লগা যাদবগী মওংদা শেমজিন্নগে খন্দুনা খুৎলাই উপু হাংদুনা খুৎলাইশিং লৌথোক্কে তৌরুবদা মনুংদুদা য়াম্না চিংনবা পোৎ অমা উরক্লে। মীরক তালক য়েংলগা মফমদু থুনা থাদোরক্লে ।

খোঙথাঙ ৪০/৫০ রোমদা থাংলি । লৈমায় থক থক নীকপা হৌরবা

পোখায়বগী মখোলদুদা খংমনখিদুনা উপথূননা তুই। মমায়দু লয়দুনা য়েংলুবদা মাগী ওত্তোদু উদ্রে। মতেক মরাং কয়া ইচাই চাইনা চাইনা মালংদগী তারক্লি। মনাক অদ্বাইদা লৈবা গাড়ী খরা মৈবুল ওইনা চাক্লি।

অমজাদ খান মথবাক্কী মিহুন্দু চোংথোকখিগদবগুম চোংলক্লে। পম্বুরগদি অফবা ফল ওইরোইদবনা ফুক হৌগৎলে। মখোঙনা খরা চেল্লগা তেক্সি অমা ফারে। নিজামুদ্দিন রেলবে স্তেসন তান্না লাক্লে। প্লেটফোর্মদা হেক চঙশিনখিবদা চৎকদবগী খরা খরা লেঙবা হৌরম্লবা ত্রেন্দুদা কাখৎলগা অদুম য়াওরক্লে।

ত্রেন্দু থুনা দিল্লি থাপ্তোকহনবিনবা মপুদা দুআ তৌই। ত্রেনগী টি টি, আর পি এফ নৎত্রগা ইন্টিলিজেন্সনা ফারকপসু য়াই খন্দুনা ঙাইহাক লৈতনা বোগি হোং হোংদুনা তোইলেত্তো লোৎপা লাক্লরি।

মওন মওন খল্লকই, "হৌজিক ঐগী খোঙগুল শোয়দনা লীরক্লনি। ঐনা তোইলেটসিদা লোৎলিসিবু কযাম কুইনা লোৎপা য়াদৌরি ?"

"দোং দোং দোং . . . ।" খংমনখিদুনা মতু খ্যাউ চুংখিবা খঙহৌদে।

থোঙ হাংদোক্লো হায়দুনা মপান্দগী থীল্লকপনি।

কোকচাউবী ফুং কাবগা মশাদু থক থক নীকখৎলক্লিবদু ফাথরগা তোইলেটকী কোঞ্জিলদগী ঈশিং খরা মখূৎনা য়ারগা মকোক্তা হাপ্লী। " ঐগী অরোইবা হায়বদু লাক্লবোইরে। ইশা ফাখ্রবদি হায়নখিবা শেন্দু কাংবুদুনা পীরক্লসু পুলিসনা অদুম ফাগৎখ্রনি। ঐগী মমতাজ মমা মচানা কমদৌবা ?"

"দোং দোং দোং . . . ।"

"ইশাসে মশুং অহুম শিরগা মশুং অমতনা থব্রায় পুদুনা জেলদা হিংদৌ শরুক ত্রেনসিদগী চোংথরগা সুইসাইদ তৌহৌবনা জনৎ ফংলনি।"

য়াম্না ব্বানা হৌগৎলে। নীকমনখ্রদুনা চুম্না লেপ্পা ঙমদে। ব্বাষ্ট বেসিনগী মচেক্তু পায়রগা ফক্লাংদুদা ঙাই। মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে।

" ফরে হেক্তা চোংথখ্রগে। ঐনা থোঙসে হাংদোক্তদুনা অদুম লৈরসু মখোয়না মপান্দগী কাপশিল্লক্লগা হাৎলগদবা মরৈবে। চোংথনবা হোৎনবদা মখোয়না কাপ্লক্লবসু য়ারে। ঐ শিখ্রবসু মমা মচাদু, ঈংনা হিংজহৌবদি ঙম্লনি।"

"দোং দোং দোং . . . ।"

অমজাদ খান মশা থীংনা থোঙদু ফৎ হাংদোক্লগা ত্রেনগী থোঙদু তম্না চেন্নবা চপ ফংনা লেপ্লে। ব্বান, টু, . . . । থোঙ হাংবগা খংচোং চোংথোরকই।

ওঃ! ময়াং হনুবীনিদনা সিদি ! কয়াদা থীনা থেংথুবিরবা !

অমজাদ খান মমায়দু হাইরপ লৈশিল্লগা য়েংলকপদা অহলদুনা লোংনা তারগা হৌগৎপা ঙমদনা মখোঙ মখূৎ ফ্রীং ফ্রীং কাওদুনা লৈরিবদু উরমাল্লে, তম্না চঙশিল্লক্লগা চিংখৎপিরম্লে। অহন্দুনা শাউনা করিনো পেঙ পা পেঙ পা

ঙাঙহৌরিবদু তারুদনা মথং বোগিগী তোইলেটতু তান্না অদুম প্রগ্ প্রপ চৎলে । নোং ঙাল্লক্লবদি লোৎফম লৈররোই খল্লক্তুনা নোংঙাল্লমদাইদা ষ্টেসন অমদা কুমথহৌরে । মধ্য প্রদেশকী ইতারসি রেলবে ষ্টেসন, প্লেটফোর্ম নম্বর ফোর ।

রেলবে ত্রেক মথক্তা প্লেটফোর্মশিং অমগা অমগা শম্নহল্লিবা ওভরব্রিদজদু কাখৎত্তুনা লাল্লগা প্লেটফোর্ম নম্বর ব্রান্দুদা কুমথরে । টিকেট কাউন্টরদা চঙলগা পুনে য়ৌনবা করেন্টকী টিকেট অমা কক্লে।

মশা য়াম্না চোকথরকপদুদা ভেন্দর অমদগী পারোথা লৈরগা চারিঙৈ মনাক্তা লাল্লিবা হোকরদুদগী ময়াম য়োমশিন্দুনা পাউচে লৈনৈ । মমায়দু হাইরপ লয়থোক্লগা করি করি য়াওগে হংলুবদা অহানবা লমায়দা য়াওরিবা ফোটোশিংদু উৎলগা হায়রকই, “ দিল্লিদা বোম মথং মথং পোখায়বদা মী চনীগী মথক্তা শিরে । মরী মখোঙ পীবা ঙম্বা মীদা লুপা ক্রোর অমগী মনা লাউথোকখ্রে ।”

ফোটোশিংদু য়েংবদা থুক লাউঙৈ কি অমজাদ খান। মী মতৎ মতাশিংদু সড়কী নূংগুম্না চাইখায়রগা পৈ পৈদুনা লৈরি ।

লাম্না চারিবদু য়োৎশিনবা য়ারক্তদুনা হুন্দোকখ্রে । ফি য়োনবা অমদগী ফূরিৎ অমা লৈরগা মানা হান্না লীৎলক্লিবদু মহূৎ শিন্দোক্লে । কোইথি থিরগা হজাম অমদা শাংলবা মকোইদু কোকথোকহল্লে । মশমদুসু তেন্না ককহল্লে।

নুমিৎ য়ুংখৎলকপগীদুদা হাওরাদগী লাকপা মুম্বাই এক্সপ্রেস য়ৌরক্তুনা কাখৎলে । নোংঙাল্লমদাইদা পুনেদা কূমহৌরগা হান্না থবক তৌমিন্নরম্বশিংদুগী মরক্তা চঙদুনা লৈমিন্নরে । থবক অমুক য়াওরে ।

থা অহুম্লোম হৌখ্রবা তুংদা নোংমা ইথা থাজদনা বিন মুহমদ মুশারফতু মীওই অহুমগা লোয়ননা ফুৎ ফাওরক্লে । মখোয় লোইনা আরবী লোন ঙাঙই । অমজাদ খানসু দেওবন্দা লৈরগা মুফটি তম্লকখিবনিনা আরবীদা অদুম ব্রারী শাই । অৱাৎপা শেনফমদু পীরনি হায়রকপদা মহাক খংনুং নুংঙাই । শেনফমদুনা মমতাজগা মচাশিংদুগা লৌরুরগা মফম অমদা লম অমা লৈরগা, য়ূম অমা শারগা করবার মচা অমা হৌদোকপা ঙম্ননি । মখোয়না হায়বা মতুংইন্না মেনেজরদগী নুমিৎ তরানিগী ছুটি লৌরগা মফমদুদগী অমুক থোরক্লে ।

নুমিৎ নীনি হুম্নি ময়া মরিচিকাশিংদুগা কোয়চৎ চৎমিন্নরে অদুবু মাগী শেনফমদু পীরো হায়বদদি ময়াদ্রি । তকশিল্লুরবসু পীনিদা হায়রি ।

মুম্বাই য়ৌরক্লে । হোটেল অমদা কা অমা লৌরগা মখোয় পুন্না লৈমিন্নরি ।

“নখোয়না শেনফমদু পীদ্রবদি ঐ কেস তৌরনি ।” শাউনা হায়খিবনি।

নোক্রেম হায়ক্রেম্নরগা খুম্লকই, “তৌ তৌ । দিল্লিদা বোম পোকখায়হল্লুবগী শেল পীবিদ্রে হায়দুনা তৌদৌরি নক্ত্রো ?”

থন্নুং য়ৌনা খম্থরুরগা শাউনা, “ নখোয়না শেনফমদো পীবিরোইদৌবা

লৈরবদি ঐবু করিগী কোয়পু পুবিরি ? ঐ, ঐগী থবক মফমদা চৎচখ্রগে ” হায়রগা কাদুদগী থোকখিনবা হৌগৎলকপদা অমনা লোংগ্রৌ থাজিল্লকই, “ঐখোয়না হায়বা য়াদ্রগা নওনা কয়াম কুইনা লোৎপা ওমদৌরিবা ? ইন্দিয়া পৃম্বা ইন্টিলিজেন্স নেটৱার্ক এলর্ট ওইখ্রবনি । নও ঐখোয়না হায়রিঙৈ য়াবা তাবনি । নৎত্রগদি ঐগী শৃত্তা পায়রিবসি মোবাইল ফোন্নি ।”

“ঐ ইথন্তরো অৱাফমদা তাদৌরিদুবো ?” শীংনরগা খুমখিবনি ।

অমনা ফৈজিল্লক্লগা হায়রকই, “মসি মরোল কয়া চুমফাত্তে । ফিল্ম স্তার দিব্যা ভারতি খওইদনা ? ঐখোয়না করম্না লোইশিনখি খওদ্রমাল্লে । ”

অমজাদ খান খংপ্রেক খংই । ওাইহাক তুমিন্না লৈনরুরবগী তুংদা মকোক্তা অরাংবা ফি অমনা কোকয়েৎ য়েৎপা কুচু ঙৌবা আরবী মানবদুনা তপ্না হৌদোরকই, “ঐখোয়গী ইন্তরনেসনেল নেটৱার্ক অমা চাউনা লৈ । নওসু মদুগী মনুংদা চল্লবনি । ঐখোয়না তৌরিবসি জিহাদনি । নও মুফটিনি হায়বদাই ? অদুগা জিহাদকী থবক তৌরোইদৌরিবা করিগীনো ? পৃথিবীসিদা ঐখোয়না সুপর পৱাব ওইনা পাল্লগা সারিয়ৎ লো চৎনহন্নবা হোৎনগদবনি ।”

অমজাদ মমায়দু হুমাং মরিক মরিক কাখৎলগা য়াম্না শাউনিংনা খুল্লকই, “নখোয়বু জিহাদি ? নখোয়দি তেরোরিষ্ট শৈতান্নি । নখোয়না অদুম্না তৌরক্লবদা পৃথিবীসিদা লৈরিবা ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপশিংসি, হিতলরনা জীয়ু মৃত্থৎনবা হোৎনখিবা অদুগুম্না, অতৈনা মৃত্থৎনবা হোৎনরক্লোইদ্রো ? নখোয়না নখোয়গী লম্বীদুদা চৎপদা ইস্লামদা তোংশিল্লগা ধর্ম্মসিবু খৃৎলাই ওইনা শীজিন্নবদি য়ারোই ।”

আরবী মানবদুনা মখা তারকই, “ঐখোয় হৌজিক মীসাইল তেক্নোলোজিগী প্রোজেক্ট হৌনবা তৌরি অদুগা, নিউক্লিয়র সাইন্টিষ্ট খরদগী নিউক্লিয়রগী তেক্নোলোজি লৌনবসু কন্না হোৎনরি । নিউক্লিয়র কন্ত্রি অমদি ঐখোয়না য়াম্না থুনা কৃপ তৌশিনবা ওল্লগদ্রা হায়বগী থাজবা লৈরে । অদুনা ঐখোয়গী লম্বীদা মৃকখায়দুনা অপনবা পীনবা হোৎনরিবা, লৈবাক খরদি পৃথিবীগী মেপ্তুগী মৃত্থৎখিবা তাবনি । মতমদুদা নওবু হৌজিক লৈরিবা নওগী পুন্সি মহিংসিদা ঐখোয়না অদুম লৈহনগদ্রো ?”

অমজাদ খান্না মথম্মোইদু শেগাক শেগায়রগা খুল্লকই, “মী হাৎলু হায়বসি করম্বা ধর্ম্মগী পাউতাক্তা য়াওবগে ?”

বিন মুহমদ মুশারফনা ফেনজিল্লকই, “ইউনাইটেদ নেসন্স ওরগনাইজেসনগী পান্দমদি পৃথিবীসিদা লান থোকহন্দনা শান্তি লৈহন্নবনি হায় । অমেরিকা অমদি মাগী খোঙলোয়শিংনা পৃথিবগী লৈবাকশিংদা ইনশিল্লগা উংখৎনহল্লি, লান শোক্লহল্লি । অদুগা মখোয়না লানগী খৃৎলাইশিং য়োনশিল্লগা শেল তাল্লি । অসুম্না তৌরিবসিদা ইয়ু এন ওনা করি তৌবা ওমথ্রবগে ?

চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংনা মশাগী লৈবাকশিংদা মৈনচিংবা পুথোক্লবা নিউক্লিয়র তেক্নোলোজি লিংখৎনরকপদা এতোম বোমদগী হেন্দাক্লদুনা হায়ড্রোজেন বোমফাওবা শাজিল্লগা পৈঙে থমজিল্লবা মখোয় খরনা মদু য়ারোই হায়দুনা লৈবাকশিংদুগী মায়োক্তা সেঙ্কসন থমজিনবিরি। নখোয় অদুম শোথরগা লৈয়ু, ঐখোয়খক্তা নুংঙাই য়াইফনা হাই হুমদুনা পানগে হায়বসিবু ৱারা হায়বা ?"

মকোই শাংনা খাকপদুনা ৱাপাংশিল্লকই, "ইয়ু এন ও হায়বসি নিউক্লিয়র কন্ট্রি খরগী মমায়দা উপ্পা মাঙ্কনে । মসিগী ভেতো পৱার অমা ওইরিবা অমেরিকানা আফগানিস্তান অমদি ইরাকপু লোইলম ওন্থোক্লিবা করিগীনো ? হায়রুরগা তেরোরিষ্টকী কিং, বিন লাদেন অমসুং মাগী কাংবু মরু ফংনা মৃত্থৎনবনি হায় । বিন লাদেন্দু হৌজিক শিন্নরগে। অদুদা মানা অফগানিস্থান থাদোক্লগা চৎপ্রগদরা হায়বা ? ইরাক্তনা সদাম হুসেনবু চৈরাক পীনবনি হায় । সদাম হুসেন্না মশাগী লৈবাক্তা ঙম্ন ঙম্নবা আইন শেমদুনা লৈঙাকচবদু অমেরিকা মখোয়দা চীক্লব্রা হাযবা ? সদাম হুসেন ফাঁসি তৌরগা হাৎখ্রে । মখোয়গী পান দমদু ফংলবনিনা মখোয় ইরাক থাদোক্লগা চৎখ্রোদনা ? অদুবু চত্তে । মরম খঙলব্রা ? মখোয়বু পৃথিবীসিগী সুপ্রিম কমান্দররা হায়বা ? লৈবাক খূদিংমক্লা মখোয়দগী অয়াবা লৌরগা আইন শেমদুনা লৈঙাকনবা তারবরা ?"

অমজাদ খান্না খুল্লকই," ঐ ইস্লাম ধর্ম্মসিবু থাজজে হায়দুনা ধর্ম্মসিগী মরমদা মুফটি ওইরবা মুসলমান অমনি । অদুনা ধর্ম্মসি লান্না শীজিন্নবা কনাদসু মতেং পীনিংদে । ঐগী অৱামলদু পীদ্রবসু তোক-ও । ঐবু থাদোকপিরো।"

বিন মুহমদ মুশারফনা শাউনা মখা তাশিল্লকই, "নঙগী লুপা লাখ মঙাদুগী মথক্তা অহুম হাপ্পনি । তৌবতবু নঙনা থবক অমগসু তৌরমগদবনি " হায়না অকনৱা খরা হায়রম্লগা থোকখ্রে ।

থোঙদু লোনশিল্লগা থারিবা ফমুংদুদা লোংনা হীপথৈ অমজাদ খান ।

"পাপা । ঐগী হাউবী ?"

মুন্না য়েংলুই । মচানিপা অহন্দুনি । মখোঙ কাফৈ কাফৈ থাংদুনা চেনশিল্লক্লগা মমাঙদুদা চপ লেপ্পগা মরোন সুবোই সুদবোই হায়রকই, "ঐগী ফূরিৎকা খোঙ্গ্রাউগা লৈরক্লনি হায়দাই ? কদাই ? মমাসু লৈতে । নঙসু লৈতে । নহানথৈঙে নঙ কদাইদা লৈ ? নখোয় লৈত্রিথৈঙদা ধহনথৈঙনা হেক্তা ফূই । মোয়'দি মোয়'গী মমানা ইস্সাং অহাওবসু অচাপোৎসু পীজৈ । ঐগা ননাউগদি হৎগাম থোংবদং পীজৈ । ঙাসু শাসু অমত্তা পীজদে । অদো নঙ লাক্লবনিনা করি লৈরকই ? মখোয়গী মমাঙদা নহাতোম্বা ঐখোয়নি চাদৌরিনি । কদাই ?"

"কাক কাক . . . কাক কাক . . . ।"

খংপ্রেক খংই অমজাদ খান । থোঙদা থীল্লকপনি । ময়ূমগী মঙ মচাদু শ্বাই মাঙখি । তপ্না হৌগৎলগা থোঙ হাংলুই । নিপা অমা চঙলক্লগা মোবাইল ফোন অমনা ভিদিও রেকোর্দিং তৌখি ।

থোঙ লোনশিল্লন্নগা ফল্লাংদা থেৎলিবা হকচাং চনবা মিংশেলদুদা অমুক যেংই । ওঃ! মশাগী মমি উবগী মহূত্তা মহাক্কী চান্নবী মমতাজ ওইনা উবে ।

"ইঃ! করিনো 'সিদি ? মমতাজ করিনো নঙনা অদুক ব্রাবৌনা কপ্লি'দি ? ঐ নঙবু শূকথা থদোক্লোইয়ে । নঙগা লৈমিন্নবনে ঐনা শেল তানবা মীরৈবাকসিদা লৈবিবসে । কপ্‌কনো । নঙনা অদুম্না কপ্লগা ঐনা কমাইনা খাঙদৌরিনো ?"

"ঐবু ইপামদা কয়াম কুইনা লৈখো হায়রিনো ? লৈকাইগী মীৎচোয মীৎযেংসি উববদি নঙ খূদক্তা থাঙ পায়খৎকনি । অন্নাং লৈকাইগী নুবজমান্না নিকাহ শোল্লসি হাযনা তকশিল্লক্লিবসি ঐবু খাঙবা ঙমশিল্লক্তে । ইচা অনীদুসু মমা ঐগা লৈমিন্নদবা মতম কয়াদি কুইরক্লে । নচীন ননাউশিংদুনসু নিংথি নুংঙাইনা তৌবিদ্রে হায় । ঙসাই অচা অথক খবা পুরগা চৎলুবদা ঐবু লল্লানবীনি হায়দুনা যূমদুদা চঙহনবিবক্তে । অদু ওইরসু ঐনা পুখিবা অচাপোৎশিংদুদদি পীবমগে হাযবদা নঙগী চচানা মুল্লগা খোংবান্দা হুন্দোকখি । ঐ কপ্লগা হল্লক্লিবসিনি । নঙ কৈদৌঙৈ হল্লক্তৌরিনো ? ইচাশিং পুবগা কদাইদনো লোন্না চেনখ্রসে । করিগীনো খুমদ্রিবা ? থোঙ লোল্লবরা নহাক্কী থম্মোই ? খুম্মো । খুমদ্রিসিনদি নঙ ঐবু নুংশিদ্রমাল্লে । ঐ চৎলগে ।"

মমতাজদু মমায় লৈথোক্তুনা প্রপ প্রপ চৎখ্রে ।

"ঙাইখো । মমতাজ, নঙ চৎখিবা য়ারোই " হায়দুনা অমজাদ খান্না মমতাজদু ফাগে তৌরকপদা মিংশেলদুদা মখূত্তু শুজিনখ্রে।

খংপ্রেক খংই অমজাদ খান । জ্ঞান তারকই । কাংবুদুগী মচীন্না কাপ্লন্বা বোমদুনা পোখাযবক্তুনা পুমচাই চাইরে মকোকসু মথম্মোইসু । মমীত্তগী তারক্লিবা কুমগী নোংজুসি মমতাজগী থম্মোইদুদা ব্রাকচীংগী নোংগুম্না খীক্লমগদরা ?

ফমুংদা থারিবা মোম্পাক ফিদক্তু হুগৎলগা ময়ুংদা শাংনা শেগায়রগা মতোন অনী শমজিন্নদুনা তাশিল্লি । মতোন অমনা মখৌরীদা চেৎনা পুক্সিল্লগা অতোপ্পা মতোন্দুনা সিলিং ফেন্দুগী মশাদুদা হুনগৎলগা য়েৎশিলহল্লি । সুইটচ বোর্দকী মনাক্তা চঙশিল্লগা ফেন্দু থাগে তৌরকপদা করিগুম্বা অমা খংনীং নীংশিংলক্তুনা তিংথোক্লুববা মখূৎতু খংচিং চিংশিল্লগা মমাঙদা থারিবা তেবলদুদা মখা চীক্লগা পেন্দবা য়াবা মখৈ পেন্দনা কিন্দুনা থিঞ্জিঞ্জে । মখূৎসে ঈ ঙাক্তা । অরোইবীদা লাউরগা তেবলদগী গ্লাসতুনা নাকন্দা থল্লিবা হকচাং চনবা মিংশেলদুদা থোমজিন্দুনা থুগাই । কাদুদা লৈবা পোৎশিংদু মথং মথং

থুগাইরল্লগা "মমতাজ মমতাজ " হায়না কৌরগা মথন্তা হীক হীক কপথোরক্নে ।

তাঞ্জাসিদা অথাপ্লদা নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী লাইখুরুম্বা, জুহোর লাউরকপগী নুংশিরবা খোঞ্জেল তারকই, " অল্লাহু অকবর . . . ।"

তপ্নাহৌগৎলগা ব্রাষ্ট বেসিন্দা মমায়দু তাথোক্লগা কা ময়ায়দুদা ফি মচা অমা থারগা নোংচুপ ওন্দুনা নমাজ তৌই।

থোঙ থীল্লকই । করিসু থৌশারুদনা অদুম লাই খুরুম্মী । লোইরগা থোঙদু হাংদোক্লুই । ঙসাই ফোটো কাপখিবদুনি । চঙমিন্নরক্লগা সোফাদুদা ফম্মীন্নে । পায়রক্লিবা লীক্লিদু পীশিল্লক্লগা থকউ হায় ।

অমজাদ খান্না হংই, "করিনো মসিদি ?"

"করিসু নত্তে । পোত্থানবনি ।"

'য়ুরা ? মুসলমানশিংদি য়ু থকপা য়াদে । হূ ওইরবদি অদোমবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎচগনি ।"

"নঙনা থক্তবা ঙমগদ্রা ?" হায়রগা নোংমৈদু শত্তোক্লক্লগা অমজাদ খানগী মকোক্তা নম্লকই ।

শাউনা "কাপ্লু । দুজক্কী লম্বীদুদা চৎলু হায়বা য়াদবগীদমক শৈতান নঙনা ঐবু হাত্তনা কনানা ঐবু হাৎকনি । নঙনা হাৎলবা, ঐদি অখিরত য়ৌরনি ।"

অমজাদ খানগী ব্রাখল্লোন্দু খঙলমাল্লে, নিপাদুনা মপান্দগী মী খরা কৌশিল্লে। লীক্লিদু মখুম হাংদোক্লে । মখোঙ মখূৎ ফারগা ময়াদুদা কোঙ্গোল প্রীক প্রীক কানা লোইনা হৈজিনখ্রে ।

"নিপানা অদুমহাইনা নিশা পুবা ঙমদবা ? হৌগৎলো । মতম য়ৌশিল্লক্লে ।"

মঙওই হা-ওই তায় । মমিৎ পাঙথোক্লুবদা বিন মুহমদ মুশারফকা অতোপ্পা মী অহুমগা ফম্মাংদুদা লেপ্লম্মী । পূং কয়া তাখ্রবগে হায়না খূদাংগী ঘড়ীদা য়েংলুবদা নুমিদাংগী পূং মরি তাদৌরে ।

হৌগৎলগা মমায় মমিৎ তাথোক্লগা মমায় লয়থোরক্পদা "সে নঙগী শেনফম" হায়রগা এস বি আইগী ট্রাভেলরস চেক মপুন অমা পীশিল্লকই ।

ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরুরবা তুংদা নীংথিবা পেক্ট তৌরবা কার্ত্তুন বোক্স অমা শিন্নরগা "থবকসি পাঙথোকই নৎত্রগা পাঙথোক্তে হায়বদুদি অদুম খঙগদবা লৈরে । করিগুম্বা নঙনা থবকসি পাঙথোক্লমদনা লোৎশ্রবদি দিল্লিদা বোম পোখায়হনখিবা নঙগী নমিং নথা, লৈফম অমদি ঐখোয়না লৌখিবা ফোটোশিংদু পুলিসতা শিন্নরগা নঙগী মরী মখোঙ তাকপগী লুপা ক্রোর অমগী মনা ঐখোয়না ফংদৌরিনি । মদুদা দশা তাদৌরিসি নঙতা নত্তে । নঙগী নুপী অঙাং, নচিন ননাউ অমদি নমা নপাশিংসু য়াওদবা খক য়ারক্লোই হায়বসি নঙ

কাউদবা ফৈ । হৌজিক নঙনা খল্লগা অদুম তৌজরো।”

অমজাদ খান খংপ্রেক খংই, মতূ মচা পল্লকপদুদা । মকোক্তু উরূ রূ লৈরকই । ফজনা ব্রেক মেল শানরে হায়বা খঙলে । অদুবু কদাইদা চেল্লুনি ?

থেঙলবদা, মানা থল্লুগদবা পোত্তুগী মফম মতম হায়রল্লগা থোকখ্রে ।

কার্ত্তুন্দু কুলি অমনা তেক্সিদগী থাংহল্লগা মুম্বাই ভি টি রেলৱে স্তেসন্দা চঙলে । হায়রম্বা ত্রেন্দু করম্বা প্লেটফোর্ম নম্বরদনো হায়বদু হংলুদ্রসু কুলিদুগী মতুং ইন্নরগা অদুম লাক্লে । দিল্লি পাংগদবা রাজধনি এক্সপ্রেসতু চৎপা হৌবগী খরা খরা লেঙবা হৌরল্লে । মপা থোক্লুবা থোঙ অমদা চোংখত্তুনা কারগা “সিত্তি নশানা থিজহৌবো” হায়রল্লগা কুল্লিদু চোংথহৌরে ।

মখূত্তু থাংগত্তুনা ঘড়ী য়েংলুবদা হায়রকখিবা মতমদু সূপ্নগী মিনিৎ অহুমদা ঙাযরল্লে । পঙকন কন্না চেন্দ্রিবা ত্রেন্দুদগী প্লেটফোর্মগী মথক্তুদা চোংথহৌবে । হেক চোংথবগা চপ লেপ্পদি য়াদবনিনা মখোঙনা খরা চেল্লিঙৈদুদা, মানা চোংথহৌবা থোঙদুগা হেক থংনবা অহানবা কম্পার্টমেন্টদুগী মনুংদগী অঙাং অমনা মণিপুবীদা, “পপা পাপা । মামা, পাপা অসিদা লৈরে” হাযনা কন্না লাউবিবদু তাবগা লোযননা উরকই । মমাদুদি দাইবিগুম্বা অমদা করিনো অমা ইবি । মচাগী ৱাদুদা অমুবা বুর্খাগী পার্দানা খঞ্জিল্লিবা মমাযগী মাযখুমদু হাংদোবকই অদুগা হৌনা লাউবকই, “অমজাদ . . . ।”

ও, অমজাদ খানগী মথ্বাযদগীসু হেন্না নুংশিজরবী মমতাজগা মচাগনি ।

“মমতাজ . . . ” মথম্মোই লাওনা হাংদোক্লগা ইখঙ খঙহৌদনা তীং শোক্লা কৌথোকখিবা অমজাদ খানগী হৌরবা খেঞ্জেলনি । অদুবু মীকৌখোলদুনা নেমথবক্ত্রিঙৈ, লৈমায পূন্না থক থক নীক্লবা হৌববা খোঞ্জেল অমনা শমথখিবগা লোয়ননা অঙাঙ্বা মৈরী ওন্থোকখ্রে ত্রেন্দুগী বোগীদো ।

অমজাদখান্না জ্ঞান তারকপদা মাগী অকোযবদু লৌশিনফম খঙদবা মীকপ মীরাওখোন্না পূম্লিল নিলল্লে । মমিৎ পাঙথোক্লকপদা মহাক লোংনা হীপ্লি হায়বা খঙলকপগুম তৌই । মোন্দ্রংনৈ । হৌগৎকে তৌবদা ওয়থংবা শয়েঙদুদা চঙ ফংনা হূত্তুনা চৈনা অমা ফাওজিল্লকই । মখূত্তু থাংগৎকে তৌবদা য়েত্তুদি ঙল্লগা ওয়থংবদুদি ঙমদ্রে । “হাই, করিনো ? ঐবু কৈদৌথ্রগে” হায়দুনা মখূৎ য়েত্তুনা তপ্পা নান্দুনা যেংই । চোৎ চোৎ লাউবা থেংনৈ । করিনো হায়দুনা য়েংলুবদা মঙদৌনা মমি শামি উই । মমিত্তু শূক্তোক্লগা য়েংলুবদা খরা খরা ময়েক শেংদোরকপদা উরক্লে তৈরিবা অঙাঙবা মহীদো । কোযনা য়েংলকপদা প্লেটফোর্মগী মথক্তু ইশে শেগায়রগা মচি মচিদা ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙলবা খোঙ,

খূৎ, হকচাংগী কয়াৎ কয়া, থীবোং থীরিন ইশাং-ইশাং শাংনা, কোক্কী খোপ ফি রোলশিং ইচাই চাইনা মচেৎ মচেৎ নপ্লল্লি । মখূৎ য়েত্তুনা ওয়গী মপাম্বোমদু পায়শিল্লগা তপ্লা হোৎনদুনা উচিন নাচিন্না ফম্বা ফাওবদি ঙল্লে । কোয়না য়েংলকপদা প্লেটফোর্মগী লৈমায়দুসু ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙলবা হকচাং মচেৎ মরাংশিংনা পূমচায় চাইরল্লে । ত্রেন বোগীদুগী মথক্তু ফক্কায়রগা লোইনা পাইথোকখ্রে । মখাদুসু পুল্লপ শূপচিনখ্রে । নাকন্দা খামদুনা লৈরিবা ত্রেন্দুগী বোগীদুসু লোইনা ইফক ফক্কায়রগা ঈ তৈরবা হকচাং মচেৎ মচেৎশিং নপ্লি । মরক মরক্তা অশোকপা ময়াম নাহে নাহেদুনা ওন থোইনা লৈরল্লি । খরনা ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙনা, হৌগৎলগা মথোঙ মরম খঙদনা ঙাওচৎ চৎলি । মখূৎ ককখ্রবা, মখোঙ ককখ্রবা, মনা ককখ্রবা ময়াম লেঙবা চৎপা চোংবা . . . ।

নুংশিবগী কল্লবা নোংলৈদুনা মশাদা শোক্লিবদুগী চৈনাদু হুমদোকখিদুনা য়াম্না ৱানা হৌগৎলগা হৌজিক্তা উখিবা শক্তম অহুমদো থিবা হৌরক্লে । খোঙনেৎফম অহাঙবা মচেৎ অমা ফাওবা লৈত্রবনিনা, নেৎলোই হায়বা ঙমদে, খোঙথাং খূদিং ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙলবা শদুমশিংদুগী মথক্তা নেৎ নেৎতুনা চৎলি । শদূমশিংদুদা নাম্বুদুনা অমুক মুকসু তুগে তৌরি । মখোঙদুদা শাংলবা থীবোঙ থীবিন অমসু চেন্দুনা যান্নরি । পোখায়খ্রিবদু ৱোম ওইরমদ্রে, অমজাদকী থম্মোই ওইরল্লে ।

খনফম খঙলক্তবদগী হকচাং মচেৎ মচেৎশিংদু অমমুক পায, অমুক হুন্তোক, অমমুক খূন, অমুক লংথোক থকঙাওনরি । মফৈদা কল্লবা অঙাংগী খোঙ অমা খূনগৎলগা মদু মচাগী শোয়দনা ওইরম্বা যাই খন্দুনা মুন্না য়েংলগা মশাদু থক থক নীক্লা হৌনা কপথোরলক্লে । ঙাইহাক কপ্লরগা খোঙ মককতু থাংগৎপা ঙমদ্রবা মখূৎ ওয়গী শেগ্রাদা য়েপশিল্লগা চাইরিবা হকচাং মচেৎ মচেৎশিংদু মখূৎ য়েত্তুনা হোৎ হোত্তুনা থিবা হৌরকই । মশক খঙবা মচেৎ অমতসু য়াওদ্রে । অসুম য়েংলকপদা অমুবা ফি মচেৎ অমা প্লেটফোর্মগী পিল্লরদুদা ঈ তপ তপ তানা নপ্লল্লি । মুন্না য়েংলুবদা, ঙসাই ত্রেনগী থোঙনাউদগী উখিবা, অমুবা বুরখা উপ্পী মাগী মমতাজগী মায়থোঙদুমক ওইনা উরে । কপ্লা তোক্লগা মখোঙ তপ্লা থাংজিন্দুনা মখূত্তু থক থক নীক্লা তিংথোরক্লে।

মুন্নায়েংশিল্লুবদা মমতাজগী তবারবা মচীন্দুনা নোকফেৎনরগা হায়রকই, "করিগীনো ঐঙোন্দা অদুক মুন্না য়েংলিদুবো ? ঐ নঙগী মমতাজনে । ইচা অনীসে পুরগা কদাইদনো পূন্না হিংমিন্নরুরসি হায়দুনা খোঙ্গুল লীরক্লবনে ।"

য়াম্না ৱানা তিংথোরক্লিবা মখূত্তুনা ফিদু হেক শোক্লুবদা পায়বা নঙহৌদনা লৈমায়দা নাম্থুখ্রে । তপ্লা ফমথরগা য়েংলুবদা ফিদুনা, ঈনা পূল্লুপ লূপ্লবা, শাংলবা মশম য়াওবা কোক মচেৎ অমা যোল্লল্লি। কোক মচেত্তু পায়খৎলগা য়াম্না কিনা মশাদু থক থক নীক্লা ওম্থোক্তুনা য়েংলুবদা মায় মচেৎ অমসু য়াওরম্লে । মশাগী

ফূরিত্তুদা ঈদু তপ্না তৈথোক্লগা য়েংই। মতু খ্যাউ চুংলকই । খরা লয়থোক্নুনা য়েংলুবদা মনাদা শিরিবা সনাদু অমুক উরকই । ও, সনাসে মহাক্কা মমতাজগা কায়নগদৌবা নোংমা ব্রাংলিঙৈগী নুমিদাংদা মাগী থম্মোইনফাওবা মমল লেপ্পা ঙমখিদ্রবা মমতাজগী মনাগী সনাদুনি ।

"করিগুম্বা ইবান্নিসে *ভ্লাক*তৈদুনা খাইনরেবকাক হায়রবদি নঙ কম্মদৌনি ?"

"তুরেলদরা পৃথ্রিদরা অমদা হেক্তা চোংথরগা শিজনি ঐদি । ঐনা হিংলিবসে নঙগীদমক্তনে ।"

"মমতাজ . . . " ইখং খঙহৌদনা স্বর্গ, মর্ত অমদি পতাল মরোল অহুম নীকপমখৈ কন্না লাউথোকখিবা অমজাদ খানগী মথম্মোই ফূকপা খোঞ্জেলদু অগ্রাগী নুংঙৌগী তাজমহলগী মনুংদা চঙখিবদগী ফাওদোকখিবা ঙমদনা খোঙ্থাং ওইনা নিন্দুনা অদুম লৈখি । অদুদগী মমতাজগী মমায় মচেত্তু কোনশিল্লগা অঙাওবগুম পেন্না চূপ্তুনা "মমতাজ, মমতাজ" হায়দুনা কপ লাউদুনা লৈখ্রে ।

তাঞ্জাদুদা রেস্কু টিম য়ৌশিল্লক্তুনা শেগ্রাদা য়েপ্লিবা মচাগী মখোঙ অমদি কোল্লিবা মমতাজগী মমায় মচেত্তু নম্মুন মুস্থোক্লগা মফম অমদা পুল্লপ পৈশিনখ্রে । অমজাদ খান কপ্লগা হকচাংশিংদুগী মনাক্তা চঙশিন্নবা ফনা কন্না হোৎনজরবসু চঙহল্লে । অহোয়নদুম মহাক্কী অশোকপদু লায়েংলুনবা পুনবা হোৎনরক্লে ।

মচি অমদগী, পুলিস অমনা, ঈ ইতৈ তৈরবা মৈচাকখাক দাইরি অমা খূনগৎলগা চেনা খরা ফাক্কৎলগা পাই । পাবা থোক্তবা মাল্লি । মথং মথং লান্নদুনা পানৈ। শোক পন্দুনা নাহেদুনা লৈরিবা ময়ামদুদা পানবা পীশিল্লি । মখোয়সু পাবা থোক্তবা মাল্লি,মকোক হাইনরকই । মথং মথং পাহল্লকপদা, অমজাদ খান্দা পীশিল্লকপদা বেঙ্গলি ময়েক্লা ইবা মণিপুরী দাইরি ওইরম্লে । মথকথংবা শরুক্তুদি মৈনা চাকথেকখ্রে । চেনা খরসু ঈনা পাফম খঙদ্রে । কনাগী খূৎইনো হায়বদু মহাক ফজনা খঙলে । পাবা ঙম্বা মতাংদু পারুই ।

ইরম্লি " - - -রকপা শেনফমদুনা টিকেট হান্না - - - (*মৈরীক্লা চাকথেকখিদুনা হোরে*) - - - চাশিং লোন্না লৌরুরগা ঐ - - - - - (*ঈনা হাজিনখিদুনা অমুক পাবা য়াদ্রে*) - - নেদা থিবদা দিল্লিদা চৎ - - (*অমুকসু ঈনা হাজিন্দুনা পাবা থোক্ত্রে*) - - - সিদা লাকপনি । অদুবু ফংদ্রে । অদুনা ঐ ইচাগা লোয়ননা দিল্লিদা অমুক - - - (*মখাসিদি বোম মচেৎনা পুল্লপা কক্থৎখ্রে ।*)

পুলিসশিংদুনা করি হায়রিনো হায়না হংলকপদা অনীশুবা দাউদ ইব্রাহিমদু পাউখুম অমতা পীখিদ্রে । তৌফম খঙদনা কপ্লিঙৈ হোসপিতালদা লায়েংলুনবগীদমক পুলিসশিংদুনা ফারগা ষ্ট্রেচর অমদা হাপকৎখ্রে । ষ্ট্রেচরদা হীপ্না হীপ্না মাগী মমিত্তু উইশিঞ্জরবসু মাগী মমতাজ অমদি মচাশিংগী শাদোং মচেৎশিংদু ইন্টরনেসনেল তেরোরিষ্ট বিন লাদেনগী পাউচেশিংদা উখিবা শক্তমদুগা খাইদোক্লবা ঙমদনা ইতোৎ তোৎশিন্নখ্রে ।

তাং ১৩-১৫/১০/২০০৬

# মরাইবক

মণিপুরীদা এম. এ. লোইরগা অমুক পি ঐচ দি লোইদুনা অনএদেদ কোলেজ অমদা চহী তরেৎ নিপান পৎলক্লবনি ডাক্তর লানঙম । সরকাবগী লোয়শঙদা থবক তৌবা পিওন অমগী তলবকী মশুং অমরোমদং ফংলগসু সবকারনা কোলেজদু লৌখৎলক্লবদি গেজেত্তেট ওফিসার অমদি শোয়দনা ওইগনি হায়বগী লুম্মুনবা আশাদনি। মাগী সবজেক্টসিনা কম্পিতিতিভ এক্জাম থাদুনা সেন্ত্রেল সাবভিস অমা কৈদৌনুংদসু ফংলরোই হাযবসি তম্বা লোইরবা কান্দতা খঙলকপনি । দিপার্টমেন্ট অতৈগী পোষ্টশিং কৌরকপদসু আব আর ইচা চানফাত্তবনা এপ্লাই তৌবা ইযা যাদে । লোন অতৈগীগুম্না মণিপুরী লোন চাওখৎহন্নবা তোঙানবা দিপার্টমেন্ট হাংদুনা লোনসিবু মনুং থীৎনা খঙবা স্তাফ মরাং কাযনা লৌবগা হেন্না চাওখৎহন্নবা থবক তৌহন্নবা সরকারগী অনৌবা থৌশিলসু লৈতে। ক্লার্ককী থবক্তা চঙবসু ইকাই । অদুনা মানা তৌবা য়াবা থবকসি ওজা অমদি সিভিল সারভিসকী থবক্তা ওইরবগুম তৌরকই । ষ্টেট পাব্লিক সারভিসকী থবক্তুদি পাক হেক কৌরক্তবনিনা ওজাদা মতবা ।

কোলেজদগী ফংলকপা তলবতুদি মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিক ফোঙবা, নৈনবা, সেমিনারনচিংবা য়াওবা চৎপগী বস ভারাদা হেক হেক লোইশিনখি । মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিজবা অমা ওইনা সাহিত্যগী সংস্থান অমদা মিং চন্দুনা য়াওরি। শৈরেং অমসুং ৱারী মচা খরা ইরগা চেফোঙ অমদি পাউচেশিংদা মরক মরক্তা ফোঙই । শেল লৈতবনা লাইরিক অমা ওইনা ফোঙবদি ঙমদ্রি ।

কোলেজদদি তাকপিবা ফৈ হায়না মহৈরোই ময়াম্না থোইদোক্লা শোন্নে ।

মহৈরোই ওইরিঙৈদা মখোঙ শেংনা হৌরকপা অমদি মনুং থীৎনা পারকপা মীনা তাকপদা জ্ঞান তাদবা লৈতে । অতাবশিং মুন্দবা হৌনদে । মদু কোলেজ গোভর্নিং বোদি নসু খঙলদুনা প্রিন্সিপালমক নৎত্রবসু মণিপুরী দিপার্টমেন্টকী মকোক ওইহন্দুনা কোলেজগী মরুওইবা থৌদাং কয়া পুহল্লি। মচীন চৎলি ।

হৌজিক অঙাং অনীগী মপা হায়বদু ওইরক্লে । মচাশিংগী মেন্নবা হোৎনবা অমদি লৈকাইগী শেনখাই থুমখাইদা পৃখবনা অসুম হেল্লক্তুনা শেন্দাং মথী অনানি হায়দুনা খুন্দবদা মঙায়রক্লে । তাঞ্জাসিদা হান্না পুরক্লা প্রিন্সিপালদু গোভর্নিং বোদিনা লৌথোকখ্রগা অনৌবা অমা হাপ্পনবা কন্না হোৎনরক্লে। মদুগী খুদোংচাবদু ডাক্তর লানঙমনা লৌহৌনবা কন্না হোৎনৈ । চেন চোংদুনা উনবা য়াবা জি বি গী মীওই কয়া উনৈ। সেক্রেটরিনদি মাগীদমক লেপ্পী । অদুবু চিয়ারমেন অমদি জি বিগী অতৈ মেম্বরশিংগা সেক্রেটরিগা মোৎ খেনবদু অসুম অসুম চাউথোরক্লে ।

অনীথোকপীগী লৈবাকসিদা মতম খরা চনৈ ফূনৈনরক্লবদা জি বিগী অতৈ মেম্বরশিংদুনা সেক্রেটরি লৌথোক্লবা কন্না হেক্তা মহোৎনরক্লবদুদা মোরেল গ্রাউন্দা ফম থাদোক্লে কোবা । সেক্রেটরিনা ফম থাদোকখিবদুদা ডাক্তর লানঙমসু করিগুম্বা মরম অমতা পীদনা কোলেজ কাবা অদুম তোকখ্রে । মৈগা ঈশিংগগী ঈচেল লেপখ্রবদা হান্না পুমিন্নবম্বা মোৎ মান্নবা ওজা খরসু অদুম তেক্লখ্রে ।

মতম খবা লৈবগা ওজা খরনা কোবগা তানদুনা লনাই সেকেন্দরী স্কুল অমা লিংখৎনবা তৌবক্লে । কোবা মশানা প্রিন্সিপাল কম সেক্রেটবি ওইদুনা হাইয়ার সেকেন্দবি ফাওবগী থাক য়াওবা ইংলিস্ স্কুল অমা হৌদোক্লে । মদুদা ডাক্তব লানঙমসু কৌরক্লে । ডা: লানঙমনা মথৌমক ওইনা মহৈবোইশিংগী মযূম মযূমদা চৎ চত্তুনা মমা মপাশিংদা ৱাচৎ ৱানোমদুনা মহৈরোই ফনা য়াম্না খোমদুনা মযায ওইরপ তৌনা চৎনবা য়াবা স্কুল অমা ওইবা ঙম্লক্লে ।

স্কুলসিনা স্কুল ওইরক্লিবসি ডা: লানঙমগী মপান্দগীনি হাযবসি কোবনা ময়েক শেংনা খঙই । অদুনা মঙোন্দা ওজা অতৈদগী থাগী তলব হেন্না শাই ।

লনাই ওজাশিংদা তুইসন হাখে তম্নবনিনা লনাই স্কুলশিংদা তম্নরিবা অঙাংশিংদু চাংচৎ অমদা অদুম ফবা তাবনি । কনাগী অংক, ইংলিস অমদি সাইন্সতগী হেন্দোক্লদুনা ইতিহাস, জিওগ্রাফি, মণিপুরী ফাওবা তুইসন লোইনা লৌনরক্লে । হন্দক্কী মতাংসিদদি ওজা লানঙমগী পুন্সিদু মবেক মহাও থোক্লকপগুম তৌই । অযুক্তা নত্তনা নুমিদাংৱাইরমদসু অঙাং তুইসন লৌদুনা শেল থোক্লক্লবসিদদি নুপীগী সেবাদুসু হৈনম লৈনম চেল্লক্লে ।

মেত্রিক্কী পরিক্ষা হায়দোক্লে । অফবা মহৈবোইশিংদি সবজেক্ট অতৈগুম্না মণিপুরীদসু অদুম লেটর মার্ক যৌরকই । অদুবু অংক অমদি অতৈ সবজেক্ট খরদা মার্ক ৱাংনা ফংদুনা ফাষ্ট দিভিজনগী মার্ক যৌজরবসু অয়াম্বা অঙাংদি

মণিপুরীদা ফেল ওইদুনা কম্পার্টমেন্টেলদা লাক্লে । মসি তশেংনমক্কীদি অঙাংশিংদুনা অরায়বা মমারোন্নি হায়দুনা থৌশাদবদগীনি । নারক্লিবা লায়নাদুদগী কন্ননবা ডাক্তর লানঙমনা অঙাংশিংদু ময়ূমদা পারুদ্রফাও য়ানবগী থাক্তা তাক্লে । অদুবু মহৈরোইশিংদুদি সবজেক্ট অতৈদা মথ্বায় লূপ্লিবা অদুগুম্না মণিপুরীসিদদি মথ্বায় ইয়াও য়াওবিদে । মতমদুদা স্কুলদুদা তন্লিবা মহৈরোয়শিংদু ইংলিসকী কমান্দ লৈহল্লগা স্কুলদু মীয়াম্না হেন্না পাম্নহন্নবনি হায়দুনা, স্তাফ য়াওনা, স্কুল কেম্পসকী মনুংদা ইংলিস নত্তনা অতোপ্পা লোল ঙাঙলবদি লুপা য়াষ্খ্রেগী জরি লৌরগনি হায়না প্রিন্সিপালনা নোটিস থোরক্লে । লোয়ননা মণিপুরীগী ক্লাস সু য়ারিবমখৈ মণিপুরী টু ইংলিসতা তাক্লবা খঙহল্লক্লে। সিস্তেমদুদা মহৈরোইশিংদুসু হেন্না জ্ঞান তাবগুম তৌবদুদা ডাক্তর লানঙম ঙক্তবা ঙমখিদ্রে। মমারোন তাকপদা মমারোন্না অর্থ হনবদা জ্ঞান তাদ্রগা অতোপ্পা লোন্দা হল্লবকান্দা হেন্না জ্ঞান তারিবসি মমারোন্দু মপূং ফানা খঙদ্রে হায়বগী খূদম ওইরোইদ্রা ? মসিদা অমুক্তা হেন্না লুশিল্লক্লিবদি খঙদ্রিবা মমারোন্দু খঙননবা তমগেদি হাযদ্রদনা মেজর ইন্দিয়ান লেঙ্গুএজগী সবজেক্টতা মণিপুরী লৌবা অঙাংগী মশীং খংহন হন্থরক্লগা অল্টরনেটিভ ইংলিসবোমদা মথং মথং ওনশিন্নখিবসিনি । অল্টরনেটিভ ইংলিসতা থাদরিবা লেবর অদুমক মণিপুরীসিদা থাদবিরবদি লেটর মার্কি য়ৌদবা কবস্না মহৈরোই লৈগদগে ?

তাযওন্নবশিংসিনা ওৎপিরবা ডাক্তর লানঙম নোংমা, মণিপুরী তোক্থোক্লগা অল্টরনেটিভ ইংলিসতা ওনশিনখ্রবা, মহৈরোই কৈরেনফাবগী ময়ূমদা চৎলে ।

কৈরেনফাবগী মপানা ডা: লানঙম লাকপদুদা য়াম্না হরাও তয়াম্না হংলকই, " আই ব্রামলি ব্রেলকম সার লানঙম ? চুম্না সুম ব্রাকিং ? ওর, হ্বাট্ প্রোব্লেম ?"

ও, অহানবা উনবদা ওক্লিবা মণিপুরীদা ইংলিস থেৎপা নত্তবা, ইংলিসতা মণিপুরী থেৎপা ব্রাঙাঙদুদগী খঙলে মদুদি ইমুংদুদগী থোরকপা কৈরেনফাবা কৈদৌনুংদসু মণিপুরী তম্মু হায়বা য়াররোই।

" তামো, ঐ কৈরেনফাবগা ব্রারী অমতা শানজগে তৌবনি ।"

মপাদুনা কৈরেনফাববু কৌথোক্লগা মখোয় পূন্না ফম্মিন্নদুনা ব্রারী শাই।

"সার, হ্বাট ইজ মেটর ? প্লিজ তেল মি ইভরি থিং ।"

"ইমারোন্দা অদুম শাশিদা । নঙনা মণিপুরী তোকখ্রিসিবু ?"

কৈরেনফাবনা পাউখুম পীবা নংদ্রিঙৈদা মপাদুনা " সার, অন্সরসি ভেরি সিম্পল। ইংলিস ইজ ইন্তরনেসনেল লেঙ্গুএজ । দেদ মিক্স কম্পিটিসন অমদি ইনফোরমেসন তেক্নোলোজী এজ অসিদা ইংলিস হৈরগদি ইউনিভর্স ইস মাই স্মোল তাউন । ওভর এন্দ অবব ইট, কন্ত্রি অমগী গ্রেট বুকস অবাউট

কলচর, লিটরেচর, ক্রিতিসিজম, কম্পুটর লেঙ্গুএজ, থেসিসনচিংবসি ইংলিস্তা লোইনা ট্রান্সলেট তৌরকপনা এম্বিসন ফোর হাইয়ার এদুকেসন, হন্তিং ফোর নোলেজ পান্নগদি মোর্দন সোসাইতিসিদা ইংলিস ইজ ইসেনসিএল লেঙ্গুএজ। ঙাইখোনে, হৌজিক হৌজিক নখোয়গী স্কুলদা তম্লিবা সবজেক্ট মঙা তরাদুগী মনুংদা মণিপুরী নত্তনা অতৈদি ইংলিসতা লোইনা তম্লমগনিদা।"

ডাক্তর লানঙমনা মমায়দু ঈচপমুক ঙাওশিল্লগা মখা তারুই, "অদুদা, ইমারোন হায়বসিসু খঙদবা সূকয়া য়াদবনি। নেসনেল এদুকেসনেল করিকুলমদা য়াওরিবা থ্রী লেঙ্গুএজেস ফোরমুলা হায়রিবদি ইমারোন্দা তম্বা হৌরগা ব্রাখল খনবা তমগনি। অদুগা জাতিগী লোল অমা অমদি অন্তরজাতিগী লোল অমগা তঙাই ফদনা তমগদবনি।"

"ও, কে, দেদ ইজ দ থিওরিটিকেল ওনলি। হাইয়াব এসপিরেন্টশিংদি ইংলিস অসি খরা এদভান্তেজ ওইদবা য়াদবনি। য়ু কেন নোৎ গেট আইদর এন ইন্টরনেসনেল নোর এ নেসনেল এর্ৱার্দ ওল্লদো য়ু রোট এ ভেরি ভেরি বিউটিফুল ক্রিয়েতিভ, রিসার্চ ৱার্ক ইন মরিপুরী লেঙ্গুএজ, ইফ ইট ইজ নোৎ ট্রান্সলেট। দিয়াব ফোর, লেঙ্গুএজসিদা রিসার্চ তৌরুগদবমক নত্তবনিনা মাদর তঙসিদি ইনফ ওইরে। খঙদুনা লৈরবা পোত্তু অমুক তমদুনা মতম মাঙহনবদু অশিংবগী খূদম নত্তে। খঙদবশিংদু তমগদবনি। অদুনা ঐনা ঐগী ইচাদা মণিপুরীগী মহূৎ অলটলনেটিভ ইংলিস লৌহনবনি।"

মচীন তুম্লবা ব্রাহৈশিংদুনা থিনবদা হূ কারবা মথম্মোইদু পুরদুনা হল্লক্লে।

ডাক্তর লানঙম মণিপুরী তম্ন-লাইরিক ইবগী ইদিতোরিএলদা য়াওদুনা ক্লাস কয়াগী তম্ন-লাইরিক ইবা য়াওরে। অদুবু মাগী স্কুলসিদদি চহী অনী অহুমসিদা মণিপুরী লৌবা মহৈরোয়শিংগী চাং অসি গৌড় মিঠাই মীশিংদা হস্থরক্লুনা কুমসিদি সেকেন্দরী স্কুলসিদা মণিপুরী লৌবা মহৈরোই অমতা লৈত্রে। অদুনা স্কুল কারক্লবসু ক্লাসতি চঙদ্রে। গান্ধীজম পামজবা অমা ওইনা ক্লাস চঙদনা তলব অদুম লৌবদু ইকাইরক্লুনা ক্লার্কনা শূরিবা স্কুলগী চে চাংদু শূবা য়াওশিল্লি। মদুসু মদুবু শূবিনবা ক্লার্ক তোঙান্না লৈবনিনা স্কুলদা মাগী থবক নুমিৎ খূদিংগী লৈরক্লে। অদুনা চৌকিদার, পিওনগী থবক্লুদা ফাওবা য়াওশিন দুনা স্কুলদুদা নোংমগী মথৌ অমা ফংনবা মথম্মোই শেংনা হোৎনরকই।

মতম খরা হৌখ্রে। স্কুল সেক্রেটরীনা, মহৈরোইশিংদুগী কা অমদি ফম্ফম ফান মতীক চানবা হোৎনবদা মিংজন শেনদুদি করিমত্তা হাইদোকহল্লকপা ঙমদ্রে। মসি লনাই স্কুলশিংগী চৎনবীনি। ওজাশিংগী তলবতি মহৈরোইশিংদগী লাকপা থা থাগী ফীশিংদুনা ওইরি। মহৈরোইশিংনসু থাগী ফীশিংদু চাং নাইনা থীবিদবনা থা থাগী পীগদবা ওজাশিংগী তলবতু পীবা ঙমশিল্লক্লে। থা খরা খরা দিউ

লৈরক্তুনা হৌজিক থা মরি মঙা শুরে তলব ফংদবা।

ফিভমসি য়ৌশিল্লক্লবদা থবক্লা চিংশু মনাদা হাপ্লগা শূহনবা, তলবনা হৈগ্র মনাদা হাপ্লগা কৎপা ওজাশিংদু থবক লেপ্পগী খোঙজঙ চঙশিল্লক্লে। কোবনা ফনা কন্না হায়জরবসু খোঙজঙ হন্দোকপা কৌবা লৈখিদ্রে।

মহৈরোইশিংনা লাইরিক তম্বীদবগী ঈরাং হৌরক্লবদা ওজাশিং অমদি সেক্রেটরী পূল্লগা ৱারী শারি। ওইরক্লিবা ফিভমশিংদু তঙাই ফদবা ঙাক্তনি হায়দুনা, সেক্রেটরীনা ৱা ঙাঙবা হেক লোইখিবগা, নৌনা চঙলকপা ওজা অমনা হায়রকই, “স্কুলসিগী এদমিনিষ্ট্রেসন পূমশোয় শোয়রে। ফনা ফবা স্কুলসি হৌজিক মথন্তা মৃৎলকপা নত্তনা চাওখৎলক্লবগী লম্বী অমত্তা লৈত্রে। খূদম ওইনা হায়রবদা, স্কুলসিদা মহৈরোই অমতা লৈত্রবা সবজেক্টকী ওজাশিংসু লেকচরর অমগী তলব পীদুনা লৈরিবসিবু লনাই স্কুললদবু হৌনবরো? ৱামিন্নসে, ফংমিন্নসে, হিংমিন্নসে। পিওন অমগী মথৌদু লেকচরর অমনা শূরগা লেকচররগী তলব অদুম পীবা। অদুগা পীনীংঙাই লৈতে হায়দুনা ওজা মযাম তলব পীদ্রিসিবু নিয়ম্লা হায়বা?”

নহানমখৈ খঙশিন উশিন্নদনা লৈরকপা ডাক্তর লানঙম মখা তানা ফম্বা ঙম্লক্ত্রদুনা নোংজাবী ওনখ্রবা মমায়দু লৈথোক্লগা হৌগৎলকই। য়াম্লা ৱানা স্কুল লিংখৎমিন্নবকপা ফাউন্দব সেক্রেটরী কম প্রিন্সিপাল কোবগী মনাক্তুদা তপ্লা চঙলক্লগা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মখূৎ তিংথোরকই। ইঙক ঙক্লিঙৈ ওজা লানঙমনা সেক্রেটরীগী মখূত্তূ ফারগা হেন্দ সেক তৌরকই। মমায়দু ঈচপমুক ঙাঙশিল্লগা ৱাতানরিবা ওজা ময়ামদুদা মখূত্তূ লূম্না হাইরম্লগা অদুম মপান থোরক্লে। মমিত্তগী তারক্লিবা পিগী মরিক অনী অহুমদু মী উখিদনবা লোন্না তৈথোকই।

নোংঙানবদগীদি ওজা লানঙম স্কুল অদুম কাখিদ্রে।

শেল থোক্তনা হিংবদি য়াদবনিনা লনাই স্কুল অতৈদা ওজা ওইগে হাযদুনা ফনা যাম্না চৎলুরে। সবজেক্ট কয়াগী ওজাশিং দরকার লৈরবসু মণিপুরী সবজেক্টকী ওজাদি স্কুল অথোরিতি অমতনা পাম্মী হায়রকখিদ্রে। দাক্তর নৎত্রগা ইঞ্জিন্নিযারমক নৎত্রসু ওফিসার অমদি শোয়দনা ওইগনি হায়বগী আশাগা লোযননা মমিৎ শোকঙৈ লাইরিক পারক্তুনা মহৈ মশিং মতীক চানা হৈরবা, এদুকেসন্নিষ্ট অমসু ওইবিবা ডাক্তর লানঙম শেম্থোক লম্বী লৈশিল্লক্তবদগী ফী থীনীংঙাই লৈতদুনা মচাশিং লাইরিক তম্বা তোকহনবদা তারক্লে। ফাজিন্দুনা থল্লিবা মাগী থম্মোইসিনা করিগুম্বা শৌদোক্লগা মপি ওইনা চেন্থরকপা থোক্লবদি পৃথিবীগী কংফালগী শরুকমখৈ পিগী ঈচাউদুদা লূপখ্রগনি।

তাং ২৪/০৪/২০০৬

# খৃষ্ট মাসকী খুদোল : ওপরেসন খেংজোই

অহানবা নুমিত্তা হিউমেন বঙ্কব ওইরুরবা তুংদা অমুক গন পোইন্টতা জঙ্গল কত্তিং তৌহল্লকপা ঙসিগা থানা নুমিৎ হুম্নি শুরে । লালহৌবশিংনা হান্না লৈরম্ফম, চথোক চৎশিন তৌরম্বা লম্বীশিং তাকহনবদা, লেন্দ মাইন বোমগী লাংদা থুরুদুনা খুম্মী খরসু শিগ্রে ।

নুমিৎ হেক তাবগা খুম্মীশিংদু হামেং শঙ্গু হোইবগুম কেম্পদা অমুক হোইবক্লে । অহিংদা, লান্দাশিল্লকপা য়াই খন্দুনা খুনমীশিংদু কেম্পগী অকোযবদা হিউমেন ব্রাল ওইনা শীন্দোক্তুনা অহিংচূপ্পা ব্রাকচীংগী, অব্রাংবা চীংথক্কী উন পুবা নুংশিত্তুদা, ঙরাং অমদি নহান অহিংগুম ঙসিসু ফৌদৌবি । অকোযবদগী অকংবা উ ব্রা থিরগা মৈ তীকচগে হাযবসু যাদে ।

নুমিৎ নীনি হুম্নি হৌখিদুনা খরা কোম্থোক্লকপা তাঞ্জাসিদা শিরগা শি, লাইবক য়েংলগে হায়দুনা অথেঙবা অহিংদুদা লোন্না চেল্লক্লে চহী তরাতরুক চঙলক্লিবা নিপামচা ঙুলখুলেন।

অহিং নোংয়াইদা ময়ুম হেক য়ৌবগা অফংবা ফিরোল খরা খোমজিল্লগা থা শুরবী, লুখ্রাবী মতৈমদুগা মমা অশোনবীদুগনা মমাঙ থা, খরা চাউবা ময়াম্বগী মচাদুনা মনমদা পো, খরা পীকপদুনা মখূৎনা পম, শেক্কৌ শেক্কৌ ময়ূমদগী পাকথ পাকথা চেনচৎমিন্নরক্লে ।

চীংচেপ্পুদা খোঙথাং চাম্মবু য়ৌনা চৎত্রি, তুংলোমদা অহৌবা মখোল অমা তায় হায়দুনা মমায় ওনশিল্লগা য়েংলকপদা ময়ূমদু পূমকায় কায়রগা মচেৎ মচেৎ পাইথোরকপগা লোয়ননা মৈ চাকখৎলক্লে । ইমুংসিদা তারিবা অব্রা অনাদু

খুন্নীশিংনা খঙবিদুনা, অরৈ অরৈবা পুশিন্নরক্কুনা য়ুমদ শাবা লোইবা থা অমরোমদা ঙায়রিবনি। ঙুলখুলেন ব্রাংনা চাকখৎলক্লিবা মৈরীদুদা উপাই লৈতনা মপি চতুম চতুম শিন্থদুনা য়েংলি।

চীংচেপ্তুদা লৈবাক য়াম্থরগা শাবা হোৎনরিবা য়ুমদুগী য়ুমথক্কুদা হুমদাং য়ানবা লোইরগা উরা ফোংলি ঙুলখুলেন । উরা থাবগী থবক্কুদি ঙসাই অয়ুক মপা অমদি ময়াম্বগা লোয়ননা চাউরাকপা লোইশিনমিন্নখ্রবনি । হৌরেল নুংদাংনা মপামচা অহুম চঙদুনা ফক্লাং খাদৌরিবনি । চহী খূদিংগী নবেম্বরগী তাং ১ দা হেক হেক পাঙথোকপা কুকি জাতিগী লৌরোক কুম্মে, চবব্রাং কুট নংনবা লোইশিনদবা য়াদবনি । নৎত্রগদি লোক্লক্কদবা ফৌগী থম্ফম লৈরোইদৌবিবনি । চহী অমা চানবা ফৌদু পৈশিল্লগা ইমুং মনুং পূম্বা খৃষ্ট মাস য়াওদুনা নহানমখৈ শূ নোম্লকপদুগী অব্রা অনাদু কাউথোক্কদৌরিবনি । প্রভু যিশুগী মগুণ শৈথারগা গিটর খোংদুনা ঈশৈ শক্কদৌবিবনি ।

মকু খোক্তনা য়ুংবা চোৎলিবা উগী উখোংগী উখুলশিংদুদা মতৈমা কিমগা মমাগনা লৈবাক হাপচিন হাপ্‌চিন শুজিনবা হোৎল্লরি । মবক মবক্তা মথক্তা ব্রাচেৎ অমদি পৈয়াসু লানখলি ।

ঙসাইদগী লেপ্তুনা শূরকপদুদা মখ্বাঙ নারদুনা তিংখৎলকপদা অথাপ্পদা খোঞ্জেল অমা তায় হায়দুনা য়েংথোক্লুবদা চীংখারোমদগী খুন্নী ময়াম হোই লাউদুনা চীংচেপ্তুদা লয় লয়দুনা হাওফিগী খাউতুপ অহুম মরি মী অনী অনীনা লেংথোং পুরদুনা কারক্লিবদু উরকই । করি তৌবা য়াওরবজাৎনো হায়দুনা মঙক থাংগত্তুনা ঙাইহাক য়েংই । শাদানবদা অচৌবা শা ফাদুনা ফাফমদা শেমদোক্লগা পুরক্লিমাল্লে । ঙুলখুলেন ই ফানবা চৎখিবা মপাগা ময়াম্বাদুগনা ই হেক পুরকপগা কৃপ্পা হৌনবা মাগী থবক্কু লোইশিন্দবা য়াদে মতাগুম মখা শূথরে । ময়ামদুগী ব্রাখলদুনা মাগী মকোক্তা চঙলকপা ঙমদে।

ময়ামদুনা মখোয়গী নৌনা শারিবা য়ুমসিগী মনাক্তা ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীদুদা লাক্কুনা নকশিল্লক্লবদা ঙুলখুলেনগী মমানা হায়রকই, "ঙুলখু, য়ুম শাবগী ব্রাবসিদা ঙসিদি অহাওবা ইন্সাং চাসে । ই ফাল্লুবদগী ব্রানা হল্লকপা নয়াম্বগা নপাগনসু হরাওগনিয়ে । ময়ামসে কৌশিল্লও । খরা লৌহৌসে ।"

ঙুলখুলেন্না "শা খজিক্তা লৈহৌগে, ময়াম ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো" হায়বগা মথক্তগী উখোংদুদা শীখদুনা কুমথরকই । ময়ামদু চঙশিল্লক্লগা উ ব্রা থম্বগী অহাঙবা লম মচেৎ অমদা খাউতুপ অহুম মরিদু পুল্লপ থারৈ ।

ঙুলখুলেন্না মতৈমদা অশেন্বা শা হাপ্পবা পাত্র অমা লৌথোক্লুনবা হায়খ্রগা ময়ামদুদা ওন্সিল্লক্লগা হংলকই, " করি শানো ? য়াল্লিবা খূৎয়ামসিদদি লমওক

নৎত্রগা শক্তিগুম্বা মানশ্রেদা।"

কনামত্তনা পাউখুম পীবক্তে। মযামদু তুমিন তুমিন লৈনৈ। শাযামসি পুবকপদা ৱাবমাল্লে, ৱা অমত্তা ঙাঙনদে। খুনসি চাবা কোন্নদৌ মাল্লি।

কিম কোম্পাক অমা পাযবগা হৰাও হৰাও চেনশিল্লকই। চহী ৫/৬ লোম শুববা কিমগী মচানিপা অহন্দু শা চাদৌবে হাযদুনা হৰাওনা চোংল চোংলদুনা মমাগী মতুং ইন্নবকই। পুল্লপ থল্লিবা খাউতুপশিংদুগী মনাক্তা চঙখ্রে। ঙাইনকৃবা তৌদনা ঙুলখুলেন্না মযোমদু হাংদোক্লগা মখূত্তু থিংজিন্দুনা মনুংদুদগী অশাংবা মখোং অমা পুথোবকই।

ইসঃ! কবিনো সিদি ? মীওইবগী খোঙনিনা!

খংপ্রেক খংনা খংথা থাথবগা খুন্মী অমদা হংলুবদা খুল্লকই, "লালহৌবশিংনা মখোয়গী কেম্প তাবা লম্বীশিংদা সিফাই চঙলক্তনবা থাক্তুনা থম্বা লেন্দ মাইন বোম নেৎলুবজাৎনি। ওস্থোক্লা শক্তি লৈবা বোম ওইবমাল্লে। লোইনা মতৎ মতৎ তৎলে। অদুনা খবা যাংনা পুবা যানবা ময়োম অহুম মবি থোক্লা যোল্লক্লবনি।"

"মহাকসিবু কনানো হা ?" শ্বব ফুনগৎলগা পূমথক থক্কৎনা ঙুলখুলেন্না হংখিবনি।

"মনাক্তা থাঙ্গোল অনীগা অফানবা ই খবগসু লৈবম্মী। নঙগী ববাগা নযাম্বগা ওইবমাল্লে।"

"হাঃ!" হাযনা খংলাউ লাউবল্লগা মখা অদুম তাবকখিদ্রে ঙুখুলেন।

মপুবোইবা অমদি মকুবোক্কী মতৎ মতৎ তৎলবা হকচাংশিংদু যেংনা যেংনা মশা থক থক নীক্লম্লগা ৱা অমফাও ঙাঙদনা তুথবক্লে কিম। মমাদুসু ৱা অমতা ঙাঙথোবকপা ঙমদনা তপ্না অদুম তুথখ্রে। মযাম চেনশিন্নদুনা মকোক্তা ঈশিং থাদুনা লাযকন্নবি। অদুবু অঙাংদুদি শা থোংবা চাবনি হাযদুনা হৰাওনা মযোমশিংদু ফাকপা লাক্লবি। ঙুলখুলেন মশাদগী মথ্বায পাইথোকখ্রবগুম লেঙ লাকখিদ্রে, পুল্লপ ফাজিনখিদুনা নূংগী মুর্ত্তিগুমখ্রে।

ঙবাং অহিংদগী লাকপদুনা মোলচাম য়ৌবদা নুমিৎ তাবে। লম্পাক মচাদু লাঞ্জেল্লোযশিংনা পিক থল্লম্লে। মবী মবী লাক্লবসু লেপত্রি। ঈংখ্রবা দিসেম্বব থাগী অহিংসিদা ফি বোল, অচা অথক পুনবকপসু নত্তে। লাম্বা অমদি চীংগী অইংবা নুংশিত্তু খাঙবা ঙমদবদগী অঙাং খবদি থেম্বা য়াদনা কপ্লবি। নোংঙাল্লমদাইদা, মীওই খবনা কদাইদগীনো উকং খবা পুবক্লগা মৈ হৌগৎলববদা ময়ামদু খবা শাফন্নবকই। খবদি সিফাইনা ফৃখিবগী দাগশিংদু হীগা যৈনবি।

নোংঙাল্লবদা মোলচামগী খুন্মীশিং অমদি শকখঙদবা তম্মী মানবা নহা

খরনা চান থক্লবশিং পুরক্নুনা লানচাক খাঙলে ।

অচা অথক য়েল্লক্লিবা মীদুদা ঙুলখুলেননা হায়রুই, " ঐখোয়দি মফরে । যুমদা পুন্দুনা থল্লম্বা ওক, য়েন, ষণ, ইরোই, মহৈ মরোংশিংদুদি কমদৌবা ? মখোয় য়াওদনা ঐখোয়না কয়াম কুইনা হিংবা ঙমগনি ?"

খুল্লস্মী, "মদুদি নখোয়গী খুন্দা লান্দারুনবা সিফাইশিং থারক্লিবা লোইলম লৈবাক মপু ইন্দিয়া গভরনমেন্টদা ৱাকৎলুদনা।"

ঙুলখুলেনগী মথ্বায়দু মশাদগী চোংথোরক্লগা খুল্লকই, "লালহৌবা নখোয়না ঐখোয়গী খুন্দা লৈবিরদ্রবদি ইন্দিয়া গভরনমেন্টনা সিফাই লাখ লাখ থারক্লবসু খুন্দা করিসু তৌরোইয়ে ।"

তাশিন্নদনা চৎখ্রে ।

খেন্দো, সেহাও, সিমোল, বাইলোন, খেংজোই, ৱাইলৌ, বজ্রাং, মোলদানোম, মোলকোন, সোংকোক, বোংজোই,ফুইলেন, চালচাং, তৌইতুং, ওল্ড সোমতাল, হায়পুকোৎকী প্রজাশিং মফমসিদা লোইনা লাঞ্জেন্নরক্লে ।

নুমিৎ হুম্নি শুবদা পাউমী কাংবু'মা য়ৌরক্লে । লাঞ্জেল্লোয়শিংদুদা মথং মথং হংলকপদা ঙুলখুলেন্না, মানা হকথেংনরকপশিংদু পাউদল্লকই :

"উ উ উ . . . ধুং ! ঢ্রেং চা ঢ্রেং চা . . . "

খংপ্রেক খংই । য়াম্না নকপদনি । লৈমায়দু ফজনা নীকই । য়েনশিংনা অরোইবীদা খোংলগা য়েনগোন্দগী পাইথোক্লখি । ওকশিংসু ঙমজবী থাদুনা খোংদুনা গ্রোং গ্রাং গোং গ্রাং চোংবগী মখোন তায় । ষণশিংনা থৌরী থদৎতুনা চেন্নখিবগী মখোল . . . শ্বর হোনগদবা ফাওবা কিনৈ । অকংবা উনাশিংগী মথক্তা করিনো পোৎকুপ খরনা চাইদুনা তারক্লিবসিনা!

নোংঙাল্লমদাইসিদা অসিগুম্বা মখোন কয়া দিংপি খুলসিগী মফম অয়াম্বদা লেপ্তুনা তাশিল্লক্লবদুদা ঙুলখুলেন, মমা, থা শুরক্লবী মতৈমা কিম অমদি পীক্লিবা মচা অনীদুগা মখোয় মঙাদু মফম অমদা চেন্নবা থোঙ হাংদোক্লগা থোরকপদদি চীংচেপ্তা শারিবা মখোয়গী ওকোন, য়েনগোন অমদি ফৌগৈদু মৈরিক ৱাংনা হৌদুনা মৈ ড্রুঙ ড্রুঙ চাক্লন্নি । দৃশ্যদু উবদা মতৈমগা মমাগদি মখোঙ মখূৎ তিংথোক্লগা কপ্তুনা লৈখ্রে । জ্ঞান তাদ্রিবা অঙাং মচা অনীদুদি পূমথক থক্কৎখিদুনা মমিৎ মনা য়ুংখত্তুনা লৈখ্রে । নুমিৎ নীনি হুম্নিগী মমাঙদা নুমিদাংদা, অতিয়াদা মখোল অমা হেক হেক তাখিবদু স্পাই প্লেন্নি হায়না খুন্দা চঙজফম লৌদুনা লৈররিবা লালহৌবশিংনা ঙরাং হায়রম্লদুগা, তারক্লিবা মখোনসিগা, পোত্থাবা ঙম্নদে ।

মখোলশিংদু দিংপি খুলদতা নত্তনা ম্যানমারগা লোন্নবদা লৈবা মণিপুরগী

চান্দেল দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনবা চীংগী কুকি খুনশিং - খেংজোই, মোরকোট, সেলমোন, চহাও খুলশিংদসু লেপ্তুনা তাশিল্লক্লবদুদা চেনফম খঙদনা ইমুংলোমদা অমুক চেনশিন্নরক্লে । চীংমায়শিংদুদা মথং মথং খোস্থাং য়ৈবা হৌর হৌরবা মখোল চামঙা চাক্রুক হেন্না তাশিল্লক্লবদা মনাকোংশিংদু ইপঙ পঙশিল্লগা ঙংদুনা অদুম লৈরক্লে । যূমথংনবা লৈবাক, ম্যানমারনা লাম দারক্লেদনা সিদি ! থব্রায় হিংনবা কদোমদা চেনগনি ? কনবিগদবা ইন্দিয়াগী লৈবাক মপুগী মনাকোংদা পাউসি কনানা য়ৌহল্লমগনি ?

নোং ঙাল্লবসু ইমুংদুদা অদুম লোৎতুনা লৈরকপনা নুমিৎ য়ুংলমদাইদা লম্বী অমদি য়েনখাদা খোঙউপ বুটকী মখোল তারকই । খরদা নত্তে । লোৎলিবশিংদু শ্বর পীকথনৈ ।

"যূম যূমদা লোত্তুনা লৈরিবা পুন্বা লোয়না থোরক্লো। আর্মিগী ওরদরনি। যাম্না থুনা থোরক্লো . . . ।" কুকি লোন্দা লাউরকপা খুনগী চিফ, কোনখুথাং হাওকিপকী খোঞ্জেলনি।

লোৎনরিবশিংদু মথ্বায় খংচাউ চাউখৎনৈ । হৌজিক্তি কনবিনবা ইন্দিয়ান আর্মি লাক্লবনিনা শিমক্তি শিররোই ।

ইমুংদগী থোরকপদা, কোনখুথাং হাওকিপনা মাঙ থাহল্লগা সিফাই ময়াম্না মতুংদা ইন্নদুনা চৎলল্লিবদু উরে । মদুগী মতুংদা খুনমী কয়াসু মতুং ইন্নরল্লি ।

আর্মিশিংদুনা হিন্দিলোন ঙাঙবদু তারকপদা কনবিনবা লাক্লে হায়দুনা হরাওবগী পন্দোম লোমখ্রে । ময়ামদুগী মতুং ইন্নদুনা চৎপা য়াওরে ।

খরা চৎলগা লৈরিবা থেল মচাদুদা নুপী অমদি অঙাংমখৈ খন্দোকহৌরগা নুপামখৈ মখা তানা আর্মিশিংদুগা চৎমিন্নরে । ৱারী শানহন্দে । কেম্প য়ৌবগা খরনা নোংমৈ মরূ অমদি বোমগী উপুশিং থাংহল্লি । মিনিট অমদা বোম য়াঙ্খ্রে কাপ্লা য়াবা য়াম্না লূন্বা অচৌবা আর্টিলরিদু থাংবদদি মী ফনা য়াম্না চঙই ।

ঙুলখুলেন্না খল্লি, "ইমা লৈবাক ঙাক্পিনবা লাক্লিবা সিফাইশিংসিগী মতেং পাংবদা তন্দো মান্দে তৌরিবা নখোয়না চৈ চাদনা কনানা চারুনি ? ইমা লৈবাক্কীদমক অসিগুম্বা মফম অমদি মতমসিদদি ইশাগী হুমাংদা নত্তনা ইঙকফাওবা বলিদান তৌগদবনি ।"

খোঙউপ তোংদ্রবা খোঙয়াদুদা চীংগী চৈতেক চৈরাং অমদি মৈখাকশিংদুনা থিনগাইদুনা ঈ অর-র তারক্লিবদু করিসু থৌশাদনা মমা লৈবাক্কীনি খন্দুনা লূন্নবা পোৎলুমদু পুদুনা মাঙ থানা চৎলি ।

ফনা শাংনা চৎলবা তুংদা, নোংমৈ কাপ্লকপগী মখোলদু নকশিল্লক্লে । চৎলিবশিংদু লৈথনবা হোৎনরকপদা সিফাইশিংদুনা ফূ ফূদুনা হোইগৎলিবদু উরগা খুনমীশিংদুদা ওনশিল্লগা শাউই ঙুলখুলেন ।

সিফাই অমনা হিন্দীদা হায়রকই, “নোংমৈ কাপ্লক্কনু হায়না তানবা লাউ। নৎত্রবদি নখোয়, মখোয়না কাপ্লকপা মরূনা পান্দুনা শিজনি।”

ঙুলখুলেন্না খল্লি, “লান্দারক্লিবা ম্যানমারগী লান্মীশিংসিনা ঐখোয়গী ব্বাবু তাবিগদ্রনে!”

খুনমী অমনা মখোয়গী দাইলেক্ট, কুকি লোন্দা লাউবা হৌরকই, “ইচিন ইনাউশা, নোংমৈ কাপ্লক্কনো। ঐখোয় পান্দুনা লোইনা শিবা তারে। মাঙদা নখোয় তম্না চঙলক্লিবশিংসে খেংজোই অমদি দিংপিগী খুঞ্জাশিং ঙাক্কনে।”

অদুবু নোংমৈ কাপ্লকপা লেপ্তে। সিফাইশিংদুনা, মমা লৈবাক নুংশিবা খঙদবা খুন্মীশিংদুগী মরূমদা লোৎলগা, নম্‌গন্দা নোংমৈ নম নমদুনা হোইজিল্লি। নোংমৈ মচীন্দু অমুক অমুক হাইদোক্লগা মাঙলোমদুদা খপচিন খপচিন কাপ্লগী মখোন্দুদা ময়ামদু পূংপঙ পঙশিনখ্রে। লেপ্তুনা অসুম কাপ্লকপগী মৈখুদুনা পূংমম মল্লক্লে, মমিৎ থূপ্তুনা পাঙবা ঙম্নরক্তরে।

ধূং . . . ।

হন্না য়েংথোকখিবদা খুন্মী অমা অতিয়াদগী শল্লগা তারক্লম্লি। লালহৌবশিংনা চঙবা য়াদে হায়খিবা মফমদুনি। মখোয়না লাং থাক্তুনা থল্লম্বা লেন্দ মাইন বোম নৎত্রগা আই ই দি নেৎলুদুনা পোকখায়রকপনি। মমাঙদসু বোম নেৎলুবদগী থবক শূবা চৎপা খুন্মী তরামুক শিখিবদুদা মপা অমদি ময়াম্বা য়াওখিবনি।

মাঙলোমদগী লেপ্তুনা কাপশিল্লক্লিবা ম্যানমার লান্মীশিংদুগী নোংমৈ মরূশিংদুনা পান্দনববু হোৎনগদ্রা নৎত্রগা বোম নেৎলুদনববু হোৎনগদ্রা? কিনবনা খোঙ থাংবা থোক্লরক্তবা মতমসিদা তুংলোমদগী চঙশিল্লু হায়না নোংমৈ মতোন্না খংথিন খংথিন থিল্লক্লি। থিনসনু। ইমা লৈবাক্না মীখা পোন্দনবা হোৎননীংদবা মখোয়দি শঙ্গিন্নফাও থিনসনু।

ঙসাইগী ব্বাহৈশিংদুমক লিঙ্গুআ ফ্রানকা ওইরিবা মণিপুরী লোলদা, ময়ামদুনা অমত্তা ওইনা হঞ্জিন হঞ্জিন লাউহল্লে।

তারমাল্লে। নোংমৈ মখোল লেপখ্রে। ম্যানমার লান্মীশিংসি মণিপুরী খঙবা য়াওবা জাৎনি। মোরেগী ট্রান্সিট গেত্তা লৈরম্বা য়াওবজাৎলা?

মমা লৈবাক্কীদমক লাম্ণেংনরিবা লান্মীশিংদা তেঙবাংবদা কিথি কিরূম তৌরিবা মীওইশিংদু ঙুলখুলেন্না অরোয়বীদা শাউরে। মাঙ থারিবা মীওইদুদগী বোম দিতেক্তরদু মুল্লগা মাঙ থাদুনা অঙম্বা চীংমায়দুদা গম গম কাখৎখ্রে। থেংনবা বোমশিংদু কোইথোক্তুনা থল্লল্লগা তুংলোমদগী নোংমৈ কাপ কাপ্তুনা লেপ্তুনা অদুম কাখৎমিন্নরি। লেপ্তুনা কাপ্লগী মৈদা ঈকপদৌনা শারবা নোংমৈ বেরেলদুনা মাঙদা চৎহল্লিবা মীচমশিংদুগী মশাদা থেংলুবদা পোক্তুনা খংপ্রেক খংনা চোংথোক্লবদা তুংলোমদগী খোঙুপ বুটতুনা হেক্তা কাওশিল্লি। অদুবু মদু

মমা লৈবাক্কীনি খল্লুবদা মশাদা চৈনা অমত্তা ফাওদে ।

ময়ামদু লাউ লাউদুনা চঙশিল্লকপনা ঙসাই নোংমৈ যাম্না কাপথোরকখিবা মফমদু য়ৌরে । মফমসিদা ম্যানমার লাম্নীশিংনা করম্বা মতমদা হাইজিল্লক্তুনা অসিগুম্বা কেম্পসি শারল্লিবা ? কেম্পদুদা লৈরম্বা কোম মচা মচা, মী লৈফম, সন্ত্রি তৌফমনচিংবদুদা তারল্লিবা কাপথোকখ্রবা নোংমৈগী তোক্লীং অমদি মেগজিনশিংদু যেংবদা কিবা ফাওরকই ঙুলখুলেন । অদুবু অমুক নৌনা কিখৎলক্লিবা অমনা অসুক য়াম্বা নোংমৈ মরূশিং অসিনা কাপ্লকপদুদা পান্দুনা শিহৌদবা মহাক লাইনা হাৎলসু শিরবোই ।

আর্মিনা মীচমশিংদু ফূ ফূদুনা থাজিল্লগা নোংমৈ অমদি বোম লৈব্রা থিহল্লি । শঙশিংদু লোইনা মৈ থাদোক্লে । ঙুলখুলেন মমা লৈবাক্কী লমন মচা অমদি শিংবা হৌরে হায়না মথন্তা খঞ্জকুবদা মাযথোঙদু মকা লামথোরকই ।

হবাও মীনোক্তুগী লৈচিন নোংফাই থাংদ্রবা থা থৱাম্নিচাক মরক্তুদা সিফাই ওফিসারদুনা খুম্নীশিংদুদা ওনশিন্দুনা চগেংননা নোক্লগা হাযরকই, "নহানমখে নখোযনা যোক্তুনা থল্লম্বা লালহৌবশিং হৌজিক যোকখোদনা ? দশাসি কনানা তাহনবনো ? ঐখোযগী ইথৌদি লালহৌবশিং তকখায়বনি।"

ৱাহৈসিদা খংপ্রেক খংই ঙুলখুলেন । খনখিবদুগা ওইরল্লিসিগা ! মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে । খল্লি, নোংমৈ অমা মুল্লগা ইন্দিয়ান আর্মিদা কাপশিনদুনা লোইনা হাৎলসিরা ? নৎত্রগা বোম অমা মুল্লগা পোখায়হন্দুনা পুল্লপ শিমিন্নখ্রসিবা ? মথম্মোইদু শ্র শ্র নৈশিন্দুনা উপাই লৈতনা খাঙবা তাখ্রে ।

পাউমী অমনা হংলকই, "কুনশুবা জে কে লাইট ইনফেন্ট্রিগী সি ও কর্নেল দেবসিস দাসকী কমান্দ মখাদা দিসেম্ববগী তাং ৫, ২০০৬ তগী হৌখিবা ওপবেসন খেংজোই অসিগী মতাংদা পেন্দবা অতৈ করি লৈবিবগে ?"

মমিত্তগী তারক্লিবা মপিদু তপ্না তৈথোক্লগা ঙুলখুলেন্না খুম্লকই, "ঐখোয়গী চহী অমদা অমুক্তং লাকপা হবাও তয়ামগদবা খৃষ্ট মাসকী মাঙওইননা ইয়ুম ইকৈ, চহী অমা চাগদবা মহৈ মবোং তুম্না মৈ থাদোকপিখ্রে । হৌজিক্তি, মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইনরম্ববা, চহী অমদা অমুক্তং লাকপা খৃষ্ট মাসতু থা অমদা মঙারক লাক্লবসু খুনমীশিংগী মচীন্দগী, নুংশিরবা খৃষ্ট মাসকী ঈশৈদুদি থোরক্লবোই । মৈ পীযু, লম্বী শেম্বীয়ু, হোসপিতাল থম্বীযু হাযবদদি সরকার লৈত্রগা ঐখোযবু ওৎ নৈনবা সিফাই থাজিল্লক্লবা সবকারদি ঙসিসু অদুম লৈরল্লি । লৈবাকসে গনতন্ত্র চৎলি হায়দাইনে ? ঐখোয় ম্যানমাববোমদা খুল হোংনিংলে ।"

পাউমী অমনা হায়রকই, "গনতন্ত্র চৎপা লৈবাকসিদা ফাওবা সিফাইনা অদু তৌরে অদা তৌরে হায়দুনা ৱাবৌবিবা অদোম্না, সিফাইনা সাসন তৌরিবা

ম্যানমারগী নাগরিক অমা ওইরগা কমদৌনা অৱাবদু কোক্কদৌরিবনো ?"

সিফাইনা ফৃখিবগী ঙাংশং ঙাঙনা খামহৎতুনা ঈ অশিবা চঙলিবা মফমদুদা মখৃৎনা নাল্লে নাল্লদুনা, মথম্মোইদা থোক্লিবা ঈদু ফাজিনবা ঙমদনা মচীনবান্দগী ওরো-রো পাথোরক্লে, "গনতন্ত্র চৎলিবা লৈবাকসিগী লমদমসিদা সিফাইশিংনা তৌরিবসিদি সিফাইগী সাসন লৈবা ম্যানমারদফাওবা তৌদে । মীচম্ম হিউমেন বঙ্কর ওইহল্লগা তুংদগী নোংমৈ কাপ্পুনা লাপ্থেংনবদা ৱারে হায়দুনা অমুক হিউমেন ৱাল শেমহল্লগা নুংঙাইনা ময়ায়দুদা তৃপ্পা লাম্মীশিংসিবু লমদমসিদা নত্তনা পৃথিবীগী করম্বা মফমদা লৈবগে ? করম্বা ইতিহাসতা থেংনখ্রবগে ?"

চিফ, কোনখুথাং কিপজেন্না হায়রকই, "ইন্দিয়ানা নীং তমখিবা চহী ৫৮শুখ্রবা ফাওবদা খুনসিদা লম্বী অমত্তা নিংথি নুংঙাইনা শেম্বীরদ্রি । ভারত ঙাম্থোইরি হায়নদি লাউরি । স্কুল শঙদি লৈ, ওজাদি থারক্তে । খুম্মীশিংনা মতমসে চাওখৎলে হায়বসিদি লালহৌবশিংনা শীজিন্নরিবা অঙক অঙকপা খৃৎলাইশিংদুদগী খঙবনি । তমদা লৈবা, মীয়াম্ব নুংশিবা শাবা খরনা চীং তম থোং মান্ননা চাওখৎমিন্নগদবনি হায়না লাউরি হায় । শেন থুম কাইথোকখিবগী পাউসু তায অদুবু ঐখোয়গী খুন্দদি য়ৌরক্তে । পীকখ্রবা মণিপুরসিদা খেঞ্জোইগা ইম্ফালগগা থাপ্পবসি তরাতরুকশুবা শদাব্দীগা কুনশুবা শদাব্দীগা অনীদুগী থাপ্পবদুনি। ভারতকী সাইন্তিষ্টশিংনা থা কানবা হোৎনরি হায় অদুগা ইনক নক্লা লৈরিবা ঐখোয়গী অসিগুম্বা খুনশিংসিদি নৃংগী যুগতগী থোরক্লবা শীনবগী পাউদি তাদ্রি ।"

পাউমীশিং হনখ্রে । অদুবু পাউচে পাবা ফংদবা মফম্নিনা পাউমীশিংনা লৌখিবা অৱা অনাগী পাউদু ফোঙলিগদ্রা হায়বা কনামত্তনা খঙনদে ।

নুমিৎ নীনি লৈরবা তুংদা অপীকপা মোলচাম খুন্দুদা য়ামখ্রবা মীয়ামদুগী চান থক্লবা লৈশিল্লক্তবগী মথক্তা মফমদুদা মীয়াম্ব তেংবাংলিবা লালহৌবশিংদুদা তবগেৎ তৌদুনা আর্টিলরি অমুক কাপশিল্লক্লকপা যাই খন্নদুনা মীয়ামদু চীংগী খোঙ লম্বীদা মোরে চৎপা তারে । খরনা চকপীকারোং অমদি শুগুরোমদা, খরনা ম্যানমারবোমদা চৎনখ্রে । চৈশু য়াওদ্রবদি চৎচবা ঙমদ্রবা অহলশিং মকোক্তা পোৎলুম পুবি । পীক্লিবা অঙাং মচা মচাশিংসু স্কুল বেগকী মহূত্তা মনমগন্দা ময়োম মচা মচাশিং পোদুনা অঙম্বা চীংগী খোঙ লম্বীদুদা চৎপা হৌনখ্রে ।

ঙুলখুলেন চমম্নবা অমা লাক্লে মদুদি খৃষ্ট মাসকী মাঙওইনবা খুদোলসে পুরগা মমা হনুবী, মকুম মথা শুরক্লবী মতৈমা কিম অমদি মচাশিংদুগা লোয়ননা রিফিউজি ওইরুনবা চৎকদৌরিবা মফমসি ইন্দিয়াগী লৈমায়দরা নৎত্রগা ম্যানমারগী লৈমায়দরা ?

তাং ১৬/১২/২০০৬

# হাৎতোক্লবী

সনামচা এম এ পাস তৌজরবসু হিংনবা শেস্থোক লম্বীদদি লমহাঙনরি। লনাই কোলেজ অমদা পুবা য়াওরম্মী অদুবু তলবতু মফি মরোল শূনবা সাবন লৈবা ফাওবা কোন্নদে। তোকথোক্লগা লনাই ইংলিস স্কুল অমদা অমুক য়াওরে। তলবতি সরকারগী গ্রেদ ফোর কর্ম্মচারী অমগী তংখাইমুক্তনি অদুগা পেরিঅদনা নোংমদা মঙা নৎত্রগা তরুক লৌহল্লি। ব্রামন্দুনা ক্লাস চঙবদা ঙাইহাক চোন্থরুবদা খোন্থীসু চারিপোৎনি। ব্রা ঙাঙখিদ্রে। ঙাঙনীংদদুনা ঙাঙদবা নত্তে, ঙাঙমন্দুনা ঙাঙগদবা তল্লবা। ময়ূমদা পোত্থাবগী মহূত্তা অঙাংশিংগী ইউনিট টেষ্টকী, থাগী পরিক্ষাগী চে য়েংবদা চাক চাবা ফাওবা অমুক্তা লৈতানা চাবা ফংদে। য়ূমগী থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে। মমা মপানা ব্রানা লাইরিক তমহল্লকখিবদু মীগী শেন তানবিনবা চনখৎলুবা মেছিনগা চপ মান্নখ্রে।

'কনানা য়োৎসু নত্তনা' হায়দুনা ব্রামল্লকপদগী স্কুল পুবদু তোকথোক্লে। মিরুট য়ুনিভরসিতিদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তৌমিন্নরিঙৈদা খঙনরকখিবী থাবল্লেগা তান্নরগা বেঙ্কদগী লোন লৌদুনা খুংগংগী বাজার মচাসিদা প্রিন্টিং প্রেস অমা লিংখৎনবা ময়েক মরূ, মেছিন্নচিংবা লৈরুরে। সনামচাদা মথম্মোই খূদোল তৌথোকখ্রবী থাবল্লেসু ইম্ফালদগী লাক্লুনা প্রুফ ককপা য়াওরে। খঙন-চানবশিংদগী ওরদর থিদুনা পুরক্লুনা হেক হেকসু নম্লে।

জঙ-জঙ ইনখৎলকপগী মীকি লাইকিদবা মতাংদু ওইরম্লবদি থোক্ল থোক্লবনি হায়দুনা নহান্না শঙ্গোয় লূকোয় ইন্থুরম্লনি। অনৌবা থম্মোই অমা

খঙনগদবসু ফরক তারে । মেট্রিমোনিএল ওফিসতা চঙগদবসু ইকাইদুনা খাঙলক্লি । ব্রাখল খন্থবা হৈনরুরবনিনা তুংগী খনবদা মাঙদা চঙশিনবা ঙম্ম দবনি । হৌজিক মখোয়নী পূন্না থবক্তুদা মায় ওক্সিল্লবদি থুনা চাওখৎলক্কনি হায়বগী হিংয়ালম্বী উরক্তুনা লাক্লিবা ফাইরেন লমতাসিদদি অপূনবা থম্মোইদুগী মথক্তা পুন্সিসু পূন্নবা হৌদোক্লরে । অদুবু ফৈনা চিংশিল্লকপা লৈই অমনা মখোয়গী বাজার মচাসিদা মীওই অমনা কম্পুটর সেন্তর অমা হাংদুনা স্ক্রিন প্রিন্টিং তৌরক্লে । মাগীদা লাক্লম্বা অমদি লাকপা য়াবা কস্তমর পূম্বা মীত্রংগী লাইদুনা ফৈনা থৎখ্রে । লাংদুনা লুপাদি লায়রদনা শিকি ফাওবা লীখোহল্লকখিদ্রে । খন্নৈ, কমদৌসিগে ? নুংশি পম্বুংগী অহিংদু তারক্লে অমুক তাম্হোকখিবদা থাপ্পা ।

প্রেসকী পোৎশিংদু য়োম্থোকপসু শীত্রে । মমল তংখাই ফানা হঞ্জিন্দ্রিঙৈ মাঙবগী ফিভম লাক্লে । অসুম মাঙহনবদি পাম্মুবনিনা শেল পূরগা অহনবা ময়েক মরূ কয়া অমুক লৈরুরগা কষ্টমর ফানবা হোৎনৈ । অদুবু কম্পুটরগা খূৎকদি করম্মা চাংদানবা য়াদৌরি ? অখঙবনা শাক্কিনি ।

খন্নবা য়াবা খন্নরগা প্রেস থোঙ লোল্লগা, সনামচা থা অনী অহুম ইম্ফালদা কম্পুটর ত্রেনিং সেন্টর অমদা দি টি পি অমদি স্ক্রিন প্রিন্টিং তল্ল রে । হল্লক্লগা মাগী মফমতমর্ক কল্লবা কান্নদ্রবা প্রেসকী মচাকশিংদু কে জি দা ওন্দুনা কোঞ্চাক ওইনা য়োনখ্রে । লৈরুবা মমলদুগী মশুং ফানা হঞ্জিন্দ্রে । সনামচা মাগী ইংখোল শরুক্তু য়োম্থোক্লে । থাবল্লেসু মাগী সনাদু লোন্না কায়থোক্লে । হান্না লোন্না তূংশিঞ্জবা মরন্নাই খরদুগা পূন্না লুপা লাখমুক চঙনা কম্পুটর লৈরগা অমুক স্ক্রিন প্রিন্টিং হৌরে । কোঁফ্ কায়থোক্লগা তুম্বা লেপ্পনি ।

লূমাঙদা ঙা চাবা হৌরক্লে । চহী লৈখৎখ্রসু, অকংবা উ মোরোকপু শাদে হায়ব্রা ? খুইজিল্লুরবা থম্মোয় অনীদু লৈনম্মা লৈকাই পল্লান্দ্রসু লৈরোল ফাওরে, লৈচু থোক্লে । স্বর্গগী লৈকোন্দা অমৃত থকমিন্নরে, থাগী লৈবাক্তা মশা পান্দুনা পাইরুরে থব্রাম্মিচাক চরোং শমজিদা থেৎলদুনা । পি সি ও গী পার্মিৎ অমসু তান্নদুনা দুকানগী মমাঙদা মচেৎ অমা খাজিল্লগা হাংলে ।

অসুম্মা চহী অনীরোম লৈরবা তুংদা মখোয়না লুপা লাখ অমরোম পীদুনা লৈরুবা কম্পুটরদু হৌজিক্তি সূপ্পতগী লুপা লীশীং তরাহুমদোইদা ফংলক্লে । হৌজিক্কী মতমদা কম্পনিশিংনা মাগী মাগী পোৎ চাং ব্রাংনা য়োন্নবা হোৎনরকপদা পোৎ মখল খরদি লেপ্তুনা হোঙদোরকপগা লোয়ননা ফবগী চাংসু হেনগৎলক্লি । য়ূম্ অয়াম্বনা কম্পুটর থম্মরকপদগী কম্পুটরগী ওরদরসু নোংমা নোংমগী তাথরক্লে । বাজার মচাসিদা কম্পুটর সেন্টর কয়া হাংনরক্তুনা হান্না লুপা য়াঙ্খেদা শূরম্বা থবক্তু কস্তমর ফানবা হোৎননবদা মথং মথং তাথনরক্তুনা শূপ্পতগী লুপা তরাদা শূ-নরক্লে । মসি মূক্কী, চেগী অমদি মৈগী

থাইদোকখ্রগা ইরেম লেম্বজাৎ নৎত্রে। দুকানগী ভারানা কমদৌনা হুল্লিজাৎনো ? চুল্লম্বা য়াই অতম্বা কাঙবুনা তৌরকপনি নৎত্রগা মচাশিংদু ফত্তবা মীগা তিন্নদুনা ফত্তবা নিশা শীজিন্নরকপা য়াই হায়দুনা মতম লেনফম থিবিবা ওইনা কম্পুটর অমা লৈরগা থাদোরকপা। অদুনা মমল হঞ্জিনবা নৎত্রগা হঞ্জিন্দবগী ব্রা লৈতে মখোয়দা।

সনামচাদি চাবা থাক্লগা থজীন্দা কাওদৌ শরুকপুদি শূদবনা হেন্না ফৈ হায়দুনা, খূৎ হাম্লে। মী ইচঙ চঙবিরক্ত্রে। খূৎশূমন ফংদবা থবকপু কমদৌনসু শূকনি ? পুরা তেঙওবাংখিবনা ভাব অমনি।

য়েরুম কোকপী যেনবী ওইরম্বা পি সি ও দুসু মোবাইল্ ফোন্না ব্রাই চাইখৎলকপসিদা নাকেম্থা ওইরক্লে। য়ামদ্রবদা থখায়গী লুপা চানিপাল থীগদবদু লুপা চামঙা/চাক্রুক্তগী হেন্না তাশিল্লক্রুবদুদা পূখবা হেনমল্লক্তুনা শেল মাঙনা যোল্লগে হাযবদসু লৈবিনবা লৈত্রে। হেঞ্জিন্না শেল পূখিদনবা দিসকনেক্ট তৌহল্লে।

সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিগী য়াওনসিগী ঈরোন্নুংদা শ্বর ফুঞ্জিল্লক্লিবনা চহী কুম্থ্রামঙা তুংওইনরম্লবী থাবল্লৈনি। অদুবু সনামচাদি তঙ তাবা শেন্থোক লম্বী লৈত্রি হায়দুনা মাগী বর্থ রাইট ওইরিবা লুহোংফালদু মীসাইলদা হাপ্লগা সতোপ্পা গ্রহ অমদা থিন্দোকখ্রবগুম তৌবক্লি। মতাংসে ওইরে নুপীগী অব্রাবা।

থাবল্লৈগী মমানা মচানিপীগী মমিংদা লোন্না য়াওবিবা লুপা লাখ অমগা মখায় তাবা তেন্দরদু লুপা লাখ অমগা লীশীং তবামঙাদা লৌথোক্লে। মমানদি ফনা কন্না খামজবনি। অদুবু থাবল্লৈনা কপ্পনে, লাউবনে, চরা হেনবনে তৌদুনা নমলৌ লৌথোকখিবনি। অব্রাৎপদু ইন্সতোলমেন্টতা পীনবা হায়নরগা জেরোক্স মেছিন অমা লুপা লাখ অমগা মখায়দা লৌরে। হৌজিক থাবল্লৈগী মরল পূমকোক কোকখ্রে। কনাগী সনা লুপা, মফি মরোল, ফংবা য়াবা মরুপ . . .। কোক্ত্রিবা হায়ববু মকোককী মরুখক্তা মঙায়রে।

থবক হৌরে। ওরদর কূংমন্দুনা সনামচা মথন্তনা ঙমদ্রে হায়দুনা থাবল্লৈসু হান্নগুম্না লুহোংমাঙ নুংশি মরী ওইনা নুংতিগী লাক্তুনা মতেং পাংলৈ। চুম্না মতেং পাংলবা নত্তে, থম্মোই থিন্দোক্লবনি, নুংশি মন্দিরদা হৈরুক কারবনি।

অসুম্না মতম খরা হৌজিনখ্রবদা মখোয়নী লুহোংনবা মতম অহল লমন যাওনা লেপ্পরে। হন্দক্তি য়ৈথোকপা য়াররোই ব্রারোই পোৎসু পুখ্রবনিনা।

লুহোংগদবা মতমদি থা অনীরোম ব্রাৎলি। বাজার মচাসিদা লৈবা কম্পুটর সেন্টর অমনা লুপা লীশীং মঙাদং পীবা প্রিন্টর অমদি স্কেন্নর পূন্না যাওবা মেছিন মচাদুনা, কস্তমর ফানবা হোৎনবদা লুপা অমমমদা জেরোক্স তৌথোরক্লে। সনামচাসু তঙায়ফদনা লুপাদা হম্থরে। অতৈ কম্পুটর সেন্টর

মরি মঙাদুগীসু অনৌবা প্রিন্টরশিং লৈনরুদুনা মাগী জেরোক্স পুল্লপ থদংখ্রে। কস্তমর ফানবা হোৎনবগী হোঙবা তান্নবদা পুল্লপ শিমিন্নরে। নোংমদা লুপা চনীরোম তাঙ্গরম্বদু হৌজিক্তি লুপা কুন্থ্রামুক্তগী হেন্না তানবা ঙম্লক্লে। থা অমদা লুপা ৯০০। মসিগী মনুংদগী দুকানগী ভারা লুপা ৪০০, মৈগী ৩৯০, বেঙ্ককী ইন্সতোলমেন্ট ২৫০০, অমদি চেগী, মুক্কী, য়ারক্তবা শেন্থগী খাইদোকপ্রগা তোংবদি লায়রদনা, ফৃক্কত্তবা য়ারক্লে। মসিগী মথক্তা, দুকান্দরানি শাদুনা নোংমৈ পায়বা অমদি পায়দবশিংগী লূন্নবা মখোয়গী শেনখায় পীদ্রবদি থোঙ হাংবা য়ারোই হায়দুনা দুকান লোনহনবা থা ফাজিল্লকদৌরে।

সনামচা মশা নুংঙাইতে হায়দুনা থাবল্লেনা পুদুনা সাইকিয়াত্রিস্ত ডাক্তরদা লায়েংবা চৎপগী নুমিৎ হান্নদগী হেন্ন কুংশিল্লক্লে। হৌজিক থাবল্লেগী থম্মোইদু বোমদৌনা পোখায়রক্কদৌরে। করিগুম্বা মসিনা পোখায়খিবা থোক্লবদি পৃথিবী অসি মৈরী থোক্লা চাক্লগনি। মদুবু মৃত্থৎনবা হোৎনবদা সমুদ্র ঈপাক তরেৎকী ঈশিংদি তোকপু তোকখো, থংনবা গ্রহ অনীগী ফমজিল্লবা উনশিংদুসু য়াওনা লোইনা চাইশিল্লবসু মুৎপা ঙমগনি থাজদ্রে।

করবারগী লৈরুবা মেছিনশিংসি মমল হঞ্জিন্দ্রিবৈদা হেন্না ফগৎপদা নত্তনা হোঙসু হোঙবা মেছিংনশিং মথং মথং পুথোক্লরকপসিনা মেছিনগী মতেং লৌদুনা হিংগে খনজবা মীওই খূদিংমক লোইনা লৈখা তাহল্লক্লনবগী মরম অমা ওইশিল্লক্লে। মসিনা মীয়ামদদি হেন্না নুংঙাইবা পী হায়ববু মীওই খরবুদি অরেঙ অরেঙ পুখহল্লে। হে সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজি! নঙসিবু হৌজিক্কী মতমদা তশেংনা বররা নৎত্রগা শাপ্লা ?

লুহোংনবা ৱা লেপ্পখিবা মতমদু নুমিৎ কুন্নিমুক্তা ঙায়শিল্লক্লে। অয়ুক্লি। পূং নিপান তাখ্রফাওবা সনামচা হৌগৎলক্তে। হৌদোকপসু তাদে হায়দুনা য়েংলুবদা চহী নিফুগী লাংফম্দা সনামচা ফমুংদা শিরম্লে।

খরনা হায় মঙলাক্লবনি। খরনা হায় হার্ট ফেল ওইবনি, খরনা হায় বি পি স্ত্রোকনি, খরনা হায় সুইসাইদনি। অদুবু শিরবনিনা পোৎলোইখ্রে।

ময়ামদুনা মঙ্গানরকপদা, মৈ কোয়বা য়াওবসু নংহৌদ্রবী আশাগী মৈরা মূৎথ্রবী থাবল্লেদু ইকাই ইকি পূম্বা তুংওইনরগা মখোঙ তিংথোক্তুনা মাঙ্গোলদা ও খোংনা কপ্পল্লি। হে সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজি! নঙনা শিংকুপ শানা থুগাইবিরবা থাবল্লেগী অকায়বা থম্মোইসি নঙনা ফনা চাওখৎলক্লসু সরজরি তৌদুনা নোরমেল তাহল্লকপদি ঙমগদৌবা মান্দ্রে ?

শিরিবসি সনামচা নত্তে, থাবল্লেনি। সনামচাদি চুম্না পোত্থজখিবনি।

তাং ১২/৮/২০০৫

# প্রেস ব্রিফিং

নুমিদাংগী পূং তবামুক তবমন্দ্রা ? ওসাই অযুক্তগী চবাহেল্লগা নেসনেল হাযৰেদা কনবোই চৎলুবা কাংবুদু চাক চাগদবগী চাক লৌনবি । ভীমগুম্বা খবদি চখোম অমা-নী হূক্লখিবা য়াওনবে । তাঞ্জাসিদা সেটতা, সি আব পি দা এম্বুস তৌবে হাযদুনা খূদক্তা থোম্জিল্লক্লবা খঙহল্লক্লে।

চখোম অনীদং হূক্লুবা অমুজাউ চাবিবা পূখমদুদা মখূৎ হামজিল্লে। জীপসিদুদা হেক্তা ফমখি । কমান্দোশিংদু মযাদা চাক চাবগী মহূত্তা মকোকশিংদুদা তেন্সন পীক থন্না হাঞ্জিন্নবগা গাডীদা কাখৎনখ্রে । ড্রাইভব ? মখোযনা থৌবিবদু সুপব সোনিক ফাযটব প্লেন্নি খল্লবজাৎলা ?

গাডীসিদা তোংলিবা কমান্দো খবদি মনীং মমাঙ যুহাব হানবি । খবনা, হূই অঙাওবগী মমিৎকুম ঈ কাববা মমিৎশিংদুদা মিহুন দঙ দঙ হুল্লি ।

থৌদোক থোকফম যৌবে । মখোযনা চিংনবা মফম খবা কোযশিল্লগা কোম্বিং ওপবেসন তৌদুনা চিংনবা অনী ফাবে । অমুক্তা খন্থবিযু ঃ তেন্সন তোংলগা লাকপা কমান্দোশিংদুনা মখোযনীদুদা চৎলম্বা যাবা ব্যবহাবদু ।

ইকান কান্নদনা এস পি হেক যৌবকপগা নুপী অমনা চেনশিল্লক্লগা গলা পাযদুনা নীক্লগা হংলৈ, "নচে ঐমক্লা পোকপা, লৌ উবগা লৈজবা, মীমান্নদ্রবা ইচাদুবু নঙগী কাঙবুনা, ইযূমদা, ইমাঙমক্তদা কাপ্লগা হাৎলবা ? নচে ঐবুসু কাপ্পু ।"

এস পিদু পুবা জ্ঞান মাঙনা উই । অৱাং কদোমদনো থিবগা, কৈজাউদুগী

মনাক্তা তপ্না চঙশিল্লক্লগা হায়রে, "ইন্সপেক্তর, হায়রিসিনা অচুম্বমক ওইরবদি নঙসু খরদি ফজমন্দেদনা ।"

অমুজাউনা ব্যবহারদা হায়রকই, "সার, অসিগুম্বা মীহাৎসিদি সারনা তম্বীখিবা নৎত্রো ? এস পি অমগী মরী মতানা অসিগুম্বা লম্বীসিদা!"

নোংশাদুনা শাউনা ঙংথরকই, "করিনো নঙনা হায়রিবদো ? "

"সার, শাউবিখিনু ।" হায়রগা য়ারক্তা ঙংলদুনা মখা তারকই, "সারনা মমাঙদা তৌখিবা ময়ামদু ঐ অমত্তা কাউজদ্রি । ঐগীসু দাইরি মেন্টেন তৌই, চীন পাল্লি ফোঙদোক্লবা, খূৎ পাল্লি ফাইল ইখৎনবা ।"

মখোয়নী ঙাইহাক চেখায়নরবা তুংদা অফাবা শা অনীদু পুলিস্তা শিন্নরম্লগা চেক্লা শাখপ তোয়নখ্রে ।

নোংঙাল্লগা মীয়াম্না পাউচেশিংদা থেংনৈ : কাপ্নবদা লালহৌবা অনী শিরে । মখোয়দগী নাইন এম এমগী পিষ্টল অমগা হেন্দ গ্রেনেদ অমগা ফংলে ।

# পাউচেগী পাউ

"একসিদেন্টদা ১ শিরে, ১৭ লায়কল্লরি।

ইম্ফাল মার্চ ১০ : শগোলমাঙদগী ময়াং ইম্ফালদা লুহোংবা থিনবা বস অমা ব্রাইতোন লমখাইদা একসিদেন্ট থোক্লুনা ১ শিরে, কয়ামরক্মা লায়কল্লরি। শিরবা মীওইদুগী মমিং এলাংবম শানৌতোন (৫৫) কৌই, ময়াং ইম্ফালদগীনি . . .।"

খংপ্রেক খংই ঐ। শানৌতোন ইমা মরীগী ইন্দোমচাগী মচানুপা, ইয়াম্বনি। গাড়ী মচা ইম্থোক্লুনা থৌদোরক্লে মল্লি মল্লিবদুদা।

ঐনা মখোয়গী শূমাঙ মতোন্দা গাড়ী খান্নগা মাংগোল্লোমদা মায় হেক ওনশিল্লকপগীদুদা, " অসুক ঙন্না নঙনা লাক্লিবসিবু করি তৌবা য়াওরবগে ?" ব্রাং চাউরবা নুপা অমনা মাংগোন্দগী হায়রকপনি।

ঐ তু খ্যাউ চুংখিবা খঙহৌদে। তুংলোমদা খোঙফম অনী অহুম খংহন হন্দোক্লগা খুৎসিনা চপ যুংলিবা লব্রাইগী শম নাম্থরগা শ্বর চাউনা হোন্দোক্লুনা মুন্না য়েংই। শোয়দ্রে। শিরে হায়দুনা পাউচেদা য়াওরিবা ইয়াম্বদুনি। শিরে হায়দুনা ডাক্তরশিংনা হায়বদগী পুলিসনা পাউচেশিংদা মমিং মথা পীদুনা পাউ ওইনা ফোঙহনখ্রবা মীসিনা অমম অঙান শিন্নবগীসিদা মখোয়গী মাংগোলদা লেপ্তুনা লৈরম্লিসিবু, নত্তে, ঐবু ঙসিসে, অশিবা ইয়াম্বসিদগী ঐনা হান্না পোৎলোইফম য়ৌদোরিজাৎলা ? ভূৎতি মখোঙ য়াওদে হায়নৈকো ! ঐ পাকথরগা য়েংই। মখোঙ পাল্লিনা সিদি !

ইতৌদুদা মাসু চিংনরক্লবরা করিনো, শূমাঙদুদা প্রপ প্রপ কূমথরক্লগা

ইনাক তম্না চঙশিল্লকই । অদুবু ঐদি, ভূৎসিনদদি শূকশোক শোকহল্লরোই হায়দুনা শূমাঙ অকোয়বদুদা কোয়চেন চেল্লম্বদগী কালিমাইনি হায়নরিবা গাড়ীদু পায়রগা অকোয়বদুদা কোয়চেন চেন্দুনা শোক্লক্তনবা হোৎনরি । মাসু ফংদবা য়াদে মতাগুম অরোইবীদা তান্নরকই । ঐ, উপাই লৈরক্ত্রদুনা "ঐগী থব্রায় কনবিয়ো, ঐগী থব্রায় কনবিয়ো" হায়দুনা খোনগাইদা কপ্লাউ লাউদুনা চেল্লে ।

ঐগী খোনগাইদু খরা ময়াক য়াওরবরা করিনো যুমগী মীওইশিং অফিং অফাইদা চেন্থোক্লবকই । ময়ামদুগী মরক্তা তাচৌশানৌতোনগী ইতৈমদুনা, ঐবু কোয়তান তান্নরিবা তাচৌগী শক্তম লৌরিবা ভূৎতু তান্নদুনা মখাঙ কোল্লগা য়ান্দুনা ফারগা শাউনা "করিগীনো যূমদা লাকপা ননাওনুপাসিবু নঙনা অদুক কষ্ট্রী থোক্লা তান্নরল্লিসিবো ?"

নুংশা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ভূক্তনা খুমখি, " হাই, তান্নদবা য়ারিবরো সিবো ? ইনাউসে ব্রাখল চোইরগা লাকপনিনে । অদুনা লম থাপ্পা চৎখিদ্রিঙৈ ফাহৌগে হায়দুনা তান্নরিবনিনে । অমুক মাঙখ্রগা ফাজিনহৌদে হায়দুনা ইমাবোক্তুনা ঐঙোন্দা ব্রারৌরোইদ্রো ? থাদোকউসে । ফাগে । "

মখোযনা ফানা চিংনরিঙৈদুদা ঐ, ঐগী গাডীদু কিক কাওবা হৌই । তৌবক্লদৌনি । অসুক য়াম্না থুরক্লকান্দা স্টার্টসিসু হৌ হায়বা সূকয়া য়াদ্রে । ঐ কপ্লীংলক্লে । মীত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে । শাউনীংমনখ্রদুনা চোংথরগা গাড়ীদুদা চোংশিন চোংশিন কাওশিল্লি ।

" তো ঐনা হায়নীংদুনা তৌব্রা য়েংও হায়বা ! শো হাংলগা গাড়ী স্টার্ট তৌবগী মহৃত্তা মখূৎনা গাড়ী শো পায়শিল্লগা স্টার্ট হৌদে হায়দুনা গাডীদা চোংশিন চোংশিন কাওরিসে উদ্রো ? ইনাউসে ফাও-ও । চেনখ্রদি ব্রাখল চোইরবা মীওই অমা মাঙখ্রে হায়দুনা পুলিসতা পাউ পীনদুনা, খবরদা বেডিওদা অমুক লাউনরনি হায়বা ।"

ব্রাহৈদু ঙাঙবা লোইফাৎত্রিঙৈদা ময়ামদুনা কোয়শিন্দুনা ঐ ফাখ্রে । ঐ লোইবে ! ঙসি ঐনা তৌরিসিবু করিনো ? সিবু ঐনা ঙাওরিরো নৎত্রগা মখোয়না ঙাওরিরো ?

ময়ামদুনা ঐবু মাংগোলদা ফমহল্লগা চেনফম লৈতনা কোয়শীনখ্রে । ঐ ব্রা অমতা ঙাঙদ্রিঙৈদা ঈশিং খজিক্তা থক্লে হায়দুনা পুথোকহল্লক্লগা থক্লে । অরেম্বা খরদুনা লব্রাইদা থারগা ঐনা পাউচেদা থেংনরকপা তাচৌশানৌতোন শিবগী পাউদু মীয়ামদুদা নীংথিনা লীদুনা খঙহল্লে । ময়ামদু পূমঙক ঙক্লে ।

তাঞাদুদা মখা লৈকাইদা ময়ূম পানখিবী তাচৌশানৌতোনগী মচন্নুপীদু থোঙ্গাল্লোমদগী কপ কপ্পুনা চঙলকই । শূমাঙ য়ৌশিল্লকপদা তাচৌশানৌতোননা ময়াম মরক্তুদগী থোকখ্রগা হংখি, "হাই নঙনা কপ্লগা লাক্লিবু

নপুরোইবগা খৎন চৈনরক্লব্রা হায়মী ?"

মচন্নুপীদু মবুংবু উবদা কপ্পা খংতোক তোক্লগা মুন্না য়েংলগা লৈখ্রে। ঙাইহাক য়েংলম্লগা মবুংগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা মখূত্তুনা তপ্না নান নান্দুনা য়েংলকই। ঐনা খল্লকই "উম, ঐদা নত্তেদনা ঙাওহল্লিসে।"

হৌজিক ঐ ঙাওদ্রে হায়বসি ময়াম্না রিকগনাইজ তৌবিরে।

লৈফম, মিং, চহী অমত্তা চেন্নদনা অমতা নত্তনা পাউচে মঙা তরুক্তবু চপ মান্ননা ফোঙলবা ! অসুম খঞ্জিল্লুবদা নহানঙৈ ঈ পাউনি হায়দুনা শেল তিংনা পাউচে লৈদুনা পাখিবশিংদু নোক্লীংলক্লে।

অসুম্না "মমিং চৎলু লৈ তৌরিনি। মসিদা ফত্তা নুংদা পূম্বা লোইনা শক্ল খিবা ওইরসনু" হাযদুনা ময়ামদু ৱাবী শানরিঙৈ, লৈকাইগী পূং য়ৈবা তোল্লমুনা অশিবা পুথোকপদা যৈনবা লৈকাই মরুপকী পূংদু মনমদা যাল্লদুনা বাগ অমদা চঙলক্লি। মতুংদনা লৈকাই কলাকার, পলা তোম্বদু মখূত্তা ঝান পাযবদুনা ৱারী শার শারদুনা মতুং ইল্লক্লি। মখোয়নীগী মমায়দু নহানঙৈ উবদগী হেন্নদুম মকা লাম্না উবগুম তৌই। মবান্নীগী মতৌদুদা অর্থ লোইনা খঙলবা তাচৌশানৌতোননা ফৎ লৈথোকখ্রগা, " ইবাইগা, খুরা তোল্লমুগা পূং ঝান পুদুনা লেঙবিবক্লিসিবু কদোমদনো ? রিহারসেল তৌদৌবকাক লৈব্রো ? "

লাকমিন্নবিবা অনীদুগী মমিৎ মবিদু ক্রোক ক্রোক ওত্তুনা ঙকয়েং য়েংনৈ। তুংদা ঝান পাযরিবা তোম্বনা মাগী ঝানদু লম্বী ময়াগী নাপী মরক্তুদা ফৎ হুনজিনখি। ঝান জুরাদু পুল্লপ হুঞ্জিল্লবনিনা মখোন্দু খংথোক থোরকপদা ময়ামদু থুক লাউবা পোক্লে। পূং য়ৈবা খুরা তোল্লমুদুসু তোম্বগী মতৌ তম্দুনা মাগী পূংদু লম্বী মপান্দুদা লংশিনখিবদা থবো থবো ওহ্নুখ্রগা পূখ্রীদা তাখিদুনা পূখ্রী ময়ায়রোমদা ঈথক্কা লোয়ননা নোমহৌ নোমহৌ তাউথোকখ্রি।

ঈশিং চোৎলবদি পূংদু য়ৈবা যাররোই খঙলবরা কবিনো খুরা তোল্লমুদু মনাক্তা চৈ থিঙৈ থিরম্লগা ফংলক্তুবদগী মফি তাকখৎলগা মখোঙদুনা মা মাদুনা পূখ্রি মযায়রোমদা কুমথখ্রে।

লৈকাইগী অশিবা অমতং য়াওবদা সঙ্কীর্ত্তন য়াওবা ফংলনি, শেনফম অমা লৈরে হায়দুনা মোন্দা হেক হেক নুংঙাইজবা, লোৎশিনবসু ঙমদ্রবা নেচরেল কোমেদিযান অনীদুগী মতৌদু উবদা ময়ামদু লোন্না থীক থীক নোকখৎনরকই।

কুম্মৈদু য়েংনরিঙৈ গাড়ী মচা অমা থৌজিল্লকই। এল আই সি এজেন্ট চাউয়াইমনি। মাগী বেগতু পায়রগা মাংগোল্লোমদা চঙশিনখি। ইমুংদগী থোরকপা ইতৈমদা, " ইতৈমা, ঐনা খনবদা নোমিনিসি ইতৈমদা পাল্লমগনি হায়না খল্লি। ঐ হৌরেল ওইনা লাকচরগে। তাশানৌতোনগী এল আই সি

গী চে চাংশিংদো লোইনা থিদোকপিরম্লো । সম এসুরদুগী শরুক অহুম ফংগদবনিনা লুপা লাখ তরুকমুক্তি ফংনি । ঐনা অদুম তান্নবিরগে ।”

পাখৎলম্বদগী নোক্লীংলুরবা তাচৌশানৌতোনদু মকোক্তা নুংশিৎ হাইগৎলক্লবরা করিনো খোন পৌরপ থাদরকই, “ঐ শিরে হায়রগা ময়াম্না অসুক য়াম্না নুংঙাইবিরিসিবু করিগীনো হায়বা ? ময়ামগী পেন্ননবগীদমক হৌজিক ঐসে শিদবা ইয়া ময়ারোইদৌরিজাৎলো ? ”

এজেন্দু পূম্ঙক ঙক্লা মমীৎ লাওথোক্তুনা য়েংদুনা লৈখ্রে ।

“ইবুংঙো ঐ, নঙগী এল আই সি দু শেল থীররোই । থূপচিল্লগে । অশিবগী ঠীকাদারশিং অসিনা মখোয়গী ইনকমগী খনবদা শিসু শিজদবা ঐবু নম্‌দুনা যম নিংথৌগী মনাক্তা ট্রান্সফর থাবিদৌ মানশিল্লক্লে । মী হাৎলে হায়দুনা কেস তৌরুরসু শিরে হায়না পাউ চেশিংনা হান্না ফোঙবিখ্রবনিনা উকিলশিংনা কেস মেরিট লৈত্রে হায়রক্তৌ মাল্লে । ”

মথম্মোইদা ঈ কারবা তাচৌনা অরাকপশিংনা পুনরকপা পাউচেশিংদু লোইনা খোমজিল্লগা মৈখেৎ খেৎতুনা শূমাঙ মতোন্দুদা পোৎলোইখ্রে ।

তাঞ্জাদুদা নুপামচা অনী গাড়ীমচা অমা থৌজিল্লক্লগা হায়রৈ, “পাউচেশিংদা মাম্মা লৈতবগী পাউদু তম্নবদা ইবোক্তু অদুম লেকথরক্তুনা হোসপিতালদা পুখৎখ্রে । অদুগা মাম্মনা সোমদা করিসু তৌরমদ্রবা ?”

নোংঙাল্লগা পাউচেশিংদা অমুক শেংদোক্লরকই ‘লুহোংবা থিনবগী গাড়ী এক্সিদেন্টদা লৈখিদবা মীওইদু ব্রাংখৈদগী ইনাউতোন কৌবা মীওই অমা ওইরম্লে ।’ শেংদি শেংদোরক্লে অদুবু ময়ানিপা শিরে হায়বগী পাউ তাবদগী বি পি স্ট্রোক তৌদুনা লৈখিদ্রবী ইনেদুদি অমুক হিংগৎলকখিদ্রে । প্রেসকী নীংতম ফিরাল হাইদুনা ফোঙলিবা পাউচেশিংদি নুংতিগী অদুম্মক উখিগনি অদুবু লান্না পাউ পীদুনা ইনেগী পুন্সি পিখম্নহনখিবা মীওইদু দন্দি পীবগী পাউদি থেংনরক্কনি হায়বা থাজদ্রে ।

তাং ২৭/৩/২০০৬

# য়োংলৈবাক্কী নীংতম্লবা নাগরিকশিং

হোজাই ! থৱাম্মিচাকশিংগী মরক্তা পূর্ণিমা থাজ । কয়াদা নুংশিজবা, ঐগী পোক্লফম ।

হিংনবগীদমক চহী কুন্থ্রামুক সিফাই ওইরুরবা তুংদা থবক্তগী পোখারগা ঙরাংদং যম য়ৌরকপনি । পিশক পিক্লিঙৈদগী অমুক্তং ওইরবসু য়ৌজনীংখিবা মণিপুর য়ৌবা তারে । ইপা ইপুগী হৌবকফম হাযবসিদি লাইরৈবাক্লি মুস্লিমশিংগী মকা, খৃষ্টিয়ানশিংগী যেরুসলেম, হিন্দুশিংগী অযোধ্যা, ঐগীনা মণিপুর ! লাইরৈবাক য়ৌনিংদবা মী সংসারসিদবু লৈরমগদরা ?

য়োৎ চিংবা মানগাড়ী অমগী কেবিন । মণিপুরগা নাগালেন্দগা লোন্নবা ঙমখৈদুদা লম্বী মথক্তুদা চাউনা থারিবা "ৱেলকম টু . . . " হায়রগা মখাদুদি ময়েক খরদা তৈশিল্লগা মচু অমনা ওভর রাইটিংদা "নাগালেণ্ড" হায়না থারি । ড্রাইভরদুনা হায়, "ও, মসি, মসিবু থাবা ঙম্বা স্বাইগী অথোরিটিশিংনা থারিবনি। সেক্যুরিটিসু সরকারসু লোইনা খণ্ডই। কৈসু তৌরুবা ঙমদ্রি ।"

খরা চৎলগা মাও গেৎ । হেন্দিমেন্দুনা চেনশিল্লগা তেবল অমগা চৌকি অমগা থাদুনা ফল্লিবা কাঙবুদুদা লুপা চাম্মা চৎপী মপুন অমা, অদুগা লয়থোরকপদা ইন্তর ষ্টেট বাউন্দরীগী চেক গেৎকী পুলিস ষ্টেসন্দুদা চেনশিল্লগা লুপা চনী চবান থাখিবদু উই। হেন্দিমেন্দু য়ৌরক্ত্রিঙৈ লুপা লীশিং তরা লৌবা ফিজম শেৎপা কাঙবুদুনা ড্রাইভরদু চিংথখ্রে । মখোঙনা ওন ওন্দুনা মনাং তাঙৈ নৈখি । করিগীনো হংলুবদা হেন্দিমেন্দুনা " চহীগী টেক্স লুপা লীশীং ৫০ শেংদোক্তবগীনি । গাড়ী ত্রিপ খৃদিংগীসু লুপা লীশীং ১২/১৩ ।"

"অদুদি সরকারদা ৱাকৎলুদনা ।"

"লম্বীসিদা গাড়ী চেলহনগে চেলহল্লোই, মখোয়গী কুশিনি । সরকারগী ওরদর ইন্দ্রবসু মখোয়গী ওরদরদি ইন্দবা য়াদে।"

গাড়ীদু লোকখাদা থৌথরো হায়বগী অকনবা য়াথংদু সরকারগী পুলিসশিংদুনা তারসু করিসু হায়দে । মতাংদু য়ৌরক্লবদা অতৈ গাড়ীশিংদগী খোমজিল্লুরগা লুপা লীশীং কুন্থ্রা পীরগা অৱাৎপা লীশীং কুনদু হপ্তা অনীগী মনুংদা পীজরগে হায়নখ্রে । গাড়ীগী চে চাংশিংদু পুল্লপ লৌহৌরগা গ্রহণ থাদোরক্লে । ড্রাইভরদু গাড়ী থৌবা ঙমদদুনা সেকেন্দ ড্রাইভরদুনা থৌরে ।

সেনাপতি য়ৌরে । লাইরিক মপৈ অমা ওল্লগা চাক্লল্লি। নাগালেণ্ড বোর্দকী লাইরিক তমগদবনি হায়দুনা, মণিপুর বোর্দনা পুথোকপা লাইরিকশিং, প্রাইভেৎ স্কুলশিংগী পীক্লিবা মহৈরোয়শিংদগী মুল্লগা মৈ থারিবনি হায় । ও, মমা মপা ওইরিবা লায়রবা চীংমীশিংদুনা চীং কাদুনা, জঙ্গলদা চঙদুনা ৱানা শেল তাল্লগা মচাশিংগীনি হায়দুনা মশীং শুনা ফাওবা লৈবা ঙমদ্রিবা লাইরিকশিংদু অঙম্বশিংসিনা মুল্লগা মৈ থাদোকপিখ্রবা !

মথংদা, গোর্ভনমেন্ট স্কুল অমগী লম্পাক্তা ফান ময়াম হোন্দোক্লুনা পৈশিল্লগা মৈ থারল্লি । হয়েংদগীদি স্কুলসিগী পীক্লিবা মহৈরোয়শিংদু কদাইদা ফল্লগা মহৈ তমগদৌরি ?

মণিপুরগী সিমনা হেক লানশিল্লকপদগীদি পৃথ্বীগী পৃথ্বী, নুংগী নুং ঙাক্তা ঙায়দুনা গাড়ী থৌবা য়াদ্রবা সড়ক্কী মতাংদা ড্রাইভরদুদা হংলুবদা খুল্লকই, "লম্বীসি শেম্বগীনি হায়দুনা ফাইনেল বিল লৌখ্রে হায়নৈ । অদুগা করিসু তৌদ্রিবা লম্বী কয়াবুনা মখোয়না ঠীকা লৌনবা হোৎনবদা কোইলাস থুগাইরগা মথক্তা পকা লৌশিল্লি । পকাদু লৌবা লোইরগা মতম চানা কোইলাস থাবিদবদগী গাড়ী থৌবা য়াহন্দ্রিবসি উবিরেদনা ।"

ফাক ফাক নোক্‌থোক্লগা মখা শমথরকই, " হৌজিক পাল্লিবা সরকারসে অনীশুবা মুহম্মদ বিন টুঘলক্কি । লৌবুক মাঙহল্লগা য়ুম শাজিনবসু য়ারোই হায় । দলান ওইনা শাগৎলগা লৈনগদবসু ফুট ৪৫ দগী হেন্না ৱাংনা শাবসু য়ারোই হায় । মখোয়' মপাগী মোংফমদুদা লৈয়ু হায়রিরো খঙদ্রে, তাদা ।"

সেকমাই য়ৌরক্লে । মীয়াম সড়ক্তা পরেং লেংলগা লৈরল্লিবদু উই । নকশিল্লক্লকান্দদি সিফাইসু য়াওরম্মী । গাড়ীশিং সিফাইনা খামহল্লে । লোইনা কূমথহল্লে । ইসঃ! করিনো তৌরল্লিবসিদি ? মীবু শা ঙা হাৎপদৌনা অসুক তমথিনা ফূবা ! প্রজা ঙাক্লুচো হায়দুনা থারকপা সিফাইশিংসিনা প্রজাশিংসিদবু অসুক তমথিনা ফূবা ?

ঐ এক্স সারভিসমেন্নি হায়দুনা ইশাগী শক্তাকচে পুথোক্লগা উৎচরবসু

ইন্না লৌবিদে। ওন্‌শিল্লগদুম মায়সিদা খূবাক্তুনা থাজিল্লকই।

সিফাইশিং পেট্রোলিং লাকপদা লম্বী মপান্দা বোম অমা পোকখাযরকপগী মনাক্তা লৈরম্বা প্রজা, লম্বীদা লাকপা মীওইশিং পরেং লেংহল্লগা ফূরিবনি হায়। মরাল লৈবা মীদি ফাবা ঙমদ্রগা মরাল লৈতবা প্রজাশিংদা অসুক তম্‌থীনা ফূরিসিনা মতুং বোম পোখায়ররোইদরা ?

ও, নুপী অঙাং খাক্তনা, ময়ামদু সড়ক ময়াগী অশোঙবা নাপীশিংদুগী মরক্তা ফূ ফূদুনা চঙহল্লগা অতৈ বোম লৈরিবরা হায়না থিহনখ্রে। ট্রেনিংসু ফংলুরবা, বোম দিতেক্ট তৌনবা খূৎলাইসু পাযরিবা সিফাই মখোয়না সড়ক ময়ায়দুদা লৈরগা ট্রেনিংসু তৌদবা, মখূৎনা বোম থিউ হায়দুনা থিহল্লিবা করিসু খঙজদ্রবা মীচম প্রজাশিংসিনা ভারত সরকারসিবু করি ওইনা খল্লমগদগে ? মশাদনা বুল্লেট প্রুফকী ফূবিৎ লীৎলিবা সিফাইশিংসিগী থম্মোইশিংদু মিনুংশি প্রুফ ওইবদা নত্তনা মকোকশিংদুসু লো প্রুফ ওইরি।

অসুম লাকপদা উরকই, অন্নাং নোংপোক্তা খ্বাইদগী ফজবা অমদি মমিং লৈববা দি এম কোলেজগী মৈ থাদোকখ্রবা শক্তম ; মশাগী মহৈ তমগেদি হাযদ্রদনা ইন্সপেক্তব শাদুনা ইন্সপেক্সন চৎলিবা মহৈরোয়শিং; খরা লৈরগা নোংমৈ পাযবগা মীগী মযূমদা নাক থেংবা চৎনবগী ট্রেনিং ওইনা লম্বীদা গাডীশিং থৎলগা দোনেসন নল্লৌ লৌরিবা কাংবু ; ওফিসিএল অমত্তা কাবিদ্রবা সবকাবগী লোয়শঙশিং, লান্দফাওবা শোক্লদবা, অনীশুবা পুযা মৈ থাবদগী হেল্লবা ব্রেন মৈ থাখিবা, সেন্ট্রেল লাইব্রেবিগী মৈ চাকখ্রবা শক্তম . . . । চীংদনা সবকাব লৈবি হাযবগী মমি লৈহৌদ্রগা তম্পাকসিদনা অথোরিটিগা অথোবিটিমুক্তা ঙাযবল্লবা। ভালোহে মণিপুব !

ইয়াম্বগী যূমদা হেক থুংবগা ফ্রিজ্‌কী অইংবা ঈশিংদু গ্লাস অমতা থক্কে হায়রুবদা ইতৈমনা খুল্লকই, " মৈ লাক্কদবা মতম ৱাৎলিবনিনা অইংবা লৈত্রি।"

ঐ পূম্‌ঙক ঙকই। ইতৈমনা মখা তাবকই, " নোংমদা থারক্লিবা মৈসে অয়ুক নুংথিলদা পূং অমা। কাউথোকপা নুমিত্তা নুমিদাংকাক লাকপ্রা ?"

সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজীগী সেকেন্দ অমফাওবা মৈ থা-নবা য়াদ্রবা যুগসিদা তৌরম্লিসিদি তরানিপাল শুবা শদাব্দীদুদা ষণ শারগা মতুং হঞ্জিল্লম্লি ! কল করখানা, ৱার্কসোপ, প্রেস, তেলিকম্যুনিকেসন লোইনা হোপলেস !

যূমদা পাউ পীখিগে হায়দুনা মোবাইলদা রিং তৌই। কম্পুটরনা পাউখুম পীরকই, "দ লাইন ইজ ব্যুজি, প্লিজ দাইল অফটর সমতাইম্‌।"

হঞ্জিন হঞ্জিন মেৎলি, ফংদে। অদুদগী ইয়াম্বগী লেন্দ লাইনগীদুদা তৌগে তৌবদা ইতৈমনা হায়রকই, "ইবুংঙো য়াদবা থামুক ফারে। ৱাকৎলসু

শেন পীদ্রিঙৈ শেম্বীদে । লৈতেংগীদা তারে । তোতিসু থানীংবা মতমদা । অদুনা ময়ামসে পৃথ্রিগী তুরেলগী অফং অফংবা ঈশিং থক্পদা মখল মখলগী লায়না নাদুনা প্রাইভেট ডাক্তরগা ফর্মাসিশিংগদি হৌনরে ।”

নুংশাগা শাবনে কদোম কদোমদনো হৌরবা মাইক অনী অহুমসু খোংজিন্নরি । ঙাইহাক্ত পোত্থাফম খঙদে, থম্মোইসে হাইদুনা খাঙই । হংলুবদা খুন্নকই, “ মনীংলোমদা খোংলিসিনা লাই হরাওবগীনি । মী হরাওরিরা লাই হরাওরিরা খঙদ্রে । মখারোমগীসিনা কাং শান্নবগীনি । অৱাংলোমগীসিনা হাওসিগীনি। যুম খূদিংগী টিকেট নময়োন য়োনশিল্লগা কুমহে হরাও খূদিংগী হাওসি । মসিগী থৌওংসে মওং অমা নৎত্রগা অমদা চহী চূপ্পা লেপ্পীবজাৎ নত্তে । জ্ঞান তাদবশিং তাহন্দুনা চাওখৎ লম্বীরোমদা চঙশিন্নবা তৌগদবা ক্লবশিংসিনা হেন্না জ্ঞান তাখিদ্রে । লৈবাক্সে অচুম্বনা মখৌ পোঙনা ঙাঙবা ঙমদবা, মকোক মরু পান্দবা পুরা শা ঙাগী সামাজনি । নোংমগী হাৎপসু লেপ্তে, শিরে হায়দুনা কুমহে হরাওককাদি লেপ্পীবজাৎ নত্তে । ”

ইচীন ইনাও পাউনা বজারদা হাংলিবা ইয়াম্বগী দুকান্দুদা লাকমিন্নে । লম্বীদা পুলিসনা মীয়ামগী ঈচাউ অমা থিংদুনা লৈরম্মী । মরক্তুদা খুদাং পিফম্ন রবী অমনা মথম্মোই মচুম অর-র তানা ওন থোইনা তেংথারিবদু তারকই, “ মপাগী পেন্সনগী শেনফম লৌবা চৎখিবা, পোলিওনা নাদুনা চৈশু য়াওদ্রদি চৎপা ঙমদবা ইচাদুবু লালহৌবনি হায়দুনা হাত্তোকপিবা । . . . ”

ময়ামদু চিফ মিনিস্তরগী থোঙ্গাল ফাওবা চঙশিনগনি হায়দুনা ঙাইহাক ইন্নরবগী তুংদা পুলিসশিংদুনা ময়ামদু শা শনগুম্না তান তান্দুনা ফৃগাৎলকই । অদুদগী রবর বুলেট, টিয়ার গ্যাস, মোক বোম, ৱাটর কেনন্ . . . ।

য়াম্না ৱানা দুকান য়ৌরে । দুকান মনুংদা মেনেজরগা মহৈরোয়নি হায়বা নহা খরগা মরৈ তৌনরম্মী । করিগীনো হংলুবদা শীকঙনবা কোক্তুনা চগংনবা ব্যবহারদা খুন্নকই, “নখৌ নত্তে । অহলবু হোসপিতালগী কেজুয়েলটিগী ফমুংদা য়াতানীংলবরো ? লৈগদবদু লৈরগা কোক হনখি য়াদ্রো ? নঙোন্দগী নিরবরো ?”

মেনেজরদুনা হায়, “ লালহৌবশিংগীসু হৌদবশিংগীসু দিমান্দ ! করিবু খেন্নরিবগে ? লুপা লাখ অমদুদি কনানা পীবা ঙম্নি ? লালহৌবা পার্টি অমনা লাখ কুন লৌখিবা থা ফাবাৎত্রি । থা অমদা মহৈরোই সংস্থান মঙা তরুক্কী পীদবা য়াদবা দোনেসন ! অমখক্তুং লৈরগা য়াবদুদা সংস্থান মঙা তরা লৈরিসিগী আঁথ মীয়াম্না খঙলম্লোই খনব্রা ? লুপা লীশীং তরা হাপকে হায়বদা য়াদ্রিসিবু ঐখোয়দা পৈশা পাম্বী হৌরমগনি খনব্রা ? মহৈরোইনিদি হায় অদুগা তোংলিবা গাড়ীশিংদি . . . । আফগনিস্থানগী তালিবান, খঙইদনা ?”

থম্মোইসে চেখায়রক্তদৌরবদা ঐনা, “ইবুঙোশা, সিভিলসু নত্তবা,

লালহৌবসু নত্তবা, গেঙ্গ হায়বদু খঙইদনা ?"

"এ! ঐখোয়বু ? ফবে । দুকান লোল্লো । মতুংদা থোবকপা অফ ফত্তগী দায়িত্ব পূন্না নশাগীনি ।"

ইযাম্বদুনা হাযবকই, "আইন্না যাবা য়াদবা সংস্থানশিংসিনা ঐগী দুকানসিদা তৌবক্লিবা শেনগী দিমান্দশিংদু লোইনা পীবা তাববদি ঐগী শেং দাংগী শকুক্তগী খাইদোকপদি লাযবদনা শেল্লেপতা নত্তনা ঐগী লৈজবিবা মান চাং, ইতু ইচাশিং লোইনা যোম্থোক্লবসু কোন্নববোই ।"

মসিসু অথোবিটি অমনি । চৎখ্রে খান্বা য়াদনা ।

মহৈবোইশিংনা ওজা পীযু, লাইবিক ফংহল্লু হায়দুনা মখোযগা মবী লৈনবশিংদা দাবী তৌবকপদি মনুংশি । অদু নত্তদুনা হীবম খুদিংমক্তা যাওশিং দুনা নাগালেন্দ বোর্দতা পবিক্ষা থাগে, জুন ১৮গী ছুটি মণিপুব সবকাবনা হন্দোক্রবদি নেসনেল হাযৱেদা মতম কক্তবা ইকনমিক ব্লোকেদ, স্কুলশিংদা চত্তুনা যেংশিল্লি, এম এল এ, মন্ত্রীদু বোযকোৎ, লৈবাক নীংবা ঈশৈ শক্তবগী শৈশকপদো ঈশৈ শকপা থিংলে, . . . হাযদুনা পাউচেশিংবু শৈতানশিংসিগী মাউথ পিস ওইনা শীজিন্নবদা অদুম যাবিবা ইদিটবশিংসিগী মকোকশিংদুসু লোংউপ্লা উপখ্রববা খঙদ্রে । প্রফুল্লো কুমাব মহন্তনা মহৈবোই ওইবিঙৈ মীবৈবাক মচাগী ইসুদা মশাগী পাবসোনেলিটি শেমগৎহৌবগা কোন্না ভোৎ লেপ্লগা অসামগী চিফ মিনিষ্টব ওইখি হাযদুনা লমদমসিগী হাল্ফ ব্রেনশিংসিসু মশা মশাগী পাবসোনেলিটি শেমগৎনবিবা হাযদুবা ?

ইযাম্বদুনা তপ্না হাযবকই, "নখোযগী হোজাইদুদদি ইংলন্নমগনিনে । মনিপুবসিদদি দিমান্দ লেটব লাক্কনি খনবদা দুকান চাউনা তৌনদ্রে, কববাবদা শেল থাদনদ্রে, যুম চাউনা শাদৌ কিনবে । দাযিত্ব লৈবা ওফিসাবশিং লোৎনবদা মযুম মযুমদা লৈবা ফংনদ্রে । বেকিং ! বেকিংদা, ঐ লৈ হাযদুনা শক্তি অমনা লেপ্লবদি নঙসু নঙনা তৌবা ঙমদবা অমতা লৈবোইদা । মসি লাকপদগীনি সমাজসিনা খাঙেনফম যৌশিনখ্রিবসে । হৌজিক মতমদা মীওই খুদিংমক্লা খ্বাইদগী কিনবা পোৎতি বেকিংনি। "

চা থকমিন্নদুনা শ্বব হোন্দোকপদা মঙাযবি ।পীক্লিঙৈদা মমানা পোলিও ভেক্সিন পীথকহৌদবা, চুম ফাগং মানবা নিপামচা অমনা দুকান মনুংদা মতৃম অমা লংশিল্লন্লগা যাঙনা চেনখি ।

বাংঃ! ! ! . . . ইযাম্বা ! ইযাম্বা !! ইয়াম্বদুদি ?

লৈবাকসে শেন তানবা যাদবা, পাযবসু যাদবা মালেমগী লৈমাযদা লৈবা অমতা ঙাযববা নবক ওনখ্রবা ।

মীবক্তা বোম পোখাযহনবগী, ওজা হাপ্তবগী, নুপী অমা থৌবী য়াল্লগা

শিরম্বগী অমদি শিফাইনা নহা অমা ফাখিবগী নুমিৎ হুম্লি মথং মথং বন্দ লৈখিবদগী ঙসিদমক বন্দ হাংলি । হয়েংনা তলব হেনগৎনবগী, হংচিং কাল্লগা মশেম্না লনাই স্কুলশিংদা লৌরিবা ফী হুম্বৌ হায়বগী বন্দশিং ক্যদা লৈগ্রি । মথংদদি মহৈরোই কাঙলুপ খরনা মখোয়গী পরিক্ষাগী পাস মার্ক ২০% কোটা পীগদবনি, অদুগা অমরোমদা লৌমীশিংগী জে এ সি অমা শেম্নগা লৌউবদা দরকার ওইবা চাংদুমক নোং তাহনগদবনি, ব্রাৎনা নৎত্রগা হেন্না তারবদি মতম কক্তনা মণিপুর বন্দ তৌরনি হায়রকপসু য়ারিবজাৎনি । মসিনি মণিপুর দাইরি ।

বন্দহাংদা ইয়াম্বদুগী অস্থি তাই হায়দুনা লাকপা, হান্না লাইরিক তম্মিন্নখিবা খবর অমগী ইদিটরদু চা থকমিন্নরিঙৈদা মমাঙ লৈকাইরোমদা লাঙখৎনরকই । করিগীনো হংনরুবদা, লৈশাবী কুন্তি অমা পুত্রদান ফংবগী, লৈকাইগী মৈরা পায়বীশিংনা থংনবা, অব্রাংথংবগী, পাখং অরিবা, কলিগী পুত্রদান পীবা সূর্যদেবদুগী য়ূমদু কোয়শিল্লগা অগ্নিদান তৌরিবনি হায় ।

মৈরা পায়বীশিংগী এইম এন্দ ওবজেক্টসিবু মসিরা ? লমদমসিদা লৈরিবা কোর্টশিংসি নুপী অঙাংশিংগী শমজিরৈ ওনবা তারিবরা ?

মতম অমদা নিশা বন্দ, হৌজিক্না মৈরা পায়বী ! মতম মতমগী ওন্থোক্না ফজখ্রবা মীতৈ নুপীগী শাইওনশিংনি । অদুবু মদুগী আর্দশতুরা মসিবু ?

ঐনা শাউরংনন্না, " লৈবাকসিদা চৎনরিবা আইনসিবু করিনো ?"

ইদিটরনা খুম্লকই, " ওরগনাইজেসন, জে এ সি পঙশেমদা শেম্নবা, অদুগা মশা মশাগী ফৃরিৎখাউদগী লৌথোক্লগা শেন্বা আইনদু মীয়ামদা নম্দুনা চৎনহন্নবা হোৎনবা । মনুংদনা মীয়ামদা কিহল কিহল্লগা শেল খায়বা, ঠিকা, সপ্লাই লৌবা । য়াদ্রগনা বন্দ ব্লোকেদ, ভি আই পিশিংগী ইফিজি, গাড়ী অমদি ওফিসশিং মৈ থাবা, মীগী ময়ূম শীদোকপা, লৈকাইদগী তান্থোকপা, হাত্তোক্লগা কোন্না মরাল শীবা, য়ূমদা নোংমৈ কাপশিনব, বোম হুনজিনবা . . . । লৈবাকসিদা নোংমৈনা ইকন কল্লি, ইচুম চুম্মী । লমদমসে মীওইবনা লৈহৈবা লম হায়দু ওইদ্রে । লৈবাকসিদগী নহান্না চৎথ্রো হায়রবনি । ঐখোয়না ইমাই পান্দবগী হৌজিকফাও লৈবগী ব্রানি ।"

ঐনা য়াম্না ঙক্লা হংলুই, "হায়রিসিবু, সরকারদি কৈদৌ' লৈগে ?"

"লমদমসিদা, সরকার হায়বসি চেদা য়েকপা কৈ অমগী মিংনি । কৈসিনা য়োংশিংবু লেপ্তুনা লক্লরি । চৎনহনবসু ঙমদবা ওরদর কয়া থোক্তুনা মহৈরোই অমদি সংস্থান কয়াদা শাউহন শাউহন্দুনা ওফিস কয়া, মরু ওইবা ফাইল কয়া প্রলয়গী মৈরীনা চাকহনখ্রবা তুংদা ইকাইবা য়াওদনা সরেন্দর অম্মুক তৌরি।"

ঐনা য়াম্না নীংবা কায়না হায়খি, " মদুদি ফত্তেহে । সরকার অমা লৈ খঙহনবা চুম্মী ।"

" কৈদৌবগী ফরোই ? মৈ চাকখিবদুদা সরকার পায়রিবা মীওইশিংদুগী লনাইগী মরল মথুম অমতা য়াওদে । অদুননি মখোয়না থৌশাদ্রিবা । মখোয়না খোই মহুমদা চৈনা থিন্দুনা শান্নরিদো, মাঙ তাকহনখ্রগা কোন্না মদু অমুক শেমগৎ শাগৎপগী ঠীকা পীথোক পীশিন্দা পার্সেন্টেজ লৌনবনি । "

ব্রারীশিংসি তারুবদগী খোয়দৌ বৃ বৃ শাউগৎলক্নুনা হংলুই, " সরকার পায়রিবা মীওইশিংদুবু করম্বা মখলগী মীনো ?"

নোকফেৎ তৌরগা খুল্লকই, "মীসু নত্তবা শাসু নত্তবা অনৌবা মখলগী হায়ব্রিদনি । মখোয়দি মীয়ামদগী খোমজিল্লকপা অমদি চাওখৎ থৌরাংগী থাদরকপা শেনফমশিংদগী ফোইহৌবশিংদুনা মরল মথুম লেপশিনবা, পার্সেন্তেজ লৌবা অদুগা অমুক তম্বগী অচৌবা করবারব্রালা ওনখ্রে ।"

"অদুদি লৈবাকসে . . . "

ঐগী ব্রাদু লোইদ্রিঙৈ মখা শমজিল্লকই, " নুপী অঙাংশিংনা লো পায়বা, নোংমৈ পায়বশিংনা ওরদর তৌবা পৃথিবীসিদা অমতা ঙায়রবা নরক ।"

তাঞ্জাদুদা ইদিটরগী মোবাইল ফোন্দুদা রিং লাকই । ঙাইহাক ব্রারী শাখি । অদুগা মমায়দু ঈচপমুক ঙাঙশিল্লগা তপ্না থমখি । হংলুবদা হায়রকই, "ইমা লৈবাক নীংবা কাঙবুগীনি । ঙরাং থাদোরকপা অতৈ প্রেসশিংদসু য়ৌহনখো হায়বা মখোয়গী প্রেস রিলিজদু কাউদুনা য়েম্থোকহৌদবা অমদি ফোঙহৌদবগী মতম কক্তুনা ঐগী পাউচে থিংলে হায়রক্লি ।"

"মীযামগী মেদিযাবু মখোযগী মাউথ পিছ ওইনা শীজিন্নবা অদুগা প্রেসমেনশিংবু মখোয়গী পিওন্দৌনা শীজিন্নবা য়াদ্রগা পাউচে থিংজিনবা ! প্রেস রিরিজদা য়াওরিবা পোইন্দুগী মতুংইন্না ফোঙবা নৎত্রগা ফোঙদবা হায়বদুদি ইদিটরগী রাইটনি । মখোয়না থাদোরকপা খুদিংমক ফোঙলবদি পাউচেশিংসে মখোয়গী পম্প্লেট তারেনে ?"

লৈবাকসিদা নুমিৎ থাগী মঙাল মাঙখ্রে । মঙাল য়াওদবা থব্রাম্মীচাক লীশীং লীশীংনা নুমিৎ থা ওইনা ঙান্দুনা সরকার লীশীং তরা লৈরে । মসে যুগ লোইরমদাইগী ওইবা তাই ।

"বোন্ধু, মসিনি নঙনা লাইরৈবাক্নি খঞ্জরিবা নহাক্কী মণিপুর ।"

ঐগী ব্রাখল্লোনশিংসি চিঠি ওইনা পাউচেশিংদা ইনবা হায়রল্লগা চৎখ্রে ।

লমদমসিদা মন্ত্রী, ওফিসার, সিফাই, খুৎলাই পায়বা-পায়দবা, মীচম, য়োংচম খুদিংমক নীংতমদবা অমতা লৈরমদ্রেদনা 'সিদি ! ফুঙ্গা ব্রারীদা য়াওবা খোংবাল্লাই তীংখাক, তম্ললাই হায়বশিংদু, ঈনা নোং ওইনা তারবা লমদমসিদা পুল্লপ খুম্থোক্লল্লে ! মখোয়না লৈওল্লি ঈগী লৈওনকোম শেন্ন শেন্নদুনা ।

লমদমসিগী লুচিংবশিংসিদি, নোং ঙানথোকখিবনা হান্দুনা মমৈ

কেলহৌদবা য়োংশিংদু নত্তে, য়োং ওইনা অদুম লৈজগে, মী ওঞ্জরোই হায়দুনা উমংদা লোৎখিবশিংদুনি । য়োংশিংসিনা হায়রিঙৈ ইল্লিবশিংসিনা গধাদগী হেন্না পঙশিনখ্রবা জীবশিংনি । মমৈ লোৎশিল্লগা মী ওনশিন্নরিবা, মকোক্লা য়োংদা য়োং ওইরিবা, নীংতম্বা য়োংলৈবাকসিগী নীংতল্লবা লময়োংশিংসিবু জ্ঞান তাহন্দুনা লৈবাকমচা তাহন্গদবা লুচিংবদু কৈদৌঙৈ লাক্লগাবা ?

ঐগী ব্রাখল্লোনশিং অসি পাউচে কয়াগী ইদিটরদা পীরকপা চিথিগী কলমদা নোংমা নীনি কান কান্দুনা পাউচে কয়াদা ফোঙহল্লে ।

সহিদ মিনারদা চৎলে । মখোঙদা চঙশিল্লগা হন্না য়েংখৎলুই, ব্রাংলবা যূম্বীদুগী মথক্তা মমায় অহুম লোঙবা কংলাশানা মমিৎ লাওথোক্তুনা মনা ফণে দাক্তুনা অশিবা ওইনা হিংলম্লি ।

ঐনা হংলুই, “ইবুধৌ নঙদি অতিয়া পক্লা ব্রাংবনিনা নঙনা খঙদা উদবা লৈরম্লোই । ইবুধৌনা অদুক মুন্না য়েংলিদুবো করিনো ? করি পাউ তাগে ?”

“ঐনা উরি তারিঙৈসিবু কন্মাইনা নঙোন্দা তমদোইনো ? তু, মাঙদা লৈরিবা কংলা মনুংসিদনি শান্তি ঙাক্লুনি হায়না মখূত্তা খূৎলাই পায়রগা লাকপা ভারত লান্মীশিংনা মীতৈ চনু অমবু হিংনা হিংনা শেৎলগা চাখিবা । মদুগীদমক ইমাশিংনা মশাদা ফি থোংদনা ধরনা তৌখিবদুনা থোঙ্গালসিদনি। ব্রারীশিংদো ইচিনসিনা কমদৌনা নঙোন্দা লীদৌরিনো ? মসিগী ব্রাংমদনা, লমদমসিদগী অমুবা আইন লৌথোকখিনবা চহী ৬/৭ চরা হেল্লক্লবী মালেমসিগী অখন্নবী মীতৈ চনু অমগী কৈশুমশং ।”

“অব্রাংলোমদনা করি উবিবগে? ”ঐনা ইঙক ঙক্লা হংখি ।

“অব্রাংলোমদা লৈরিবা চৎন-পথাপ শেমশঙসিদা ঙাঙনরিবা ব্রাথীসি তানীংদবনা ইনাসে পঙনীংলবনিনে ঐ । মসিদা ঙাঙনখিবা শক্লখিবদুবু মীয়াম্না করি কান্নবা ফংলিবগে ? মসিগী অব্রাংলোমদা লৈরিবা চাউরবা ব্রাংলবা য়ূমজাওসিদনা লৈবাকসি শেমগৎপগী মিংদা লৈবাক্কী শেন্মীৎলোন পূময়োৎ য়োৎপা হিংচা য়াইতম্বা মযাম কোয়শিল্লগা খোঙ্গ্রাই নীক্লগা ভান্দ্রা ফূরি। ”

“নোংচুপ্লোমদনা কবি করি হুইয়েন লানপাউ ? ”

“নম্থিরবা নম্বুল তুরেল অমদি শেম্বী শাবিদ্রবা নলা, পার্সেন্টেজগী থাঙশাংনা য়েন্দেম থরাক শোইগুম মনীং মমাঙ শোইদোকখ্রবা থোংকক্, ইরৈবাক্কী পূক্কে শঙহল্লিবা মীরৈবাক্কী মবূক চোল্লবা উচিশিং, নোংমগী চরা ফংনবা চেনজরিবী মকোন থুগাইবিখ্রবী উচিনাউ অমদি মোংবা, অপুম অশা থিরিবা লঙজাশিং, . . . অসুক য়াম্বসে ঐনা লোইনা হায়বা ঙস্পোত্তেদা সনা ।

“ইবুধৌ, ব্রারৌবিনু । খারোমদনা করি করি উবিবগে ?”

“ইনক হেক নক্লা ময়াং কাক অমনা মকোন মনুংদগী হেন্দাক্তনা লাম্থোঙ

শীল্লি । অনীশুবা পুয়া মৈ থাখিবগী তাঙ্গোই, ধরনা পার্ক, মসিগী মমাঙ ওইরপ্লা শবিরাই থুংলবা মকোক অমদি লৈবাকসিগী শিংলি নাউরীদা চেল্লিবা ঈ চূপ্লিবা দাইনোসোরশিংগী মকোনশিং, শা ললোনবশিংগী অরোনবা শাককফম . . . ।"

"অদুনা লোইরবরা ইবুধৌ ?"

"কদাইদগী লোইদৌরিনো ? অকোয়বগী অৱাংবা অঙাঙবা লৈথকসিদনা মপু মশক খঙদবা হৌদোঙ, অথাপ্পদনা শদানবগী তেন্না পাল্লগা মশা তেক্লগা লৈমায়দা ওল্লিবা ঙানু থঙ্গোংশিং, শবমদা শজীক হুনবিদ্রবা চরাম চদৎনরবা শঙ্গোলগী ষণশিং, মপা মপুগী মরল তোনখিবদৌনা নাক্ক তেংলিবা নোংশাশিং, ব্রোইলর য়েনগোন্দা শান্তি থিনবা থাজিল্লিবা চরাম্নরবা লমহুইশিংনা হৌনা শক্লিবা ঈশৈগী সুর, পুরক্তবা লৈতে ঐগী নাকোংদা মালংবনা লোন্না লোন্না । অদুননি ঐনা ইমীৎ তাঙনীংলিবা, ইনা পঙনীংলিবা ।"

ঐনা খামজিল্লদুনা হায়রুই, "মদু য়াদে । ইবুধৌদি লৈবাকসিগী মায়নি । নপারি নমোম ঐখোয় অসুক য়াম্না লৈরিঙৈদা ইপুগী মায়দা মায়হীং কাবা য়ারোই ।"

"কবি ?" হাযনা হংলক্লগা শংতোক্লগা য়েংলকই ঐঙোন্দা । ঐ কিমদুনা তুংদা খোঙফম অনী হল্লি । "লমদমসিদা বোম নোংমৈবু পায়রবদি নিংথৌ ঙাক্তনি । অদুনা নিংথৌ লাখ অমনা পাল্লি লৈবাকসিদা । অদুবু মখোয়শিংসি অশিবা ঙাক্তনি । অশিবগী মরকসিদনা অপুম্বা ময়ামসিনা ঐগীদমক করি তৌবা ঙমদৌবি ? অমরোমদা, ঐগী শিংলি নাউরিদা চেল্লিবা ঈসে ঐবু নুংশিবা শাবা হনশিংনা লেঙ লেঙ চত্তুনা লেপ্তুনা থক্লপসিদা ঐগী ঈ উতোং অয়াম্বা কংশিলক্লে । ইপারি ইমোম শামু পাঙ্গনবশিংদি খরুং মনুংদা চঙলগা পুমথরকপা ঙাইরি ঙারী ওন্নবা । ইপাম মৈহৌরে ইদু নিংথৌ লৈতবরা খাম্বী মৈকল্লো ? মৈ থাবদমক মহৈবা, মৈকন্নিদি খঙদবা মালেম লূম্নবা পোকপা ইপারি ইমোমশিং . . . । অদুনা ঐ, অৱাংবসিদগী থৌরী য়াম্দুনা শিনীংলে ।"

মতাংসি য়ৌশিল্লক্লবদা মখা তারুরবদি অফবা ওইরক্লরোই খঙলক্তুনা সুইসাইদ তৌবিদনবা হায়জরল্লগা খোঙকাপ লাওনা থাংদুনা কংলাদা লৈরিবা ইবুধৌ পাখংবদা মখা অমুক হংলুনবা থোরক্লে । অদুবু খরা চৎলগা, মীতোপশিংগী ইরুজফম ওনখ্রবা কংলা পার্কী ময়াদুদা খোঙনা চঙলিঙৈদা শকখঙদবা খরনা ঐবু, পাউচেদা ফোঙখিবদুগী মরমদা ৱারী অমতা শাশি হায়দুনা ফারগা অথাপ্পা মফম অমদা পুবিরে ।

হংলকই, "নঙনা ৱা অসুক য়াম্না ঙাঙলিবসি করিগীনো ?"

তাঞ্জা চারে খন্দুনা ঐগী থম্মোইগী মচি মচিদা ফুম্দুনা থল্লিবা মাইন বোমশিং মথং মথং পোখায়হল্লবগী তুংদা মখা তপশিল্লুই, "ঐ ইউ এন ওগী পিস কিপিং ফোর্স ওইনা শ্রীলঙ্কা, ইষ্ট তিমোর, আফগনিস্থান, ইরাকনচিংবা

মফম কয়াদা চৎলুরে। অদুবু মফমসিদা তৌরিবা অসিগুম্বসিদি অমত্তা থেংনরক্তে। পৃথিবীসিদা লৈরিবা মণিপুরীশিং পুল্লপ পূনশিল্লগা শক্তি লৈবা জাতি অমা ওইনবদি হোৎনদ্রদুনা খূজিন মমায়মুক্তং পাকপা মণিপুর তম্পাকসিদা লৈরিবা মী খূজোকসিগী লালহৌবা কাংবু কাংবু। মীতোপশিংনা ঐখোয়বু করি ওইনা উরমগদগে ? নখোয়গী দাবীদুনা মায় পাকপা মতমদা অসামদা, ত্রিপুরাদা খুন্দারিবা মণিপুরী ঐখোয়বু ইন্থোকপিরমগদৌরিবা করিগীনো ? ম্যানমারদা খুন্দাখিবা মশীং য়ামদবা মণিপুরীশিং হৌজিক মশাগী আইদেন্টিটি ঙাকপা ঙম্লিবরা ? অদুগুম্না ঐখোয়সু চাইথোক্নরগা মাঙমিন্নরসি হায়রিরা ? মণিপুরীশিং হান্না ইন্টিগ্রেসন তৌবিরগা তোখাইরসু পূন্না তোখাইমিন্নসি।"

"ঐখোয়না মদু তৌদ্রগদি ?"

" পান মণিপুরীশিংগীদমক খল্লগা, গ্রেদ ৱাল ওফ বালিননা জরমনিবু শরুক অনী থোক্লা খায়দোকখিবদৌনা মণিপুরীশিংবু অনী থোক্লা খাঙদোকহনগদৌরিবা নখোয়গী পান্দমদুগী মায়োক্তা লাউগনি ঐদি ।"

মণিপুর মচাশিং মণিপুরীদা ৱারী শানবদুদা পাউ ফাওনরক্লে।

ও, ঐ খঙই, ঐগী কোক্তা নম্লক্লিবসি নোংমৈনি।

চেম্থৌ হে মীৎকী পি ! মরৈবাক নুংশিজবা উপাইদি লৈজদ্রবা মপাবি অমগী থম্মোইবু চুহী শুম্নবা কোলু অমদা চপখায়হনবদা থোরকপা মহীদু মীৎতগী পিগী ঈফৃৎ ওইনা চেম্থরকপনি নঙদি ! ঈগী মমলফাও লৈত্রবা লৈবাকসিদা পি গী মমলদি কনানবু লেপ্পীগনি ? অদুনা মমল য়াওদ্রবা নঙদি ননীং তম্না শিন্থজরো। নঙনা য়োংলৈবাকসিগী লৈমায়দা কয়াবু পাক্না কয়াম কুইনা চোৎহনবা ঙমগনি ? মনিল ওন্দুনা কংব্রগা লোইরবনি নঙগী ইতিহাসতি।

"অদুবু, ইরৈবাকচাশা !

মণিপুর ! মিংসে নুংশিদ্রা ? মিংসে পৃথিবীগী মেপ্পুগীদি মৃৎহনখিরোইসিকো। হে থৌনা ফরবী মীতৈ নুপীশিং, লমদমসিদগী তীনমু লাইমু ফত্তবা তান্থোকখিনবা শরোয় খাঙবগী মতম য়ৌদ্রিবরো হৌজিক্লিবো ? "

নোংঙাল্লগা পাউচেশিংগী অহানবা লমায়দা য়াওরিবা ঐগী অশিবা হকচাংদুগী ফোটোদু ঐগী থৱায়না পেন্না উবা ফংজরে। মদুগী মখাদা থারি "শিবগী চৈরাক পীখ্রবা ইন্দিয়ান আর্মিগী তোপ এজেন্টনি হায়ৰা হোজাইদগী মীতৈ অমা।"

তাং ২৫/৭/২০০৬

# য়েন থোংবগী মহাও

" কনা কনা লৈবগে নখোয়বো ?"

থোক্লগা য়েংলুবদা ইকুতোন ওইরম্মী । মীয়ামগীদি দাক্তর লুখোই অশেংবনা মেদিকেল দিপার্টমেন্টগী এতেন্দেন্ট লুখোই।

ব্যাবহাবদা কৌশিল্লগা মীঙাই কাদা ব্বারী ব্বাতায় শাদুনা ঙাইহাক ফম্মিন্নবে । মমান্নবা অমা উনরুবদগী সুম চঙলকপনি হায । মচানুপীনা পুথোবকপা চাদু থকপা লোইফাত্রিঙৈদা মবুক পায়রগা মমিৎ মনা ক্রোক ক্রোক ওৎলগা মনুং চঙফম কোয়থি থিরকই । ঐসু, খরা থুবা ওইরমাল্লে হায়দুনা মফম তাকপগা হেক্তা পাইশিনখি । এক্সন খবা কল্লপ উই ।

তাঞ্জাদুদা ঐগী নুপীনা হাযবকই, " ইসাং অহাউবসু থোংলি । ঐখোয়' খুরাতোন্দি য়াম্নসু পামজবনি । চাক চামিন্নখ্রসি হায়রো ?"

ঐনা খুম্মী, "ব্রোইলরগুম্বা ওইরদি ফদৌবা । লোকেলনিনা ময়াসু ইয়াও য়াওদবসিদা য়ারীদুনা তকপদা তোইয়ু য়ানিবু থাজদেদা ।"

"মহীদা ওইরসু চাজনি ।"

"অদুদি, থুম তংনবা খরা কোত্থরগা পুথোরকউ হায়য়ু অঙাংশিংদো ।"

মনুং চঙখিবা ইকুতোন পাক থোরক্তে । মখোনসু তাদে । ঙাইরিঙৈদা অঙাংশিংনা অঙৌবা খরা কোত্থরগা তেবলদা থল্লে ।

ঙাইবা য়াবা মখে ঙাইরবসু ইথোক মথোক্লক্ত্রবদুদা চিংনরক্তুনা মপাম্দগী কৌরুই, "ফনা কুইরবরা খঞ্জে, হকচাংবু ইনুং নুংঙাইবিদবরা ?"

য়াম্না ব্বানা খাঙবগী মওংদা শংলগা খুল্লকই, "এঃ পূক শাউগাৎপনা লোইরে । অদুননিনেহে ।"

" অয়ুকসিদা করি চাবিরুরবগে ?"

" চারুবগী নত্তেনেহে । নখোয়গীদুননিনে । ও থোরক্লগে, থোরক্লগে । অদো, ঐ খরা থুনদি য়ূম য়ৌহৌদবা য়াদ্রে ।"

থোরক্লে । মবুক পায়রগা সোফাদুদা ফমথরকপগা ঐনা হৌদোক্লুই, "অঙাংশিংনা য়েন থোংই হায়য়ে । ইকুতোনগী পূক শাউগৎলিদু ফনবা থুমদুম য়েংশি । চাকসু চাখ্রসি " হায়রগা ঙসাইদগী মখুম খুমজিল্লগা থল্লিবা অঙৌবদু মখুম হাংদোক্লগা মমাঙদা থারিবা সাইদ তেবলদুদা ইনশিল্লি ।

অফিং অফাইদা "অইঃ! ইবো, ঐ য়াদ্রেহে " হায়রগা মনুংলোমদা অমুক হোৎচিনখি ।

করিনো ঙসি ইকুতোন্না তৌরিসিবো ? নত্তে, ইকুতোনসিবু লমখাঙদা তরেৎকী ইতোন তোনবীদু ওক্করক্লবজাৎলা ? নৎত্রগা, থাশি থানৌ হায়বদু হৌবজাৎলনে ? খন্নবা য়াবা খন্নরবা তুংদা ময়ূম য়ৌহনখিবনা ফৈ খন্দুনা ঐগী মারুতিদুদা ময়ূম ফাওবা থিল্লুনবা মচানুপীনা কন্না হায়রে ।

গাড়ী থৌদোক্লগা শূমাঙদা খাম্বদা ঙাযরি । ইকুতোন্দু মাগী রুমালদুনা মনাতোন্দুদা অরোয়বী থাদুনা পুল্লগা মীঙাই কারোমদগী হোত্তুনা চেম্থোরক্লগা গাডী মনুংদা চেনজোংদা হেক্তা চোংশিল্লক্লগা, " গাডী থৌরো । ঐ নঙগী অসিদা কুইনা লৈবা য়াদ্রে ।"

ঐসু পাখৎপোই করিওই অদুম থৌরে ।

থোঙ্গাল হেক লাম্থোক্লপগা মাগী মনাতোন্দা চেৎনা কিরিবা রুমালদু লৌথোক্লগা শ্বর চাউনা হোল্লগা হায়রকই, "ইসঃ ঐ শিরম্নিদা । খরদি ফরে ।"

মাগী ব্বাঙাঙদুদা ইচিং চিংনরক্তুনা, "করিনো ইকুতোন্না ঙসি তৌবিরিসিবো ?"

"নঙ ব্বারীসি তানীংবরা ?"

"য়ারগদি তাজনীংবা ।"

"অদুদি তারো" হায়রগা মাগী ব্বারীদু হৌরকই ।

ঐনা উখ্রুলদা পোষ্টিং লৈরিঙৈদা ঐগী কাটরদুদা ঐখোয় অহুম পূন্না লৈমিন্নে । ঐখোয়না অদুম্না পূন্না লৈমিন্নবদুদা থংনবা ওফিসকী কাটরদা লৈরিবা খরা নহা ওইবা চাউবসু ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওশিল্লে । মাদি এদহোংগনি, ওরদব এক্সতেন্দ তৌবিদ্রি হায়দুনা তলব ফংলক্তবা থা মরি শুরে হায়। অদুবু এক্সতে ন্দ তৌরক্কনি হায়বগী আশাদা থবক অদুম কারি । মাগা ওরদর পূন্না থোকমিন্নবা

ইম্ফালদা তাবশিংনা এক্সতেন্দ তৌনবা চেল্লি হায় । অদুনা চানবা ফাওবা লৈতদুনা ঐখোয় অহুমদগী তাংলগা চায় ।

নোংমা, অয়ুক অমা, চাউবনা য়েন মোময়া অমা পায়দুনা লাক্লগা হায়রে, "নখোয়না নহানওে তৌরকপদু ঐ কাউদে । অদুনা ওসিদি ঐসু য়েনসি পুরক্লবনি । চারসি ।"

ঐনা করেম্নদুনা হায়রুই, " চাউবা, নঙ তলবতি ফংদে হায় । অদুগা য়েনসিনা কদাইদগী শেলনা লৈরুরিবা ?"

"য়ুমদগী থারকপনি । লুপা তরামঙা পী ।"

মখোয় অনীনা শেম্বা হৌখ্রে । চাউবগা ঐখোয় অনীনা দুকান্দা চৎলগা থাউ থুম, মরোয় মরাং, . . . শুনা লৈরুরে ।

থোংলে । চাউবনা লীক্লিদু পায়দুনা গ্লাস খুদিংগী সেবা চঙলি । খরা কোখরগা জ্ঞান তানা মারিবা হৌরকপদা খুনগী নিংথৌ অরথর কৈশিংদু নোংমৈ দবল বেরেল অমা পায়, নাকন্দা মরু খাউ অমা য়ান, থোঙ হাংদোক্লগা প্রপ প্রপ চঙলকই । মাবু উবদা ব্যবহার তৌদুনা চাক চামিন্নখ্রসি হায়দুনা খাম্মী। হরাও হরাও য়াবিরকপগী মহূত্তা মাগী নোমৈদু চাব থারগা ঐখোয়দা ওনসিল্লগা অখাক অরাওগুম ঙংথরকই, "মনমদা খোঙ্গুল লীরকপসে চুম্লেদনা । নখোয়না থোংলিবসি কদাইদগী য়েন্নো ?"

ঐ খংচিং চিংনরকই । চাউবদা ওনসিল্লগা, "ঐনা ঙসাই হংবদা নঙনা করি হায়খি ?" হায়রগা মমায়দুদা লৈয়ে মানবা খূবাকসিনা অরোইবীদা হুমজিনখি'বু খুৎয়েদুনরা নিশানরা খঙদে লোংতা তাখি ।

তাঞ্জাদুদা খুল্লাকপীদু থোঙ হাংলগা হোবে হোবে চেনশিল্লকই । অদুগা নিংথৌনা পায়রিবা নোংমৈদু মুল্লে । শাউরগা চৎখিবদুদা মী কাপ্লুদুনা তোক্লরনি খঙদুনা তান্নরকপা মাল্লি ।

ঐনা ব্রারী পুম্বা ময়েক শেংনা তন্নবদা মখোয়গী তাংখুল লোন্দুদা মখোয়নী পেঙপা-পেঙপা ব্রারী খরা শান্নরগা খুল্লাকপীদো অদুম চৎহনখ্রে ।

অথোংবা য়েন্দো পুবিখ্রো নৎত্রগা মমলদু ওইনা হঞ্জিনজরগে হায়না খুল্লাকপদুদা ফনা কন্না হায়জৈ। অদুবু য়াবা কৌবা লৈতে । মুন্নবা থোংউ হায়দুনা অদুম থোংহল্লি । করি তৌরক্লদৌরিবজাৎনো খঙদনা ঐখোয়সু হাইরং তুরং অদুম থোংলি । বাঃ, তাঞ্জাসিদা নিশাসু ফজখৎলকই ।

ঙাইহাক লৈরগা খুল্লাকপীদো ঙাংশং ঙাঙবা ফজখ্রবা উ মোরোক অতেকপা থন্না য়াওবা পোল্লাং অমা পায়রগা লাকই । খুল্লাকপনা পোল্লাংদু লৌরগা মোরোকশিংদু থোংলিবা ইন্সাংদুদা লোইনা হৈজিনখ্রে ।

শাদু কেজি অমরোম ওইবা য়াই । অদুগা হাপচিনখ্রিবা উ মোরোক্লুদি

কে জি অমগা মখায়দগীদি তাগনি থাজদে ।

ঙাইহাক শৌরবা তুংদা খাবৈদু লৌশ্লগা মোরোকশিংদু পূমতোই তোইনবা ওৎখায়খ্রে । অদুদগী ঐখোয়দা চাক থিহল্লে । ইন্সাংদু নিংথৌ মশানা পূখম খূদিংগী চপ মান্ননা য়েল্লগা হাপখ্রে ।

"য়াম্না চানীংলবদি চারো । মচেৎ অমা হেক লেমহনবদা নোংমৈসিনা কাপ্‌কদৌরিবনি । চাদবা য়ারোই । মিনিৎ তরাগী মনুংদা চাবা লোইদ্রসু কাপ্‌কনি" হায়রগা মাগী নোংমৈদু অমুক পায়রদুনা চাপ থারগা ঐখোয়রোমদা ওনশিল্লগা এইম তৌদুনা অদুম লৈখ্রে ।

তৌরক্লিবা য়াথং মতাদুদা শিবা কিমনখ্রদুনা ঐখোয় চাবা হৌনরে ।

অসঃ! মোরোকসিদি !

নিশাককাক খংহন হল্লি । শামনখ্রদুনা মীৎতা পি অর অর তারদুনা, শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা ঐনা মখোঙ কোন্দুনা হায়জে, "ইপা, শিবা তারে । ঐখোয়গী থব্রায়তদি কনবিয়ু ।"

ঐগী হায়জবদু মানা তাবিবগী মহূত্তা মমীত্তু শূক্তোল্লগা নোংশাগুম্না ঙংলগা, " করিগী কপ্পা ? চানীংলবদি চারোদনা । কাপ্লগে । ব্রান, তু, . . . ।"

মখা তারক্লিঙৈ, কপচাদা ঐ চখোম চাউনা চাউনা হূক্লগা শায়বোই- শায়দবোই কূৎ কূৎ য়োৎলি । ঐদা নত্তে, চারিবা মখোয় অহুমদুসু কপ্পদবা, মমিত্তা মপি তানদবা কনামত্তা য়াওদে । ইসঃ! নীংশিংবদা তু চুংই । "

মখা হূকচিনবা ওন্লক্লবরা করিনো চাউবদু হৌগৎলগা, "ইপা ঐ লাঞ্জরে । ঐ মতুং অমুক হন্না হূরান্‌জররোই " হায়রগা নিংথৌদুদা খুরুমখ্রে ।

চাউবগী ভক্তিদু ওকপিবগী মহূত্তা, মোরোক থোংবদা য়েন থাকপা ইন্সাংদু মখূৎ য়েত্তুনা খূবাম অমা পায়রগা চাউবগী মমায়দুদা অবের তৈবদৌনা শূরূ শূরূ নৈখৎলকই । চাউবদু খোন্সিদা ওক্তৌনা খোংগৎলক্লে । মমায় মমীত্তু ভালো . . . ।

"কপকনু । মখা তানা কপ্লবদি কাপ্লক্লগে ? চানীংলদি চাও।"

মথক মখা ওনঙৈ শাউগৎলবা পূক পায়নরগা ঐখোয় মরিমক নোংমৈ পায়রিবা নিংথৌদুদা য়েংল য়েংলগা কপখৎনরকই। অদুবু মিনুংশি লাকপ্রা হায়ববু মাগী নোংমৈদু মরূ অমা দোং লাউনা কাপথোরকই । ঈশিং পাত্রদুদগী, নোংমৈ মরূনা পানবগী মখূল মচাশিংদুদা ঈশিং কাপথোরকই । খংপ্রেক খঙনৈ । ঐখোয় মরি কপ্প কপ্পরদুনা শ্বর থিংলগা শী শা, শী শা তৌনদুনা শায়বোই শায়দবোই পূময়োৎ পূময়োৎ য়োৎশিন্নে । ঐখোয় মরিগী মোরোক শাবগী মখোন্দু উখুলগী চীংমায় পূম্বা খোন্থাং য়ৈরল্লোই খনব্রা ? অদুগী মখা তাবদি ঐ অদুম জ্ঞান তাখিদরে . . . ।

"য়েন চাবা নুমিত্তু নোংমাইজিংনি। ঐনা জ্ঞান তাবকপা নুমিত্তুনা লৈবাকপোকপনি। লৈবল্লিবা মফম্মা লম্ফেলগী বিমস হোসপিতালদনি। উখ্রুলদগী কমদৌনা ইম্ফাল য়ৌবকখিবনো খঙদে। ইবো মোবোক চাবসে খূৎ থাদনা, মফম মবিদা মথাং মথাং চৈনা পীকো। মফমশিংদুদি নঙনা হেন্না খঙলম্লনি। লমচৎ খঙদবা মীগা নকশিন্নরুবগীনি ঐনা ঙসিফাওবা থুম মোবোক অমতা থাক্তবা চম্ফুত্তং চাবগা হিংলিবসে।"

ঐনা য়াম্না খঙনীংনা হংলুই, "তুকা থিবগীদি নৎচদে, ঙসাই মনুং থিবগা পাইশিনখ্রিদুনা কবিগী?"

"ইহে, নখোযগী চাকশঙলোমদগী হাইদোবকপা য়েন থোংবগী মনমদু তাকুবদগী থৌদোক্তু নীংশিংলক্তুনা পূক শাউগৎলক্লিবনিনে। মনমদং তাবদা ফিভমদু য়ৌববদুদা, নঙনা অমুক চাখিসি হায়দুনা মাঙদা প্লেট অমা অমুক ইন্সিল্লকপদুদদি, ঐ হেক্তা লোইখ্রেদনা . . . ।"

ঐনা ইপঙ পঙনা মখা হংলুই, "অদুগা কবিগীনো কমালনা নাতোন্দা অদুক কন্না কিবগা চেন্থোবক্লিবদুনা?"

"হাইমা! মসিদি মহা ভূটনিদনা। মনমদো খবদা ওইবসু ঙাকথোক্তুবদি ঐদি ঙসাইনা নখোযদা অদুম বিদাই ঈপাক লাল্লশ্লোইদ্রো?"

তাং ৯/৯/২০০৬

# খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায়

"হাৎলো, হাৎলো, হাৎলো, . . . "

থম্মোইবু তনিকহনবা মীহাৎখোলসি তাদুনা য়েংথোক্লুবদা ইতোনা চেনশিল্লকপদু উবদুনা তেক্সিদুদগী চোংথবগা "ঐবু কনবিয়ো, ঐবু কনবিযো" হায়না খোনগাইদা লাউবগা চেনখ্রে কর্নেল অমুজাউ। মযাম চঙদুনা তান্নদুনা ফাকুবগা পুশিল্লক্লুনা কনামত্তা উনহন্দনা ইমুংদা থোঙ লোনশিল্লগা লৈহল্লে। কৈশুমশঙদা চহী তবেৎ বন্দী ওইনা থবক শূকু ববগী তুংদা হৌজিক নুমিদাংব্রাইবম মযূম যৌবকপনি।

মফমদুদগী চৎখ্রো যাদ্রবা শিববা ইতোদু ঙঙ্গানবীগী মপিনা তাম্বোকখ্রে।

পোবোমগা হবাইথবাক্কা থোংবদু ইথক থক্লৎনা পীৎ পীৎ খবদং চাবগা তোকখ্রে। মমাঙ কাদা থাবিবা মাগী ফমুংদুদা মচানিপা অহল ইবোহল হীপহনখ্রগা মযায কাদা থাবিবা মচানিপা ইবোযাইমগী ফমুংদুদা ফম্লি।

"হাই মমা, ঐ ফম তৎলগা য়ুমদা লৈবে হাযবা খঙলবদি ঐবু হাৎপা মী মবী মবী লাক্লবনিনে। হাৎপা হাযবসি অকৰা নত্তেনে।"

" মীবু হেক্তা পাঙহাৎ হাৎলবা য়াববো ?"

" যাই, লমন খুম্বা। লমন খুম্বগী অকক্লবা নিয়ম নিতি লৈতে ? মদু খঙনা ঐখোয ইশানা হান্না চেকশিলহৌগদবা। য়ূমসি কয়া সেফতি ওইবোই হাযদুনা ঐ মতম খবদংগা জেলদুদা অদুম লৈথজগে তৌবদা নখোয়না মতম শুবে হাযদুনা নমদুনা হেক লৌথোক্লেদো। হাই ইবোহল, নঙনা সমুবাই

থাঙশাংদু পায়রগা মমাঙদা লৈয়ু । মরি মতা শাগৈ নাতৈ ওইরসু কনামত্তা চণ্ডহল্লকনু । ইবোয়াইমা, নঙসু মনীংথোঙলোমদা থাঙশাংদুমা পায়রগা সন্ত্রি পুগদবা । ইবোতোন, নঙনা লময়ায়সিদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈয়ু । ঐনা নহালব্রাই পুরকখিবা মতোন্দা হূ তৈবা সিফাইগী থাঙ বেনেত্তো পায়গদবা। নয়ান্বশিংগী লানবন লানশিল্লকপা খূদিংমক হেক্তা থিনগদবনি ।"

ঙঙ্গানবীনা শাউগৎলদুনা, "ও, মফমসে য়ূমনে, সিফাই' কেম্প নত্তেয়ে। নচাশিংসে লাইরিক লাইশু তৌজরুরোদি হায়দ্রদনা, হায়দোরক্লিঙেদুবু ইকাইদরো ?"

হায়রক্লিবদু য়ুরবা মনাকোংদুনা করিমত্তা লৌশিন্দনা মাগী ব্রাদু জ্রি জ্রি অদুম মখা তাথরকই, "ঐনা সাভিসতা লৈরিঙৈদা ফাগৎলকপা নোংমৈশিং মরূগা লোয়ননা লোন্না হেক হেক পুরকখিবশিংদুদি ?"

মাগী হকচাং তংখাই, থম্মোই তংখাই ওইরিবী ঙঙ্গানবীদু মথৌনা ওইনা শাউগৎলক্তুনা হায়রকই, "কদাইদগী নোংমৈনো ? ইন্দ্রোগেসন্দা নঙনা হায়দোক্লকই হায়দুনা নোংমৈদা নত্তনা বেঙ্কদা শেল তুংশিনবগী পাস বুক ফাওবা লোইনা ফাগৎখ্রবদুবো ।"

হন্দমুক্তি তারবরা করিনো মখদাং মেৎলগা ফমুংদুদা ফল্লদুনা চিন্তা তৌরকই । মওংদুদা এলবজি থোক্লবা মতূ মচাশিংদু থৌব্রা শাদনা মাগী মাগী কাদা লোইনা চৎনখ্রে । কল্পী থোক পমখৈ লাউরগা কৌশিন্নীংবনি । অদুবু মাগী খোঞ্জেলদু মীতোপ্না তাখিনি কিবদগী তা-ননবাকৌবা ঙমখিদ্রে ।

তেবলদগী তোর্চ লাইটতু লৌরগা ফক্লাংদা ঙারিবা থাঙশাংদু তাপ পাযখ্রে । মপাল্লোমদা থোকখ্রে । সুইসাইদ্ তৌদৌরিজাৎলা হায়না পাখৎচদুনা মতুং ইন্নখি চহী তবেৎ ইখৌ লাংজরক্লবী ঙঙ্গানবীদো ।

ঈশিং তেঙ্কি মনাক্কী দলিযা পান্বীগী মখোঙদুদা লেপ্পগা হাযরকই, "থাঙসিনা লৈদুগী অব্রাংথংবদুদা তৌথোকউ । ঐ মী য়েংগে ।"

অমুজাউ, জুনিয়র কমিসন ওফিসার ওইনা নিপানশুবা গুরখা রেজিমেন্টসিদা সেকেন্দ লেফ্‌তিনেন্ট ওইনা থবক তৌবকপা থা মঙা শুরক্লে । মাগী আর্মি ট্রুপসিনা কাশ্মীরগী পুঞ্চ জিলাসিদা লাকপদি হপ্তামুক ফারে । মাগী মপাবুংদু মফমসিদা পোষ্টিং তারিঙৈদা ছুটি লৌরগা ময়ুমদা থোক্লকপদা লমখাঙদা শকখঙদবশিংনা থাঙনা মতৎ মতৎ লেল্লগা তমথিনা হাংখিবনি ।

নোংমা, লম্বীদা ফ্রিস্কিং তৌবদা য়াম্না চিংনবা অমা ফায় । কেম্পদা পুরক্ল গা তকথৈ অদুবু লংলা লংজিন অমতা ফংদে । মমিংফাও পনবা য়াদবা ওকশাদু ফূ ফূদুনা হিংনা পীজৈ মৌলানাদুদা। লোইরবদা পুন্সিল্লগা কেম্পগী নাকন্দুদা উন্দু তৌথোক্লগা মখৌরি ফাওবা ফুমজিল্লগা থমখ্রে ।

পূং অহুম্লোম ফারকপগীদুদা "লোইনা হায়দোকচরগে, শ্বর হোনবা গুমশিল্লক্ত্রে" হায়দুনা লৈয়েং ফাইনা হৌনা হৌনা লাউরকই । তাশিন্নদে । অঙাঙবদু থক্লগা চানবদু শীক শীক্তুনা চামিন্নরি কেপ্তেন্দুগা ।

চাবা থকপা লোইরদুনা থোরকপদদি মমিত্তু অঙৌবা ঙাক্তো ওনখৎলম্লে । মানা হেক য়ৌশিনখিবদা মিলিটেন্দুনা লোৎশিল্লগা থম্লম্বা শেল, খূৎলাই, লৈফম পূম্বা লৈয়েং ইফাই ফাইনা লোইনা হায়দোরক্লে ।

মফমদু তান্না চৎলে । মথক্তুদা থাবা হৎগামদু মপান শাৎলম্লে । মথং মথং তৌরকপদা নোংমৈ অতেনবা মঙা, এ কে অমগা, শেল ওইনা লীশীং চৎপীগী মপুন চাম্মগা তরুক ফংলে ।

লোইনা পুরক্লে । লমহাং অমদা অফাবদু গাড়ীদগী কাওথরে । মপাগী মীহাতু নীংশিংদুনা মমিৎ ওইশিল্লগা পায়রিবা ইন্সাস রাইফলদুনা মিলিটেন্দু মপাগী মফমদা কথোক্লে ।

মতুংদা লোকেল পুলিস কৌরগা অশিবদুগা একে অমদি অতেনবা নোংমৈ মরিগা শিন্নখ্রে। অমদি লোৎশিলহৌরে । চৎমিন্নরুবা সিপোইশিংদুগী মচীন মেন্ননবা শেল মপুন তরুক হবিলদার বলবীরদা শিন্নখ্রে ।

"সিদি কোহ্লিং লোইনা কারে । শীজিন্নববু য়াখিদ্রা ?"

খংপ্রেক খংই অমুজাউ । ইতিহাসতু মকোক্তগী স্বাই মাঙখি । হন্না য়েংথরকপদা ঙঙ্গানবীনা পোলিথিন খাউ মনুংদগী লৌথোক্লুবা, লাঞ্জদ্রবা থব্রায কয়া লানবিখ্রবা অতেনবা নোংমৈদু মঙোন্দা লানশিল্লম্লি ।

মী কিরুপ কিরুপ য়েংলগা ইমুংদা চঙমিন্নরক্লে । মরূদি?

মুন্না খল্লি । করিগুম্ব'মা নীংশিংলকপা মাল্লি। মচানুপা ইবোহলদা য়োৎ অমা পুবক্লুবা হায় । য়াদে । ইবোয়াইমদা অমুক । মদুসু থৌশাবিরক্ত্রে । মখোয়দৌদু য়ৌনা শাউগৎলক্লুবরা করিনো থাঙদু তাপ পায়খৎলগা মচা অতোম্বা ইবোতোনগী মখূৎ পায়দুনা চিংলগা মখা থংবরোমদা থোকখ্রে ।

অমুজাউনা য়োৎখিবা লুপা ক্রোরদু লৈমিন্নরিবা কেপ্তেন্দুনা লাখ কুম্থ্রা খাইরক্লুবা তকশিল্লকপা ঙসিফাও লেপত্রি । অমুজাউনদি লাখ তরেৎকী মনুংদা তরুক্তি চৎমিন্নবা সিফাইশিংদা য়েনথোকখ্রে , লেমহৌবা লাখ অমদুনা তংখাই য়েন্নরসি হায়দুনা লাখখায় অমা পী । লমহুইমুক পঙবা কেপ্তেন্দুনা মদু লৌ হায়বা যাখিদ্রে । খোপ খোপ্পা তাশিল্লগা মথম্মোইদা য়েক্তুনা থমখ্রে ।

থা অনীরোম হৌখ্রে । কাশ্মীরগী বড়ামুলা অমদি গুলমার্গকী লমদম ফাওদুনা চেল্লক্লিবা ঝিলম তুরেলগী তোর্বানসিদা কেপ্তেন্না লুচিংদুনা এল ও

সি ময়াদা পেট্রোলিং চৎলি । তুরেলসি মতম অমদা ইন্দিয়াগী লম ওইরম্বা, হৌজিক্কা পাকিসস্থান ওকুপাইদ্ কাশ্মীরগী লম মনুংদা লৈখ্রবা মিরপুর তম্না কাশ্মীরীশিংগী ঈ অমসুং পি পুদুনা চেন্থখি । লোক্তৌনা লৈরিবা তুরেলগী খোঙনুংসি ঈশিংগী ঈমায় উদনা, উনগী তোর্ব্বান অনীদগী লশিং মফোল চাইথরকপদৌনা লৈচিলগী সংসার অমা মালংদা তাউরি । স্নো বুট তোংলসু উন মথক্তা চৎপদা খোঙনম থূম্না থূম্না পূথরি । থক্কী মচু অহূম মশুংলাংগীদমক মরোল অহুম লোন্দুনা উপ্লিবা খোঙউপ মোজাদু মথং মথং চোৎশিল্লক্কুনা লূমথরক্লে । লশিং মফোনদৌনা লেপ্তুনা তারক্লিবা উন মকুপ্তুনা কোক্তা উপ্লিবা তুবী অমদি লেংজুমদা পৈখৎলক্ললক্লবদা খৃৎনা অমুক মুক কনথোক্লে । হোন্দোকখিবা নুংশা শ্বরদা য়াওবা ঈশিং মনিলদু ঈংমনবদগী উন ওল্লগা অঙৌবা উনগী লৈমায়দুদা তাশিনখ্রি । চীং মান ওইবগী উচেক ব্রায়া কয়া উদে । অদুবু মরক মরক্তদি উন্দা য়াম্না হৈনজবা অঙৌবা শাওমশিং চৎপা উরি ।

খরা চৎলবদা খুদোং থীনিংঙাই ওইবা লমদুগী তোপোগ্রাফিদু উদুনা কেপ্তেন্দু তুংদা হাইথহৌরগা সিপোইশিংদুগী মরক্তা চৎলি । লেপ্টিনেন্ট অমুজাউদা নমদুনা ফোরৱাদ তৌহল্লি। মতুংদা হবিল্দার বলবীর নক্না ইন্নরি । অমুজাউনা খঙলক্লে মদুদি লুপা লাখ কুম্ভ্রা খয়োম লাকহৌদবগী সিমনা মনাকসিদা মাবু দমি ওইনা শীজিন্নগদৌরে ।

চীং নাপোম অমা লান্থোরকপদা ইথাপ থাপ্তুনা ইন্ট্রুদর অহুম জোন জোন লাউবা অঙৌবা ফিজোলদুগা, পাকথরগা অঙৌবা শাওমদৌনা চৎলিবদু উরে । পাকথনৈ। খরা নকশিল্লক্লবদা বলবীরগী খৃৎখত্তা অনী কেল্লে । অমদি এল ও সি লানশিল্লগা চেনখ্রে । তুংগী লাম্মীশিং দু লেপখৎলগা চঙশিন্নরকই । নকশিল্লক্লদা অমুজাউনা ইথা থাজদনা মাগী পার্টিদুদা ওনশিল্লগা এ কে -৪৭ বাইফমদুনা, অঙম্বশিংনা নীংথিনা প্রোগ্রামিং তৌরবা রোবোটশিংদুদা মরূ অমত্তা লেমদনা খপচিল্লে । অদুগা হেন্দ গ্রেনেদ কয়াসু পিন শৎল শৎলগা লংশিল্লি । খুদাংদা মরূ অমনা শোকখ্রে । কনানা কাপ্লকপনো য়েংলকপদা থাপ্তক্লা নোংমৈগী মৈখু কারিবদু উই । মখা চীক্লগা কাপ্লবা তৌরিঙে লাম্মীদু মনাক্কী অঙম্বা চীংমায়দা য়ান্দুনা লৈরম্বা উন্দু কিম্থরক্কুনা ননশিনখ্রে । ময়ামদুগী মতৎ মতৎলবা মখোঙ, মখূৎ, ঝরপ শাঙৈ মহূৎ মহূৎলবা অমদি থীবোঙ থীরিন উনা হোগায়রবা মশাশিং ঙাংশং ঙাঙনা অঙৌবা উন মথক্কুদা ইচাই চাইনা তারি । অমুজাউ মাগী অশোকপদু উন মতূম অমা ফক্লগা থোমজিন্দুনা ঈ খক্লবা হোৎনৈ । অশিবা সিফাই অমমম্না ঈহৌরকপফম অমমম্ ওইরগা চেন্থরকপা অঙাঙবা ঈদুনা উন্দুদা ঈরম মচা মচা নাইনা ঝিলম তুরেল তম্না চেন্থখি ।

খুমগদবা পাউখুমদু বলবীর মখোয়নী ঔরাইমিন্নদুনা ফারবদা ব্রায়ারলেস

পায়বা অশিবা সিফাইদুদগী রয়ারলেসতু লৌরগা লাম্মী থোমজিল্লক্রবা কৌরে ।

থৌদোকসিদা যুম্ফম ওইরগা, ভারতকী প্রসিদেন্টনা পীবা, থৌনা ফবগী মনাগী সাইতেসন্দা অসুম্না ইরকখি, "কাশ্মীরগী পুঞ্চ জীলাদা গুরখা রাইফলসকী সিফাই পেত্রোল পার্টি অমা তুম্না হাৎলম্বা ইন্দ্রদর অনী হাৎখিবা, কয়া অমনা শোকহনখিবগীদমক থৌনা ফবগী মনা অসি পীবনি ।"

লোয়ননা অমুজাউ মেজরদা হকথেংননা প্রমোসন ফংখি ।

মখা থংবগী দারী মনাক্তুদা তৌথোক্লগা নোংমৈ মরূ থন্না য়াওবা লীক্লি অহুম ফূক্লগা পুশিল্লক্লে ।

"য়েক্লবা খরদি মরুপ মপাং, মরী মতা শাজিন্নরগা লাক্তৌরিনি । অদুগা চান্স লৌখিদৌরিবা। হৌগৎলো" হায়রগা ইবোহলগী কাদা চঙদুনা মখূৎ পায়দুনা চিংলুই । মপাশা ইবোহলদু শাউনা ফৈজুপ চিংখৎলগা মমায় খুমজিনখ্রে ।

"ইচাশিংসি ফাওবা য়েক্লবগী মীচঙ চঙখ্রবকো ? ঐবু মীনা অদুম হাৎহনখ্রগদরা?"

অমুজাউ মমাযগী হুমাং মরিকশিংদু তৈথোক্লি।

ইবোয়াইমনা মাগী কাদগী লাক্লগা ফাথরদুনা হায়রৈ "ববা, হৌজিক নোংয়াই মতুং পূং অমা তারে । অহিংসে ঙাইহাক্তদি পোত্থাসি । ববা লাক্লে হায়দুনা হরাওবরা হায়ববু তূন্বা শূকয়া য়াদ্রে । "

অমুজাউনা লাউহৎলকই, "হাই, শাগেগী শন্থি মৈতাল । নঙ নুংঙাইনা তূম্মূচো । নঙ, হযেং ঐগী চিতাদা মৈ কোয়বা য়াওরক্কনুকো ।"

খরা লৌথোকখ্রবা গুলি মপাক অমা মমাদা লানশিল্লক্লগা ইবোয়াইমনা, "সে ইমা, ববাদা পীজৌ । ইমানা শীজিন্নরম্বদুনি । ববাগী তেন্সনসি য়াদ্রে । য়ারগদি অনী অহুম পীজৌ ।"

মপুরোইবদুদা গুলি অমা নমপী পীজরম্লগা হূইসু লোইদবা ইমুংদুদা হূইগী চাক পীজরুনবা চাক পুখম অমা পায়দুনা মপান থোকখ্রে ঙঙ্গানবী ।

চহী নিপান্দা ঙায়রিবা ইবোতোন্না মীনা হায়নৈ হায়দুনা, " ববা, মখোঙনা থোংনা মশাগী খোয়রেন থিবা লাক্কদৌরিবা মহা ভূত্তুবু কনানো ? "

মনীং মমাঙ যেংলগা তপ্না হায়রকই, "সিফাই, নহারোল নৎত্রগা মীচম ! অমনা হেক্তো ওইবা য়াই ।"

ইবোহলনা, "মী হায়বাসি অচুম অরান খন্থবা ঙম্বগী মথক্তা মাঙজৌননা ফল উবা ঙম্বা জীবনি । মরাল লৈতনা মীবু হেক্তা হাৎলবা যারোই ।"

"য়াই " য়াম্না থৌনা ফনা অমুজাউনা মশোং ফনগৎলগা হায়রকপনি।

"কম্মাইনা ?"

"ঐনা হাৎখ্রিঙৈদুদি কৈদৌববা ? নখোযদা ফাওবা লোইনা হাযদোকপা কি। নীংশিংবদদা তু খ্যাউ চুংলক্লিবসিনি।"

"ববাগী কোক্তা চোংখিবা ঈদু কোকউ য়াববোই ?"

"খূৎশেমগী এম্বুস্, কাপ্পবনচিংবা কযা ভিদিও গ্রাফব নেক্লগা বেকোর্দিং তৌহনখি। মমাঙদা থোকখিবা মীহাৎ মীপুনগী ভিদিও বেকোর্দশিংদুদগী, হৈথোই শিংথোইববা ইদিটব অমগা তান্নবগা চানগদবা মতাংশিং ফজনা ইদিতিং তৌবগা হোম দিপার্টমেন্টদা থাখি। অদুগা ঐ কর্ণেল কাখি বনি।"

মচানুপা অতোম্বা ইবোতোন্না হংলকই, "ববা, কবিগীনো নঙনা থবক তৎলগা জেলদা লৈরুবিদুনা ?"

"ঐগী থবকশিংদু হোম দিপার্টমেন্টনা ইন্‌ক্বাবি তৌদুনা থিগৎলবা মতুংদা, ঐবু কোর্ত মাবসেল তৌদুনা জেলদা . . .।"

ইচম চমজবা মচানুপাদুনা হংলকই, "ববা, ঙসাই ঐখোয় থোঙ্গালদা ইতো অঙাওবা উবদা ববানা হল্লগা চেনখ্রিদুবু কবিগীনো ?"

নোংশাদৌনা মশোং ফনগৎলগা হাযবকই, "মদো অঙাওবা নত্তে, ঙাওশিন্নবনি। ঐঙোন্দা লমন খুম্নবগীদমক ঙাওশিন্নবিনি।"

হূইগী চাক থাকবগা মমিত্তা পিবাং ঈবা চেল্লগা মঙ্গাবক্লিবী, নূং অনীগী মবক্তা হা ওল্লবীদুনা প্রোক প্রোক চাক্লবা মথ্বাযদু লংশিক্লগা ওক্লকই, "অহাইযো, নোকপু নোকচনিংই। নপাসে পুবা সাধুনিকো" হাযবগা মমায লযথোক্লগা থকউ য়াদ্রবা মমিৎকী পিদু লোন্না তৈথোকখি।

ইবোহলনা হাযবকই, "মমাদু হিংলিঙৈদদি ফনা কন্না লাযেংলম্মী হায়। অদুবু হৌজিক্তি শেন্নবিনবসু লৈত্রবনিনা সডক পুবা তাবক্লিসি চহী মঙা তরুক হেল্লক্লবনি। মসিদা ঙাওশিন্নবনি হাযসিবু ববানা হেন্না ঙাওবনিদা।"

ইবোতোন্না হাথু হাথু অঙাংগী ব্রাঙাঙদা হাযবকই, " ববা, ইতো অঙাওবসে, মন ওল্লু, ওল্লি; নোকউ নোকই। অদুম্মাইনা লক্লবগী ইমানা ঐখোযদা ফৃবিবা। ইমানা লুনা তৌবিযু হায'দুদা ঐখোযনা অচাপোৎ পীজে। অদুগা ববা, ঐখোয'মানা হৌজিক হূই চাক পীজনি হাযদো হূইগী কৈসু নত্তে, ইতো অঙাওবদা পীজরুবিনি। নুংতিগী পীজবনি।"

ঙঙ্গানবী মপুবোইবা অমুজাউদা কিনা হূত্তুনা যেংলুবগা মচাদু লাউহৎলকই, "কবিনোহে ? মসি' অঙাংসিনা কাতু কাবল ঙাঙলিসিবো ? অবেম্বদা হুন্দোকখিগদবা লুখাক চগুম্‌দু লৈকাইগী হূইনা চাজনবা থম্বদা অঙাওবদুনা চঙলক্লগা চাজখিবদুবু ঐনা কৌরুববা ? অঙাং নচীন থীনু।"

মীনম্বা য়াদ্রবা শদিংগী অঙাংদুনা হায়বকই, "নত্তে কৈসু। ঙা থোংবদা য়ামদ্রে হায়দুনা ঐখোয়দা হাপ্পু যাদ্রগা হূইগীনি হাযদুনা পুথোকখ্রগা ইতোদা

পীজরিদুদি ? ববা, ফি-রোলসু হেক হেক পীবনি।"

অমুজাউ অর্থনা থল্লবা মীৎয়েং অমা ঙঙ্গ্রানবীদা নুংহূৎননা য়েংলুরগা, মথন্তা পীশূম শূকচিল্লগা শোন্থাংননা হায়রগই, " অঙাওবা ?"

ঙঙ্গ্রানবীগা ইতোগগী থম্মোই অনীদু হান্না নুংশি মরীনা পুন্নরম্মী । অদুবু অহল লমন হায়ন শীংনরগা অমুজাউগা লুহোংখিবনি। হৌজিক মচা অনী শুরবফাওবদা নোংমতা ব্রাখল লৈতানা মোমোন নোক্তুনা লৈবা উদ্রি । মসিনা অমুজাউগী থম্মোইবু হূ কাহল্লি । অদুনা ঙঙ্গ্রানবীগী থম্মোইদা তারিবা ইতোগী মমিদু মরু ফংনা মূখৎখ্রবতদা শান্তি লৈবা ইমুং অমা ওইরক্কনি খন্দুনা ব্লেক এন্দ হ্বাইটকী লৌমী পাখং ইতোবু লালহৌবনি হায়বগা ফাহল্লুবনি ।

অসাম রাইফলসকী ইন্ত্রোগেসন কুম্নি । অমুজাউগী ওরদর অমনা ইতোগী মকোক্তা কম্বল অনী অহুম্না চাউনা য়েৎশিলহল্লে । থৌরী অমনা মখোঙদুদা পুল্লগা মকোক্তুনা লৈখারোমদা ওন্থদুনা য়াল্লে । শাংলবা লূম্লবা নোংমৈদুগী মতোন্দু পায়রগা, বটতুনা অরোইবী শাফূদা মকোক্তুদাা হঞ্জিন হঞ্জিন থোল্লি । অশিবগুম তাদুনা লৈখ্রে ইতো ।

নোংঙাল্লগা অশাবা চে চাং খরগা লোয়ননা পুলিস্তা শিন্নবদা লৌ যাখিদে । এক্সবেনা খঙবা ঙমদদুনা সি টি স্কেন লৌদুনা য়েংবদা, ব্রেন্দু ভাযব্রেসন কযারক হন্না থোকখিবদগী চাইখাযখ্রে হায়না রিপোর্ট পীরকখিনি ।

"নঙগী রোমিওদুবু তশেংনা ঙাওববরনে ?" করেম কথাইনবা মাল্লপ তৌনা হংলকখিবা চিংনা ব্রাহংনি ।

মথম্মোইদগী কাপথোরল্লিবা ঈদু লোৎশিনবা ঙমদনা, "নখূৎমক্রা থৌওইনা শীনখ্রগা অমুকসু খঙজিন্নদ্রিবা ?" হায়রগা ঈগী পিরাংলক্তা ঈবাক্লববীদু ফুক হৌগৎলগা থোকখ্রে ।

মুন্না খন্থরুরগা অমুজাউনা মঙক্তু কন্থা করেঙননা হাইরগা য়ানীংদনা, "অদুবু ঐদি হৌজিকসু থাজদ্রি । মহাক ঐঙোন্দা লমন খুম্নবগীদমক ঙাওশিন্নরগা শরৎচন্দ্রগী দেবদাস শাজিন্নদুনা পারু ঙাইবা শোয়দনা ওইগনি ।"

ঙঙ্গ্রানবীনা মাগী কাদগী লাউরকই, "ও, য়ারে, তূম্বীরো ।"

অমুজাউনা তপ্না হায়রকই, "ঐনা তৌখিবা ময়ামদু নীংশিংলুবদা মীৎসে উইশিল্লু হায়বা সুক্য়া য়াদেনে । লীখিদ্রিবা ব্রারী অমা লীগে । তারুলাউ ।"

ব্লেক্ষ ফাইয়র খরা তৌরবগী তুংদা, ইতোগী মমাগী মৌপ্পা থম্বালগী য়ূমসে আর্মিনা লোইনা কোয়শীনখ্রে । চেনফম লৈত্রে খঙলবা মতমদুদা

অমুজাউনা মেগাফোন শীজিন্নরগা লাউই, "য়ুমসিদা লৈরিবা নখোয় মিনিট তরাগী মনুংদা লোইনা সরেন্দর তৌ । নৎত্রগদি নখোয় লোইনা শিরনি ।"

খোঞ্জেলদু তাবদা ইমুংদুদা লৈরম্বা নুপী, অঙাং অমদি অহলশিং লোইনা কপ লাউরগা মখুৎ থাংগৎ থাংগৎলগা চেম্থোক্লরক্লে । মখা তানা মী থোক্লক্ত্রবদা, আর্মি ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱার এক্ট, (অফসপা) না সেক্যুরিটিশিংদা পীরিবা, '*মী অমা চিংনরবা, হেক্তা কাপ্পা য়াই, অদুগা য়ুম অমদা চিংনবা মী অমা লৈরে খল্লবদি য়ুমদু মৈ থাদোকপা য়াই*' হায়বা শক্তিদু শীজিন্নরগা হুকুম পীদুনা টু ইঞ্চ মোরটর কাপশিল্লে । অহৌবা মখোল অমগা লোয়ননা পোখায়রবা তুংদা পূমঙাও ঙাওনা মৈ চাকখৎলক্লে য়ুমদো ।

চহী য়াঙ্খ্রে শুরবা থম্বালদু ফারগা মমিৎ পুঙ্গিল্লগা পুথোরক্লে। থোঙ্গাল অহুম মবি লাল্লগা খোংবান অমদা কাওথরগা লোংনা হীপহল্লগা থম্মী ।

"নঙনা য়ুমসিদা লালহৌবশিংগী ফর্ম তৌরিবা করিগীনো ?"

"ঐগী য়ুমদদি অদুগুম্বা অমতা লৈখিদেনা ।"

খোঙথাং অমনি থাংলুরগা লয়শিল্লক্লুনা, "কাশ্মীরদা ঐগী ইপাবু তমথিনা হাৎখি। কেসতু ঐনা আর্মি ওফিসাব ওইনা মফমদুদা অমুক তারুবদা থিজিল্লক্লে । অশিবা ববাগী মনাক্তা তারম্বা দাইরিদু নঙগীনি । অদুগা ঐগী ববানা পোষ্টিং তারম্বা কেম্পদুগী গেৎকী ভিজিতিং রেজিস্তরদা, ববানা শিগদবা নুমিৎ মরি মঙানিগী মমাঙগী তারিক্ত নঙগী মিং এন্ত্রি তৌরমই । "

" মফমদুদা কোযরুবদুদা, মীতৈ মচা অমা লৈ হায়বদুদা সুম চঙলম্বনি । খোঙচত্তুদা ঐগী পোকেট দাইরিদু মাঙহৌখি । মদু ঐঙোন্দা শিন্ননবা পুবকপদা নংগী ববাগী খুদোংথীবদু থোকখিরম্বা য়াই । "

" নয়ূম ফংলে মৈ চাকখ্রে । অশেংবা হায়দ্রবদি নরাইবক্তু কবি ওইনি খঙলবরা ? মসিগীদমক্তনি ঐনা মফমসিদা পাঙথোক্লরিবা ওপবেসনসে ।"

মখা হায়দোকউ য়াখিদ্রবদা অমুজাউনা ব্রিগেদিয়রদা 'সার, লালহৌবশিংগী কেম্প ওইনা শীজিন্নরম্বা য়ুমসে এনকাউন্টরদা মৈ চাকখ্রে । য়ূম্নুসি সার্জেন্ট মেজরনি । মখা কমদৌজৌগে " হায়না সেত্তা পাউ পীখ্রে।

"মহাক্তো, পুলিস্তা শিন্নখিনি । কোর্টনা বেলদা অমুক থাদোকখিনি। মতম খরা লৈরগা ইয়ু জিদা অমুক চঙখিনি । অদুনা ঐখোয়না তৌরিবসে ফাগি তাশিল্লক্তনবা নঙনা খল্লগা অদুম তৌখ্রো ।"

সেটতা ঙাঙনরিবা ব্রাদু তারদুনা থম্বালনা 'মদু অরানবা পাউনি' হায়না কন্না লাউরকই। অদুবু মহাক্লা লাউরিবদু লোইদ্রিঙৈদা মরী মরী শম্নবা নোংমৈগী মখোল । য়াররোই খঙলব্রা করিনো পেন্না লাউরক্লে, "ইচেগী লমল খুম্বা ওইনা নপাদো ইখূৎমক্লা মতৎ মতৎ কক্লগা হাৎখিবনি ।"

লাউরক্লিবা মচীন্দুদা পেন্না কাপশিল্লি মেগজিন্দু হাঙদ্রিফাও ।

ঝরীদুনা লোইরকপদা, মশাদু থক থক নীত্তুনা লৈরম্লে ঙঞ্জনবী । অমংবা নোংগুম্লবী মশমদু নুংশিনা হাইগৎলুবদা মপি অমদি হুমাংনা৷ মশাদু পূমচোৎ চোৎলম্লে। পিনা থূমহৎলবা মমিত্তুনা অমুজাউদা নুংহূৎননা য়েংলম্লগা মনাক্তা উইরিবা মচা অতোম্বদু পুরগা চৎখ্রে । তাবিনবা কনামত্তা লৈত্রবদুদা অমুজাউ তুমিন লৈ । ঙসাই চাখিবা তেক্সন হুন্থহল্লগা তূম্নবা গুলিদুগী ময়াইদু তপ্না তপ্না অশুম লাক্লবদা তূমথখ্রে । মচা অনীদুসু মাগী মাগী ফমুংদা চঙনখ্রে।

অশূকপা জঙ্গলনি । চীংচেপ্তুদা মথন্তা উরীদা য়ান য়ান্দুনা নপ্লগা চৎলি অমুজাউ । মখাদা য়েংথখিবদা কল্লবা ঈরৈগা লোয়ননা চাউরবা ঈচেল অমা উরাউ থরাউদুনা চেল্লি।  অসুক ঝানা চৎলিঙৈসিদা তোংশা অমতা য়াওদবা শরূ পোলাং খরা থোরক্লগা  তাপ ফাখি । নাম্থোক্লবা ফনা কন্না হোৎনৈ অদুবু মান্না হোৎনরি মতিক অসুম অসুম খূৎপায় চেৎশিল্লকই । নাকন্দা য়েপ্লিবা নোংমৈদু লৌরগা কাপ্পী অদুবু মরূ অমত্তসু চৎলু হায়বা য়াদ্রে ।

শরূ পোলাং অমনা পেন্নোক্লরগা হায়রকই, "কান্নরোই কর্ণেল, নঙগী নোংমৈ মরূশিংদু ঐখোয়না লোইনা চূপথোকশ্রবনি । ঐখোয় নঙবু লানবিনবা লাক্লবনি ।"

মখোঙ মখূৎ ককপা, মকোক্কী তুম্বা হোবা, মথবাক্কী শরূ শুদবা, মঙক যাওদবা ময়াম ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংদুনা পাইরক্লগা অমুজাউবু পূমকোয় কোয়শিল্লকই।

হুমাংনা মশা পূমচোৎ চোৎলবা অমুজাউনা মতীং ফূক্তোক্তুনা হংলকই, "নখোয় কনা কনানো ?"

"ঐখোয়বু খঙদ্রবা?" হায়রগা শরূ পোলাংশিংদুনা শরূগী মখয়াৎশিংদু কপ কপ নোম্লদুনা শিথ শিথ নোকখৎনরকই। "মীওই মীতৌ অমতা শুদ্রবা ঐখোয়গী শক্তমসে কনানো ? ঙম্মি মতাগুম নখূৎমক্লা হাৎলবা তুংদা লোন্না ফুমজিনবিশ্রগা কাউরবা ? ঐখোয় পুল্লপ হৌনরগা লাকপনি । শিবা তারবসু ধম্মগী চৎনবীগী মখাদা ইথৌ ইঙম পাঙথোকখিদবনা ঐখোয় লাইরম্লেন্দা তিনবা য়াদদুনা ভূৎ প্রেট ওল্লগা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরকপা কুইরে। হায়য়ু, নঙ ঐখোয়গী হকচাংশিংদু অমুক হোত্তোক্লগা মথৌ মঙম চুম্লা পাঙথোকদ্রা পাঙথোক্লোইদ্রা ?"

"অরোনবা ফুমফমশিংদো ঐ লোইনা নীংশিংবা ঙমদ্রে । নখোয় মদু হায়গনু । মদু নত্তবা নখোয়গী অপাম্বদু হায়য়ু ।"

"মশীং য়াম্মনখিদুনা ফুমফমশিংদু লোইনা খঙদ্রে ?" হায়রগা শাথিনা করেম্নরদুনা নাকোংদা ঈ তারক্কদৌবমখৈ হৌনা হৌনানোকখৎনরকপদা খাঙঙমদ্রবা  অতিয়ানা মচেৎ মচেৎ কেল্লক্লি । অমুক মখা তাথরকই, " অদুদি

নঙগী নশাসে মচেৎ মচেৎ শেগায়রগা ঐগী ঐগী ফংফম থোকপা শরুকশিং; লৌনবা তারে ।"

ময়ামদুনা অমুজাউগী মখোঙ মখূৎশিংদু পায়রগা থদৎনবগীদমক অঙম্বি থাদুনা চিংথৎনবা হৌরকই । অমুজাউ ফ্রঙ ফ্রঙ চোংদুনা কনবিনবা হন্না হন্ন লাউরকই, "ঐবু হাৎকনো । ঐবু কনবিয়ো । ঐ, নখোযগী তৌফম থোকপ নথৌ নঙমশিং চপ চানা পাঙথোকচবগে । ঐবু মতৎ মতৎ থদৎপিগনো . . . ।'

"করি'নো অদুক কন্না লাউরক্লিদুবো ? নমঙদা করি অকিবা উবগে "
হায়দুনা ঙঙ্গানবীনা মশা নোমদুনা হৌদোবকপদুদা মীকপ থোরকই অমুজাউ ।

হুমাংনা পূমচোৎ চোৎল্লবা থাউজুম কারবা মশাদু থক থক নীক্লি ।

যাম্না ফিংনা ফুক হৌগৎলগা মোন মখাদা লৈবিবা নোংমৈদু মখূৎ থিনজিন্দুনা তাপ পায়গা অকোয়বদা উকুক লয়দুনা য়েংই । কনাসু উদে । ও অনী, মী অনী মশেন মবাং ওইনা মহাক তম্না চেনশিল্লক্লি ।

কন্না লাউবদুনা, "হোল্ড । হোল্ড । লেপ্পু যাদ্রবদি কাপ্লগে ?"

ঙঙ্গানবীনা যাম্না পাখৎনা নোংমৈদু ফক্লাংলোমদা নমশিনখ্রগা, "কবিনো, নচাশিংসিফাও মশক খঙদ্রবরো ? নঙনা মঙলাক্লবগী লাউবদুদা তাদুনা, কৈদৌরগে হায়দুনা চেনশিল্লক্লিবা নচাসে নোংমৈদুনা কাপ্লবদি করি থোক্কনি কবিমত্তা খঙ্দ্রবরো ?"

নোংমৈদু তপ্না থল্লগা শ্বর চাউনা হোন্দোকই । "নখোয়দি ঙসাইনা ইবোহলনি, ইবোয়াইমনি হাযবা যাদ্রা । ইসঃ! কাপ্লমগনিদা ! "

ঙঙ্গানবীনা ঈশিং লৌরুদুনা পীথক্লে । অবেম্বদুনা লৱাইদা থারে ।

"নখোয় ঐবু শঙউ হাযনা ঐনা ঙসাইনা হায়দ্রো ? ফরে, ঙসাইঙৈ শঙলমদ্রসু হৌজিক নখোয় লোইনা ঐগী ফমুংগী অকোয়বসিদা লৈবো । কদাই ঙসাইগী তেন্সনগী গুলিদো ? পূংখায় অমতদি পোখাবা যাব্রা য়েংগে ।"

মোন মখাদগী গুলিদু লৌরগা অমুক্তা অনী পুল্লপ চাশিনখ্রে । ঙাইহাক লৈরগা গুলিগী কল্লবা এক্সন্দুনা মমিত্তু অমুক উইকুম উইকম তৌরকপগীদুদা নোংযাই মতুং পূং অনী তাবগী ফক্লাং ঘড়ীনা য়েরকই । খংপ্রেক খংনা খংচোং চোংখৎলি অমুজাউ । মোন মখাদগী নোংমৈ লৌথোক্কে তৌই । মচানুপা ইবোহলনা ঘড়ীনি হাযদুনা ফাথে ।

অমুজাউনা খুল্লকই, "অদু ওইবসু নোংমৈদো ইখূত্তা পায়রগা তূমগে । নৎত্রদি ঐ তূম্বা শাথিনা কিরে । ঐ মীগী মখূত্তদি শূকশি শিনিংদে ।"

নোংমৈদু পায়রগা অমুক হীপথে । মাগী মওং মতৌদুদা ইমুং মনুংসি তৌফম খঙনদনা অকোয়বদুদা তুম্পক তুম্পক লৈনরি । অমুজাউ তূমথখ্রে ।

গাডীদু খাল্লগা ফাবক্লবা অমুজাউ কূমথহল্লে । স্পেস্ লোঞ্চ পেদনি । চাউ শাংলবা বোকেট কয়া, স্পেস সতল কয়া নোংথক্লোমদা মচীন ওনখৎ ওনখত্তুনা লৈবি । মদুগী নাকন্দা লৈবিবা গ্লাসনা ইকোয কোয়শিনবা কাশিংদুদনা মীওই কয়ানা কম্পুটব মযাম ওপবেট তৌবি । বোবোট কযামকমসু কোয়চৎ চৎলি ।

মচীন্দগী সেলোতেপ্তু লৌথোক্লকপগা মাবু ফাবক্লিবশিংদু কনা কনানো হংলুবদা খুল্লকই, “নঙনা হাৎখিবা মযামদুগী মবক্তগী অমা হেক্তা ওইবা য়াই ।”

মুন্না ঙাইহাক খন্থকুববগী তুংদা,“ থৌদোক ৱাথোক য়াম্মনখিদুনা ঐ নীংশিংফম খঙদ্রেবু ।”

“মুন্না নীংশিংউ । . . . লৈকংলা ওল্লবা থম্মোই ।”

লৈকংলা ! পাকিস্থানগা তাইনবা বাজাস্থানগী শাববা থব লৈকংলানি । নোংচুপ্পোমদা যেংবদা কযা মযেক শেংফাত্তনা উবিবা পবিংসিনা পাকিস্থানগা ভাবতকগী বাউন্দবী বেদ ক্লিফ (Rad Clıffe) নি । খাবোমদনা, থব মকভূমিদা ঈশিং পীনবা শেমখিবা ইন্দিবা গান্ধী কেনেল, লান্দুনা কিলোমিটব চানীবোম চৎলগনা ইন্দিযাগী নিউক্লিযব তেস্ত তৌখিবা মফম, পোখ্রান লৈখ্রি । পোখ্রানগী অকোযবা মফমদুদি নিউক্লিযব তেষ্ট তৌখিবগী থোবকপা মৈশানা লৈঙোইদু লোইনা শৌদোক্লবগা অমুক ঈংথবক্তুনা লৈমাযদু মিংশেল ওনখ্রে। টেষ্ট তৌফমদুদা হকচাংদা অঙকপা ফংনা শোকহনগদবা বেদিও এক্তিভ বেদিযেসনশিং লৈবমগদবনা কনামত্তা চঙহন্দ্রি । জপানগী হিবোসিমা অমসুং নাগাসাকি শহব অনী উৎ ওলহনিখিবা এতোম বোম অদুদগী শক্তি অদুক্কী মতীক হেনবা বোম মঙানি পুল্লপ তেষ্ট তৌখ্রিবদো ।

মখোযনা হেক যৌবগা হান্না লৈবম্না আর্মি কাংবুদু চৎখ্রে ।

সিপোই জোনাথন সেনাপতিদগীনি । মনা যাম্না কল্লি। মণিপুবগী চীংগী লালহৌবা কাংবু অমনা লান্না লমজিংবিগ্রবা সংস্থান অমগী থৌপুবা ওইবম্বনি । অদুনা মাগী মথক্কী ওফিসাব ওইববসু অমুজাউনা হাযবদা হে য়াম্না তোংই । মিহুনগী ৱাদি অমুজাউনিদনা । জোনাথনগী লমচত্তু মণিপুব মচা মশেলনি হাযদুনা উশিন্নদনা অদুম লৈবম্বদু খাঙবা ঙল্লক্রুববা কবিনো ঙসিদি সজাইগী ওবদব পীখ্রে । সেলসিযস দিগ্রী ৫০ যৌনা শাবা নুংশাদুদা মখোঙ মখূৎ পুন্সিল্লগা লৈকংলাগী লৈঙোই মথক্তুদা ফৌবি ।

পূং অনীমুক ফৌবগা লৌশিল্লুবদা লৈকংলাগী লৈঙোই মবক্তা হুৎলগা লৈবা লিলনা চীকখ্রে হাযবা খঙলক্তুনা এন্তি স্নেক ভেনম কাপ্তুনা কন্নবা হোৎনৈ । অদুবু অশাবা মৈশা অমদি লিলগী হূদুদগী লাযকন্নবা ঙমখিদ্রে।

অমুজাউনা ইপা পাখৎনা হংই, "নহাক জোনাথনগী মবী মতাবা ?"
"নত্তে।"
"অদুদি, নহাক ?"
"শজিক তম্পাক নীংশিংলিববা ?"
"ও শজিক তম্পাক !"

নহানগী নোংঙাল্লমদাইদগী কাপ্লবকপনি । লালহৌবশিংগী মব্দ লোইশিনখিবগী তাঞ্জাদা ওসাই অযুক যেক্রবশিং পুল্লপ তকথোকখিবনি । শোক্লগা হিংনা ফাবা মখোয তকক্তু পুন্সিল্লগা লিল যাম্না লৈবা শুকুং অমদা থমখ্রে। থোবকপা ঙমদনবা অচৌবা নূজাউ কযানা শুকুংদুগী মমাযদু মেনশিল্লে । মনুংদা ওক্সিজেন ফংদনবা চীংথক্তগী লৈচাক হোৎথবগা অহো অবাক লোইনা মেনশিল্লে । সিবাজ উদৌলাহগী অনীশুবা ব্লেক হোল ট্রেজেদি !

সিফাই থবোজাউগী শৌদোক্লবা মথম্মোইদু মমিত্তগী লেপ্তুনা মপি ওইনা চেন্থবক্লি । মবমদি অশোকপশিংদুগী মনুংদা মাগী শাগৈগী মনাওনুপা অমা যাওবি । অশোকপদু চিংলগা পুবকপদা হাযবন্বা ৱাহৈ, "তা'থবো । ঐ যাম্না ৱাবে । ঐ যাববোই । মৈচাকসে খাঙদুনা অদুম লৈদৌ শকুক ঐবু কাপ্তুনা হাৎপিবো । ইযাম্বগী লমন ননাওনা লাইবৈবাক্তা কাউজবোই । অদুগা ঐগী থৱায় যাওদ্রবা হকচাংদুদদি ইযাম্বনা লুখ্রাবী ইমাদুগী মনাক যৌহনবিযুকো ।" ৱাহৈশিংসি থবোজাউগী মনাকোংদা অদুম ঙংদুনা লৈবক্লি ।

নুমিৎ নীনি শুবগীদুদা শুকুংদা ফুমজিন্দুনা থমখ্রবশিংদু মযূম মযূমদা মথৌ মঙম পাঙথোকচনবা লৌথোক্লসি হাযনা কর্নেল অমুজাউদা হংগৎলুই । মদুদা লালহৌবশিংগী মীচঙ চঙই হাযদুনা থবোজাউবু মখোঙ মখূৎ পুন্সিল্লগা নুমিৎ হুম্নি জঙ্গলদা হুন্দোক্তুনা থম্লগা কাঙদা কিবতন কৎখিবনি । থবোজাউ মশাদু পূমথা থাগৎলগা শুকুক থীনা শোকখি । মদুগী মতুং নুমিৎ খবনি লৈবগা মঙোন্দা পাযহনবা নোংমৈদুগা কোন্ননা মাঙখ্রে থবোজাউ ।

মোমোন নোক্লগা হায়বকই, "ঐ থবোজাউনে, সাব ।"

ইপা পাখৎনা অমুজাউনা হাযবকই, "থবোজাউ, নঙ ঐবু হাৎকনু । নঙগী এ সি আব ফজনা ইখৎলগা প্রমোসন পীগনি । নঙ ঐগী থৱাযবু কল্লু ।"

"সার, হৌজিক্তি মদুগী মতম হেনখ্রে । ঐখোয' সারদি পৃথিবী হাযবা গ্রহসিদা লৈগদবা জীব নত্তে । অদুনা সারবু অতোপ্পা গ্রহ অমদা থিন্দোকচনবা ঐখোয়না স্পেস সত্তল্ অমা থৌবাং তৌজবে ।"

অমুজাউ, অচৌবা স্পেস সত্তল্ অমগী মনুংদা হাপচিল্লগা মপান্দগী থোঙ লোনশিনখ্রে। কাউন্ট দাউন লোইরবা তুংদা অহৌবা মখোল অমগা লোয়ননা মফমদুদগী নোংথক তম্না কাপখৎলক্লে । থোঙনাউগী প্রোপ্তগী য়েংথরকপদা উরি, নাপীগুম্না উরবা উ ৱাশিংদুগী মরক্তা য়ুমশিং চেঙ মরূমুক্তং চাউনা । ককঙাওনৈ, মানা থুংলুগদবা মফমদুবু করি গ্রহ ওইরিগবা! শাফূ কন্না পাইবদুদা এটমোস্ফিয়রগা তক্লবদা শাগৎলক্কুনা অমেরিকাগী কায়খিবা কলম্বীয়াদৌনা মৈ হৌদুনা চাক্লক্লদি? পাইরকপগী শাফূনে, গ্রহদুগী চিংশিনবগী ফোর্সকনা লৈমায়দুদা তাশিনবদা স্পেস সত্তল্সি কায়রোইদরা ? কায়দ্রগসু মফমদুদা খঙন চানবা জীব কনা লৈরমগদগে ? চান থক্লবদি ? চীংকারোয়শিংগীগুম্না মনুংসিদা তিন ফিস হাপ্পীরমগদ্রা ? পূম্নমকসিগী মথক্তা গ্রহদুদা শ্বর হোন্নবা ওক্সিজেন লৈরমদ্রবদি অদুম শিবা তাব্রা ?

হৌজিক মহাক্লা তারুগদবা লৈমাযদুবু পৃথিবীগীরা নৎত্রগা করম্বা গ্রহগীনো ? মর্কিরি গ্রহদককা তাশিল্লুরবদি শামন্দুনা ইশাসি শৌদোক্লগা মনিল ওনখিনি । অতোপ্পা গ্রহগী খরা পেৎপা মফমদা তারুরগনা লৈনুংদা কিলোমিটব মবি মঙা লুনা হূত্তুনা চঙখিনি। মদুদগী থোরকপা হায়বসি ওইথোক্লরোই। নৎত্রগা অকনবা লৈমায়দা তারুরগনা য়ৈশিনবগী শাফূদুনা মৈ হৌরক্তুনা কিলোমিটরমুক্লা কোনবা জগাদু উৎ ওনঙৈ চাকখিনি । মদুদবু কমদৌনা হিংখিদৌরিনো ? অসুম্না ৱাখলদা উংদুনা পাইরিঙৈ স্পেস সত্তল্কী মনীংথংবা শরুক্তু মৈ চাকখৎলক্লে । উপাই লৈতনা মথন্তা পঙলাউদা লাউজৈ অদুবু কনবিনবা কনামত্তা লাকখিদ্রে । মশানা ফন্নিবা সিটতুদা খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা য়াল্লি ।

মথং মথং শম্নদুনা চাক্লকপদগী স্পেস সত্তল্কী মনীংদু মচেৎ মচেৎ কেলহৌরে । অদুদগী মহাক্লা ফন্নিবা সিটতু ফক্তোক্লগা মথক মখা ওন ওন্দুনা, নুংশিৎ খোল্লদুনা তারক্লে ।

য়াঙনা তারকপদা এটমোষ্টফিয়রগী নুংশিৎকা তক্লবগী ফ্রিক্সনেল ইনর্জিদুনা মৈশা ওম্থোরক্তুনা মশাদু মৈ হৌখৈ শাগৎলক্লে । অসঃ! কমদৌনি ? তুহাউশিং লোইনা মৈ চাকথেকখ্রে । শম ? শমসু প্লাষ্টিক মৈ চাকপদৌনা পুল্লপ শৌজিন্নখ্রে । হাই, ফিরোলসু মৈরী থোক্লা চাকখৎলক্লে । মিহুনসি জীং জীং লাউরক্লে । হাইস্ঃ! থবাক্কী মিহুনসি বোমদৌনা পোকখাযরক্কদৌরে ! মখনাউ তেঙ্গল চোংথোক্কদবমখৈ উপাই লৈতনা মথন্তা হৌনা হৌনা লাউরক্লে, "এঃ! এঃ! এঃ! . . . কনা কনা লৈবগে ঐগী থৱায় কর্নবিয়ো । পেরাচুট, পেরাচুট, . "

"ঐখোয় লৈয়ে । ঐখোয় লৈয়ে । কৈদৌরগে ? পাখৎকনো " হায়দুনা ময়ামদুনা কোয়শিল্লগা মশা নোমদুনা হৌদোক্লম্মী অমুজাউনা জ্ঞান তারকপদা ।

লোংনা ফুক হৌগৎলগা ফৈজুপ মচিদুনা মমায়দগী হুমাং মরিকশিংদু তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "নখোয় নফি নরোন শেৎচিল্লো। য়ুমসিদা অসুম লৈরবদি ঐ থুনা শিদৌরি।"

ইবোয়াইমনা হায়রকই, "নুংঙাইনা লৈনবা শেল চঙনা শারিবা ইয়ুমসিদা লৈতনা কদাইদা লৈরগা কমদৌনা শান্তি ফংদৌরিনো ?"

"ঐবু, হৌজিকমক, সেফটি ওইবা জেল অমদা থিল্লু। মফমদুদদি মীনা হাৎলনি হায়বগী তেন্সন্দগীদি ফ্রী ওইবা ঙমগনি। ঐনা শান্তি ওইনা হিংবা ঙমগদবা মফমসি জেল নত্তনা সংসারসিগী মফম অমত্তদা লৈররোই।"

"হাৎলো, হাৎলো, হাৎলো, . . . ।" অহিংসিদা থোঙ্গাল্লোমদা লাউরগা চেল্লকপা অকায়বা থম্মোই অমগী অহৌবা খোঞ্জেলনি। খোঞ্জেলসিগী ঈথক ইপোম্না যৈবদা থম্মোই'মগী তোঁববান্দি লোন্না মচেৎ মচেৎ কীন্থুরি।

ফম্মুংদা ফল্লিবা অমুজাউ শোৎ শ্রাত ফাওবা লাউহন্দনা উঁপচোং চোংথখি। তোঁচ লাইট কাপতুনা থিরকপদা কাঙখদা উপ্পগা লাল্লুম্লম্লে।

"ববা কৈদৌবে ? অদুম্মাইনা লৈবিদুনা করিগী ?"

নাশোন পীক্লা, "হৌজিকী খোঞ্জেলদু করিমত্তা তাহৌদ্রা ?"

ইবোয়াইমনা মোমোন নোক্লগা হায়রই, "এ, ঐখোয়' ববাসে পুরা যাইহে। ইতো অঙাওবনা লাউবসিবু ? মাদি অসুম্না লাউরগা পঙচত্তা চৎপনি।"

মুন্না খন্থরুরগা, ফিংনা হায়রকই, "ইবোহল, হৌজিকফাওবা ঐ, নঙগী নখূত্তা থাঙ উদ্রি। দু ওর দাই। হূইনাউসিনা ইমুংসিদা শান্নরিবা লীলাসে নঙ হৌজিকফাও করিমত্তা খঙশিন্নদ্রি ? যেক্লবগী মখূত্তা শিদৌ শরুক ইথন্তা কাপশিল্লগা শিজরগে ?"

মপুন্সিদা শাউবা মশক খঙলক্ত্রিবা ইবোহলদু থোপ নীক্লক্লবরা করিনো ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈরিবা থাঙশাংদু তাপ পায়রগা চেন্থোকখ্রে। থোঙ পুনা হাংলিঙৈদুদা ঙঙ্গানবীনা তান্নদুনা ফারগা, মখূত্তগী থাঙদু মুল্লি।

"কদাইদনো নঙনা চত্তৌরিদো ?" ঙঙ্গানবীনা শাউনা হংলকখিবনি।

তীং শোক্লবা অথাক ষন্দুনা মশোং ফনগৎলগা, " ইমা, থাঙ মুনগনু। ইপাগী অনীংবসিদদি থুংহল্লম্লগা নচা পুন্সিচূপ্পা জেলদা লৈরুরগে। ঐ খাঙবা ঙমদ্রে" হায়রগা পেন্না কপথোরক্লে।

শজি অমোদুনা নোংশাগী শপ্তদা ইবোহলগী মমায়দুদা মখূবাক্কুনা ওন ওন্দুনা থাজিল্লগা, " নঙনা হাৎলুগদৌরিবা মীশক্তু কনানো নঙ খঙলবরা ?"

"ইতো অঙাওবা " করিসু খন্থরুদনা থৌনা ফনা খুমদোরকখিবনি।

"করি অঙাওবা ? মহাক্সে নঙবু হেক পোকপা নপানি, খঙলবরা ?"

খংপ্রেক খংনা মখূত্তগী থাঙদু তপ্পা থাদোরক্লগা ঙক্লা হংলকই, "করম্না ?"

"ইকাই ইকি পূন্বা হন্দোক্লগা ঐ ব্রারীদু লীগে। ইতোগা ঐগা পাখং লৈশাবী ওইরিঙৈদা খঙনখি। অদুবু অমুজাউবু পোকপা নবুবোক্তুনা ঐবু অমুজাউগীদমক পীনবা ঐগী ববাদা কন্না তকশিল্লক্লবদা ঐ ইতোদা চেনখি। অদুবু ইতোগী মমানা, ঐগা অমুজাউগগী লুহোংবদু কায়দনবা, ঐবু থেন্নগা নোংঙানদ্রিঙৈ, কনাসু খঙনদ্রিঙৈদা ইয়ূমদা থিল্লকখি। থা মখায়মুক লৈরগা, ইতোগী ঈদগী মিতমখিবা নহাকসে ঐগী শিয়োম্লুংদা পুরগা, হৌজিক হৌজিক নপা শক্তুনা নাউকোল্লিবা অমুজাউদা লুহোংলক্খি। ব্রা চাউথোক্লরক্তনবা মৈগী চীংসি থম্মোইনুংদা ওমশিল্লগা ঙসিফাওবা খাঙলক্লি। অদুননি ঐনা ইতোদা পিজ পিথক তৌরিবা অদুগা নখোয়দসু লুনা তৌবিয়ু হায়রিদো।"

ব্রারী লোন্না তারম্লিবা অমুজাউনা চাব থারবা মাগী নোংমৈদু ইবোহলদা তল্লগা ঙংলদুনা হায়রকই, " করি? কোকিল মরুম্লু কাক্না মচা ওন্ননবা কোল্লল্লবা! নহাক ঐগী য়েক্লবা নম্বর ব্রান্নি। নঙবু ঐনা মীৎকৃপ সিমক্তদা লোইশিনহৌদ্রগদি, লমন খুমগে হায়রক্লনি। য়েক্লবদি য়োক্কদবা নত্তে, লোইশিনগদবনি।"

য়াম্না পাখংনা ঙঙ্গানবীনা ইবোহলগী মমাঙদা মখূৎ খন্দুনা থংচিল্লগা, "ইচা হাৎত্রিঙৈদা ওক্তবী ঐবু হান্না হাৎলু। ইচাগী মরালদি লৈতে।"

"হাৎকনি। ঐঙোন্দা অসুক কুইনা মীনল্লস্বগী ইখূৎমক্লা নমা নচা তূনা হাৎকনি" অমুজাউনা মখা চীক্লগা ওমচাক্লনা মঙৈ নীকপা মখৈ লাউরকখিবনি।

তাঞ্জাদুদা ইবোয়াইমগা ইবোতোনগনা মমাবু চেনশিন্দুনা খনজিল্লগা, "ববা, ইমা হাৎলদি ঐখোয়সু হাৎপিরো" হায়না কপ্লগা নীক্তুনা লৈপ্রে।

"হাৎকনি। ঙসিগী নুমিত্তা নখোয় পূন্বা ঐনা লোইনা হাৎকনি" হায়রগা মখূত্তগী নোংমৈদু কাপ্লগে হেক তৌররকপদা মথন্তা অমুক খন্থজরকই, "ঐবু ঙাকপি শেনবিগদবা ইশাগী অশেংবা ঈ অনীসিসু য়াওনা পুল্লপ হাৎতোকখ্রবদি, তুংদা ঐবু কনানা ঙাকপি শেনবিহৌনি?"

করি খল্লক্লবনো খঙদে, খংশাউ অমুক শাউগৎলক্লগা নোংমৈদু ব্রাংনা থাংগৎলগা, "ঙসিগী নুমিত্তা ইতো অঙাওববু শূকশোয় শোয়দনা ইখূৎমক্লা হাৎকনি" হায়রল্লগা মপাল্লোমদা চেনথোরক্লে অমুজাউ।

ঙঙ্গানবীনা অমুজাউবু মখ্বাঙদা কোন্দুনা য়াল্লগা হায়রকই, " করিগীনো নপা তিন্নবা মীমান্নদ্রবা ননাওনুপাবু হাৎকদৌরিবদি?"

নোংশাদুনা হান্নগী তেক্সন্দুদগী হেনগৎনা পূমঙক ঙক্লা লৈশিল্লক্লগা হংলকই, "করি? মহাকপু ঐগী ইনাউনুপা? করম্না?"

শজী অমোমদুনা মুন্না খল্লুরগা শ্বর শাংনা হোন্দেক্লগা হায়রকই,

"তাবুনুংগী ৱারীদু লীবা তারবরনে ঐবু ! তারো লীরগে :

অতিয়াদা পুর্ণিমা থাজনা ঢ়কা ফন্না শাৎলি । থৱাম্মিচাক্কী লৈরিক কাপ্পী ইন্নফিনা মালেমসে মকোক খুমজরে । ঙসাই নুংথিল চেল্লক্লগা মমান্নবগী য়ূম অমদা থৈরুরবা তুং, হৌজিক মাগী থম্মোইগী মপু ওইরবা ইতোগী ময়ূম যৌরক্লে। ইতোগী মমাদা লৈফম, অহল লমলগী মমিং মথা লোইনা হায়খ্রে ।

অচীকপা ইমুংদুদা ইতোগী মমানা ঙঙ্গানবী অমদি ইতোদা পূন্না হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙগী লুহোংবদু করিগুম্বা কায়খিবা থোক্লবদি ইচানুপাসে পুন্সিসিমগী ওইনা মচীন মনাও কায়নখ্রনি । নঙগী বর ওইগদৌরিবা অমুজাউ হায়বদু ঐগী ইচানুপা ইতোগী মপা তিন্নবা ময়াম্বনি ।"

"কবম্না ?" য়াউ মচা ওল্লবা ইতোনা য়াম্না ঙক্লা হংলকখিবনি ।

"ঐসে লৈশারিঙৈদো, নোংমা, অমুজাউগী মপানা নমজা নমথেক্লখি । মদুদা নঙ মীবোনখি । মতুংদা, কাশ্মীরদা সিফাই ওইদুনা লৈরিবা অমুজাউগী মপাগী মফমদা চিঠি কয়া ইখি অদুবু থোবকউ হায়বা ময়াদ্রবদা ঐগী ইপ্পানিপা থম্বালনা অবোনবা প্লান অমা তৌরগা মাবু হাৎখিবনি ।"

চীংজাউদুগী অঙাঙবা লৈনুংদুদা ফূল্লম্বা অমুবা নুংজাউদুগী ইতিহাস লোইনা লীরগা লুহোংবদু কায়দনবা লোন্না অহিংদুমক্তদা ঐবু থিন্দোক্লকখিবনি ।"

"নুমিত্তুদা, ইমুংদুদা কেলহৌবা ঐগী মীৎকী পিদুনা ওল্লকপা থাউদুদা নখূৎমক্লা মৈ চূদুনা তুম্না মৈ থাখ্রেদনা ঙসিদি" হায়রগা শজিদুনা কৈ অমোমগী শপুদা মখা তারকই, " অহিংদুদা ইতোগী মমানা থেম্বদা ঐনা য়াখিবদু লোৎশিন দুনা লৈরিবা নচিন ননাউগী অরোনবা ঈ মরীদু মতম পূম্বগী ওইনা তৎনখ্রনি হাযবদুদা ইশানা ইশাবু লাইথিবী ওলহনজখিবনি । ৱারীদুমক নৎলমদ্রগদি ঐনা ইরায় লায়না হেক্তা য়ারমগদ্রনে ? নচীন ননাও ওইরমদ্রবদি মচানা পুশিল্লকপা মমৌবু নূং ওল্লগা কমদৌনা খূদক্তা অমুক লোন্না থিনদোক্কদৌরিবনো ?"

"মদুবু হেক্তা ওইবা য়াগদ্রনে ? " নোংশাদুনা য়াম্না থাজদনা ফল্লগা হংলকখিবনি ।

"য়াবা য়াদবা ঐ খঙদে । নঙনা লুহোংদুনা লৌরিবা ঐসে, কনাসু নত্তে, ননাউনুপীনি । ঐনা মতৈদো লৈবা ঙম্বী কলিগী দ্রৌপদী ।"

"ৱারোইপোৎ পুরমদাইদা শকখঙ মায়খঙনবা নোংমা উনখিবদুদা ঐবু উবদা নঙনা য়াম্না কোইনা নকোক খুমখি । মতম কুইনা চিংনদুনা লাক্ল বা অতূম্বা মৈগী চীং ঙসি পোখায়রক্লবা? মোন মখাদা শারিবা লীন মকোনসিগী ৱাবীসি নহান্না লীবা য়াদ্রা ?"

"য়াবগদি ব্রাবীসে কনা খঙহন উহন্দ থম্মোইনুংদা ওল্লগা থূপচিনহনখ্রগে খনবনি অদুবু হৌজিক তঙাই ফবক্ত্রবসিদদি লীদবা য়াবক্ত্রবা। অদুননি ঐনা নোংমতা যাতোন উনা নোকখিদবা।"

" পূম্নমক মীনম্বনি" মকোক্তু ফ্র ফ্র হায়বদুনা মমিৎ মনা চোইবকই, অদুগা হায়বকই, "মতাং মতম চাবকান্দা লমন খুমগে তৌবা ! মফমদো, মীৎকুপ্তো হৌজিক লাক্লে, সি নৎত্রো ?"

মৈবিক থোক্লা চাক্লিবা মপুবোইবগী ব্রাখলদু মোল্লবা থম্মোইদুনা নাল্লদুনা থেমজিল্লকই, "হৌখ্রবদি হৌখ্রে। লান্নদবা ঙম্না ? মী খঙখ্রদি নোংমৈ লৈবে হাযদুনা সেক্যুবিতি লাক্লনি। কদাই নোংমৈদো ? থমজিনখ্রগে।"

নোংশাদুনা মাগী নোংমৈগী মতোন্দু শজি অমদি য়াউ মচাশিংদুদা ওনশিল্লগা মতুং হন হন্দুনা লাউবকই, "হোল্ড, নখোয় কনামত্তা ঐগী নাক্তা চঙলক্কনু। তৌশিন্নবগা ঐবু হাৎনবা নুংদা শাগৎলিবা অবোনবা প্লোটতু ঐ খঙই। শিনীংদ্র'দি চঙশিল্লক্কনু। নখোয় পূম্না ঐগী যেক্লবা ঙাক্তনি।"

চাকশঙগী থোঙ লোনশিনখ্রগা মনুংদগী হৌনা লাউদুনা কপ্লকই, "ঐনা হৌজিক তৌগদবসিবু কবিনো ? হে মালেম লৈমা ইমা, অসুক পাক চাউখ্রবা লৈমাযসিদা নচা ঐগী খোঙদাফম অমত্তদি পীবিযুগবা কৈদৌবগে ? . . ."

শজি অমদি যাও মচা অহুমদুগী থোৎলবা লৈনাগী থম্মোইশিংদু ঙাইহাক মমিৎ ঈবা থাংনা যেংনবম্লগা, ইবোযাইমগা ইবোতোনগনা মপান লোনশিনখ্রবা চাকশঙগী থোঙ মনাক্তা চেনশিনখ্রে অদুগা থোঙদু হাংদোকউ হাযনা থীল্লদুনা কপ্লি। অদুবু ঙঙ্গানবীগা ইবোহলগদি ইমুংদুদা কুইনা লৈথবসু কিবে, অদুগা যূমদুদগী থোকখ্রগে হাযবসু ঙমদ্রে। মমাঙথোঙ মযাদুদা তৌফম খঙদনা অদুম লেপ্লম্বদগী, পুন্সি পোন্নুংদুদগী থোকখিনবা মখোঙদু হেক থাংগৎলপগা চাকশঙ মনুংদুদগী হৌববা নোংমৈ মখোল অমা তাবকপগা ঙসাইদগী ঙংলম্বা চবাম্নববা নোংশাদুগী মখোল মব্রা খংলেপ লেপখ্রে।

ইতোনা মহৌশাগা মান্নদবা খোম্বোক্তা "হাৎলে, হাৎলে, . . . " হাযনা লাউবগা সডক্লোমদগী যূমদু তম্না চেনশিল্লক্লি।

তোল্লবা জীব অনীদো চৎফম মাযকৈ খঙলক্ত্রদুনা, থাংগৎলুববা মখোঙদু নেৎথফম খঙদনা থাংগৎলগা অদুম লৈখ্রে।

তাং ২৭/৯/২০০৬

# পামজরুবা নিশা

লূপ খবনা মণিপুরদা নম্বব ফোব, গঞ্জা, য়ু, খৈনি, জবদা, তলপ, নিশা ওইনা শীজিন্নবা গুলিশিং থিংখিদুনা হাযবিবা পোৎলমশিংসি যোল্লম্বা, চাবম্বা অমদি পুবম্বনচিংবা হেক থেংনবদা চল্লপ্পদগী হৌনা অহকপা দন্দী ফাওবা পীনবা ষ্টীপ জাবিখ্রে । ফোংনা ফংদ্রে । লোন্না ফংবনা ফংবনিদনা ।

চোংথাম চোংথাদি ফংদ্রে হাযদুনা তুমিন্না খক লৈখিদে, মহৌশাগী মাগী খুৎফাশিংদুদা কোযচৎ চত্তুনা ফনা যাম্না হংলুববগী তুংদা হৌজিক পব্বাব তোম্বগী হোটেল যৌবক্লে ।

হংলুবদা খুন্লকই, " শেকমাইগীনি । লোৎশিলহৌবনি ।"

"ঐদি নঙগীসি ফবমগনি হাযনা ভাবনা মাবিবদা কযা ওইনমদেবু ।"

তোম্বনা খোঞ্জেলদু পীকথবগা হাযবকই, " ঐগী পোৎসে ফবা নৎত্রগা ফত্তবা হাযববু, নহান লাইশ্রম তোতোগী মপামচা থাঙনা যান্নদুনা হাত্তোক্লখ্রিদো ঐঙোন্দগী থকখিবনে ? মদুগী পোত্তুদগী খাইদোকহৌবা মশানিনে মসে ।"

" অওইবরো ?"

" ওইদদিনা ।"

" অদু ওইবদি যাবন্ননি " হায়রগা, লুপা নিফু থাদবল্লগা, চেবং খাউদু ফৃবিৎখাউদা হাপচিল্লগা মল্লি মল্লিবা মবক্তুদা লয়থোরক্লে ।

মম্বা ঙাইবদা ঙসাহদগী খৌগংনবক্লবা চবমদু চোৎহন্নবা তুবেল খোঙবা দা কৃমথরগা, প্লাষ্টিক খাউদুগী মচি অমা ময়ানা চীক্লগা থদৎলি । শ্বর থিংলগা অমৃতগুম খুৎয়োৎ অমুক্তুংদা পৃল্লোই লোইহল্লি । অচৌবা শ্বব অমা হোনে দাক্লগা মথন্তা য়াম্না শাউনীংনা শোল্লকই, " এঃ মসিদি লোক থুংনবনি ।

মমলসু হেঞ্জিন্না লৌহৌরগা ঈশিং তংখাই য়াল্লগা পীশিল্লক্লবা । খঙনি ঙসিগী গ্যারসি পোলিও লেমখাক মঙোন্দগী হান্না পাল্লুরগে ।" হায়দুনা তোম্বগী হোটেল যৌনবা প্রপ প্রপ লাকই । য়ৌরবা কান্দদি হোটেলদু মপান্দগী শো লোল্লল্লে । মখোযদৌদু মোরোক শিংলাই হৌবদৌনা প্রোক প্রোক চাকখৎলকই চোংথা । মথং মথং চৎলগা অফবা পোৎ অমুক থিবা হৌরক্লে ।

থিঙৈ থিরুরগা ঙৌবগী যূমদা চঙলক্লগা ঙৌবগী নুপী শকহেনবীদা গ্লাস অমতা ওইরবসু পীনবা খোইমুদৌনা ঙ্গুঙ ঙ্গুঙ ঙংলরৈ । শকহেনবীনা, " লৈত্রে মযাম্না থিংলকপদগী মদুগী থবক্তু ঐখোয় পুরা থাদোকখ্রে ।"

শাউবগা ওইদুম ওইনশিল্লদুনা হায়রুই, "খঙলে ইবেম্মা, কৈনা ময়া থাদোক্লেককা হায শারিযে । খনাউসে ঈকং থোক্লে তৌনি । খরা তাহন্দ্রবদি তীনবী কাঙলক্তনা ঐ হোসপিতাল যৌনবা তাখ্রেমি । পুথোরক্লোসে ।"

শকহেনবীনা মথম্মোই শেংনা হাযজরকই, "তাদা । ঐ মদুগী থবক্তো, তৌদ্রে । মী' তাখ্রগা হৌজিকফাও তৌরিগুম নীংদুনা মশক খঙদবশিং লাক্তুনা তোক্লরনি । কনাদগীনো'মা য়েংবিরুরো । ঐ থোঙ লোনশিঞ্জরগে ।"

শাউরগা চোংথানা, " নঙনা লৌনীংবা মমলদো লৌও । ঐ কনামত্তা খঙহল্লোই । কদায পুথোরক্লো ।"

" মসি নিপাসিদি মকোকসে লোদ শেদিং লৈরমাল্লে ? তাদা, মদুগী কববারদো ঐ থাদোক্খ্রে হায়বা । তাবিরবরো ?"

... ... ...

ঙংবা যাবমখৈ ঙংখৎনরুরবা তুংদা চোংথানা, লুপা চাহুমদং পায়রগা ললোন্‌জবিবী মাগী নুপীবু কিহল্লগা মুল্লকপা লুপা চান্মা চৎপীদু শকহেনবীদা লংশিল্লকই । মতৌদুদা শকহেনবীদু ঈ কারক্লবরা কবিনো হান্নগী লেমহৌবা চেখাউ অমা থিরুরগা কোঁফ্‌দগী তেংগোৎ অমনা কল্লগা হৈরে । মচীন্দু চেৎনা পুন্সিল্লগা, " তাদনা ময়াদ্রবদুদা পীরবনিকো সে । অদুগা হৌরেল ঐগীসিদা হল্লকপদি য়ারোইকো । হেক হল্লক্লবা, নতান কায়রে খঙ্ঙো ।"

চোংথানা ওইনরদুনা হায়রকই, "ইবেম্মা পোৎসিবু ফংলবদি ঙসিগীদি হঞ্জবক্লরোই ।" হায়বল্লগা থোবক্লে ।

থোঙ্গাল হেক য়ৌরকপদা চিংবা হৌই ।

ঈশিং । পিওর ব্রাটর । নো মোর দাউফ্ !

হন্দমুক্তি মখোযদৌদু ইলেক্ট্রিক্লা চিংবদৌনা দিগ্রী য়ৌনা শাউগৎলকই । "য়ুয়োনবী । পোল্লাং শেগায়বী মানবী মানা ঐঙোন্দা য়ুনি হায়দুনা ঈশিং পীশিলকপসু শাই । খঙনি । মমৈ পান্‌শিল্লগা মহাবলি উমংদা য়োংলিং থাদোক্লে ।" হায়রগা অমুক তনহন হঞ্জিল্লকই ।

চোংথানা চুরি তাফম য়ৌরকপদা শকহেনবী ইমুংগী ব্রাইরম তাশিল্লগ্লি । তাঞ্জা ফংলে মতাগুম মতুংলোমদা লোন্না চঙশিল্লগা মশমদু তাপ পায়রগা চিংগে তৌরুবদা ফৎ লয়থোকখিবনা হাল্লি । লুখমদা মমিৎপু পানব্রা?

শাউনা অমদি পাখৎনা হংলকই, "করিনো তাদনা তৌরিসে ?"

"খঙজিন্নদবকাক শারদনা ! হৌজিক ঐঙোন্দা পীরিদু করিনো ?"

খংশাউ শাউগৎলদুনা, "ঐনা লৈত্রে, লৈত্রে হায়বদা করিগী থাজদ্রি ? ঐদি অরৈবদু পীবনি, খঙলেদনা । নকোক্তো হোরৎকনো ।"

"ইবেম্মা, ব্রা য়াম্নরক্ত্রিঙৈদা ঐগী মপাক্তো য়াম্না থুনা অমুক্তা পুথোরকউ । নৎত্রদি নঙ ঙসি এম্বুলেন্স তোংলগা কেজুযেলটিদা খোঙদোইবা তাবা ।"

"করি ঐবু নুপীনি হায়দুনা উশিৎত্রিবরা ?" হায়রম্লগা "হূরানবা চঙলে, হূবানবা চঙলে " হায়না কোয়বাও লাউরগা শুমজিত্তুনা নমহাই নমহাই হেক্তা হাইথৈ । খোল্লাউদুদা লৈকাইগী মী মথং মথং চেনশিন্নরক্লবদি মাগী অপাইবা দশাদু খূদক্তা ফংবা শোযবরোই খল্লক্তুনা হোত্তুনা চেম্থোরকলে চোংথা ।

মীনা লাকচখিবদুগী পঙখন খল্লুবগা উংলগা শাউনীংনা চৎলি সড়কসিদা মখোঙ থাংবা হৈফাত্রিবা অঙাংগুম্না । ফূরিৎখাউদগী খৈনি কোক্তাদু লৌথোক্লগা খূৎচপ্পীদুনা চপ্তুনা লৌরগা যাবীদা হাপ্লিঙৈ তুংলোমদগী খূৎ অমা লামশিল্লক্লগা চোংথাগী মখূৎতু তাপ হেক্তা পাযখি ।

"তাননবা পাল্লিবা ননা, উননবা পাল্লিবা নমিৎ, খন্ননবা অমদি খঙননবা পাল্লিবা নকোক্তু লোইনা ফেল ওইববনিনা ঙসিদি নুংঙাইবা তাবনিনে ।"

খংবোই, পাখৎপোই চোংথা মমাযদু ফৎ লয়শিল্লক্লগা, "ইনাউশা, নয়াম্বা মতুং নিশাসে অমুক হন্না তৌজররোই । নযাম্বগী থব্রাযতদি কনবিয়ু ।" হাযবগা সড়ক মযাযসিদা পাকথদুনা খুরুম্লকই ।

খুরুম্বগী পাকথরকপদুদা য়ুনমদু লৈকাই পল্লাল্লক্লে ।

" অস ঃ! খৈনিদা নত্তে, য়ুনমসু নমইনে ! লৈবাকসিগী ইনখৎলক্লিবা নহাশিংসি নিশাদগী কন্নবা ঐখোয়না থিংখ্রবা নিশাঙৈ অমতসু নত্তনা অনী ? হায়, নঙগী হৌজিক্কী খৈনি কোক্তাদু কদাই ?"

"সিদা লৈজরে । য়ারীদা ব্লেদনদদি লেনবিনু । ঐ মতুং অমুক হন্না চাজবরোই ।" হায়রগা খৈনি কোক্তাদু ফূরিৎখাউদগী লৌথোক্লগা ব্যবহারদা তপ্পা লানশিল্লি ।

" অদুদি, নমিৎ উশিল্লগা নয়া লাউনা কাথোকউ ।"

মরম ওক্লবা, হায়বা ইল্লবা অঙাং মচাগুম চোংথা ময়া কাথোকই ।

"করিনো, য়াসিদা পুল্লপ নমশিল্লক্লিসিদি ?"

"নঙনা যাম্না পামজবা, নহানঙৈ য়াম্না লীক্লা খরা খরদং উমজবা

খৈনিদুনি । মদু প্রুক প্রুক শায়রগা লোইনা য়োংকদবনি ।”

চোংথা হায়রকপদুমক তৌই ।

চৎশ্রে মখূত্তা শক্তি পায়বা কাংবুদু । কাপ্পীরমদবগীদমক হন্না হন্না থাগৎলি । চোংথা মকোক্তু ফৈনা-য়ুংনা দণ্ড দণ্ড চোংলকই। মশা য়াওদনা মকোক ঙাক্তা খুংদৌনা উৱূ-ৱূ উঙবসু হৌরকই। হাই মসিদি নিশা খূৎপান অমনিনা । চহী অসুক য়াম্না নিশা চারকপসি অসিগুম্না অমুক্তা নিশা পানখিদ্রি । মখোঙ থাংবা থোকচিল্লক্তে । তপ্না পাকথরগা ষণ শারগা ময়ুম য়ৌহৌনবা হোৎনৈ । ফনা কন্না চৎপরা খল্লি অদুবু মফম ইরেং লেঙদে । অসুক কন্না উঙলক্লিসিবু পৃথিবীসি মাগী ওরবিত্তা নোংমদা অমুক্তং উঙবদু ব্রেক ফেল ওইদুনা নোংমদা ১০৮ লক্কুম্বা উঙবা হৌরবজাৎলা ?

ওক ! পৃমচাই । ঙসাই অয়ুক চাখিবা চাক্তুবু অসুক য়াম্লমগদ্রনে ? খল্লি, ময়ুম য়ৌনা থিনবিনবা ভদ্রলোক অমতং লাক্লবদি !

উচিন নাচিন্না মী অনী লাক্লে । খল্লকই, “ও ঐ হিংদি হিংলনি ।”

মীওই অমা চঙশিল্লক্লগা র্তোচ লাইট কাপ্লগা মমাঙদা হৈদোক্লিবদু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, “এ, ইতাউ । মনমসে খৈনিগা য়ুগা পাবগীনি ।”

অতোপ্পদুনা য়াম্না থৌনা ফনা হাথু হাথু খুল্লকই, “ ইতাউ, অদুদি ঐ তৌগে” হায়রগা চোংথাগী লুতুংগী শল্লাংদু শূপ্পায় হেক্তা পায়খি ।

“ফৎত্রে হায়রিবা নিশাসিদা খল্লগা য়াম্না চানীংবরা? হানথৈ হাঞ্জিল্লগা অমুক পুল্লপ হৈদোক্লবা ? নঙনা পামজনা চাখি থকখিবা মমল য়ামখ্রবা ময়ামসে অমত্তা মাঙহনবা য়ারোই । লোইনা অমুক চাশিনগদবনি ।” হায়রগা মনিল ৱা ৱা কারিবা মশানা হৈদোকখিবা পোত্তুদা মচীন্দুনা ফাক ফাক য়ৈশিল্লগা অমুক চাহনবা হৌরকই ।

দন্দিদুনা খরা চারবা তুংদা কপ্ল-কপ্লগা লৈয়েং ইফাই ফাইনা হায়রকই, “ঙসাই খৈনি কোক্তা অমখক্তং পীজরম্বদুদা থাকসি য়ৌরকপনি । অদুগা হৌজিক অমুক, ঙসাইগী খৈনি, য়ু, ঙসিগী চাখি থকখিবশিং, সড়ক্কী উফুল অমদি নৃংকূপশিং পুল্লপ অমুক চারি’সিগী ফলনা করি ওইরক্লগবা ? হে ঈশ্বর, ননাই ঐগী খোয়রেনসি মতম খরতা ওইরসু এক্সতেন্দ তৌবিররোইদ্রা ?”

তাং ২১ - ০৯-২০০৬

# শামু অব্দুল্লাহ

*( ৱারী অসি অব্দুল্লাহনা জপান লান মনুংদা হকথেংনখিবা অশেংবা ৱারীনি ।)*

অব্দুল্লাহ ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন মনীং লৈকাইদা, কোঞ্চাক্তা তাইনবা মফমদুদা লায়রবা পাঙনগী ইমুং অমদা পোকখি । ফুট তরুক্তা ইঞ্চি নিপাল ৱাংবা মীওইদুগী মপাঙ্গলসি নমথিঙৈ কল্লি হায়নৈ । হোটেলদা চাক চামিন্নবদা ময়ামদুনা চাক খাবৈ অমা নৎত্রগা অনী চাবদা মাদি ৩৮ (কুন্থ্রানিপাল) চাবগী ৱারী লৈ । নীংথিনা হুমদোক্লবা ফৌ দুনিয়া বোরা অমা মকোক্তা পুরগা বোরা অমনা শেগাদা চপ্লগা লৌফমদগী ময়ূম য়ৌনা পুরকপা ঙম্মী হায়নৈ ।

জপান লান মনুংনি । মণিপুর, নগালেণ্ড অমদি অসামগী শরুকশিংদা জপান্না নোংথক্তগী বোম থাদদুনা লান্দারক্লবদা ব্রিটিশকী লান্মীশিং চথোক চংশিন তৌনবা অনৌবা লম্বী কয়া খূদক খূদক্তা শেম্বা মতম্নি ।

অব্দুল্লাহ কছারসিদা জঙ্গল কক্লগা সড়ক শেম্বা য়াওরি । খোলা অমদা মখোয় তরামুক্তু অচৌবা কাংখল অমতং খল্লগা হেক হেক তুমিন্নৈ ।

থাবল ফবা অহিংনি। ৱানরুবগী তূমথনপ্লবা মতম্নি। করিনো তারিবা মখোলসিদি ? অকংবা উনা মরকসিদা চৎলিসি শা মচা মশূদি নত্তে । মরক মরক্তা উ মচাশিং চেম্থুবগুম্বগী মখোলসু য়াওরি । মখোলদু অসুম অসুম নক্‌শিল্লক্লবদা তূম্লিবশিংদু অমনা অমবু খূজিন্না শীক্কুনা লোন্না হৌদোক্লরে । ৱাদি ঙাঙনদে।খোঙথাংসিদা লৈমায়সি নোম্মীনে! মঙলনে তৌরিসে ? ময়ামদু থাঙ, য়োৎপাক, গয়ন্তিনচিংবদু থিরকপদা মপান্দা লোইনা থল্লম্বনা খোলা

মনুংদুদা কবিমত্তা ফংদ্রে । মপান থোক্লগা লৌশিন্নরুগদবসু কিদুনা কনামত্তা থোক্রদ্রে। অসুম্না তৌবিঙৈ শাদু খোলাগী অকোয়বদা কোয়না চৎলবে। তশেংনা কবিনো হায়বা কনামত্তা খঙনদে ।

উখোং য়ুংদুনা শাবিবা চাউখ্রবা খোলাদু পুল্লপ ফূক্লগা নাকন অমদা থাংদোকখ্রে । অস! য়ূম্মুক্তুম চাউইদা । শামুনিনেহে । যা অল্লাহ!

ময়ামদু কিমনখ্রদুনা শ্বব ফাওবা কন্না হোন্নখিদ্রে। ৱা ঙাঙলুবা নৎত্রগা খবদং লেঙলুবা মীদুদা চাউ শাংলবা মনাতোন্দুনা কিৎ হেক্তা নম্লকই । অদুগা চাউববা য়েৎথংবা মখোঙদু মীদুগী মথক্তা হেক্তা থাংগৎলকই । নেৎখাযবগা হাত্তৌবিমাল্লে হায়দুনা ময়ামদু কিনদুনা চেক মোক লাউনখিদ্রে ।

ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈনখ্রবদা শামুদুনা মতাই অমদগী হৌবক্লগা হীপ্লিবা মীওইশিংদু মথং মথং মনাতোন্দুনা মখ্বাঙদা কোৎলগা অমুক অমুক থাংগৎ থাংথ তৌববা তুংদা মাগী হীপফমদুদা নীংথিনা অমুক থন্বী । অসুম্না মী ময়ামদু শামুদুনা মথং মথং লোইনা নিশা শান্নবি । ময়ামদু মমিৎ উইশিন্দুনা, মনাকোং মেন্নদুনা খাঙনৈ । কাইনথঙদা, ময়াযৱাইদা হীপ্লিবা ৱাং চাউববা, মশা মউ ফববা অব্দুল্লাহবু মনাতোন্দুনা কোৎলগা মনম্‌গন্দা হুনগৎখ্রে।

"অল্লাহ্-লাহ্-লাহ্-লাহ । ইমৈ-মা, ঐ লোইবেদনা । দহন জবাব, কবি, ঐগী থবক শূবগী কবিদু ননাওনুপীদুদা দহন্না খবা কবি তৌবিখো । ঐ শৈতানসিনা হাৎখ্রনি । ইমৈ-মা ।" লাউনা লাউনা অদুম পুখ্রে । ময়ামদু কবিসু উপাই লৈতনা লৈনহৌবে ।

মখোঙ শেকপা শামুদুনা অব্দুল্লাহবু জঙ্গলদুগী কদায কদাযদনো কোযপু পুবগা চৎলি । মপাঙ্গল নমথিঙৈ কঞ্জববসু শামুসিদদি কৈদৌকনি ? শামু মথুন পেনা খোংবা হাযনবদু খংনীং নীংশিংলকই।

কোযনা সুম য়েংলকপদা খোঙ লম্বী মানবা অমা থাবলগী মঙান্দুদা কয়া মযেক শেংফাত্তনা উই । উমঃ! শিবগা শি, চঙলগা চঙ হাযদুনা যাঙ্গাইমুক বাংবা শামু মথক্তুদগী শ্বব থিংলগা চোংথবক্লে । লৈমাযদা য়ৈশিল্লগা তাই অব্দুল্লাহ । নাবককাক কাউথোক্লগা মখা চীক্লগা ফুক হৌগৎলি । শেকৌ শেকৌ চেনবা হৌবকপদা শামুদুগী শাংলবা মনাতোন্দুনা লামকোৎ কোৎতুনা লৌশিল্লগা মথক্তা অমুক হাপকৎখ্রে । উপাই কবিমত্তা লৈখিদ্রে অব্দুল্লাহ ।

শামুদুনা পুনীং পুনীংবা মফমশিংদা পুবে । ফনা শাংনা চৎলবা তুংদা, উচিন নাচিন্না অচৌবা উ কাবোং অমা ইনক নক্লা থেংনবে । শামুসিনা ইম্বুবসু ঙল্লোইদৌবা উজাউনি । মপু মানা মাগীদমক থাবিবন্নজাৎনি ।

শামু মথক্তুদা হৌগৎলগা অবোইবী থাদুনা চোংখৎলগা নপ্লুই । অদুবু পুবা কাখৎপা নংদ্রিঙৈদা খোঙদা চীক্লকপা অমুনবা তীনফা লৌথোকপগুম

মনাতোন্দুনা নীংথিজনা কোত্তুনা ফক্তোল্লগা লৌথোক্লে ।

হন্দমুক্তি মনমগন্দা হাপ্পগী মহূৎ মনাতোন্দুনা চপশিল্লগা অদুম পুরে ।

নাম্থোকখিদনবা মবুক্তা তিংখত্তুনা চপশিল্লক্লিবা প্রেসরদু খাঙবদা মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে । মখোঙ মখূৎ ফ্রীং ফ্রীং কাওদুনা খাঙই । অদুবু উপাই লৈতে । নূঙগা য়েরুমগনি ।

মরিল খাবা অব্দুল্লাহ পাক হেক তোকথোক্তে । লাম্বা ফংবা মনাতোন্দুদা খূজিন্না খোৎলুই অদুবু শামু কাতি হায়বা মচীন তুম্বা থাঙ মচাদুনা থিনবদা ফাওবা থোইদোক্না নাবা ফাওবিদবা উম্সাদুদা খোৎলুবা খূজিন্দু নারগতা তোক্লে । শাউনীংমনখ্রদুনা ময়ানা চীকে তৌই অদুবু ঙমদে । কমদৌনি ?

উপাই অসুম য়েংলকই । ময়াগী নাকন অনীদা শাংনা ইম্থোরক্লিবা থম্বৌদু লাম্লগা হেক্তা ফুক্তংলগে হায়দুনা নোমদুনা য়েংই । ঙম্বদি লায়রদুনা নোম্বফাও ঙমদে । করি উপাই লৈরি হৌজিক ? ও উপাই অমদি লৈরে । শ্বর ফুলহল্লগে হায়দুনা মনাতোন মখূন্দুদা লাম্লগা খূত্থুম তাশিল্লগা থিঞ্জিল্লি । তান চানকন্দুনা শ্বর চিংশিল্লকপগা চানখিদুনা ফাবা ঙমহৌদনা শযেংফাওবা চিংশিনখি । অস! শাফু কল্লিহে । মখূত্তু পুরা তৎখ্রদরা চিংনরকই । অদুবু পাম্বোম মকদা পনখিবদগী মখা চঙদ্রে হায়বা খঙলদুনা মনাতোন মনুংগী লূনৌদু খূজিন্না অবোইবী থাদুনা খোরো খোরো খোত্তংলি । শামুদু এল্লরজি থোক্লবরা কবিনো হকথি খল্লগা খংকাম কামথোবকই । মখূৎতু মনাতোন মনুংদুদগী শাফু কন্না পাইথোরকই । অদুবু মখ্বাঙদা কোল্লিবদুদি খক নাম্থোক্লে মঙমদে । অব্দুল্লাহবু মনাতোন্দু ৱাংনা অতিযাদা থাংগৎলগা অদুম পুবে ।

নোং ঙাম্থোরক্লে । চীংযাদুদা হাইরপ কূৎশিনবা নুংগী শুরুং অমদা চঙশিল্লগা তপ্না থল্লে । মনাতোন্দুনা হেক থাদোরকপগা অব্দুল্লাহ চেনফম থি । অদুবু চেনফম, কাফম অমত্তা লৈতে । খল্লকই, ঙসিসিনা মাগী অরোইবা নুমিৎ হায়বদু ওইরমাল্লে ।

শামুদু কূম্থখ্রে । মখোঙ য়েৎকী খূমাঙদু অব্দুল্লাহগী মনাক তম্না তপ্না ইন্‌শিল্লকই । অব্দুল্লাহনা খল্লি, "ঐবু শুরুংসিদা মখোঙসিনা কাওশিল্লগা হাত্তৌরিমাল্লে ! অদুদি ঐ হৌজিক করি তৌবা তাই ?"

শামুদুগী মমিৎ হাইরপ উইথবা তাঞ্জা য়েংলগে খন্দুনা মমিত্তুদা মুন্না য়েংলুবদা নুংশিনা পাল্লিবা মমিত্তুদগী মপি অরর তারল্লি । মসিবু শামু মচুম তাবা হায়বদুরনে ? মদুদি নারুম অদ্বাইদগী তাবনি হায়নৈ । মসিদি মপিনিদা ।

অপাকপা মনাদু তপ্না তপ্না হাইরদুনা মখোঙদু অব্দুল্লাহগী মনাক য়ৌনবা অমুক তকশিল্লকই ।

হাই ! করিনো মসিদি ? মুন্না য়েংলুবদা উরক্লে করিগুম্বা অমা । ইশ!

থোৎখ্রবা, নোয় চাউখ্রবা খূয়াদুদা করিগুম্বা অমনা কন্না যুংশিন্দুনা লৈরি । চঙশিল্লগা য়েংলুই । পুরা খঙবা ঙমদে । মখূৎনা উফুল ব্রাইফুন্দু নাম্ভোক্লগা য়েংলুই । ও, মৈনা কারুম কারুম চাক্লবা উগী থাঙশোইনি । মতোন্দু পোরোম ইথোকসু থোক্লে । চৎপগী খোঙথাং খূদিংগী নেৎপদুদা পোরোম থোক্লকপা ওইরম্বা য়াই । অকোয়বদু নাই পীৎ পীৎসু চারে । মসিননিদনা মানা ঙসাইগৈ চৎপদা শেক্কৌ শেক্কৌ তৌরিবদুদি । অদুগা মানা অব্দুল্লাহবু ফাররগা, মফমসি তান্না পুরক্লগা মখোঙ শাংনা ইন্সিল্লক্লিবসিনা মসি শৎলু হায়রিবজাৎ ওইরে । লম্লক্কী শানি হায়দে, খুদোং থীরবদি মাবু কনবিবা ঙমগদবা জীবা থিরকই । অকিবনা পূমথক থক্কৎহল্লম্বা অব্দুল্লাহগী থম্মোইদা নুংশিবগী ঈ চেল্লক্লে ।

অব্দুল্লাহনা শামুদুদা খাঙ্ডু হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরগা মখূৎনা শৎপা লাক্লে । অদুবু পায়ফমগা কয়া জুগোৎ চাদবনা, ঙমদে । ময়ানা চীক্লগা শৎকে তৌই । অদুসু চাউখ্রবা থাঙশোয়দু চীকপা ঙমদে ।

থাঙশোয়দু শৎপা মঙল্লক্ত্রবদুদা অব্দুল্লাহ কোয়য়েং য়েংলকপদা ইরাপ লাপ্তুনা হৌরিবা য়াইরিশিংদু উরক্লে । য়াইরি অমা থৎনবা হোৎনৈ । ঙমদে । মানা তৌরিবদু শামুদুনা উরবরা করিনো তপ্না হৌগৎতুনা লাক্লগা অব্দুল্লাহনা ফোয়দৎনবা চিংলিবা য়াইরিদু মনাতোন্দুনা ফোয়বিররে ।

মহুদকুম্না ইঙ্গিৎ তৌবদা শামুদু কুম্থ্রে । মখোঙ তিংথোকহল্লগা মখোঙ খোঙয়াদা লৈরিবা, মতোন পোরোম ইথোক থোক্লবা থাঙশোইদুদা উচুক লীপুন্দা য়াইরিদুনা কন্না কিরগা অতোপ্পা মতোন্দু মনাক্তা হৌরিবা উ অমগী মখোঙদা পুন্সিল্লে । মখোঙদু চিংলো হায়না ইঙ্গিৎ তৌবগা শামুদুনা মখোঙদু তপ্না তপ্না চিংলকপদা থাঙশোই তুমদু ঈ নাইগা লোয়ননা জর জর শৎলক্লে ।

থাঙশোয়দু পায়খৎলগা য়েংই । ইশ! ফুটখাইমুক শাংবা ! অসিমক্ল নিদনা শাশিনা তুমসি শৎপিনবা অব্দুল্লাহবু থিরকখিবা । খল্লকই, ঙসাই, তূম্মিন্নরিবা ময়ামদু মনাতোনসিনা থাংগৎ থাংগত্তুনা চোয় চাং ওন্দুনা য়েংলিবদুদি থাঙশোয়সি শৎপা ঙমগদবা মতীক চাবা মী খল্লিবোইরে ।

তুমদু শৎলবদা মখোঙদগী উফুল ব্রাইফুল অমদি নাইদু চৈ অমনা তপ্না খেত্তোক্লে । অশোকপদু থুনা ফজিন্নবা মনাক অদুব্রাইদা হৌবা মানা খঙবা মনা মশীং খরা নূংনা শুগাইরগা মখোঙদুদা থোমজিল্লে । মদু তাহৌবসু খঙদে হায়দুনা অব্দুল্লাহ মশানা লীৎলিবা ফূরিত্তু লৌথোক্লগা মখোঙদুদা য়েৎশিল্লগা য়াইরিদুনা অমুক পুন্সিনবিরে ।

শামুদু হৌগৎলক্লে । অব্দুল্লাহগী মকোক্তা মনাতোন্দুনা তপ্না থল্লক্লিবদুনা অখিরক্তা নূর ফংবা ওইয়ু হায়দুনা বর পীরিবদু অব্দুল্লাহ খঙই । মদু হেক লোইরকপগা অদুম লৈরম্মু হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরম্লগা অমুক চৎথ্রে ।

অব্দুল্লাহ তৌফম খঙদনা কোয়য়েং য়েংই । চৎফম খঙদে । কদোমদা চৎলগা করি লম তাদৌরিনো ? সুম লৈবদি য়াদৌরিবরা ? উ অমদা মতোন ফাওবা কাখৎলগা মানা চৎপা য়াবা মায়কৈ য়েংই । অদুবু মফমদু জঙ্গলগী ময়ায় ওইখিবনা চৎকদবা লম্বীদু কদোমদনো খঙবা ঙমদ্রে ।

নীংবা কায়না কূমথরকপদা শামুদু উ মখোংদুদা অমুক লৈরম্লে । লৈখা য়ৌফাত্রিঙৈদা মনাতোন্দুনা তপ্না লৌথরগা মাগী মথক্তা ফমহল্লে । অদুগা মনাক্তগী লফোয লৌউ অমা মনাতোন্দুনা কোৎতুনা থাংগৎলক্লগা অব্দুল্লাহদা পীশিল্লকই । ও, মখোঙদগী থাঙশোয়দু শত্তোক্লবা তুংদা মানা ঙাইহাক মাঙলুবিবদু অব্দুল্লাহগীদমক লফোয় লৌউদু হেকপা চৎলুরিমাল্লে। মতৌদুদা শাথিনা নুংশিবা পোল্লকই । ঙসাইঙৈ মানা যেক্লবনি হায়না লৌরম্বদু হৌজিক্তি নুংশিরবা মরুপ অমনা মাগী অশেংবা মরুপ অমা থিরকপনি হাযবা খঙলক্লে ।

শামুদু চৎপা হৌবে । কদোমদা চত্তৌরিনো ?

ফনা শাংনা চৎলবা তুংদা অব্দুল্লাহগী কাংবুনা লৈরম্বা থবক শূবগী খোলাদু য়ৌবে । অদুবু শাফমদুদগী চিংথোক্লগা লৈববা অতেকপা খোলাদুদদি কনামত্তা লৈরমদ্রে । মপোৎ মচৈ য়োমদুনা লোইনা চৎনখিরল্লে । অব্দুল্লাহ শাথিনা নীংবা কাযরকই । উপাই লৈতনা শামু মথক্তুদা কপ্লগা লৈ । মবমদি মহাক্লা লম থোক্লকপসি হন্দক্লা অহানবনি । অদুনা লম খঙদবতা নত্তনা মণিপুরী নত্তনা অতৈ লোন অমতা খঙদবা মানা মমান্নবশিংদু যাওদনা মানা তেক্ত কায়দনা মযূম যৌবা ঙমগনি হায়বসি মশানা থাজজদ্রে ?

শামুদুনা অব্দুল্লাহবু মথক্তগী থাংথগে তৌই । অদুবু অব্দুল্লাহনা যাদ্রে । কপ্তুনা অদুম লৈরে । শামুদসু অব্দুল্লাহবু থাংথনবা অমুক হন্না তৌরকখিদ্রে।

অসুম্না ঙাইহাক লৈরবা তুংদা শামুদু অমুক চৎপা হৌরক্লে ।

মফম কযা ফাও ফাওদুনা চৎলবা তুংদা নুমিৎ লয়থরকপগীদুদা সড়ক অমা থেংনরে । মদুগী মতাইদুদা অব্দুল্লাহবু তপ্না থাংথরগা থম্লে । মনাতোন্দুনা অব্দুল্লাহদা সলাম পীরমলগা শামুদু অদুম চৎখ্রে ।

অব্দুল্লাহনা খল্লি, "মসি যৌরবদি অবাকপা গাডী অমদা হেক্তা কাখৎলগা চৎখ্রগে । মী তাবা খুঙ্গংলা শহবরা অমদা কূমথহৌরগা হং হংদুনা মণিপুর য়ৌবা য়ারনি ।" মথম্মোইদু অমুক চাউখৎলক্লে ।

অরাকপা গাড়ীশিং অমতা খান্বা য়াদনা থৌবগা অদুম চৎনখি । অব্দুল্লাহবু খুদোংথীরবা মী অমা ওইনা উবিবগী মহূৎ জঙ্গলগী লুট পাৎ তৌগনবা লম্বীগী ডাকু নৎত্রগা ভূৎ প্রেৎনি হায়না লৌরবজাৎলা ?

নুমিৎ তাশিল্লক্লবদা অব্দুল্লাহ উপাই লৈতনা মপু শোন্দুনা কপখৎলক্লে । মতমদুদা ঙসাইগী শামুদু ইনক নক্লা মনাক অমদগী অমুক ফুৎ ফাওদোরক্লে । ও

মাদি ঙসাইদগী মরুমদুদা লৈবগা অব্দুল্লাহ চৎখ্রবরা হায়না য়েংলিবজাৎনিদনা !

শামুদু চীংগীনা গোলাই, সডক্কীনা মচিদুদা থোরক্লগা লেপ্পুনা অদুম লৈখ্রে । গাড়ী অমা লাকপগী মখোন অসুম নকশিল্লকপদুদা মরুমদুদগী চেম্থোরক্লগা সড়ক ময়াযদুদা থৎলৈ । জীপতু ব্রেক ফানা ফানা মনাক য়ৌশিল্লকই । দ্রাইভরদুনা মাগী জীপ্তু মনীং হন্খিনবা হোৎনৈ অদুবু শামুদুগী মনাতোন্দুনা মমাঙগী বম্পরদুগী মখাদা থিঞ্জিল্লগা থাংগত্তুনা ফাখ্রে । তাঞ্জাদুদা অব্দুল্লাহ গাড়ীদুদা কাখৎহৌরে ।

অব্দুল্লাহনা গাড়ী মনুং হেক য়ৌখিবগা শামুদুনা গাড়ীদু তপ্পা থাথরক্লে । অদুগা সড়ক নাকন্দা লৈরিবা ঙসাইগী লফোয় লৌউদু মনাতোন্দুনা কোৎলগা গাড়ীগী অহোবদুদা অব্দুল্লাহগী মনাক তান্না ইন্সিল্লকই ।

অব্দুল্লাহগা শামুদুগা সলাম পীনরে ।

দ্রাইভরদুনা শামুদু থৈদোক্লগা কিনা থৌরক্লে । মশক উরক্রুবদা শামুদুনা অমুক্তং হৌনা খোঙলকপদু অব্দুল্লাহনা অরোইবা ওইনা তাখি । খোঞ্জেলদু অব্দুল্লাহনা রোজাগী ইবতার তংবগী লাউবকপা খোঞ্জেলনি হায়না খন্দুনা মখোন্দি থোক্তনা মথম্মোইদা শামুদুগী অশোকপদু মপু মানা থুনা ফহনবিবা ওইসনু অমদি মাবুসু হিংনা থাদোকপিরকপগীদমক দুনিয়া অমদি অখিরত্তা সৱাব হাসিল ফংবা ওইবসনু হাযনা মপুদা দুআ তৌজৈ ।

মপুক্নিদা নীংশিংলকই নোংমা চূপ্পা চরা হেল্লুবগা নুমিদাং ওইরক্তুনা অমুক চাবমদাইদা শোনবা ইফটাবগী দুআ : *অল্লাহুম্মা লকা সুমতু ৱ-বিকা আমনতু ৱ-অলৈকা তৱকলতু ৱ-অলা রিজ্কিকা অফতরতু ।*

অব্দুল্লাহ অহিংদা জিবিবাম যৌরকখি ।

নুমিত্তুদগী অব্দুল্লাহবু মীযাম্মা শামু অব্দুল্লাহ হায়না খঙনখি । অদুবু মাগী মিংগী মমাঙদা হাপ্লিবা শামু অসি মাগী অপাম্বদি নত্তে, অশাউবীনি ।

তাং ৩/১০/২০০৬

# লমশি শিরম্লবা !

লমহাংসিদা তাবল্লিবসিবু কনাগী মচা মশূনো ? কনানা হাৎলিনো ? কমান্দোনবা ? আর্ম্মিনবা ? নৎত্রগা মথন্তা অত্মাঘাট তৌজবিজাৎলা ?

কবি মবমগীনো ? নৎত্রগা, কবি নীংবা থুংদবগীনো ?

শেল লৈতবগীবা পূমঙৌ ঙৌববা মশম মকোইসিনা? শাথিনা মযাং কংলিসিনা চাদবগীবা ? মযা লোইনা তেক্লিবসিবু অহল ওইশিল্লক্কপগীবা নৎত্রগা চাহৈদবা পোৎ চাক থক্কুবগীবা ? নৎত্রগা মচীন থীকুবগীবা ? মমীৎ অনীমক তাঙলিসিনা কমদৌনা ? মনাকোং মখূল অনীমক ফুনজিনখ্রিসিসু কমদৌনা ?

অদুগা মনম লৌনবা মনাতোন মখূন অনীসিনা অসুক যাম্না লাওবিসিনা মেটবিএল ব্রান্ডিসি মনাতোন্দগা শম্নবগীবা ?

লক্ষ্মী চৎপা, অবাক অবাকপা মীওইশিং কৌশিন কৌশিন্দুনা যেংহল্লে। কনামত্তনা খঙদ্রে । মীওই খবনা কৃ অমদা হাপকৎলগা পুনবা তৌবকপদা নুপী'মা চেল্লক্কুনা হাযবৈ । অশিবদু মীযাম্না নীংনবিবা ঈশ্বর হাযবদুনি ।

"মতম কযা কোয়থি থিজবল্লগা নঙদি মফমসিদা শিবল্লবা ? অসুক কুইনা হৈকৎ লৈকত্তুনা সেবা তৌজবল্লগা নঙনা শিবনি হাযদুনা শিবিসিদা ঐনা কমাইনা য়াবা ঙমদোইনো ? নঙনা ঐঙোন্দা পীখিবা ববশিং থবক্তা ওহ্হোল্লমদনা নথন্তা সুইসাইদ তৌদুনা শিবল্লিসিবু নঙবু থবক অমতা তৌবা ঙমদ্রজাৎলা নৎত্রগা মীওইবনা নব্রা লৌবিবক্তবদগী নীংবা কাযবগীবা ? অসুম্না শিদৌ লৈবদি মীওই কযানা মমিত্ত্র পিবাং পিবোইননা কংনবকপা ভক্তিশিং কবিগী পঙলৌদা লৌশিনবিখ্রি ?"

তুংদা লেপ্লিবা ফিলোসোফবদুনা হংলকই, "মানা অসুক নিপা থোক্কনা

শিরম্লিসি, পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বা অমেরিকানা লুচিংবা কাঙবুনা তকখায়দুনা লৌশিল্লগা লোইলম ওস্থোরকপসিদা নৎত্রগা তেরোরিষ্টকী থবকশিং থিংবা ঙমদবদগী মোরেল গ্রাউন্দা ইকাইখাঙদগী মথন্তা শিজরিজাৎলা ?"

ফিজিক্সকী প্রোফেসারদুনা মুন্না খল্লুরগা হায়রকই, " জপান্দা অহানবা পোখাইখিবদুদা এতোম বোমগী মগুণ খঙলবা মানা অনীশুবদু অমুক পোখায়হনখ্রিবা করিগীনো ? মানা মীওইবগীদমক খনবিরবদি বোমদু মিস ওইহনবিখিবা য়াদরা ? মা লৈ হায়বা কাউথোক্তুনা নিউক্লিয়র বোমদগী হেল্লদনা হায়দ্রোজেন বোম কয়া শাজিন্নখিবসিদা মদুগী দায়িত্ব নমশিল্লক্তনবা মথন্তা শিজবা নৎত্রো ?"

ইন্টরনেসনেল পিস সোইসাইটিগী লোকেল কাউন্সিলগী মেম্বরদুনা হায়রকই, " অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা মী অসুক য়াম্না শি খঙখ্রবা মানা লান পাম্বা মীওইশিং মাঙজৌননা লোইশিলহৌদদুনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউ থোরক্তুনা পৃথিবীগী মী দমাদা শিখিবা নৎত্রো ? শান্তি লৈহন্নবা হোৎনৈ হায়রিসিবু কদায়ফাওবা চুল্লিবগে ? অদুনা মীচঙ মীখায় নাইবা, অকনবশিংগী ফোরদদা লেপ্পা মানা খূৎশিসিদা শিদনা কমাইনা শিগনি ? "

মৌলবীদুনা হায়রকই, "করম্বা কবরদনো ফুমদৌরিসে ?"

পাষ্টরদুনা য়েৎলকই, "চর্চকী মনাক্কী গ্রেভয়ার্দতুদা লৈরোল চন্দৌ নৎত্রো?

বৈষ্ণবতুনা, "রধাকুন্দদা লৈরোন চল্লোইদৌরিবরা হায়রিসিবো ?"

মখোয়না অসুক য়াম্না ৱাবিরিসিবু ঈশ্বর মানা হিংলিঙৈদা মখোয়গী করিবু তৌবিরম্বগীনো ?

জজনা ৱায়েল্লকই, "ঈশ্বরগী অশিবা মশাসে মকক মকক কল্লগা জাতি খূদিংনা য়েম্থোক্লরো ? অদুগা পৃথিবীসিগী মশুং মচা অমমমসু য়েনবদুদা য়াওহনখো । মদু লুচিংবা ওইনীংবশিংগীদি শূকশোয শোয়দনা অপাম্বা ওইগনি । হৌজিক্তি, ঈশ্বর শিখ্রবনিনা মীনা পেল্লগা লোইরে ৱায়েন হায়ববু ।"

য়ান্নরবা মীয়ামদুনা য়েন্ননবা অশিবদু কৃদগী লৌথোরকপদা উরে : অহল ওইমন্দুনা শুরুক থীরবা, পেং চোইরবা, হকচাংগী কয়াৎশিং লোইনা শোইনাইরবা অসিমক্লা ওইরে মানা হিংলিঙৈদসু পৃথিবীসিদা থোকহৈদবা থৌদোক ৱাথোক কয়া থোক্লকপদা খঙদা উদদুনা তুমিন্না লৈরম্লিবসে । অদুগী মথক্তা ঙারী ওন্দুনা লোইনা কংশিল্লম্লিসিনা তাকপদি মহাকসি শিবা কুইরবজাৎনি । অদুননি পৃথিবীসিদা তোরোরিষ্ট অমদি সুনামিনচিংবগী তমথি তম্থিরবা অনৌবা মীহাৎ কয়া তোয়না থোক্লক্লিবসে ।

তাং ২২-১০-২০০৬

# খঙহঞ্জনীংবা

প্রেসর গ্রুপ খরগী পৌরপ তৌবা শেলগী দিমান্দশিংদা য়াশিন্নবা ঙমদবদগী মায়থীরবা লান্মী অমা ওইনা এদুকেসন দাইরেক্তরদা মশাগী থবক থাদোকপগী চে পীশিল্লুরগা য়ূম য়ৌরকপদা মঙাইরি হেদ মষ্টর ওজা চাউবা। নুংশাদা ব্রানা চৎলুবগী অব্রাবা হন্দোকপা ওইনা মাগী নুপী য়াইন্বীদা লোলহল্লকপা চাদু থক্লিঙৈদা মীয়াম্‌গা মীমান্নদ্রবী মমৌনুপী ইবেমহলনা মথন্তা শিথ শিথ নোক্লক্লিবদু তাবদা চাদু থকপা ঙল্লক্ত্রদুনা তেবলদুদা থল্লগা উংদুনা লৈ।

চঙলক্লবগী ইঙ্গিৎকা অমতা পীদনা নহা অমা ফ্রী ব্যবহারদা প্রপ প্রপ চঙলক্লগা মীথুং কাসিগী ইশে শেগায়রবাসোফাদুদা ফম্লে। য়েংথোকখিবদা লাপ্তক্লা শঙ্গোয় মচিদুদা নহা অমসু লৈবা উই। ওজা চাউবা করিসু থৌশাদে।

নহাদুনা, তৌরগে মতাগুম, য়েপ্লক্লিবা নোংমৈদু শত্তোক্লগা তেবল মথক্তুদা তপ্পা থল্লগা, হায়রকই, "ওজাদা শিন্নজখিবা, স্তাফকী তলবতগী ককপিহৌ হায়বা পার্সেন্তেজগী শেনফমদু পুথোকপিবক্লো।"

ব্রা ঙাঙদে ওজা চাউবা। অমত্তা য়াওদ্রবা মাগী চা গ্লাসতু থাংগৎ থাংগৎতুনা অদুম থক্লি। মাগী উশিত্তবা মানবা মতৌদুদা নহাদুনা খোন্দু লয়খৎলগা হায়রকই, "করিনো ওজানা পাউখুম অমত্তা পীবিদ্রিসিবো? খঙজিন্নদনা তুমিন্না লৈরগা অদুম য়ারদ্রো?"

ওজা চাউবনা থৌ-ব্রা ইশা শাদনা তপ্পা খুম্লকই, "পাউখুম্লিনে ঐনা তুমিন্না লৈরিবসে।"

ছুটি থাগ্রবদা হেদ মষ্টরনি শারদুনা ওজা চাউবনা ওজাশিংদু স্টাফতা কৌশিন্দুনা স্টাফ মিতিং তৌরি । মনুং সরকার মঙাগী পার্সেন্টেজগী শেনফমদু পুথোক্লরক্লবা হৌদোক্লুই । মদুদা ওজাশিংদুনা অঙম অঙম্বা খরা খরা পীগে হায় । য়ারোই, অকক্লবা পার্সেন্টেজকী শেনফম্মি হায়রুবদা ওজা অমনা, "ওজানা নমদুনা শেল কক্লবদি ঐদি আর্মিদরা কমান্দোদরা তাকচনি ।"

উপায় লৈত্রবা ওজা চাউবা চত্তবদি য়াদবনিনা পার্টিনা কৌরিবা থাপ্লবা লোক্তাক খোঙবান্দা লৈবা খোরদাক ঈচিল য়ৌনবা মাগী একাগাড়ী লুকোকপদু পোথা পোথা থৌরকপনা নীংদুদুসু লোইনা কুরোল হুরে । কোয়য়েং য়েংই । কনাসু উদে । উরুম অমদা হাইরপ পোথাদুনা লৈরিঙৈদা ফৈজোম শেৎপা চহী য়াঙ্খেরোমগী অহল অমা মমায মকশিন্না অশীবগুম্না লাক্লিবদু উই । একাগাড়ীগী স্তেন্দু হাইথরল্লগা অহন্দুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংলুই ।

অহলদু মমিত্তুদমক য়েংলকহ । খুমদি খুল্লক্তে । মমায় নাকন নাম্মা ঙাংশং ঙাঙই । তাঞ্জাদুদা খুদোংচাবা অমা লৌশিল্লগা, " মফমসিবু ?"

মমায়দি লৈথোক্তনা মখুৎ খূবীনা মতুংলোমদা হাইরপ থিল্লল্লগা পন্থদনা অদুম চৎখি । ওজা চাউবা মদুগী অর্থ খঙলদুনা থিল্লম্বা মায়কৈদুদা চঙশিল্লি । খরা চৎলগা লৈপূং অমগী মরুমদা লৈবা লৌশঙ অমদা মী অনী অহুম উই । চঙশিল্লি । মশাবু শক্তাকই । মাগী য়াওরকপা শেনফমদু পুথোক্তুনা কৎলি ।

য়াদে । মাগী মখাদা লৈরিবা ওজা অতৈদুগী শেনফমদুসু য়াওদ্রবদি লৌরোই হাযদুনা ফাক্তোক্লম্বা বোয়দু খুমজিনখ্রে । ঙাঙনৈ । য়ানবা পুরকপা ঙমদে । মপান্দা লৈবা খরা ফিংবা অমনা চঙশিল্লক্লগা, " নঙগী কদর খঙলে । ঙসিখক্তবো নঙনা তৌরিসে ?" হায়রগা খূবাক্তুনা নাহুম্দুদা ফৈনা থাজিল্লকই ।

জ্ঞান তারকপদা মাগী মমাঙদা মমি শামি মী তরা কুন লৈ । ফাথরগা মুন্না অমুক য়েংবদদি হান্নগী মখোয় অহুমদুদা ওইরম্মী । ঙাইহাক তূমিন লৈনরুরবা তুংদা অমনা "মথং থাগী তাং ১০দা য়ূমদা ওইনা লাক্লগে । নুমিত্তুদদি শেল শুনা লৌশিল্লমদ্রবদি নশাগী কূ চল্লগা থল্লল্লো" হায়রগা থাদোরক্লে ।

একাগাড়ীদু ইল্লগা থোরক্লে ওজা চাউবা । অসুম লাকপদা খল্লি পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা নীংতম্বা তানখিবদা অসুম্না লোইনা তৌরমগদ্রা? হয়েংনা অতোপ্পা পার্টি অমগী মফম অমদা চৎকদবনি । মদুদনা করি হায়রুবা ? মখোয়না করি অমুক তৌরকপা ! নুমিৎ মরিনি শুবদসু পার্টি অমগী ! লৈঙাক শাসন হায়বসি করিনো ? কাঙবু কাঙবু কয়ানা নিংথৌ, অঙম অথৌ ওইনিংবদগী, মীওই খরগী মথক্তা নেত্তুনা পান্নীংবদগী মখোয়গী লৈবাক, ঐখোয়গী লৈবাক

হায়দুনা খায়দোক্লবনি ? মখোয়শিংসে অমত্তা লৈত্রবদি পাক চাউরবা পৃথিবী অসি লৈবাক অমতা ওইরমগনি ? মদুম তৌরবদি লান হাযবদু শৃক্লৈ লৈরম্লোই ।

" কৈদৌরগে মুরুম মুরুম শোন্দুনা অথেঙবা অহিঙসিদা একাগাড়ীদু নখোঙনা ইন্দুনা লাক্লিসিবো ? থৌরগা ঙল্লিদৈঙদা হঞ্জিল্লকপা য়াদ্রা" হায়বা খোঞ্জেলদু তাবদা খংপ্রেক খঙই ওজা চাউবা । য়েংথোকখিবদা মাগী নুপী য়াইমবীনা লালতেন অমা পায়রগা শৃমাঙ মতোন্দা লেপ্লম্বদু উরকই । ও খোরদাক ঈচীন্দগী সাইকলদু মখোঙনা ইন্দুনা সুম লাক্লম্লেদনা সিদি !

চাক চাদে । ঈশিং খরা থকচিল্লগা ফমুংদা চঙখ্রে । অদুবু তৃম্বদি য়াদে । ঙাইহাক ফমুংদা ওন্দুনা লৈবম্লগা নোংঙান্দ্রিদৈঙদা মাগী একাগাড়ীদু ঈন্থোক্লগা অমুক থোকখ্রে খাম্বা য়াদনা । স্টাফকী ওজাশিংদুদগী পার্সেন্তেজকী শেনফমদু পীদবা য়াদে হায়দুনা মথৌমক ওইনা থৌবা চৎপনি ।

কনামত্তনা পীবিরক্ত্রে ।

উপায লৈত্রবা উজা চাউবা, পার্টি অতৈনা কৌরিবা মফমশিংদুদসু নুমিৎ নুমিত্তুদা চৎতুনা অচুম্বা ৱারীদু লোইনা লীরে ।

" অদুদি ইবুংঙো, মথং থাগী তাং ১০দা য়ূমদা লাকপিরোকো । "

" হৌরেল হয়েং হায়দুনা মতম থাদোক থাজিন তৌরিসিবু, ঐখোয় তোনখিবা শেন থৌবা লাকপা ওইনা উরুরবরো ? 'সিবু ফাগিবো ?"

মীকপ খংথোক থোকই ওজা চাউবা । অদুবু করিসু তাদবগুম্না অমুক মাগী করিসু যাওদ্রবা চা গ্লাসতু থাংগৎ থাংগত্তুনা অমুক থকপা হৌরকই ।

"ওজা, থোক্লসি ।"

পাম্বোম পায়রগা চিংখৎলকপদুদা খংপ্রেক খঙই ওজা চাউবা । পায়রক্লিবা খৃত্তু কন্থোক্লবদুদা নোংমৈ মচা অমা চুবাদুদা লৈরম্মী । অদুবু করিসু থৌশারুদনা লৈখিদ্রবা মচানুপা থোইবগী ফোটোদুদা অমুক য়েংলকই ।

"নখোয়না নৎত্রো ইপুরোইবা হাৎখ্রিবদো ? চন্দান নখোয়দা হাৎলগে ।"

ওজা চাউবনা মমায়দু তপ্না লৈশিল্লকপদা ৱাখল চোইববী মমৌনুপী ইবেমহলনা মকোক মরু ইফা ফানা শুমজিৎ অমা পায়রগা নহাদুদা ফৃরম্লি ।

"ইবেম্মা য়ূমদা লাকপা মীদা অদুম্না তৌবা ফত্তেকো । চৎলো চৎলো "

ইবেমহল চঙখ্রে ।

মপান্দা মচানুপাগা মমৌনুপীগা ঙাঙনরিবদু তারদুনা লেত্রিন মনুংদগী থুনা থোরক্লগা ওজা চাউবনা লোন্না হায়রকই, "মশক খঙদবশিংদগী লাকপা তেলিফোননিনা পায়বা য়াদে । মতমসিননি, ঐখোয়না নত্তে । কনেক্তিং লাইন্দু শক্তোক্লগা থম্মু নৎত্রগা হেন্দ সেটতু লোংথোক্কুনা থম্মু । কনানা খাঙবা ঙম্বপোৎনো ? খরা হেনমল্লে ।"

থোইবসু অয়ুক্কী মথৌ তৌবা লোইরগা মীথুং কাদা চঙলক্কুনা তি. ভি.গী রিমোটতু লাল্লগা নেসনেল জিওগ্রাফিক্কী চেনেলদু থিবা হোৎনরিঙৈ মচানিপা অতোনবা মরোন শুদ্রিবদুনা চেনশিল্লক্কুনা রিমোত্তু মুল্লগা হায়রৈ, " পপা, পপা, মী লাকএ । ঐঙোন্দা কৌথোরকউ হায়রিবা । অদুদা ঐনা পপা লৈতে হায়রল্লগা চেল্লক্লিবা । পপা পৈশা পীয়ু হায়রক্লনি লোৎলুরো।"

শাউজাৎলগা থোইবনা, "হাই ননাউমা, ঙসিগী গেৎ শো কনানা হাংলুগে ?"

মনুংলোমদগী খুল্লকই " কনমত্তনা হাংদ্রিনা । শোদি য়ানফম্মদা অদুম লৈরি । "

"গেৎসু সুকহাং হাংদবা, তেলিফোনসু সুকপায় পায়খত্তবদুদা গেৎ কাখৎলগা হেক্তা চঙজরক্লবনি তামো ঐখোয় " হায়রগা তূমিন লৈখি ।

চেনবসু নংহৌদ্রবনিনা তিঙক মায়ঙক্লনা ঙাইহাক লৈরুরগা তরাম তরাম কৌশিন্দুনা সোফাদুদা ফমহল্লি । য়ুমদা লাকপগী মরম নাকোয়ননা হংই । হংলক্লিবা ব্রাহংদুগী পাউখুম পীনা পীনা নহা অমনা কুদাম খরা লৌথোক্লগা মথবাক্তগী অপাকপা ফাইল অমা পূম্না চিংথোরকই। সাইদ তেবলদুদা থল্লগা মথং মথং ফাকথরকই । ফাইলদুদা য়াওরিবা চে-চাংশিংদুগী মথক্কী ময়েকশিংদু মীওই কয়ানা মঙোন্দগী মফম কয়াগী, থবক কয়াগীদমক্তা লৌখিবা স্পেসিএল কন্ট্রেক্টর থোইবা মশাগী লেটর হেদকী ফোটেস্তেট কপিশিং ঙাক্তেনি । ওয়থংবা নাকচেক অমদি মখাদা ইঞ্জিনিয়ার অমদি মন্ত্রী কয়ানা অয়াবা পীবগী ফোরব্রার্দিং কয়া ইরি । মানা থবক অমত্তা শূরুদ্রবসু মাগী লেটর হেদশিংদুদং চাইথোক্লগা মদুদগী লাকপা পার্সেতেজদুদং চারগা য়াম্না ইংনা হিংজরিবনি ।

তৌনবিবশিংদু থংনবা কাদগী লাপশেন শেন্নদুনা ওজা চাউবগা মমৌনুপী ইবেমহলগনা য়েংলি ।

"চিফ ইঞ্জিন্নিয়ারনা পীরকপা রিপোর্টকী মতুংইন্না মমাঙগী শেনবা চহীগী থবক শূবা লোইখ্রবা শেনফমসি তামোগী ফার্মদতা ক্রোর ১৭.৮ লোম্লি অদুগা হৌজিক হৌজিক মখা চখরিবনা লুপা ক্রোর ২৫.৩ লোম্লি। "

মশাদু বং চুশিল্লগা "হৌজিক হৌজিক ঐঙোন্দা দিমান্দ লেটর পীররিবসি পূন্না তরেৎনি। অদুনা ঐ খন্দোকফম অমা . . . ।"

রে-বানগী গ্লাস উপ্পা নহাদুনা পুল্লপ শমজিল্লগা "এক্সন পার্টি। ঐখোয়না পায়জরক্লিবসে কনসর্ন অথোরিটিশিংনা পীরকপা ফোটোস্টেট্ কোপি ঙাক্তনি। তামোগী ফার্মসিগী মিংদা ইরকপা চেক খূদিংমক চাদা তরামঙাদি খাইবিদবা সুকয়া য়াদ্রবা। কৈদৌঙৈ লাকচৌগে ?"

খংলাক খংজিন্দা থোইবনা " ইবুঙো নখোয়না ফনা হায়রবসু ঐ মদো সুকঙম ঙল্লোই। ঙমদে হায় হায়দুনা নখোয়না হাৎকে হায়রবসু হাৎলু। চীংগী তমগী পার্টি তরানিথোইগী ৭০% ফাওবা, মন্ত্রীগী ১০%, এসোদগীনা এস ই ফাওবগনী ১২%, নখোয়গী ১৫% হাযবিবদুগা পূন্না ১০৭% কক্কদবা! থবক শূকসু শূদনা আকাশ বিলদা লৌরবসু ঐনা ৭% ফূক্কৎতৌরি। লৈবাক্কীদমক খন্দুনা লালহৌরিবা নখোয়না, লৈবাকসিগী শেমগৎ শাগৎনবা শেনফমদগী নমখাই খাইদুনা লৌরিবসে, লৈবাক্কী দাযিত্ব লৈবশিং অচুম্বা তৌহনবগী মহুৎ হূবাল্লু, লৈবাক মাঙনবদা তৌ হাযবা নৎত্রা ? লৈবাকসিগী তুগী লাইবক করিমত্তা খন্দ্রবরা নখোয় ? "

পার্টি অনীদু পীদবা য়াদে, ঙল্লোই হাযদুনা ফনা কুইনা য়েৎনরবগী তুংদা "ঐখোয়গী কেম্পতা তামোসি মতম খরা ব্যবহার তশ্বীরুদবা য়াদ্রে। লেঙলসি" হায়রগা নোংমৈ চীন্দোন্দা ফারগা পুথোকখ্রে থোইবা।

ওজা চাউবগা মমৌনুপী ইবেমহলগা তান্নদুনা থোইববু পুবিখিদনবা হাযজে। অদুবু তাবিবজাৎ নত্তে। মমাঙদুদা চেনখৎতুনা থৎলগা ইবেমহলনা খুকমদুনা হায়জে। অদুবু নূংদা ঈশিং চাইরবদি পেখোরকপগী মহূৎ ইশং কাশিল্লকই। উপাই লৈররোই হায়বা খঙলক্লবদুদা ইবেমহলনা মপুরোইবগী মখূৎপু পায়রিবা নহাদুগী মখূৎতু শেত্তোক্লবা হোৎনৈ। ঙল্লক্ত্রবদুদা নহাসিগী মখূৎসিদা ইবেমহলনা হূইদৌনা ময়ানা চীকখ্রে।

চৈনা ফজনা ফাওরবরা করিনো নহাদুনা ইবেমহলদা মখোঙনা অবোয়বী থাদুনা কাওরকই। ইবেমহল পাইথোবক্লগা মকোক্তুনা মাংগোলগী সিডী মচেক্তুদা য়ৈরগা তাখ্রে। লেঙ লাকখিদ্রে। মচাশিং অমদি মকুবোক চাউবনা ইবেমহলবু লব্বাইদা ঈশিং থাদুনা লায়কন্নরিঙৈদা থোইবদি নহাশিংদুনা অদুম নম্পু পুখ্রে।

ঙাইহাক লায়কন্নববদসু জ্ঞান মতারক্ত্রবদুদা লৈকাইকী মীয়াম চঙদুনা হোসপিতালদা পুরে।

নুমিৎ য়ুংখৎলক্লবদা, কেজুয়েলটিসিদা ওক্সিজেন থাজিন্দুনা খূৎশেমগী

শ্বর হোলহল্লিবা ইবেমহল জ্ঞান খরা খরা লাকপা মাল্লি । ঙসাইদগী উপাই লৈতনা অকোয়বদুদা তুম্পক তম্পক লৈনরম্বা ময়ামদু মথম্মোয় খরা খরা চাউখৎনরক্লে । তাঞ্জাসিদা পুলিস কাংবু অমনা নোংমৈ কাপ্লবদা মখোঙদা শোকপনি হায়দুনা মীওই অমা অমুক পুশিল্লকই । ঈ য়াম্না থোকমনখিবনা অশোকপদু শিবে হায়। ওজা চাউবনা চঙলগা য়েংলুবদদি কনাসু ওইরমদ্রে।

ময়ামদু থিংবা য়ানদনা হৌনা কপখৎনরকপদা হৌজিক্তা জ্ঞান তারক্লিবী ইবেমহল খঙখ্রে । মথম্মোইদা মরুভুমি তরেৎকী মৈশা ওল্লগা মনাতোন্দা থাজিল্লিবা ওক্সিজেনগী মরী মরাংশিংদু পুল্লপ ফোয়দৎলগা ফমুংদুদগী ফৈনা চোংথরক্লে । লৈমায়দুদা মরাইবক্তুনা য়ৈশিল্লগা অমুক তাখ্রে । অদুদগীদি অশিবদৌনা তুমিন্না তাদুনা অদুম লৈখে ইবেমহল ।

নুমিত্তুদগী ৱাখল চোইরবী হায়বদু অদুম ওইখ্রবনি ইবেমহল ।

খঙশিন্নদবা শাদুনা লৈবদুদা ওইরে নহাশিংসিগী খ্বাইদগী অশাওবী । শাউরবনিনা ওজা চাউববু নমপু পুথোক্লবা তৌরকপদা, মশানা মশাবু নোংশানি হাযজবা নহা অহুম প্রপ প্রপ চঙলকই । ৱেটিং কমদুদা মী লৈরম্বদু উবদা করিসু থৌশাদনা মশাগী যূমদৌনা যূময়ায ফাওবগা চাকশঙ পাংনা জ্রি জ্রি চঙখ্রি ।

মখোযদু হেক চঙখিবগা ইকান কান্নদনা য়াইশ্বীনা ওজা চাউবদু কৌশিল্লে অদুবু লৈরল্লিবা অবস্থদু উবদা মখা তাবমদনা থুনা অমুক তনহন হনখি।

কুইদে, হৌজিক্তা চাকশঙ তম্না চঙখিবা নহা অহুমদু খূৎলৈ থুনা চেম্বোরক্লগা নোংমৈ পাযরিবা কাওনয়েন্দুদা “মরমসিবু ?”

“অকৃপ্পা মরোলদি ঐখোয়না থাদোরক্লকান্দা মশাদগী ওইনা লৌবিরো ।” হায়রগা ইমুংদুদগী চিংথোকখিনবা হোৎনরকই ।

অমনা পুদবা য়াদে, অমনা পুখিবা যারোই হায়দুনা কাঙবু অনীদু অওক অথোমগী চীনগী বোলি বল শান্নমিন্নে ঙাইহাক । অদুবু ওজা চাউবদি য়াওসু য়াওদ্রবা মাগী অহাঙবা চা গ্লাসতু থাংগত্তুনা পঙথক্তা থক্লি । অমুকসু উপথোক্তুনা যেংই । করিসু য়াওদ্রে হায়বা অদুম মখঙই। অদুবু থাংগত্তুনা থকপদি লেপ্তে । নাকন্দা শক্তি অনী খূৎলাইগা খূৎলাইগা ৱাইনরিবদু করিসু থৌশারুদে । য়েংগেসু খল্লুদে ।

থোইবগী ফীরোয় নুমিৎনি । লাক্লিবা, থোইবনা হান্না তিন্নজরম্বা ভি আই পিশিংদু মখোয়গী হৌনবী চাক ঙাইবা ওইনা কা অমদা থকপা চাবা তৌরি ।

কারবারৱালা তোনুনা লৈয়েং ইফাই ফাইনা মতৎ মতৎ " ঐখোয়' মণিপুর মচানা অতোপ্পা স্তেটশিংদা মহৈ তম্বা চৎপদা চহী অমদা লুপা ক্রোর লীশীং লীশীং হেন্না থাদোক্লি । মসিদগী খরদং কোক্লবা ঐগী প্রাইভেৎ ইন্সটিটিউটতু, দিল্লীদগী মহাজন অমগা সিয়ার তৌনরগা এম. বি. বি. এস. অমদি বি. ই. কী খুদোংচাবফাওবা থম্লবা হোৎনবনি । থবক হৌগৎলপপদা লুপা ক্রোর অমা দিমান্দ তৌশিল্লকপগী পাউ তাবদগী দিল্লীগী মহাজন্দ তোকখ্রে । মখোয়গী দিমান্দু পীদ্রিমখৈ ইন্সটিটিউটুতুসু মতম কক্তনা থিংজিনবিরে। হৌজিক্তি ইন্সটিটিউতু ওরিসাদা লিংমিন্নবা তারে । মসিদা মাঙজরিবসি কনানো ?"

এডিসনেল চিফ ইঞ্জিনিযার কাওবনা " থিকা পীদবা যাদে হায়না নোংমৈ নল্লবসি মশীং থীঙমদ্রে । খাঙবা ঙন্লক্তবদগী ব্রাক ওরদর পীখিবা নুমিত্তুদা তাং থাদনা ফাইনেল বিল কায়নবগী চেকসু নোংমৈ চীন্দোন্দা ইহল্লি । খরা লৈরগা পার্টি অমমুক লাক্লগা 'মান্নরগা লোন্না পীখ্রিবা নৎত্রা' হায়দুনা ফুবম্বদনি ঐগী ওয়থংবা খূদাংদা তেক্কুনা হোসপিতালাইজ তৌখিবদো । মদু খবা ফরে হায়দুনা যূমদা হেক হল্লকপগা অহুমশুবা পার্টি অমনা, বিল ইখ্রবা থবক্তুগী চাদা তবা পীদ্রবদি, হাৎকনি হাযরকপদগী কিদুনা জি পি এফ লৌথোক্লগা পীখ্রে । থবক শূকশূ শূদনা শেল কাযথোকপ্পবদা, ক্লবনা, লম্বী শেমদী শেমদনা বিল লৌথোকখ্রে হাযদুনা পাউচেশিংদা ৱাই চাইঙৈ ইখ্রিদুনি । অসুম্না তৌবগী ভিজিলেন্স কেসনসু ইথক্তা নম্বো পোদুনা লৈবে । অদুনা ঐ মতম খরদং পোশাকুনবা থবক থাদোক্লগা মীরৈবাক্তা হযেংদগী চৎকদৌরিবসিনি ।"

এফ সি এস দাইরেক্তব মুনান্না মকোক ইতাও তাঙলদনা, " মণিপুরগী চহী অমগী লাকপা এফ সি এসকী পোৎলম খূদিংমক্কী তংখায অমা মখোয়দা পীদো হায়বগীনি ঐগী য়ূমদা বোম হুঞ্জিনদুনা পোখায়হনখ্রিবদো । "

ডি. আই. জি. অমুবনা " ঐদি লন থুম পূম্বা মণিপুরদা অমত্তা থমদ্রে । বেঙ্ক একাউন্টফাওবা মীরৈবাক্তা হাংলে । পেন্সন হেক চৎপগা মণিপুরদগী চৎলনি । মণিপুর মচাশিংসে থবক্লা শূনিঙদ্রিবা, স্তেন্দরনা পাল্লিবা, হক তানবনা কল্লিবা ।"

ৱাহৈদুদা ময়ামদুনা খূবাক প্রোক প্রোক খূনদুনা "শিংইহে, শিংইহে" হায়না লাউন রকই ।

ত্রান্সপোর্ট সোইসাইতি অমগী সেক্রেটরী চাউতোন্না শরক মেনশিল্লদুনা হায়রকই, " হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী লমদমসিদা, লিদর য়াম্না ওইজনীংবা, মকোক্তি য়াওদবা খরনা লিদর ওইহৌনবা মনুং সরকার শম্নরগা ইরাং তৌবা

য়াবা মরম থিবদা তূম্বা চাবা খঙনদ্রপোৎনি ।”

বি.বি.সি. গী কোরেসপোন্দেন্ট রাঘবন্না মমিৎ মনা শংদোক্লগা ইংলিসতা হায়রকই “ ব্রাঃ! সেক্যুরিতিনা মন্ত্রীগী ক্বাটর রেদ তৌবদা য়ু. জি. ফাবা ; এম. এল. এ., মন্ত্রী, রেস্পোনসিবল ভি. আই. পি. খরনা য়ু. জি. দা থাগী তেক্স পীবা; সরকারনা চৎনহনবা ঙমদবা লো য়ু. জি. শিংনদি ইরায় লায়না চৎনহনবা ঙম্বা । লোনা সরকারনা পায়বা, ওরদরনা য়ু.জি. শিংনা তৌবা !”

মথংদা কারবারব্রালা কম সপ্লাইয়র দীনেশ অগরব্রালনা মণিপুরী ইশেং শেংফাত্তনা “অমেরিকানা পৃথিবীগী ব্রেন দ্রেন কন্ত্রি ওইরিবসিগী ওন্ন-তৈনবদা, লমদমসিদগীদি অতৈ লৈবাকশিংদা ব্রেল্থ্ দ্রেন, ব্রেন দ্রেন তৌথোকখ্রি। ঐসু ঐগী ফার্মদা শেল থাদদবা কুইরে। বিজিনেস সেন্টর হোংনবা লেপ্লে । অসুম্না অসুম তেবল কোকশিংনা মরল মথুম অতৈ স্তেত্তা থৈদোক্লখ্রবদি মণিপুরসি কুলি কোক শিংতনা খুন্দাবা চূপথোকখ্রবা থরোই অহান্বা ওইরকপা তাবনিনে বাবু । চাউখ্রবা মীগী লৈবাক্তদি লালহৌবা পার্টি মশীং য়ামদে অদুগা খূজিন মমায়মুক পাকপা মণিপুরসিদদি অশেঙবনি খঙদে শেংদবনি খঙদে পার্টি লীশিংমুক লৈরেনে বাবু । তুংগী মীরোন্না মসিগী ইতিহাসকী তাংককসি নৈনরকপদা পূক্লি তৎপমখৈ নোকপা তাবনিনে । করি লাল্লে ?”

মতাংদুদা ত্রান্স্পোর্ট সোসাইতিগী সেক্রেটবি চাউতোন্না ওক্নুনা “ উমঃ! চুম্মী । পোখোক লৈজদবা মণিপুরদা লালহৌলূপশিংদা তঙাইফদনা তৌহন্নীংবদি, ঐগী মোত্তা, মখোযনা হযেং নিংতম্বা ফংলক্লবা মতমদা লৈবাক মীয়াম হিংহনবা ঙম্নবা পোখোক পুথোক্লবা শেঙ্গাও পায়বশিং মীরৈবাক্তগীফাও কৌশিল্লগা ইন দস্ত্রি লিংখৎহনগদবনি । অদুদা য়াম্না লুরিবা অমনা, কৌশিনবদি লায়রদনা মণিপুরদা লৈরম্বা অফাওবা দাক্তর, প্রোফেসার, শেঙ্গাও পায়বা নত্তবা, শেনয়ায় পায়বফাও করিগী চেন্নখ্রিবনো হায়বা থোইদোক্না খন্থনদে ।”

তাঞ্জা সিদা অতোপ্পা কাঙলূপ অমগী সরথী অনীসু থুংলরে । মশক খঙনবা য়াওবরা করিনো, উংখৎনরম্লিবা শক্তি অনীদু ফাথদুনা ন্যুত্রেলাইজ তৌনবা হোংনৈ । শক্তাক্রে মখোয় মশেল । অদুগা জ্ঞান তানা হুন্দোক্লরগা ফমথখিবদা মঙায়রি । অতোপ্পা ফাইতিং গ্রুপ অমগী দোলাই অমমুক থৌজিল্লকই ।

মপুরোইবদা অমুক য়েং, নহাশিংদুদা অমুক য়েং, ফক্লাংদা থেৎলিবা মশূনিপা কমান্দোদুগী ফোটোদুদা অমুক য়েং ফ্রঙ ফ্রঙ চোংদুনা খাঙলি য়াইম্বী ।

করি থোক্লগবা হায়দুনা মশাদু থক থক নীক্লক্লে ।

মঙাসুবা সরকার অমসু য়ৌরক্লে । নুমিৎ মঙা পূন্না হেক শুবগা, ইথা থাজদনা মোমোন নোক্লদুনা হৌনা খৌদেল্লকই ওজা চাউবা ।

নোংমৈ চীন্দোন্না দান নপ্লৌ লৌবশিংদুনা ইঙক ঙক্লরিঙৈ ওজা চাউবনা তপ্লপ্লা হায়রকই, "মীশীংনা অনী শিকি, পার্টিনা লীশীং । অরোনবা বেল্লোটতা ভোৎ লৌনরবদি নখোয়সু নখোয়গী নমিদু উদৌবা । মোরেল সপোর্টতি য়াওদনা, নোংমৈ কিবখক্কী ফিজিকেল সপোর্ট খরদং পীবসিদা, নখোয়সে মীয়াম্মা য়ারি হায়না লৌবদি মদুগী পোলোই অফবা ওইগনি থাজদে । নখোয় অমা শিরে হায়বদা, শেল লৈত্রফাও মীঙোন্দগী পূরুরগা ঙা লৈরুচো হায়বা মীগী মশীং যামখৎহন্নবা শীন্দবা ফৈ । মীয়ামগীদমক খন্দুনা নথ্বায় পাম্মুবা লৈতনা লালহৌরিবা নখোযনা মীচমদা অসিগুম্বা চৈনাবু পীবা হৌনবরনে ?"

ওজা চাউবগী ৱাখলদা লাক্লিবশিংদু অশেংবা য়াওল্লোইশিংনি হায়বসি থাজবা শূকঙম ঙমদে । য়াওল্লোয়শিংগী আর্দশতি অতিয়া পক্লা ৱাংবনি ।

মখূত্তা পাযরিবা গ্লাসতু তেবলদুদা থল্লল্লগা মখোয মঙাদুগী মরক্তা চঙশিল্লক্লগা, "হৌজিক্তি য়ারে । ঐগী খোঙ অনী, খূৎ অনী, অমনা কোকসে পায়রগা শেগায়নরো । অদুগা নঙগী নঙগী পারসেন্তেজগী সিয়ার লৌনরো । নখোয়গী দিমান্দ পীবেদনা । হৌরো, য়ারে" হায়বগা মখূৎ মশাদু লোইনা তিংথোরক্লে ।

পান্থি নিৱাস, দিসপুর

মে ১, ২০০৩

# তোল্লমু মচাগী নাহুৎ নারেং

ঈ ঈ তোমচাগী মচাগী চুডাকবণগী থৌবম যাওবা লাকপশিংগী গাডীশিংনা ত্রাফিক জাম থোক্তুনা লম্বী পূমথিং থিংখ্রবদা ত্রাফিক পুলিস অমদি কমান্দো লাক্লগা গাডীশিং চৎহনখিনবা হোৎনবদা পূং কযা চূপ্না অৱাবা ওইখিবদু মীযাম্না ৱাবীনবি। চাক্লুক লীশীং অমগা চামবি হেন্না থাই হাযনখিবনি।

অহল মশেল মূকখাযন বিঙে তোল্লমুগা থাবল্লেগা লুহোংফাল ফমখিদে। হোসপিতালদগী দিজচার্জ তৌবা যাদদুনা মচাগী যষ্ঠি পুজাসু চাউনা শোলহৌদে। চাকউন্নবসু। বদি দে তৌগে হাযবসু চহী মবিগী মনুংদা অমুক্তগী হেন্না ফংদে। মদুসু তৎনবগুম্বা, নাতে চাদবা নুমিৎশিংদা হেক হেক তাদুনা অমুক্তা পাঙথোকপা ঙমদ্রি। চৎখিবা মীগী দেব কম্মগী মশীংদি থীঙমদ্রে। খবা ফবা নুমিত্তদি মফম তবেৎ নিপাল অযুক্তগী হৌনা চৎলি। হযেং মচাদুগী লুহোং কৈহোংবদবুদি পোৎযেংশিংদু হল্লক্কনিদি হাযববু খূল্লঙ লৈনখিবশিংদু শিখি নাখিবা, নৎত্রগা কাউথোকখিবসু যাওবক্লনি।

ফক্লাংদা থেৎলিবা বার্তনশিং অমদি অমনবা দাইরিশিং ফাক ফাক্তুনা, নীংশিংদুনা নুমিৎ মঙা তাবানি চঙনা মখোযগী খূল্লং লৈখিবা মীগী লিষ্ট অমা শেম্লে। শাগৈ নাতে অমদি মবী মতাগী থাদনা চাউবাক্লা মী চাত্রেৎলোমদি

শুবে। পাঞ্জিদা চত্তুনা অফবা নুমিৎ অমদি পুংফম য়েংলুবদা লাক্লিবা ফাইবেনগী মঙানি পানবা নুমিত্তা মচানিপাগী নাহুৎ নাবেং তৌবা তাবে।

বামোন ১৬ হায়কবে। মাগুব সার্ভিসকী কাংবুদা মাগুব খনবিনবা এদভান্স পীকবে। মী লীশীং অমা চাবদা চঙগদবা পোৎলমশিং বামোন অমদি অবাংফমগা তানবগা লৈশিল্লে। থা মবি মঙা তলব ফংনদবগী শেল তৎপা মতম্লিনা থাবল্লেগী লীক, খুজি, লৈ লোইনা কাযখ্রে। পোৎযেংদগী লাকপা শেনফমদুনা কায়থোকখিবা সনা অদুগুম্বা শরুক মবি লেপশিনবতা নত্তনা অহনবমক নৎত্রবসু সেকেগু হেন্দগী মাকতি অমদি শোযদনা তোংবা ফংলগনি হায়বগী আশাদা মখোয়নীগী থম্মোযদু লৈনুংদা লোত্তুনা পানবা থৈবোং অমুনবগুমখ্রে। অবাকপশিং পেলহন্নবগীদমক যুঙাংগী এদভান্স পীখ্রে।

নুমিত্তু ঙসিনি। থংনবিবা যূম অহুম মবিদুগী শূমাঙশিংদুসু যাওনা মাগুব খল্লিবদু যেংবদা ফনা চাউই। মতৈ মনাওখক্তনা লাক্লিবা মযামগী পেন্নবা তৌবা ঙল্লোই হাযদুনা লৈকাইগী নহা কুনমূকসু নেক্লিপোৎনি।

ময়াম লাক্লববা হাযনা থোঙ্গাল্লোমদা চেপথ চেপথ যেংবদা নাপেৎনা মচাগী নাহূৎ নাবেং তৌবিবদুদা মপূক্লিং লৈতানা যেংজবা ঙমদে তোল্লমু।

জীপ, কাব, গাডী মচাশিংদা মবি মতা অমদি মমান্নবশিং লাকপা হৌনবে। চাক ঙাইবা ওইনা থংনবা যূমগী মীঙাই কাশিং, মাঙ্গোল অমদি শঙ্গোয়গী মচি মচিদা ফমদুনা হান্নবা থৌবাং তৌদুনা থল্লবা যুঙাংশিং থক চাবা হৌনখ্রে। মখূৎতা প্লেট পায় পাযদুনা চাক থোংলিবা বামোন্দগী ঙা অতাওবা, অঙৌবা, অথোংবা হোন হোন্দুনা মাবিনবি। মথম্মোই পেলহন্দুনা নিশা ব্রাউবি ব্রাউবি পানখৎহল্লগা পোৎযেং চাউনা চাউনা থাদবম্নবা, হান্নবা শিন্নখিবা মতুংইন্না অশিন অবাঙগী নহাশিংদুনা ইনভাইতিশিংদুগী যু অমদি চানবা ব্রাৎহন্দে।

ফজনা নিশা পানখৎলক্লিবা কেসিযবদুনা মখূত্তু মাবোই কবিওই লুপা চাম্মা চৎপীগী ভাবতা লীশীং চৎপী অমা খূৎলাংখা ওইনা পীশিল্লকপদুদা তোল্লমুগী মমাযদু লৈবোল ফাওনা শাৎতোবকই। মথম্মোইদা লোন্না লাইবেন্বী কৌই। লাক্লিবশিংদু মাগী মমিত্তা মী ওইনা উদে, লুপা চামঙা চৎপী, লীশীং চৎপী ওইনা লোইনা উবি। অসুম্না থাদনবম্বদা মী চামঙাখক্কী পাবদা লুপা লাখ অনীদি য়ৌবনি।

ময়ামদু থক্লি, চাবি, ঙাওবি, ব্রাথীগী লৈ পবেং লেংন লেংনবগা হূক্র বি, অদুগা লামদুনা অমুক অমুকসু থদৎনবি।

নুংথিল পূং অনীমুক তাবকপগীদুদা চাক্লুক থাবে। লাক্লিবা মীশীং চাউবাক্লা যেংলগা বামোন্না চাক্লুক চনীমুক্তং থাখিসি হাযবদা তোল্লমুনা যাদদুনা চামঙা থাবে। অব্রাৎপনা অনীশুবা বাউন্দগী চাক্লুক অবনবা কাংবুগী থল্লসি হায।

চাক য়েনবা লোইদুনা চাক তাক্লকপদা নুংথিলগী পূং অনীমখায় খরা হেল্লে। চাক তাক্লবদা ইচাই চাইনা চাক্লুক মপান্দা ফল্লরিবা মীদু চনী য়ৌদ্রে। মদুসু অয়াম্বনা থাদোক্লবা য়াদবা ইমুং মনুং, মরী মতা, শাগৈ নাতৈনা অয়াম্বনি। অবাংফম অহল অমনা লেপ্লবসু নাকন অমদা পুন্না লেমহনসি হায়দুনা ময়ামদু নাকন অমবোমদা পুল্লপ কৌশিল্লগা ফমহল্লে।

খূল্লঙ লৈনৈ হায়দুনা মানা বার্ত্তন তৌখিবা মমান্নবা অমদি ওফিসতা থবক তৌমিন্নবশিংদুদি ফল্লিবসিদা থোইনা উদে। করিনোনে হায়দুনা যূমথংনবশিংগী ফম্ফমশিংদা চেনচৎ চৎলগা যেংলুবদদি মীওই কুম্হা নিফু নিশা পুবা ঙমদনা তু তুদুনা লৈনরম্মী। চাক চানবা হৌদোক্লুবদা জ্ঞান তাবজাৎ নৎত্রে। অদুগা মীওই যাঙ্খেবোম্না হীদাক ঙাওমনবদুদা ময়াম মমাঙদা ইকাইবে হাযদুনা মাগী মাগী দ্রাইভবনা পোদুনা পুনখ্রে হাযবদুদা থোঙ্গালদককা লৈবল্লবসু কৌশিল্লুগে হায়দুনা চেপ্তোবকপদা থোঙ্গালগী খোংবান, চক মখোঙ, ব্রাখোঙ, পৃথ্রি মপান . . . দা অশিবদৌনা শল্লগা তা তাদুনা কুনমুকসু লৈবল্লি। তোল্লমু জ্ঞান মাঙশিল্লকই। কৌদুনা চিংখৎ চিংখৎতুনা য়েংই। লেপ্পদি লাযবদনা ফম্বা ঙম্বা ফাওবা অমতা যাওদ্রবদুদা উপাই লৈতনা মকোক খ্রো খ্রো খোৎলি। চুম্মী মখোযসি অনীশুবা রাউন্দগী চাক্লুক অবনবা কাংবুশিংনি হাযবা নীংশিংলক্লুনা ময়াম চাবিবদুদা অব্রাৎ অপা হংবা অমুক চঙলকই।

কবিনো তৌবল্লিবসিদি ? চাক অতোৎপদু থাংগত্তুনা হূকপা ঙমদবা, ঈশিংকোন থাংগৎলুবগা ঙমদদুনা থাদবা, মখূৎ ওযনা চাক্লুক মথক্তা নল্লগা মখূৎ য়েৎনা ইস্নাং মাবা, থংনবিবা মীদা ঙাথরকপা . . . । চাক তোক্লদ্রিঙৈ চাক্লুক মথক্তা ফৈনা তূম্বা . . . । অমনা চাখি থকখিবশিংদু মপোপ ইকায কাযদনা পুল্লপ মমাঙ থোঙ হাংলগা থাদোরক্লবদা ময়ামদু চাবা কায়বে।

তোল্লমু জ্ঞান মল্লিঙৈ, চাক্লুক্কী চাক্তু মচি ইবেং লেঙনদনা ময়ামদু ঈশিং কোন পাযদুনা হৌগৎনবকপদু উবদা হাযফম তৌফম খঙদনা চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে।

"কবিনো তোল্লমু তৌবিসে ? অসিগুম্বা মীশিংসিনিকো নঙনা নহানঙৈ তিন্নবল্লিবসে। ঙসিদগী নঙ ঐঙোন্দা ইচে হায়না কৌরক্লনুকো।"

হন্না য়েংথোক্লুবদা মচে ইথোইনা মনাক্তা লেপ্লগা শাউনা ঙাঙলল্লি।

তোল্লমু উপাই লৈতনা খুন্নকই, "খঙদ্রে ইচে ময়াম্না তৌবিবিসে। ইমান্নবশিংসিসু জ্ঞান খবা তামন্দবা হায়দুনি। অসি য়ৌশিল্লক্পসিদা নৌপ্পাসু জ্ঞান তাশিল্লক্লে ইচে।"

মচেদুনা শাউগৎলগা হাযরকই, "করিগী ভাব তাদে ? তাদনবা মরমদি নঙনা নবল তিংনা শীনঙৈ শীল্লগা। লৈখিদ্রবা অহলশিংদুগী ইজৎ খরতসু ময়েংবা য়াই। নঙদি শানে শা" হায়বল্লগা মচেদু থোঙ্গাল্লোমদা শাউনা অদুম থোকখ্রে।

তাঞ্জাদুদা চাক্লুক মথক্তা ঙসাইঙে য়াতারম্বা সাধুদু ঙমবোই ঙমদবোই য়াম্না ৱানা হৌগৎলগা, চানদ্রিবা চাক্লুকশিংদুগী মরক্তা ইরোইনা শম্বগুম শল্লগা চৎখ্রে। খাম্ খোৎপা নংনহৌদে । চাক্লুক্তা হাপ্লিবা ইন্সাং, অমদি লফোয়দুদা নাম্বুদুনা অমুক অমুকসু পুন্ত্রে পুন্ত্রে তুশিল্লিপোৎনি ।

ওস্থোক্লা মীৎ নাম্ববা শক্তমদু উবদা চেনশিন্দুনা ফুরুবসু য়াদা খল্লি, "মহাকসি ঐনা বার্ত্তন তৌরুবদগী লাকপনিকো !"

অনীশুবা ৱাউন্দগী চাক্লুক থানবা মৈ লৈত্রে ।

বামোনশিংদুনা চাক তোক্লকপদা নুংথিলগী পৃং মরি পুরা তাবে ।

মান লুপা চামদগী চামঙা ফাওবা পোৎয়েংখিবা ইমুং মনুং অমদি মরী মতাশিংদু লুপা য়াঙ্খে চামদগী হেন্না থাদরম্বা য়াওদে । অদুবু পীরম্বা পোৎয়েংদুনা বামোন তরানিথোইগী দক্ষিনাদি শুরে হাযববু মরিগীদি ৱাৎলি ।

তোল্লমু মাঙখ্রে । য়াম্না ৱানা থিনবকপদা যূম্লোন মরি লাল্লগা লৈবা লাইশ্রমগী পুখ্রি মপান্দুদা যু ঙাওরগা শল্লগা তাহৌরে হায়নবক্লে । অদুবু বামোনগী দক্ষিনাদি তৌদবা যাদবনিনা থাবল্লেনা মখাথংবগী চাউতোন্দগী পুরুরগা তৌখ্রে।

মাগুব খল্লিবা কাংবুদুসু মাগুবতু শীদোকপা লোইদুনা অৱাৎপা শেনফমদু পীবো হায়দুনা তকশিল্লকপদা থাবল্লেসু মথোঙ খঙদনা মাঙখ্রে ।

তপ তাঙৈ চাথোক থক্তোক্লগা পোৎয়েং পীরম্বদি লায়রদনা ঙসাইদগী তুদুনা লৈরম্বশিংদু মমশিল্লকপগীদুদা অমা হৌগৎ, অনী হৌগৎ চৎনখ্রে । অদুবু হৌজিকফাও নিশা হন্দবা মখোয় তবেৎত্তুদি বিক্সা/ওত্তো রিক্সা নেক্লগা মযূম য়ৌনবা থিলহনখ্রে । ফিভমদুদা দক্ষিনা ফংগনি হায়বগী আশা উরক্লুবা অবাংফম মরিদু পূম্নান চৎলগা হন্নখ্রে ।

নুমিৎ তরানিরোম হৌখ্রবা তুংদা তোল্লমু ঙসিতা ওফিস কারক্লি । শূকথরগা মাগী চৌকিদুদা ফম্লি ।

চৌকি থংননা ফম্লিবা অঙৌবানা ৱারী হৌরকই, "তোল্লমু, নঙগী নহানগী হীদাক্তু কদাইদগীনো ? ওস্থোক্লা ফখ্রেমী । পেক্ট মচা অহুমদনি পাযরুবা, হেক্তা অৱাং কদোমদনো হায়বদু য়ৌখিবা খঙহৌদে । ঙাওমনবদুদা নঙগী পোৎয়েং পীরম্বরা পীরমদবরা ঐ হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাদ্রি । ফৃবিৎখাউদদি পর্সফাওবা য়াওরমদ্রে ।"

তোল্লমু শাউনিংমনখিদুনা মনাকোং মেনশিন্নীংই ।

মমান্নবদুদি মাগী ৱারীদু অদুম মখা চথুবি, "ঐনা জ্ঞান তারকপদা যূমদা লৈরম্মী । কমদৌখ্রিজাৎনো খঙদে । ঐদা নত্তে । তোম্বা, সনাজাউ, মালংবা,

থম্বালজাউ, তোম্পোকহোয়সু পোৎয়েং থাদরম্বরা থাদরমদবরা হায়বা অমতা খঙদ্রে হায় । ফৈ, নঙগী পোত্তু ফজনা ফৈ । তৌবনি হায়দুনা তৌরদি অদুগুম্বা পোত্তু তৌদৌনি ।”

তাঞ্জাদুদা দাইরেক্তরনা পিওন থারক্নুনা তোল্লমুবু কৌহল্লে ।

“সার, করি তাকপিগদবা ?”

“নহানখৈ নঙনা ওফিস কারক্ত্রিবসি করিগীনো ?”

তোল্লমু খুমদে । তুমিন্না উংদুনা অদুম লৈ ।

দাইরেক্তরদুনা শাউরগা হংলকই, “ওফিসসিবু কানীংলগা কাবা, কানীংদ্রগা কারোই য়াবা লনাইগী থবকলো?”

থাক্তু য়ৌরক্লবদুদা খুমদবা য়াদদুনা তপ্না খুল্লকই, “সার, অঙাংগী নাহুৎ নারেং তৌরুবগী শেল পুথমনবদুদা মীঙোন্দগী শেল পূবা চেনবদা . . . ।”

“কয়াম হাইজিনখ্রবা ?”

“লীশীং হুম্ফুমুক ।”

“পোৎয়েংনা কয়াম ফংবা ?”

“লীশীং মঙারোম ।”

দাইরেক্তরদুনা নোকফেৎ তৌরদুনা, “ নঙনা বার্ত্তন তৌরিবা মীশিংদু অমত্তা লাক্রুবরা হাযরিসিবো ? নুমিৎ শোয়নবককাদি নত্তেকো ?”

তোল্লমুনা শাউরংননা মমায়দু লয়থোক্লগা তারসনু মতাগুম শোন্থাংননা হায়রকই, “ইমান্নবশিংদি লায়রদনা নুংতিগী লৈমিন্নরিবা ঐখোয়’ সারফাওবা লাকপিদেদা। সারগীদদি ঐ অমত্তা চীথদনা লাকচখিবনি ।”

দাইরেক্তরদুনা শাউনা হায়রকই, “তঙাই ফদবা থৌদোক ৱাথোক হায়বদি অশি অনা, লুহোং কৈহোঙবগুম্বদা লাক্তে হায়য়ু, ঐ ইকাইগে । অদুদি নৎত্রদুনা যষ্ঠি পুজা, চাকউম্বা, বার্দ দে, নাহুৎ নারেং, লুগুণ থাংবা, শঙ্গাবা, . . . । খরা লৈরগদি মচাগী নিংথা শিনবা, মফি অহনবা হোংবা, খুজিন ককপা, নুরা তকপা, মনপ শীৎপগী ফাওবা পোৎয়েং পান্নবদগী বার্ত্তন তৌদুনা দেব কর্ম্মসি পাঙথোক্নরক্তৌ মাল্লক্লে । লাক্তবা ময়ামদুগী মমাঙদা ইকাইবা তমসে । কুম্মৈ হরাও হেনমনবদগী জাতিসিনা নোংম নোংমগী মুখরক্লি হায়বসি লোইনা জ্ঞান তানরবা মতমসিদা, নঙবু শেল কয়ামুক চিল্লবগে ? তলবসু ফংলিবা নঙনা অদুক চোপ্পা থবক্তু তৌরুরিসিবু করম্বা লাইনা ইনশিল্লক্লিবনো হাযবা ? ”

মমায়দু হূৎ হূৎ লয়রদুনা তোল্লমুনা, “ সার । অদুগী নত্তেদা । ইচাগী চুম্না সুম পাঙথোক্লীংদুনা তৌবনি ।”

“অদু ওইরবদি অহল অহুম মরিদং হায়রগা নচাগীদো পাঙথোকপা য়াদ্রা ?

বার্ত্তন ময়াম' তৌরিদু পোৎয়েংগী নত্তনা করিগীনো হায়বা ? তৌনুনে । চৎনবীনি হায়দুনা তৌরিসিনা থবক ইনখাং চৎপা নংনবা অয়ুক্তা নৎত্রগা হন্নরক্লগা নুমিদাংদা তৌগে হায়রগা তৌরো। অদুদি নৎত্রদুনা বারো তেরো । বার্ত্তনগী চাক চরা অমগীদমক নোংমগী শিঙ্খা লেপ্পা তাবনিনে ? অদুগী মথক্তা নখোয়গী শেন্দান লশ্বীদুগী বার্ত্তন অফংবমখৈ নুংতিগী চত্তুনা লৈরবদি ওফিসকী থবক তৌবকাক তোকপা তাবনিনে ? মী অতৈসু থবক অমত্তা চৎনদবা তারবরা ? ইরুজনীংবা মীওইগী থোংগ্রা থুদেকপগী কদরদুদা ঐনা কমাইনা শৌগৎতৌরিনো ?"

লয়থোকফম লৈরক্কবদুদা য়ারক্তা ঙংলদুনা, "সার ঈ ঈ তোমচাসু মীচোপ তারে ? ঐনা অহুম মরিরক হঞ্জিন হঞ্জিন চৎখিবশিংদু ফাওবা অমতা লাকপিদে । অরাকপা খরদুসু ময়াম চাক চাদ্রিঙৈদা হোন হোন্দুনা চার থক্লগা ঙাওশিন্নদুনা পোৎয়েৎ অমতা থাদরমদনা লোইনা হন্নখি । "

"হায় ঈ ঈ দুনা থাক্লিবা লাংদু নঙ খঙলবরো ? লাক্লিবশিংদু থিকা লুম্বা, থবক থদৎপিদনবা এদহোক্তা, কেজুয়েলদা লৈবশিং, এ সি আর ফজনা ইবিনবা তৌবা, . . . ঙাক্তনি হায়বসি নঙ খঙদে ? মানা চান্স লৌবা । নঙনা খঙদনা মতৌ তম্বা, ওফিসসিগী ষ্টেনোগ্রাফর । নশাগী ফিভমদি য়েংদনা মীনা তৌনৈ হায়দুনা তৌরুরিবা নঙনা মাঙ মৃত্তনা কনানা মাঙলুনি ? "

"সার, তঙাই ফদবা লুহোং কৈহোঙবা, শোরাত ওইরবদি সার শোয়দনা চৎপিগদ্রা ?" তোল্লমুনা হংলগে মতাগুম থৌনা ফনা হংলকখিবনি ।

দাইরেক্তরদুনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "তোল্লমু , নঙগী ব্রাতাসিদি, ঐনা সুম খনবদা, নঙসে, নুপীরা নচারা অমা হাত্তোক্লগা শোরাত চাউনা শোনগেকাক হায়রক্তৌ মানখ্রেদা । এল আই সিদি কয়াগী য়াওরি ?"

তুমিন লৈনখ্রে । ব্রারী অমতা মখা তানদে । তোল্লমু ইকাইবনা হৌগৎপা ঙমখিদ্রে। দাইরেক্তরদুসু করিনুংগী হায়রুরবনো খল্লক্লে ।

তাং ২০/১১/২০০৬

# লূখাক্লা

মোটবুং বজাবগী মমাঙদা পাক শন্না তাপ্রিবা য়ূমশিংদু নেপালিশিংনি । নুমিদাং অমা, নেপালি মচা খরগা মীতৈ মচা ঐখোয় খরগা থাবলদুদা লৈপূং ব্রারীদা মায়াগী ব্রারী হৌদোক্লরকই । নেপালি অমনা হায়রকই, "মায়াদি ওক্তবীনি । ভারা পীদে হায়দুনা, মানা লৈরিবা য়ূমগী য়ূম্লুসিনসু চৎখ্রো হায়না তানবা কুইরবনি । মপুরোইবদু মীতৈনি । স্বায়দা পোষ্টিং তারিঙৈদা লৌরম্বনি । নিপাদুসু হৌজিক্তী লাক্রে । মাগী ব্রাসি তোক্লসি ।"

ব্রারীসিদা ঐগী ব্রারীগী মচাক অমা য়াওরি। অদুবু মদু কনামত্তনা লীয়ু য়াদ্রে ।

মাযাম কায়নখ্রবা তুংদা ঐ মায়াগী য়ূমদা আশা অমগা লোয়ননা চৎলে । মাগী য়ূমদু য়ূমজাউ অমদা নপশিন্দুনা লৈবা য়েনগোন অমদা শেংদোক্লগা লৈবনি । ফুট মঙাবোম পাক্লগা ফুট তরারোম শাংগদ্রা ? ঐনা চঙখিবদা মায়া, নুপা অমগা লৈমিন্নরম্মী । ঐ ইকাইদুনা হন্দোরক্লে ।

মপান্দুদা ঙাইহাক লৈ । নিপাদু থোকখ্রবদা ঐ কাখূদুদা চঙলে । নূংগী মথক্তা উ ব্রা খরা থাজিল্লগা মথক্তা চন্দ খরা চাইথোক্লগা শেম্বা ফমুংদুদা ফম্লল্লি। ইখৌলাংলবা মীনোক, মীৎফম হোংঙমদবা শবান, শেৎলিবা ফিজেৎ অহুমসিনা তাশিন্দুনা শেম্লবা থৌরীদুনা পুন্দুনা চরাম্লবা অতিথিশিংবু মনাক তম্না হেক হেক চিংশিল্লল্লী । মুশি মুশি ঙাল্লিবা পোদোনগী মঙান্দুদা, ফমুং মচি অমদা মচা অহুমদুনা ইশি শিনা তূল্লি। ঐ মনাক্তা চঙশিনবগী মহূত্তা লৈরিবা

পুংকক চাউবা নূং অমা চিংশিল্লগা ফম্মী ।

থম্বালগুম্বী মায়থোঙদুনা থরোগুম্না নোক্লগা মফিদু কোমথোকহল্লগা হায়রকই, " নশানা কোন্দোম পুরক্লগনা লুপা মরিফু । ঐনা পুথোক্লগনা চাম্মা । শূকসি শীজিন্নরোই হায়রগনা চনী । শেল হান্না পীরো " হায়দুনা মখূৎ শাংনা তিংথোরকই ।

ঙাইখো হায়দুনা ঐনা ইংগিৎ অমা তৌই ।

মানা হায়রকই, "ঐগীদি কুইবা য়াদে । য়ূম্বুনা য়াম্না শাউই ।"

ফূরিংখাউদগী লুপা চামরি লৌথোক্লগা ঐনা উৎলি । ফিগাগী মফি মচাশিংদু নত্তনা অতে লোইনা থম্লল্লগা হৌগৎলকই । অসঃ! করিনো সিদি!

ঐনা হায়, "অদুম লৈয়ু । ঐদি নঙগী কস্তমর নত্তে ।"

পৃথিবীগী খোঙচৎ চপ লেপখি । মতুং খংহন হঞ্জিনখ্রগা ফি মচা অমা ইনশিনখি । অদুবু শেগায়রবা ফি মচাদুনা মাগী হকচাং পুম্বা লোইনা কূপশিনবদি ঙমদ্রি । ঐ সিদা লৈ, ঐ সিদা লৈ হায়দুনা লোইনা ফন ফন চোংথোক্লরক্লি ।

" মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ চঙদবা নূং নঙবু কনানো ?" মানা য়ামনা চিংননা হংলকখিবনি ।

" কোন্না খঙলক্কনি । সে " হায়রগা লুপা চহুম পী । লৌ য়াদে । ঐনা ফমুংদুগী মচী অমদা থাদৈ । শেন্দু লৌশিন্দনা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ ।

" লৌশিল্লো । অহিংসিমগীনি ।"

ঐগী ব্রাহৈদুদা মহাক নোকফেৎ তৌরগা শেন্দু লৌশিল্লগা মচি অমদা নমশিনখ্রে । অদুগা হায়রকই, " তূমিন্নবা য়াবা ফমুংদি ঐগীসিদা . . . !"

"য়ানি, ঐ সিদা সুম ফমগে ।"

মচা অহন্দু চহী নিপাল্লোম, য়ায়মদুনা চহী মঙারোম অদুগা অতোনবদুনা চহী অনীরোম শুরল্লনি ।

মানা ঐবু তরাম্না ওক্লে হায়বা খঙলক্লবদা মাগী লমচৎকী মরমদা কূপ্না হংই । মহাক পাক তাকথোক্তে । অদুবু মমৈথঙদদি অশেংবা ব্রারীদু লীরক্লে।

ইরাইজাউ লাম্মীনি । গম্ফাজোলদা লৈবা আর্মি কেম্পতুদা লৈ । অব্রাং পোৎশংবমদগীনি । য়ূম্নাক্লা নিংথৌজমনি হায় ।

চেল্লসি হায়দুনা চেনখি । অদুবু ময়ূমদা পুবিবগী মহূত্তা ঐনা হৌজিক লৈরিবা য়ূমসিগী অব্রাংদা লৈরিবা শঙশাঙসিদা ভারা লৌদুনা লৈমিন্নখি । ঐনা ময়ূমদা চৎনবা ফনা কন্না তক্লে অদুবু মহাক্লা শূকয়া য়াদে । জাৎ তিন্নদবদা য়ূম পাল্লি হায়দুনা ইমা ইপানসু ঐবু ইস্থোকপিখি । হৌজিকসু অদুম ইস্থোক্লি । অদুবু ঐখোয়নী য়াম্না নুংশিননা হিংমিন্নখি । অঙাং অনী শুরকখি ।

ইচা অতোম্বসি পূক্তা থা মঙা হায়রকপা মতম, নোংমা, ইখঙ খঙহৌদনা মখোয়গী আর্মি ট্রুপ্পু কাশ্মীরদা পুল্লপ ট্রান্সফর চৎখ্রে । মতুং থা অনীফাওবা তলব থারক্লম্মী । অদুবু মতুংদদি থারকখিদ্রে । ঐনা চিঠি কয়া ইখি অদুবু মানা পীরকপা আর্মিগী কেম্পদুদা ইরাইজাউ কৌবা মী অমতা লৈতে হায়দুনা চিঠিদু অমুক হল্লকখি । ঐসু নমথা নমথা থাখি অদুবু চিঠি পূম্বা লোইনা হল্লকখি । মমৈথঙদা ঐগী খঙন চানবশিংগী মতেং লৌরগা বটালিয়ন্দুদা থিগৎহনখি অদুবু ফংখিদে । কাশ্মীরগী লানফমদুদা শিপ্রবরা খঙদে । মতুংদা মানা হায়রম্বা মাগী লৈফম অৱাং পোৎশংবমদা চৎলগা মাগী মরী মখোঙ থিখি । অদুবু . . . ।

মতুংদা, চান থক্লবা লৈশিল্লক্তবগী মথক্তা, ভরা পীদ্রবদি লৈবিরনু হায়না য়ূম্মুনা তাম্থোক্লবা তৌরক্লবদা ঐ তঙায় ফদনা লম্বীসিদা খোঙ থাংজিনখি। লম্বীসি অফবা নত্তে হায়বা ঐ খঙই । ইচাশিংসিগী খল্লগা হিংদবা য়াদদুনা হিংলিবনি ঐ । নেপালিশিংদি মপামদা হল্লক্তুনা লৈবসু চৎনদে ।

"য়োকচগে হায়বা মী লৈরবদি নচাশিংসি পীথোকখ্রগা নঙ লম্বীসি থাদোকপা ঙম্লবা হোৎনবদি ?"

"মদু য়াদে । মহাক হল্লক্লগা ঐনা মঙোন্দা করি হায়না তমগনি ? ইবুকথোক্কী ইচাবু মীঙোন্দা কম্মাইনা পীথোক্লনি ? হূই হৌদোংসু নত্তনা ।"

"নঙনা লীরিবা ৱারীসিনা অচুম্বা ওইববদি, মহাক হল্লক্লরোই ।"

"হল্লক্তগা হল্লক্লেদনা । অদুবু করিগুম্বা হল্লকপা থোক্লবদি . . . ।"

মাগী ৱাদু লোইফাৎত্রিঙৈদা ঐনা হংজিল্লুই, "করি তৌদৌরিবা ?"

"নুমিৎতুমক্তদা মহাক্কী মরল অহুমসে মখূত্তা শিন্নরম্লগা গুহাদা চোংথদুনা ইশানা ইশাবু হাত্তোকচগনি ।"

"করিগী ?"

"অমঙ্গল ওইরবী ঐনা গঙ্গাগুম শেংলবা মাবু মাংথোক্তনবা। মহাক শিখ্রে হায়বগী শখিনা অমতা ঐঙোন্দা ফাওখিবা লৈত্রি । অদুনাহৌজিকসু ঐনা থাজরি মদুদি মহাক হিংলি । ঐনা হিংলিবসে মহাক অমদি, ইচাশিংগীনি ।"

ঐ হৌগৎলক্লে । খূৎনিংথৌদগী সন অনীগী সনা খূদোপ্পু লৌথোক্লগা হায়রুই, "সে লৌশিল্লু । এইদস হায়বদুনা নারবদি নুংশিরবা নচাশিংসিবু কযাম কুইনা মবুক থাকপা ঙমখিনি ? ঙসিদগী নঙগী লম্বীসি হোংদোক্লো । মসি কায়থোক্লগা হযেংদগী হৌনা, মফমসিদগী পোৎ চৈ তীক্লগা ইম্ফালদা য়োল্লু । নঙ ইরায় লায়না নচাশিং থাকপা ঙমগনি । হৈত্রগসু কোন্না হৈজরক্কনি ।"

মানা য়াদ্রসু খূদোপ্পু হুনজিল্লম্লগা ঐ অদুম থোরক্লে ।

চহী মরি মঙা হৌখ্রে । মায়াগী মপুরোইবদু ফংলে । অৱাং পোৎশংবমদগী নিংথৌজম ইরাইজাউ ওইরমদ্রে, লংথবাল লেপতগী, ঐগা লাইরিক

তম্মিন্নরকখিবা লাইশ্রম সনাতোম্বা ওইরম্লে ।

মহাক হৌজিক থবক তৎলগা লৈরি । ময়ূমদা নুপী অনী মচা তরেৎ লৈরি। ঐনা মায়াগী ব্রারীদু লীদুনা মচাশিংদু লৌশিনবিরুনবা তকশিল্লুবদা মানা ঐঙোন্দা য়ূশিল্লকখি, "নঙনা মায়াগী করি ওইদুনা ব্রাফমদু তকশিল্লক্লিবনো ? হায়বদি, য়েন্নাউশিং খাইদোকহল্লগা য়েনবী লৌদৌরি নৎতরো ?"

কোক্কা থনুংগদা খন্থ্রাংননা পাল্লি । অসুক ইকাইবা পুন্সিদা নংখিদ্রি। খোংগদবা হূইনা খোংদ্রবদা মপু নীংবা গধানা খোংলুবদা গধা চৈ চাবনি ।

হীরমসিদা ব্রারীমচা অমতা ইগে হায়দুনা ঐনা মতম চঙনা, ইরল তিংনা শাগৎচরকপা ব্রারীমচাদুগী সিঙ্গল ইফেক্ট হায়বদু মতাংসি ওইরিদ্রা ?

নোংমা, নাগা মপালগী পোৎলক্তা য়োংচাক লৈবা চঙলুবদা ইথা থাজরুদনা মায়া থেংনরুই । য়োংচাক য়োল্লম্বনি । য়োংচাক গাড়ীদু মথন্তনা পুরকপনি হায় । ঐনা শেল পীরম্বা নুমিত্তুদগী মাগী শিনফমদু থাদোক্লগা, মতম মতমগী করবার তৌদুনা হৌজিক লায়না হিংলে লোয়ননা মপুরোইবদুনা পামজরম্বা মতুংইন্না মচাশিং লাইরিক লাইশু নীংথিনা তমহল্লি হায় ।

খঙলে,ওক্তবী ওইনীংবা নুপী লৈতবোইরে । মফম, মতম অমদি ফিভম্না ওইহনবা ওইরম্লে । মাগী অহোবশিংদু থিদোক্কুনা মেনশিনবিরগা জ্ঞান তানবা তাকপীরবদি ওক্তবী ওইদে ।

মানা শিরিবা মুহোর অমরোমগী সনাগী লীক্কুগা, য়োংচাক চরোং তরামুক্কা নম্পী পীশিল্লক্লগা হায়রকই, "লীকসি দদাদা পীননবা ঐনা থৌওইনা শাবনি । ঙরাং মঙ নুংঙাইহ্রম্মী হায়'সিদি ঙসি দদা থেংনগদবসিননিনা।"

" কমদৌরি ? অনা অয়েক্তি য়াওদেদনা ?"

"দদানা হায়রম্বদুমক চুম্লক্লে । ঐ ইচাশিংগা কুইনা লৈমিন্নবা ফংলরোই, পোজিতিভ ওইরে। মতম খরা ঙন্না দদা থেংনজরম্লবদি ঐ চৈনাসে ফংলম্লোইদৌবনি। পুন্সি খরদং শাংদোক্লবা রিহেবিলিতেসন সেন্টরদা চৎলগা পাউতাক অমদি হীদাক লৌরি " হায়রম্লগা লূম্না মরু লূকথখি। ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা পিরোইনরবা মমিত্তু ঐঙোন্দা ব্রাকৎ ওইনা কৎলদুনা, "দদা, দদানা মাবু থিবিরক্কনি হায়রম্বদু ফংলবরা ?"

ঐ পাউখুম পীবা ঙমদে । অসিমদি হংনীংবনি, 'নেপালিশিংগী মরক্তা লৈহৌবা নিংথৌজম শাগৈনি হায়বা লাইশ্রমচাশিংদু মীয়াম্না করম্না উবিরি ?'

ঐনা খুমদোকপা ঙমদনা লৈবদু খঙলদুনা হায়রকই, " দদা, হৌজিক অঙাংশিং চাউরে। করিগুম্বা থেংনবা থোক্লবদি, মশাগী অশেংবা শাগৈ ফাওবা মচাশিংদা পীবিরমদবা মহাক্তো মচাশিংনা ফংদনবা চেৎনা লোৎলু হায়না খরা

তম্বীয়ু।"

তাং ৪/১২/২০০৬

# পুন্সি লম্বী

মীকি লাইকিদবা ইনখৎলকপা ওইজরগসু থৌবদি হৈতবনিনা শাংলবা চীং লম্বীদুদা অমুক ইনখৎ অমুক ইন্থ তৌবদা ইশাসি হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে। ব্রায হায়দুনা পুন্সিসে ব্রেক ফাবগা পোখাবা য়াবদি নত্তে। ব্রামল্লক্লবদুদা লম্বী মপান্দা লৈরিবা খূকউমুক ব্রাংবা নূংজাওদুগী মনাক্তা ইনশিল্লে। নূংদুদা কাখৎলগা সাইকলগী সাবন্দুদা তপ্না তোংখৎলগা মমায় ইঙাও ঙাওনা থাথবা হৌবকই। তুগে তুগে তৌজবসু নুংঙাই। খল্লি "সাহেবশিংনা তোংলিবা গাডীদু সুম্মাইনা তৌবমগনিকো।"

খোঙজেল যাঙখৎলক্লবদা, ড্রাইভর অহনবগী হৌনবী, ব্রেক খংফা খংফা ফাবদা টযাবদু খংশীৎ খংশীৎ শীৎলী।

খরা চেষ্টবক্লবদা ব্রেক খূৎফাদুদা ব্রেক্তু ব্রারৌরবরা করিনো তৎথোকখ্রে। খাম্নবা ফনা কন্না হোৎনৈ অদুবু খোঙজেন্দু হেন্নদুম য়াঙখৎলকই। পাইথরে। চোংথোকহৌবগে হাযবসু শুজিল্লগা শীৎপদা য়ামাঙ খরা চৎখ্রগা অতেকপা শরূশিং শেম্বদা মতম কুইনা ব্রাচপ থারনি। ঠিকাদারগী ইংলিস হুম্বর অহনবসিসু পূমতেক তেক্লনি। অপাইবা দশা হায়বদুবু সুমদৌ'জাৎলা?

কনবিঙন্না পাঙ্গনবা মহাক্তো লৈরল্লবদি থোরক্তুনা কনবিনবা হায়দুনা খোনগাইদা খোন্সি চঙবমখৈ লাউরকই, "হো, কনা কনা লৈবগে? ঐগী থব্রাই অমুক্তা কনবিয়ো . . . ঐগী থব্রাই অমুক্তা কনবিয়ো . . .।"

কনাসু থোকপিরক্ত্রে । উ ৱা, নুঙজাউশিংদুনা তুমিন তুমিন য়েংলি। তাঞ্জাদুদা থবাক্কী ফূরিংখাওদা হাপখিবা, ঠিকাদারনা পীরকপা অহনবা নোটশিংদু অমমমতা ওইনা নুংশিংনা শৎল শৎলগা পাইথোকপা হৌরক্লে । অদুবু য়াঙনা চেন্থরিবা সাইকলদুগী হেন্দল অনীদু মখূৎ নাম্মা থাদোক্লুরবদি, থৌবনগা হৈতবনে, লোকখাদা পাইথখিদুনা নৎত্রগা চীংচেপ্তা য়েশিল্লুদুনা মমাদা নত্তনা মবোক ফাওবা উদৌবনা শেন্দু ফাজিনবা ঙমজদ্রে । নোট অমা পাইথোকখিবা খূদিংগী মপি চদূম কুম্থ্রা কুম্থ্রাদি তারমগনি । পাইথোকখিদনবা মরেংজুমদু খরা হেক শূপকৎলুবদা গাড়ীদু লোকখারোমদা হেক্তা পাইথগে তৌই । কোকচাউবী ফুং কায় । শেল পাইথোকখিদনববু হোৎনগদ্রা নৎত্রগা সাইকলদু মমায় চুম্নববু হোৎনগদ্রা মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে । খুদোংথীবা থোকহনবিদনবা জগৎকী লাই পূম্বা শূপচিল্লগা মথম্মোইদা প্রথনা ময়োম ময়োম তৌরকই।

থেক্কোই নাকোইনবা চীং লম্বীদুদা নুংশিৎ চেনবমখৈ চেন্থরক্লিঙৈদুদা লাপতক্লা ইরোই খরা লম্বীদুদা ফৈজিল্লক্লিবদু থাপ্লা উই। খল্লি, “ ওঃ! পুন্সিসে ইরোই মচিদা লোইয়ু তমখ্রবোই ! ”

নকশিল্লক্লে । খল্লক্লে “শিবা হায়বসি সিওর, মাই বাঁথ রাইট ।”

ঙাইহাক্তংদুদা ভাবনা অমুক শাগৎলকই, “ মতুংলোমদা থোমজিনবদি কমদৌবা ? মথী ফায়বগী শংদোক্তুনা লৈরম্বা ইরোইগী মতুংলোমদককা থোক্লুরবদি মকোক্তু য়ুংশিন্দুনা চঙখিবা, লেংজুম অনীদা পনবা, খোঙ অমদি খূৎ ফদ্রঙ ফদ্রঙ কাওদুনা চোংবা । ইরোইদুনা করিনো তুংলোমদা তৌরক্লিসিবো হায়দুনা মমীৎ মনাদু তোঙথোক্লগা ঙকপা । অদুগা খংপ্রেক খংনা খংশং শংতোরকপদা ‘ফূস’ লাউনা কামথোরকপা । পুন্ত্রে তুবদুদগী ফুক হৌগৎলগা মায় মীৎ শম্থিগা শম্থি ঙাক্তা তৈরগা থৱায় হিংনবা চেল্লকপা । য়াই । কৈসু কায়দে । শম্থিদি ইরু মায়থজরগা অদুম য়ানি, থৱায় মাঙদ্রগা লোইরে ।”

খোনগাইদা লাউ খোংদুনা চেন্থরকপদু করিসু নাচুংদনা ইরোইশিংদু নাকলগী থেল মচা অসোমদা কূমথবা হৌখ্রে । খল্লি ইরোইগী মবুক মনুং য়ৌনা চঙলগা চঙ, হিংলগা হিং, মতুংলোমদা হেক্তা থোমজিল্লগে ।

সাইকলদু ইরোইশিংদুগী মায়কৈরোমদা মমায় চুমশিল্লি । অদুবু য়ৌশিল্লক্লবদা ইরোই অমনা লৈশিল্লগা হন্না য়েংলপদা মচিদুদা থুংলুরনি খঙলক্তুনা ফৎ লয়থোরকপদা পোকপা থা ফারমখিরোইদৌবা ইরোই মচা অমগী মবুক্তা পাইশিন্দুনা থোমই । সাইকলদুনা ইরোই মচাদুগা ওনমিন্নহৌরগা ঐনা ইরোই মথক লান্না পাইরগা অতোপ্লা ইরোই অমগী মবুক্তা থোম্লুবদা শাফূদু কনমনবনরা করিনো ইরোই মপীদু পুন্ত্রে তুই । অপেৎপা বোলদা নূংনা থাজিল্লুবদৌনা থগায়মুক হন্দোরক্লগা লৈমায়দা শল্লগা তাই । ইরোই অতৈদুনা

চেনশিল্লক্লগা হাৎলবসু খঙদে খন্দুনা নাবকাক কাউবগা ফুক হৌগৎলগা অঙম্বা লম্বীদুদা পাকথবগা হন্না চেনখৎলি । খল্লি অতিযাদা যাঙনা পাইবা এবোপ্লেন কাযবা হায়দুবু অসুম্না তৌবজাৎলা ?

ম্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লগা চেনখৎলকপদা ফূবিৎখাউদগী মনীং তম্না পাইথোকহৌবা নোটশিংদু খবা খূল্লে । অদুবু খবা চেনখৎলকপদা, মখূৎতা থাঙ কমথী পায়বা চীংমী মবি মঙা, শেল খূন খূন্দুনা চেন্থবক্লল্লি ।

চঙশিল্লগা হাযজকই, "শেনশিংদু ঐগী ফূবিৎখাউদগী পাইথোকহৌবা ঙাক্তনি । চানবিদুনা মপু ঐঙোন্দা পীবিবো । অব্রামল কৎচবমগে ।"

থাঙ কমথী পায়বদুনা মমিৎ মনা যুংখৎলগা হাযবকই, "নঙবু ওইনা বিজান্দোবা নৎত্রগা বীববল্লা ?"

ঐনা অশেংবা ব্রাবীদু লী : চীং কক্তুনা লম্বী শেম্বগী লুপা লীশীং ১৭ তাবগী মনুংদা ১৬ তং পীবম্লগা লাক্ত্রবদা অব্রাৎপদু ঠীকাদাবগী মযুমদগী লৌকববনি । লুপা লীশীং অমা ব্রাৎপদুদা ৮৫০ দং পীবগা অতৈদু হাৎহৌগদবগী মওংদু উবক্লবদা ঠিকাদাবগী ইংলিস হম্ববদু মৎলকপনি ।

ব্রাবীদু তাখৈ তাবগা নুংশিবিবগী মহূত্তা অমনা হাযবকই, "লম্বীদা শেল চাই চাইদুনা চৎলিবা নিপাসে হিন্দুগী লন থুমগী লাইবেম্বী লক্ষ্মী হাযদুনা নিপা শবগা লাকইনে । মকোক্তা চৈতূপ্না থোম্বদা শেল জ্বাই লাউনা কেল্লি হাযবনে ।"

মযামদুনা অমতা ওইনা লাউনবকই, " অদুদি, থোল্লসে ।"

লাউখিবগা মখূত্তা মৈ কাকুম কাকুম তৌবা চৈকোক পাযবিবদুনা লব্রাই লেম্ফু তম্না হেক্তা হাইথবকই । ঐ ফৎ লযথোকহৌবমদ্রবদি, অঙাংগী চফু থুগাইবীগী মশান্নগুম, ইকোকসি মশুং মবি মঙা থোক্লবু কাযবমগনি ।

হাযজবদু অমত্তা তাবিদনা মখোয মবি মঙাদুনা ফূবিৎ মুনবনা মুন, খোঙ্গ্রাউ মুনবনা মুন . . . ।

পূমকোক কোক্লদবদা ইঞ্চি অনী অহুমদং পাকপা ফিনুংগী খোঙ্গ্রাউ মচাদুদা ঙাযবক্লবদা কপ লাউদুনা হাযজমনবদগী মদুমদি খাকপিবল্লে । মুনখিবা ফূবিৎ অমদি খোঙ্গ্রাউগী ফূবিৎ খাউদু কবিসু নাচুংদনা হূম হূমদুনা চৎনখ্রিবদু উবদা তীং ফূক্লা শাউবক্তুনা হৌনা লাউকই, " নখোয, ঙসি খঙনি । থানা তাক্লগা নউন খোকহনগে ।"

ব্রাদু তাবমাল্লে, অমনা মমায ফৎ ওনশিল্লক্লগা হায়বকই, "ঐখোয থানানা ফাদৌ শরুক নিপাসে চীংনুংদা পুশিল্লগা হাৎপিসে ।"

ময়ামদুনা তান্নবক্লবদা ইথ্বায় হিংনবা অবোইবীদা চেল্হ্রক্লে ।

ফনা শাংনা চেল্লক্লবদা তান্নবকপা উদ্রে । শদৌ থোংলগা পেকুম পেকুম তৌদুনা ঙসাই সাইকল তুহৌবা মফমদুদা চঙলক্লে ।

কবিনো তৌবগ্নিসিদি ? অঙাং মবিনা সাইকলদু থাঙনা কক্লিবরা নৎত্রগা নোল্লগা থুদেক্লিববা খঙদে মখোয মবিগী শরুক মবি থোক্লা যেঙ্খোক্লগা মপৈ মবি থোক্লা পৈবগা লৈবস্লে । ইবোই মচাদুসু শিবগা তাদুনা লৈবি। শাউনীংমনখ্রদুনা অঙাংশিংদুদা খূবাক অমমম পৌনা পৌনা য়েল্লি । মমিংতা তন্দন পাইববা অঙাংশিংদুনা মখোয়গী মবোন্দা কপ্লখৎনবক্লবদা পামদগী হল্লকপা থাঙ অমদি শীংজঙ পায়বা নিপা খবা চেনশিল্লই ।

অহল অমনা অঙাংদুদা হংই, " কবিগীনো নখোয়না কপ্লদি ?"

অঙাং'না খুল্লকই, "আ, মথক্তে তাবকপা যোত্তেক থাঙতেকসে ঐখোযনা থুদেকই হাযদুনা মানা ফূবিবা । মথকাসিবু মখোয' মপাগীবো? মথক্তা পাইবা উচেক, এবোপ্লেন, থা, থৱান্মীচাক পূন্থা মাকীবা ?"

ঐ ঈ কাবক্লদুনা হাযরুই, "কবি ? এবোপ্লেনসু নত্তনা সাইকলবু অতিযাদা পাইনববো ? ঐনা থৌবকপদা ইবোইদা থেংজিন্দুনা তুবগা লৈহৌবদুবু, নখোয নচীন্দু থুগাইযুবো হা ?" হায়দুনা অঙাংদুগী মনাক তম্না চঙশিল্লবদা চৈনা কন্থৎলুববা লিলদৌনা মশোং ফনগৎলগা হাযবকই, " অদুদি নঙনা ইবোই হাৎপনি । ইবোই শিংউ ।"

ইবোইগী মমলনা হেল্লি, সাইকলগী মমলনা হেল্লি হাযদুনা ঙাইহাক যেৎনববদা অহল অমনা শন্তাইবকই, " সাইকলদি মমল ৱাংখৎলক্তে । অদুবু ইবোই মচাসিদি মমাদগী মখোম থক্লগা শঙ্গোম শুন্থদা শেল যাম্না ফংবনে । চাউবক্লগসু থবক শূবদা শেল য়াম্না ফংগনি । সিদসু নত্তনা অমোম্নিনা মানা হযেং চাউবক্লগা পোক্লকপা মচাদু যোনবদা শেল অদুক্কী মতীক ফংদৌবিনি । অদুনা সাইকলগী মমলদগীদি ইবোই মচাসিগী মমলনা হেল্লবনিনা নিপা, নঙ্গী সাইকলসিগী মমলগী শরুক মঙা পীবমদ্রবদি চৎপা য়াবোইয়ে ।"

পুনবগী মতাং যৌবক্লবদা তাঞ্জা যেংলগা হোত্তুনা চেল্লক্লে । অঙাং ওইবিঙে লমজেন্দা ফার্ষ্ট তাদুনতা লাকখিবা ঐনি । থাপ্তক্লা লম্বীদা লৈশাবী খবা লাক্লিবদু উবদুনা, শেৎলিবা তবজানগী খোঙ্গ্রাও মতত্তুগা . . . ইকাইমনখ্রদুনা মকম অমদা চেনশিন্দুনা লোৎচবে ।

"কনানো ? অদুদা কৈদৌবিনো ?" খংপ্রেক খংই । তুংলোমদগী মখা চীক্লগা লাউবকপা নিপা অমগী শীংন-খোঞ্জেলনি ।

খুম্ফম খঙদদুনা ঈক আ তৌবিঙে খূদাং তাপ ফাম্ব্রগা হায়বকই, "চেনবা য়াবোই । লাক্লিবা লৈশাশিংসি ইজৎ মাঙহন্নবা লুপ্লিবা নৎত্রা ?"

ঐ ঙকখংনৈ । অশেংবদু লী । অদুবু ইৱা লৌবিদনা লৈশাবীশিংদু কৌশিল্লে । ঐ, ঐগী ফিজোলদুদা, ইকাইমন্দুনা মিৎ উইশিন্দুনা খাঙজে।

খোঙ অমদি খূৎতা কন্না কন্না নারক্লে হায়দুনা মিৎ পাঙথোক্লুবদদি

ময়ামদুনা খোঙ খূৎ পুনশিল্লগা ওক পুবগুম হোই লাউদুনা খুনগী নিংথৌগী য়ূম তান্না পুনবা হোৎনরম্লে ।

নিংথৌনা হংলকই, "হাই, লোকেল তরজান । নমীৎ পাঙথোকউ । নঙগী জংগলদুদা নঙ্গুম্বা কয়াম লৈহৌরি ? নখোয়সে করি করিদি চায় ?"

ঐনা নোল্লুক্না খুম্মী, "ইনিংথৌ, ফিরা খোঙ্গ্রাউরা অমতা হান্না পীবিখো ঐ ইকাইবনা শিদৌরে । অদুগা কোন্না মীৎ পাঙথোকচগে ।"

লৈঙাঙ শঙবা ফি অমা শেৎলগা মীৎ পাঙথোক্লকপদদি বিচারদু উহৌ তাহৌনবা মীনা চীক্না চায়না ঙমদনা তিল্লম্লে । ঐগী নাকন্দা য়েম্পাক, ঝুলি, মলাখাউ লোইনা লৈরম্লে । মমিত্তা ফিনা পুনবী নুপীদু কমিরমত্তা ঙাঙদে ।

ঐনা ঐগী লৈ পরেংগুম্লবা টুর দাইরিদু লীরুবদা ইরোই হাৎপগী মরালদু, থৌবসু হৈতবা মীদা সাইকল শিন্নরুবগীদমক মঙোন্দা তারক্কদৌবে হায়বা খঙলদুনা ঠিকাদার ব্রুংনাউশাংনা চীং সোলোমোনসিগী মাঙদা থোবক্লগা জবান পীরকই, "ইনিংথৌ । ঐদি কনামত্তদা সাইকল পীখিদে । সাইকলদুদি য়ূমদগী হূরানখিবনি ।"

বিচাপতিদুনা মীয়ামদুদা মদুবু খঙহৌ উহৌবা কনা কনা যাওবগে ? হায়না হংলকপদা কনাসু থোক্লক্তে । অদুবু মরী লৈনবশিংদা হংদবা যাদদুনা নুমিত্তা হংলকই, "অয়ুক নুংথিলগী মতমনিনা নঙনা শোয়দনা খঙফম থোকপনি। হায়নরিবশিংসি কদায়ফাওবা চুম্বগে ?"

নুমিৎনা খুম্লকই, "ঐদি সংসার অপূম্বসে লোইনা খঙ উনবা ঙানবনি । অদুবু মতমদুদা অমুবা নোংনা খনখিবনা ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙহৌদ্রে ।"

"হাই, নোং নঙদি করিগী থৎলুরি ?"

" য়োর ওন্নর, ঐনা থৎকে হায়দুনা থৎপা নত্তে । পাৎ সমুদ্রগী মথক্তা লৈজবা ঐবু নুংশিৎ মানা হুম্বিরক্লুনা মফমদুগী মথক্তা তান চাননা লৈরুবনি।"

" মতাংসিদা নুংশিৎ নঙদী নশা ঙাক্‌থোচনবা করি হায়নীংলি ?"

" য়োর ওন্নর, ঐদি লেঙদনা লৈনিংবনি । অদুদা পৃথিবীগী রোটেসন্না ঐবু নমদুনা শীৎহনবনি । মদুদা নোং মানা ঐগী লম্বীদা লৈরম্লগা ঐগী ফিজি ফিনা পায়রগা ইন্নরকপনি ।"

" পৃথিবী, নঙদি কৈদৌবগী উঙলি ? পূম্নমকসে নঙনা লোইনা থোকহনবা তারে ? নঙনা উঙলিবসি করিগীনো ?"

পেম্না নোক্লগা করিসু থৌশাদনা খুম্লকই, "জজ অমা ওইরগা মদুফাওবা খঙদবা ? ঐগী ইথক্তা তোংদুনা ইতু ইরাং ফোয়দৎপা, য়াম্ভৎপা, মৈ থাদোকপদগী হেল্লদুনা হকচাং মনুংদা লোৎতুনা থমজবা লন থুম, ইচুম ইরাং ফাওবা কোখোক্লগা শীজিন্নবা ঙম্বতা নত্তনা ইমান্নবীশিংদা ফাওবা

কোয়রুবা ঙল্লবা নখোয়না ঐগী অশেংবা ব্বারীদু খঙদ্রিবা ? লাইদগী হেন্না খঙ হৈরে হায়রিবা সাইন্টিসশিংদুদা থিহল্লু, পাউখুম হায়বু অসিনি ।”

বিচারপতিদু হৌগৎখ্রে । পেন্দ্রবশিংনা মায়কৈ খূদিংদা লাউ খোংদুনা থোমজিন্নরক্লে । মরোল লৌফম খঙদবা খোঞ্জেল, পূং ঝান, মীকপ মীরাওখোল লীশীং লীশীংনা ঙুঙ ঙুঙ ঙংলক্লে । অদুবু মদু করিসু তাদা উদনা বিচাপতিদুদি য়াম্না ঙানবা লম্বী অমদা থোকখ্রে । লম্বীদু কয়ামুক লংবগে হায়ববু কনানসু মায়পুননা য়েংবা ঙম্মদদুনা মিৎ লোইনা উইশিন্নে অদুগা মঙান্দুদগী থাদোরকপা মৈশাদুনা লেপ্তুনা শাগৎলক্লি পৃথিবীসি তাঙ্গোই তানা চাকথোক্কদবমখৈ ।

ঐনা ইশাদগী চোংথোক্লগা হন্না য়েংলুবদদি ঙুঙ চাকখৎলক্লিবা চিতাগী মৈরীসিনা ঐগী তাঙলবা কোক্তা লাংকক লাংকক হৌরিবা পূমঙৌ ঙৌরবা পোকশিং লোইনা চাকখ্রে । অকোনবা খ্বাঙসু চাউরবা শীঙ্গায়বাক অনীনা চপ্তুনা তিংথোক্লগা মীথিনজৈনা থিন থিন্দুনা তুম্নবা মৈ থারি । ব্বানা চীংদোল কাদুনা লৌরুবা লন থুমশিংদু মখোয়দা শিন্নরমদ্রে হায়দুনা ব্বারৌরিবরা করিনো ইচা ইমৌ, ইশূশিংসু ঐবু পোৎলোইবশিংদুগী মখূত্তা শিন্নরল্লগা হন্না য়েংলমদনা চৎনখ্রে । খূদূম শীংলগা লাকপা ঐ খূবাক তিংলগা করিশু পুদনা অসুম হনবা তারবা !

তাং ১/১/২০০৭

# মথ্বায় পানবা মমি

হৌদোং মচাদৌনা লুসমদু পায়রগা ঈশিং থন্না য়াওবা বাল্টিন মনুংদুদা কোঙ্গোল পুক্রক পুক্রক কাঙে ঙাইহাক মমায়দু নমশিন্দুনা থন্নুরবা তুংদা ফৎ চিংখৎলক্লগা হংই, "নচাশিংদু কদাই কদাইদা লৈ ?"

থেকৎলগা মহাক্না পৌরপ খুম্মী, "ঐ খঙদে ।"

"বাঃ! নকোক ফজনা খঙবা মীনিনে ঐসে । নিংথৌগী কোনুংদৌনা শাগৎলক্লিবা নয়ুমদু কদাইদগী শেন্ননো ?"

অচুম্বদু ঙাওখুম খুমদোকখি মহাক্না, "ইচাশিংনা পুশিল্লকপা ।"

"নচাশিংদুনা তৌরিবা থবকশিংদু করি করিনো হায়বা ?" হায়রগা মমায়দুদা মতিন চফ্মুক শীৎচিল্লি ।

"ইচাশিংগী শিনফমদুগীদমক নৎত্রো ঐবু ফারিসে ?"

"মীগী মমা মপাদি মচাশিংদু মহৈ মশিং মতীক চানা তমহল্লগা সরকারগী নৎত্রফাও লনাইগীদরা করিনো থবক অমমম তৌহন্নবা হোৎননরি । অদুগা নঙনা নচা য়াংগোন অমা পোকশিল্লগা অনীনা অন্দরগ্রাউন্দ, অমনা গেঙ্গ লিদর, অমনা ফেক্সন অমগী ফাইনান্স সেক্রেটরী, অমনা খূৎলাই ললোনবা ।

অনীনা ঐখোয়না কাপথোকখ্রবা !" হায়রগা হান্নগুম্না ঈশিং বাল্টিন মনুংদুদা মমায়দু অমুক নমশিল্লি ।

মমায়দু থাংগৎলকপগা শ্বর মপী চাউনা চাউনা হোল্লগা মতৎ মতৎ ওইনা মহাক্লা খুমই, "সার, মীওইবনা ব্রানরিসি শেন তান্নবগী নৎতরো ? খূৎতান খেন্নবগী ব্রাতনি । ইচাশিংদু সবকারগী থবক ফংদ্রসু শেন ফজনা থোক্লবদি অদুম য়ারবা নৎতরো ? সাবনা এস পিনি হাযদুনা চহী তবাদা তানবা শেনফমদুদি ইচা অমনা থা অমদা তাল্লি । "

এস পিদু মমিৎ খংলাও লাওথোকই । মনাক্তগী চৈদু তাপ পায়রগা মখূৎ অনী চঙদুনা নোৎ নোত্তুনা ফূজিল্লগা হাযবকই, " ভূৎ প্রেটশিংদুগী মপানি হাযদুনসু মশোংসে ফল্লিবনিনে ! নঙ ইলেক্ট্রিক সোক তৌগে নশোংদো ফোযদৎনবা ।"

কবেম্নবগদুম খুল্লকই, "নখূৎ চল্লবনিনা, তৌ । ঐ যাই । সারহোযগুম্বা ওফিসাব কয়া ফাবগা ইচাশিংনা তৌবা ইন্ত্রোগেসন্দুদি মসিদগী লীশীং লীশীং হেনবনি । শিবা নাবগী দায়িত্ব মশা মশাগী । হায়দি হায়জনবোইসি তুংদা ।"

"হাযবদি ?"

" সাবগী ইমুং মনুং পূম্বা বুলেট প্রুফ লীত্তে, সেক্যুরিটিনা ঙাক শেন্দে, সাবসু পুন্সি চূপ্পা ইস্কোর্টি ফংলোই । নোংমদি ইচাশিংদুগী মনাক্তা লুপা লাখ লাখ পুবগা মী থাদুনা হায়জহন্দৌদু তন্দ্রা ? তিন্নসে, যান্নসে । দক্ষিনা ফংবিয়ু, শনিগী মীৎযেং ঙাকথোকপিযো । "

এস পিদু মশাগী মোবাইল ফোন্দুদা লাকপা রিংদু ওক্লগা, নোংশাদুনা ব্রোইলবদৌনা তেথবগা মুন্থখি । হৌজিক লৈবাক্সি, তশেংনা, কনানা পাল্লি হাযদু খঙহল্লক্লববা কবিনো বন্দীদুগী মখূত্তা পুল্লিবা থৌবীদু থাদোক্লগা মমাযদু হাংদোকপিবে। কাদুদগী থোকমিন্নবক্লগা মাগী কাদুদা ফম্মিন্নবৈ । কোফি অমদি ওম্লেট কৌদুনা চামিন্নবগা হান্ননা ইববা এফ আই আরগী চেনাদু শেগায়বগা দস্তবিন্দুদা থাদখি । ঙসাই ফাগৎলকখিবা লুপা লাখ তরাদু পুল্লপ পীথোক্লুবদা চ থক্লবনি হায়দুনা তংখাই অমা অমুক খীকথরম্মী ।

নোংঙাল্লে । মপানা থম্বীরম্বা অন্দবগ্রাউন্দ ফ্লোর য়াওদবা মথোল অনীগী যূমদু শীদোক্লগা, মথোল তরাগী পান্দমদা শাগৎলক্লিবা, তরেৎশুবা মথোলদুদা পোত্থা চৌকি অমদা ফল্লি । মোবাইল অমা পায়দুনা, লৈবাকসিগী ব্রাংমদা অরোনবা ফ্লেট অমতা ওইরসু লৌহৌবনা চুমগনি হায়দুনা মচাশিংদুগা মথং মথং ব্রারী শাদুনা হাকচিক লাংলি মচা পোকচমলগী মহৈ চারবা মহাক্তো ।

তাং ২২-৫-০৭

# ঙাওরকপা

হৌখিবগুম্না ঙসিসু খনবিবক্লোই খঙলবা ১০৮ লক শুবা ইন্তরভিউদু যাওকুবগা হল্লকপনি। অইবা চাংযেং খূদিংমক্তা মায় পাক্লবসু মচাক হান্নিংঙাই লৈতবদগী ভাইভা ভোসিদা পুন্ত্রে তুহৌবা ঙাক্তনি। ময়ূম য়ৌদ্রিঙৈ মকোক হেক হেক শিয়ার তৌমিন্নবা মমান্নবা অমগী ময়ূমদা পোত্থাবা ওইনা মাগী শীকংনববা থস্মোয়দু কংক্রদুদা হাপ্লগা মহাদেবদা হঞ্জিন হঞ্জিন কৎথোকচে। ঙাইহাক ধ্যান তৌবরবা তুংদা মঙাল ফংলক্লবরা কবিনো চে অমদা কবিনো খরা ই।

টু

দ অলমাইটি খানা চাউবা ব্রাংব্রেন,

গোর্ভমেন্ট ওফ গোদস

হীরম : পঞ্চায়েট সেক্রেটরী ওইনা খনবিনবা হায়জবা।

ওনবেবল সার,

ইকাই খুম্নজবিবা ঈশ্বর ইবুংঙোগী মফমদা তোল্লবা সিতিজেন ঐনা মখাগী ব্রাফম খবসি হংগৎচবগা লোয়ননা এক্সন্দা ওন্থোকপিরক্লবা হায়জরি।

মদুদি, লাই হবাওবগী প্রেস মিটতা ইবুংঙোগী স্পোক্স পার্সন্দগী ইংগীত্তগী খঙজবে মদুদি হন্দক লৌগদৌরিবা পঞ্চায়েট সেক্রেটরী অসি ইবুংঙোগী কোটা খরা থুংলবা য়াই হায়না। ও বি সিগী রিলেক্সেন চহী অহুম

ফংলবসু ননাই ঐহাক ওভর এজ ওইশিল্লক্লবনিনা ইমপ্লোইমেন্ট একচেঞ্জকী তিনমু লাইমু ফত্তবশিংদু খয়োম চবান থাবসু সিদ্ধ পান্দৌ মান্দ্রে । অদুনা হৃদক ননাইনা ইন্তরভিউ য়াওজখিবা পঞ্চায়েট সেক্রেটরীগী পোষ্ট অসি ইবুংঙোগী কোটাদা খন্দবা য়াদে হায়না সি এম দা অকনবা ইন্সত্রকসন অমতা তৌবিয়ু ।

মখাদা ঐগী বাইওদতা পীজরি :

| | | |
|---|---|---|
| মিং | : | হিদংময়ুম সনা শর্ম্মা |
| অপোকপগী মিং | : | লৈখিদ্রবা চাউবিয়াইমা শর্ম্মা |
| লৈফম | : | ময়াং ইম্ফাল চবুং কম্পনি |
| মহৈগী থাক | : | বি এ, এল এল বি |
| রোল নম্বর | : | ১২৩২ |

ঐবু খনবিরক্লবদি ইবুংঙোবু ননাই ঐনা মপোক তরেৎলক্তসু কাউজরোই ।

অদোমগী
ঐচ সনা শর্ম্মা

কোপি টু :

১। হিজ এক্সেলেন্সি, চানবী হৈবা শ্রীকৃষ্ণ
২। ওনরেবল হোম মিনিস্তর, লাইনিংথৌ
৩। পি আর ও টু থোইরেন থোইবা অল্লাহ
} ফোর ইনফোরমেসন এন্দ নেসেসরি এক্সন
৪। প্রাইভেৎ সেক্রেটরী টু যীশু খৃষ্ট
৫। জগৎসিদা লৈরিবা মরী লৈনবা ঈশ্বরশিং ।
৬। গার্দ ফাইল ।

অইবদু জেরোক্স কোপি খরা লৌথোক্লুরগা ব্রাংব্রেনগী লাই পা-নবা শাপম তোল্লমু কৌথোক্লুরগা থোঙ হাংহল্লে । লাইমাঙদুদা মখোঙ মখুৎ শাংদ্রোং তিংথোক্লগা মপি ওরো-রো তানা কপ্পুনা, থবক ফংদবগী বোম্মা থুগাইবিরবা মথম্মোয় মতেক মকায়দু অইবা দরখাস্তকী চেবাংদুদা হাপ্পুনা কৎচৈ ।

তৌরিবা মওংদুদা তোল্লমুনা হায়রকই, "ইবুংঙো লাই বার্তোনলা ? ইবুধৌগীদি চেগী বার্তোন য়াদে । মনম নাইবা হে লৈ ওইনা তৌবিয়ুদো ।"

তপ্না হৌগৎলগা তোল্লমুদা ওক্সিল্লক্লগা হায়রকই, "সার, রিসিপ্ত ক্লার্কসু কেজুএল লিভ লৌখ্রবরা করিনো উদে । ঐগী দরখাস্তসি রাজ ভাবনসিনা ফংলে হায়বগী রিসিপ্ত নম্বর অমতা পীবিয়ু । নহানঙৈ চীন্নদা নিবা, মীৎকী পি লিটর লিটর কৎপদুনা ওফিসিএল ফাইল প্রোসেস তৌবা য়াদদুনা ঈশ্বরনা সরকারদা কনভে ওরদর থাবিদ্রে খঙলক্তুনা অইবা ওইনা পীজরবনি । কনফিদেন্সিয়েলনি । কদাই রিসিপ্ত নম্বর ?"

তোল্লমুদু মমঙ মহাদৌনা হায়ফম খঙদনা পূম্ঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈ। মঙলাক্লদৌরে খন্দুনা মবুধৌ ব্রাংব্রেনগী মফমদা মথম্মোয়দু মপিনা স্লান তৌরদুনা মথন্তা হায়জরকই, " ইবুধৌ ! ইবুধৌগী সেবাদা করম্বা তুরৈ ঈরৈ চনবা য়াওখিদুনা ননাইবু লাক্লবিরিবনো ? ননাইবু ঙাকপিয়ুনে ইবুধৌ।"

তাঞ্জাদুদা সনানা তোল্লমুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা, "সে, সারগী চে কলম য়াওদ্রসু ঐগীসিদা রিসিপ্ত নম্বরদুদং ইবিরগা সহি অমতং . . . ।"

তোল্লমুনা মমায়দু লয়থোরকপদা, চে অমগা কলম অমগা পীশিল্লক্লিবদু, জ্ঞান তারক্লদুনা তাপ লৌরগা করিনো খরা ইরগা পীথোক্লকই। পারুবদা ইরমই, 'নপা নপুদুনা খরা ব্রারকহল্লু'। অদুবু কনশিনখ্রবা মকোক্তুদা ব্রাহৈদু চঙখিবগী মহূৎ অমুক মখা তাথরকই, "সার, ওনরেবল ঈশ্বরগী মোবাইল নম্বরদুদগা খরা পীবিয়ু। কন্তেকমক নৎত্রসু রিক্কেস মেসেজ অমতা থাজগে।"

তৌররিবদু জ্ঞান তারক্লমাল্লে তোল্লমু, চে কলমদু অমুক লৌরগা মনমদুদা ই, ৪২০.৪২০ (ও), ৬$\frac{1}{7}$ (আর)।

সনানা ব্রং শাউগৎলগা হায়রকই, "অসিগুম্বা দেসিমেল অমদি ফ্রেক্সন যাওবা ফোন নম্বরবু লৈব্রা ?"

"ও, মীগীদদি লৈতে, লাইগীদদি লৈ। থোকখ্রো, ওফিস অব্রাব লোইরে" হায়রগা লাইনুংদগী চিংথোরক্লগা, থোঙদু শো লোনশিখ্রে।

মযূম য়ৌরক্লে। দবখাস্থকী জেরোক্স কোপি অমা জগবন্ধুগী গাডিদুদা, অমনা ইমুংগী লাইনিংথৌদা কৎলে। অদুদগী সাইকল তোংদুনা থোরক্লগা মৈতৈ প্রেসবতরিযান চর্চ অমদি জমা মসজিদতা কোপি অমমম পীরুরে। হায়রম্মী, "মসে নখোযগী বোসতুদা ফেক্সতরা ইন্তরনেটতরা য়ৌনবা খরা থাবিখো।"

মতম খরা লৈরগা ইন্তরভিউ হায়দোক্লে। উচিন নাচিন্না য়াওরক্লে। তাইনফম খঙলক্রদুনা মানা তম্লকপা লাইরিকশিংদু অগ্নিদান তৌখ্রে। থবক ফংমন্দবদগী নিশা পূম্বগী মকোন শারবা সনা, য়ুম্লাম তথোৎপীগীদা মহৌশাগুম ইনরজি চেরংখাউ অমা তনহান হানজিল্লগা তরঙগী শগোল তোং, অব্রাং কদোমদনো খঙদ', "মীচঙ মীখায় নাইবা লাই, নঙদদি হাৎলগে" হায়দুনা ব্রাংব্রেন লাইশঙগী তিন মথক্তুদা নূংগী নোং চুহল্লরে। মিপাই থপাইরবা লাই পা-নবা তোল্লমুদু চেম্থোরক্তুনা করিগীনো হংলুবদা হংদুম হংজিল্লকই, "সার, ঐগী অইবা দরখাস্থতু হিজ এক্সিলেন্সিদা পীবিদ্রিমাল্লে। করপসন য়াম্লা পাম্বগী ব্রারো ? প্রাইভেট সেক্রেটরীনা করপসনগী স্কেন্দল থোকহন্দৌরে। ফরে। থবক খনবিদ্রদি শেল হন্নদাই ? ঐখোয়না নহানঙৈ লাইদা কৎখ্রিবশিংদু প্রপ প্রপ হন্দোকপিরক্লো। ইশা লাক্লিঙৈসিদা পুজখ্রগে।"

তোল্লমুগী বৃ বৃ শাউগৎলবা মখোয়দৌদু চফৃ চবোন্দৌনা পাথরকই, "হাই মহা পাপি, নঙবু পুল্লগা লায়েংবিদদুনা থাদোরক্লিবা নঙগী নমা নপাদুসু নঙদৌনা তৌরমগনিনে? মসিবু কনানা হৌনবা থবক্লো হায়বা, হা ?"

"ওফিসিএল চেনেল কায়হন্নীংদদুনা ঐগী এপ্লিকেসন্দো থ্রূ প্রোপর চেনেলদা সারদা খৃৎশিন্নজবনি । মতম চানা ফাইল পুট অপদি লাযরদনা দাগ ওইনফাও থাজিনবিদদুনা ঐ য়াওরক্ত্রিবনে । অদুদা অমনা, জগৎ পূম্বা এক্স-রে দৌনা হূৎলগা উরিবা ঈশ্বর মানা ঐগী অৱাবা উবিদ্রিসিদবু লাইসে মীচঙ মীখায নাইদে হাযদৌরিবরো ? খঙনি, ঐ মণিপুর বন্দ কৌগে ।"

খরা থুনা থাদোকখিনবা হায়দুনা তোল্লমুনা নুংগী অশাউবদু ফাথবগা, "ইবুংঙো, ওরদব থোকখ্রবনি । নঙ যাওরদাইনে ? য়ৌবো ।"

সনানা মথম্মোযদু লৈদৌনা শাত্তোক্লগা মখা তাশিল্লবই, "অদুদি, সেলেক্সনগী ওফর ফোর্মদু ঐ পুজখ্রগে । ভেরিফিকেসন্দি করম্না মতমদা লাক্কনি ?"

তোল্লমুনা মাগী লোৎশিন্নবা হোৎনরিবা অশাওবদু ফাথবা ঙন্নক্ত্রদুনা হায়রকই, "নখোয়' নপাদুদা শিন্নখ্রদাইনে । হৌজিকফাও ফংদ্রি বরো ?"

সনানা দোলভী সাউন্দগী লাষ্ট তোন্দা লয়খৎলগা গুদ ফেইথতা হাযবকই, "কদাইদগী ফংদৌবিনো ? ঙসিদগী চহী তবাগী মমাঙদা শিখ্রবা ইপাদুদা কনানা শিন্নবিযু হায়গে ? লাইবৈবাক্তুদগী হৌজিকমক লৌকচো ।"

তোল্লমুনা মুক্লপ তৌরগা "ঐনা চৎত্রদি ?"

"চৎত্রগদি নঙ হযেং নুংথিল পূং অনী চপ চানা, নশাগী লম্বোইনবগী লৈঙাঙ শঙবা নফি নবোল, মলাখাউ অমদি নাম পুরগা বৈতরাণী তোর্ব্বান্দা লাক্কদবনি । পার্টিগী দিষ্ট্রিক কমান্দরগী তোপ সেক্রেসি ওরদরনি । শোয়রবদি অফ ফত্তগী দায়িত্ব নশাগীনি। "

"করি হায়বা" হায়রগা তোল্লমদু ঈ শৌদোরক্লবরা করিনো, "লাইসিবু নহোই' নপাগী নিশা শান্নফল্লো ? সে এপোইন্টমেন্ট ওরদরসে নথবাক্তুনা লৌরো" হায়রগা মখা চীক্তুনা চেনশিলক্লগা, চোংখৎলগা থজিন্দুদা সেবা থাজিল্লক্পদা নীংথেঙননা শুজিল্লগা অনী মখাযরক ওল্লি সনা । হৌগৎনবা ফনা কন্না হোৎনৈ অদুবু ঙমদে । মীরম্লেনগী অঙম অথৌদা ৱানোম্নদা কান্নরক্ত্রদুনা লাইদা দরখাস্থ থাদুনা ৱানোম্নবা সনা, থবক ফংবা হায়বগী থৌরাংগী ধোরা তেক্লবরা করিনো হৌগৎপা ঙমদনা নৈদুনা অদুম লৈরে । মরম চঙদুনা থাংলগা লায়েংশঙদা পুখ্রে । কম্ছার মাইবগী মনাক্তা তঙায় ফন্দনা ঙৌদবা যারোইদৌরিমাল্লে ।





নবকুমাব নোংমৈকাপমগী বাবী মচাশিং অসি অযাম্বনা তশেং তশেংনা থোকাখবা, তৌজিক তৌজকস্ থোক্লিবা, পুন্সিগা যাম্না নকুনা মবী লৈনবা অমগুম থৈ দোক বাথোক্লো শাগংপা ঙাক্লনি। মসিদা অইবনা মশাগী কল্পনা শক্তিগী মতেঙনা অনৌবা মশা মবেং কযা হাপচিন্দুনা, মাগী হৈনজবী বাহৈ বাতা লৈশি লৈখোন, প্রমাণ পাম্বে এযাগা লোযননা অনৌবা পোংশক অমা ওইনা পুথোবকই । অপাববু যাই থাদনা শুংতংপা ঙম্মী। মসিদনি নবকুমাবগী বাবী মচা অযাম্বনা ফজনিব।, মতৈ যাম্লিবা।

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

নবকুমাবগী ঈচাউ অমসুং লৈবাক হাযর্বাস বাবা মচাগী যাওন্দা অনৌবা চাংযেং অমনি, মাগী 'এইখোযাসবু কনানো' হাযবা লাইবিক অদুগা শাউওন অমান হাযবসু যাই । বাবামচাশ অসি অইবগী অনৌবা চাংযেংনি, খংলাম্লোক্লি, খুংফোঙদোক্লি লোন্দা পুদা অমদি বাবী মচাগী মচাকশিং যেংলুবগা । কবিতাগী যাওন্দা হাযবগা উত্তবাধুনিক (পোষ্ট মোদার্নিজম) হাযনা খঙনবা অদুনি । ইংবেজীদা 'নাইহিলিজম' হাযনা খঙনবা তৌওক মতমগী বাজনীতি, অর্থনীতি, আইন কানুন অমসুং সমাজঅসি পম্বাক মাঙহনবনা থৈ হাযবা বাখল্লা অদুনা অইবনা পানিবা পাউজেল । নবকুমাব সোসযেল সেতাইবিষ্টনি বাবেংগী সেন্তানল্লান ।

চবেম হবেতন, পোক্লফম (২১/১/০৬)

নবকুমাবনা পুথোবকপা মতমদদি ফাগিদা যম্ফম ওইববা খৌদোক বাথোক্লা শাগংলগা লেকই । লবাক্লিনা, বাযম্বা সমস্যা আসিদি সমাজঅসিগা যাম্না লবনা চঙ ফংলবা অনাবা অমদি ওইবে । মাযামগী পুংফদা মাওলিবা মাংযেং কযা অমমু ফাগি উপাইনা হাযদোক্লবা হোংলবকপা যাম্না ফজবা বাবামচাগা মফো দোক অমসু খংলাম্লোক ওইবি ।

ইবোযাসন যাম্নেম, পোক্লফম, ৩১ জুলাই ১৩, ২০০০

[illegible] হাযবা বাবা মচা অমা যাওবা । মসিদি এক্লাপ নবেম্ভ অমনি, অনৌবা চ [illegible] মলিপনা সাহিত্যদা অমুহা থে নাখান্দ্রবা বাবাগা থমান

ডাঃ শবৎচন্দ্র লোং ক্লোম্বা, নহাবোলগী খৌদ, [illegible]

নবকুমাব নোংমৈকাপমগা বাবামচা [illegible] মতম্বা হৌশ না উৎপিবাদ [illegible] পথোক্লবা প্লোট লংহগা খৌদোক অমা শমগাংতনা অশেং বা পাম্ঙগা খৌদোক ওইনা মচ শ [illegible] অদা ।

খিংবাইজম শবৎচন্দ্র, সাহিত্য লোচন, অগাষ্ট [illegible]

পম্নমকাসিগী চৈথেং লেবা মাযামগা থম্মোইন্দা ওমচাক্লদনা হৈ নবকপা মৈগা চা [illegible] পাখায়লকপম্বা শায কনা লাউবকই নবকুমাবগী বাবামচাশ না । বাবা মচাসিদ [illegible] নাকং) অকনবা ফোমনিষ্ট [illegible] লোযননা মাশঙ্গা পুদোক্লিবা তবোম্বা অসিমক মাপাং [illegible] অমানি ।

সাহিত্যগী পাউ ( [illegible] )

Eikhoysibu Kanano (*Who are we ?* ) staged here on Saturday revolved around Molcham village Most of the scenes depicted large scale violation of human rights — rape, killing, torture snatching of food grains and household products — by the Myanmarese army

***The Times of India, 14th June, 2005***

Delhi's inability to treat all citizens equally gives rise to the flame of hatred, distrust and also encourages youth of the region to nurture the concept of separatism This raises the big question — *Who are we and where do we stand?*

***The Telegraph, 14th June, 2005***

One such modern day play called Who are we?" (Ekhoicibu Kanano?) 'as recently stage in Imphal to draw the attention of the general public ıarly the decision makers in New Delhi ***Assam Tribune, 1st July, 2005***